অরাম্বম বীরেন সিংহ

# পদ্মিনী



ফোতঙজবী : য়েংখোম সরোজিনী দেবী





মখুম য়েকপা . মুতুয়া বাহাদুর

মমল : লুপা তরেৎ

ছাপা নফম— তরুণ প্রিন্টিং ৱার্কস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল ।

# রাহৈ খরদং

নোভেল অসিদা ইন্দ্রিয়গা মরী লৈনদবা, নূপা নূপীগী অধ্যাত্মিক ওইবা অঙকপা শেংলবা মতুংশিবা মখল অমা উৎনবা হোৎনজে।

নূপী ওইবী অমনা সমাজদা থেংনরিবা সমস্যা ( করিগুম্বদা মাস্তোকপা ঙম্বরোইদবা ) কয়াগী মরমদা পুক্নীংদা কন্না কাওজে। মরম অসিনা লাইরিক অসি ইবদা রাখল অতু মথন্তা চঙখি।

লমচৎ অমসুং লাইবক অনীমক্না মীওইবগী তুংগী পুন্সীবু লেপ্পি হায়বা রাখলসি নায়িকাগী পুন্সী রারী ইবদা পুক্নীংদা লৈখি।

রিয়েলিষ্টিক নোভেল অসিদা মরুওইবা কেরেক্টরশিংগী ইন্তরনেল মোনোলোগ, ইন্তরনেল কনফ্লিক্ট কয়া হাপ্তুনা মথোয়গী মতুংগী ওইবা পুক্নীংগী ফীবম উৎপগা লোয়ননা মথোয়গী মপালথোংগী লমচৎকী অপুনবা শক্তম অমা উৎনবা হোৎনজে। সজেষ্টিভ ওইবা মওঙদা করিগুম্বা খর থুপ্তুনা থম্বগা পুম্নমক অপাবদা হায়দোক্তবা য়াওরম্লবদি মতু অপাবগী বল্লনাগীদমক্তনি।

ইম্ফাল

আগষ্ট ১৫. ১৯৮১ — অরাম্বম বীরেন সিংহ

# ১

"হোম্রিক্কী মতমদবু কদায়দনো থবক তোগর্দবা ?" পদ্মিমীনা বি, এ, পাস তোরবা মতুং স্নুমিৎ থবনি শৈরগী মাগী মাম্মদা মায়থোঙ মক্লা হায়মকই। থবকী রাফমসি হৌদোক্লরকপা মতমদা লাইরিক হৈজবা মাগী মাম্মতু থুফম থডদবক্তম তৌবা লৈ ; মহাক্লা পদ্মিনীনা ফমিবা মাঙশোক্তা থারিবা ফাল অশাংবা অতুগী মক্কতা মখোড অমামক পুক্লপ থাঙ্গতুনা লুই অৱাংবা অমা ইল্লগা মথু কউদা থদাঙ শৌরগা রাথল তৌনা কম্মী।

পদ্মিনী পীক্লিডৈদা মমা কায়নথি মহাক মশামক মুম্মা থড-হৌদে, অতুগা মাগী মপাম্ভ থ অনীগী মমাডদা মাগী পরীক্ষা ময়া-মক্তদা থম্মোয়গী লায়না অমনা নারক্তুনা থডহৌদনা নোঙ্গাখি। মহাক্কী মপানা কোল্লম্বা, নুপী ডম্তা লৈখিত্রবা, মচা-মশূ পোক্তবা মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্ম অহুভান হৌজিক পাদ্মনীগা লৈমিন্নরিবা। মাগী মাম্মতু মপাঙ্গল শোক্লি, মখোড নাম পডথবা হৌহুনা সেল থোকপা পবব-ইঙ্খাং শুবা ডমদে; চুমতা

অহন্ন অমনি হায়ত্নুনা মাবু য়েংশিনবীগদবা মওায়, পদ্মিনী মশা মক্না হিংবগী লানফমদা মরু ওইবা পৌদাং য়াবা তারকই।

মহাক মপানা হিংলিংঙদদি আশা য়াম্না চাউরম্মী, লাইরিক মথা তমথবগী য়াথল থল্লম্মী অদুবু হৌজিক্তি মহাক আশা পূম্নমক অদু থাদোক্লে, হিংবগী য়াথলতা খল্লে।

পদ্মিনীগী মপা স্নুরেন মমিং চৎলবা ডাক্তর ওইরম্মী মহাক সরকারগী থবক তৌখিদে; পাউনা বাজারদা লনাই শায়য়েংশঙ অমা থমদুনা লায়য়েংবগী থবক তৌরম্মী। মানা শিরবা তুংদা মিংচৎ নত্তনা লনথুমদি থোইদোক্না লেমপানা থনমদে। মতুগী থোইদোকপা মরম অমা লৈ — মাগী লমদা নূপী অমা লৈ, মচা অহুম লৈ। ইমুং অনী পুবনা মহাক থর য়াখি। অদুবু মহাক্না মাগী নূপী অতোপ্পীবু ময়ুমদা পুশিন্দুনা থমখিদে মরমদি মহাক্না মচানূপী অনীবু (পদ্মিনীগী মচে অমগা লৈ) মমা অতোপ্পীগী মীৎয়েং মথাদা থম্না পামখিদে।

মপা শিরবা তুংদা পদ্মিনীগী উপায় হায়ববু মপানা য়াওরম্বা লাইফ ইন্সুরেন্সকী সেনফম লুপা লীশীং তরাথক মাগী মিংদা লৈ। মানা চহী মঙাতা ভায়রিঙৈদা মমা কায়নখ্রবা মতুংদা ডাক্তর স্নুরেননা লমদা নূপী পিদ্রিঙৈদা মাগী মমিংদা য়াওবীরম্বনি। মচেগী মিংদা অমস্নু য়াওরম্মী, মতুমদি মপানা হিংলিঙৈদা ফংখ্রে। অদুনা হায়রিবা সেনফম অসিগী মতুংদা লমদা লৈবী মমা অতোপ্পী অমদি মচেনা ফংকম লৈতে। অদুবু অপুনবা সেলদু ফংগদবা

লৈরবস্থ পদ্মিনীনা পুন্সীগী ওইনা হিংনবা থবক অমদি ফংনবা থিবা তারি ।

মাগী মাম্মচু হান্নগী ফীবম অতুদগী লেওদনা, লৈমায়দা য়েংলগা হায়রকই, " নহান মওনা নচেথোয়দা চৎলুবদা করি হায়রকই ? নতৈনদি ওঝাগী থওদে, কেবাণীগী থওদে মানা থোকপা থবক অমা য়েংলক্কনি হায়বদাই ? "

" নহান চৎলুবা অতুদা ইতৈ লৈবমদে, ইচেনদি মরম পুন্নমক মুন্না থওদে," পদ্মিনীনা খুম্নকই ।

" ফরে, 'স্কুম মতা য়েংহুনা লৈখিবা হায়বতুনি, মীওোন্দা ওহাক লৈতনা ওংলুবস্থ ঙুংঙাইবা পোৎ নত্তে । মথোয়না পাউ মবাইনা চেঞ্জরক্কনি ।"

ব্রাফম অতু মতাং অতুরাইদা নমশিন্দুনা তোকখ্রে ।

সন্ধ্যা ওইবে, মাগী মাম্মচু চথোকখ্রে । পদ্মিনীনা তুলসীবোং দা ধূপ থারগা মথন্তা হান্না ফয়স্বা মাঙ্গোলগী ফাল অশাংবা অতুদা অমুক ফম্মে । মথল ক্লাগী ব্রাথলনা মাগী কোক্তা চওলকই মহাক্কী মমান্নবীশিংনা লম লমদা চত্তুনা এম, এ, তম্নখিগদবা, মহাক্না থবক থিগদব, মতুগী মতৌদা হায়রুগদবা, হৌজিক হিংগ- দবা পুন্সীগী ফীবম । মানা মমীত্তা মথং মথং টরকই মাগা লুনা তিন্নবা, ইন্দক্কা বি, এ পাস তৌগিন্নবী মমান্নবাশিং, মীনা, চন্দ্র লতা, মেমচৌবী, ইন্দিরা মথোয় খুদিংঙ্কী মায়থোওদা মইৎ তমণবগী হরাউ-মকাল্লাঙ্গ মানা উৎলিবা, অতুগা মাগী মতৌচু উবদা মথোয়গী হরাই-মুংঙাইবত্ত লোত্তুনা মায়থোওদা মাগীদময়

য়ারীবুরুম, হৌরিবা ! মখোয়গী ফীবমসু মাগী কুইরমগা করম্দা থেন্নরবা ! ঈনখৎলকপা মতমগী পুন্সীদা তুংগী পুন্সীসু শেম্বা মখোয়না অরু অনা কাউথোক্লবা জগৎ অমদা লৈরিবা —অতুগা মহাক্না অমরোমদা হিংবগী য়াংহিল্লংনা অফা অপুনবা জগৎ অমদা।

পদ্মিনী হৌজিক চহী ফুরমারোইহ গুন্দে নুপী ওইবগী মীরু শুম্বৎপা ওম্বা গুণ খুদিংমক মাগী রাজনা লৈ, কুচু ঙোক্ত মায়থোঙ কোয়দা লৈ, মশা তনাপ তনাপ্পী, রাং চাউই, হকচাংগী শরুক খুদিমক পুন্না য়েংবদা মপুং ফানা চাশীন্নবগী ফজবা মতৌ অমা লৈ। মাগী মুশুক মুবা য়াম্লবা শমলাং য়েংবদা মীৎ পকপমথৈ মতুং কুপ্পা নাল্লবা মায়থোঙ মুশুক মুনা ল'রু মওঙ মান্না লৈরিবা পীগুম অনীগী মথাদা লৈরিবা তরু তকবা থম্বাল মওঙ মানবা মমীৎশিং নাকল্লোমদগী য়েংবদা মায়গী শরুকগী মওঙ তানা তুম্নপ তৌনা পৈরিবা নাতোন, খোয় রুম মোমোন্নবা চৈনবান, অমুক্তং নোকপদা উরিবা চাং মান্নরবা উনঙ্গুম্না ভোরবা য়াশিং, য়ারী অমুক্তং শাবদা মাগী মায়থোঙনা উৎলকপা মমীৎ-মনা শিংবগী মতৌ, মায়থোক্লরিবা মীহুদা খোয়জঙবা মতৌ, মংশিবা থোম্মোক, পুম্নমক তংশেংনমক যাতুগী মতৌগুম্না শুম্বৎনীংঙাই ওই। মাগী মমীৎ অনীহু, ইচম চম্না য়েংলকপ্পদসু রা ঙাঙবগুম অর্থ ফোঙদো-কই—মথন্নায় পানবগুম্ ত্তৌই।

পদ্মিনীগী মচে রাণীদি মানা মেত্রিক থাবা মতম অতুরাইবা মমুম পানথে, মচোনবগী চহী মগা [illegible] মচেন্ন

লাক্লিবা, মীশক অহ্ অনীনি, অহ্গা অচীকপাহ্ থুনাইহ্না রা মুকম মুকম ভাঙলিবহ্ নুপীসী খোঞ্জেলনি। মহ্ তাঙদা পাল্লিনী থরুহ্নি কিরা ফরে।

মঙাল অহ্ তপ্পা তপ্পা নকশিন্নকই, রারী শাবা অহ্ লেপখ্রে; অহ্গা শুমাঙ য়ৌবদদি মঙাল অহুস্ত্র মুখৎখ্রে।

পাল্লিনীনা চিংনরূপ তৌনা হংলকই, "কনা ওইরবনো?"

"ঐখোয়নি," নুপীগী খোঞ্জেল অমনা খুম্নকই।

পাল্লিনীনা খোঞ্জেল অহ্ হাইক্কেৎ তাথিবগুমস্ন তৌখ্রে, অহুর মহাক মহম কদায়দা তাথিবনে' নীংশিংবা খোক্লে।

ওহাক চঙক্লহ্না লৈরিবৈদা নুপীহ্ মাঙোলদা কাখৎলকই।

হাংদোক্লিবা খোঙদগী ফাওদোরকপা মৈঙালদা পাল্লিনীনা উরে লাক্লিবা মীশক অহ্ মমা অতোম্বী বীণানি, মনাক্লা লেপ্লিবা অঙাং অহুনা মচানুপানি।

বীণাবু উবদা পাল্লিনীনা হাইক্কেৎ ওকচাননা কৌশিল্লি, "ইমুং-লোমদা লেঙশিনসি।"

'য়ানি, য়ানি।"

মচানুপা অহুন' মতুং ইন্দুনা বীণা চঙলকই।

মমা অতোম্বী বীণা চহী কুন্ত্র মঙাংরোমদা ভাযরি, মীওই মূর্ত্তি বাং-চাউই, মমায়হ্ হৌজিকস্ন ফজবগী মমি তাবি। মায়থোঙহ্ মো' হাদে মুংদা মুংঙাইতবা রাখল অমা ফুম্বগুন লৈই; মপু-রোইবা কায়নবগী মৈহ্ হৌজিকফাওবা মুত্রিবনা ওইবা তাই। মহাক্লা অবুক মুংথিলদা পাল্লিনীবু উন্নবা লাকপা ইকাইহ্না মমথরক্লবা কান্দা লাক্লিবনি।

বীণানা খর হঙ্গোইরপ তৌনা হংলকই, " মাখদি লৈত্রা ? "

" লৈতে, চথোকখিবদগী হঙ্গিল্লক্তি, " পাদ্মিনীনা খুম্মী ।

কা মনুংগী মৈঙাল অহুদা বাণাগী মুশুক মুবা শমহু নীংথি জনা লুখমলোমদা শমজি লৈখত্তুনা পুনখৎপা উই । মহাক অমুবনা মপান চনবা ফি অঙৌবা অমা ইল্লি, পুমংভৌ কনেক অমা শেৎলি, মমায়দা চন্দন অমুবা থিল্লি, লৈতেং য়াওদে, নানপী অমতমক মনাদা চিল্লি য়েংবদা চীংলেমবা মওঙ তারবা কেত্রবা শকফম অহুনা পুক্সাগী চৈনা অমসুং মহুগী খাওবা য়াবা, অহুবু কনাদসু য়াকংফম খঙদবা, হিংদবদি য়াদবা মতৌ অম ফোঙ-দোকপগুম তৌই ।

পাদ্মিনীনা মাবু ফমাংদা থাবা মোরা অমদা ফমহ'ল্ল অহুগা মচানুপা অহুবুনা কৌশিল্লুনা মাগী ফমুংদা ফম্মিল্লরে ।

" করি থবক্কীনো ? " পাদ্মিনীনা হংই ।

অশেংবদি বীণানা য়া কয়া হায়নীংহুনা লাকপনি অহুবু মানা ইচম চম্না খুমকই, " চুম্না 'সুম লাকপনি "

ডাক্তর সুরেননা বীণাদা হায়রম্বা য়া খর লৈ ।

নোংমা থাবণ ফরবা সুমিদাং অমদা মপুরোইবনা মাগী ময়ুমদা ফমুংদা শোংনা হীপ্লম্ম', অহুগা মহাক্রা ফমুংগী চিদাইদা ফয়া। মপুরোইবগী য়েৎথংবা খূৎ অহ পায়রগা খুকউদা থাজৎলগা মখদাঙদা শোত্নুনা য়ায়া শাবম্মী ।

সুরেননা হায়থি, "নঙগা পাদ্মিনীগা অমুক্তং মুল্লা শক খঙ নবদি কৈ ।"

প্রাশকনশৈথবুদি খঙনৈদা, মানা ঐবু লায়া লৌরমগত্রা হায়তুনা নকাশিন্নবা হায়োইবতনি।"

"হয়, মহাক্না কৌরিস্নু লৌরোই।"

"ঐবুদি য়াই, অদুবু মহুসী কবিগুরবা মরমদি লৈত্রা? নহান-মচৌদি নহাক্না ঐঙোন্দা অশুম্বা অমুক্তা হায়রিদে

মতুদগী সুরেন লোংনা অতুম কাশুনা রাখল অমা থনবগুম তৌনা লৈরম্মী; খোপাস্নু মপুরোইবদা মেংতুনা লৈরম্মী।

সুরেননা য়া অমা থুংখিবগুম তৌনা হায়রম্মী, ' থোইদোকপা মরমদি কবিস্নু লৈতে, চুম্বা খুম ইমুং মসুং অমতা ওইশিন্নবতু পায়কপগী য়ানি।"

মপুরোইবগী কাতু চুম্বা হায়না খোপাক্না চম্না খাজরম্মা, অদুবু মহাক মপুরোইবদি য়াদ্রোবা লোক্রম্মী, খংদ্রম্মা, "অদুগা নহাক্না য়ুমদা পুশিন্দুনা থম্বাত্রিবা কনিদ্রিব্রা?"

মহাক মচানিদি থোকখিদে।

নোংমা অমুক ডাক্তর সুরেননা ইথঙ থঙহৌদনা নারক্রবদা বাপানা সেবা তৌখি; মতম অদুদা মপুরোইবনা মঙোন্দা পদ্মিনীগী মশিংদা লৈবা লাইফ ইন্সুরেন্সকী সেনফম লুপা লাশীং তরা-থরো য়ারমদা য়াবা পাখি। অশেংবদি বীণানা ওসি লাক্লিবা অসি মপুরোইবনা হায়রবা বাশিং অদু মীংশিংলক্তুনা পদ্মিনীগা অনোবা মরী অমা থম্বা হোৎনে হায়রুনা লাকপনি, মহাক্না লাইফ ইন্সুরেন্সকী সেনফম অদুসু পদ্মিনীদা হাইফেং কাডশোক্লী'হ, অদুবু মহাক মহুমদি কাওথোকপা ওমদে। মহাক্না ইমুং মসুংগী, নৈতং"

লাইরবী, মচা লাইরিক অমগী য়ামী কয়া পদ্মিনীদা শাকা হৌরকই; য়া ভাগনা ভাগনা ময়ক মরক্তা মপি ঈয়া চেল্লকই, নূকথদুনা মমায় থয় নৈলথোক্লগা ইল্লিবা ফিগী মচীনা মমিৎ অদু ঙৈথোকই। মচানুপা অদুনা ভাব তাদনা মমাদা খোয়জগনা য়েংদুনা লৈ।

ইমুংগী অয়াবা য়ামী শারকপদা মহাক্না হায়রকই, "এদি লরায়দা হোৎদুনা লৈখ্রগে হায়নদুম থল্লে।"

"করি লরায়দা ?" পদ্মিনীনা হাইক্কেৎ ঙক্না হংলকই।

"ওইনামদা ইনে অমা লৈ, মাগী মনাক্তা।"

"মহাক্না করি শুরক্নি ?"

"মথোয়গী লৌউবা মতেং থয় থয় পাংলগা হিংবা য়াই।"

"অদুম তৌরবদি অঙাংশিংদি লোইনা মাঙলগনি।"

পদ্মিনীনা হায়বদু চুম্মী হায়না খনবগুম তৌনা বীণানা তুমিন্না লৈ।

বীণা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না কুইনা মনে, অদুগী মবাক্তা লৈরম্মী, লৌশূবা য়াওরকই; খুঙংগী পুন্সী অদু হৌখিকফাওবা মমীত্তা উদুনা লৈরি, অমুকসু মতম কুইনা হুংঙাই য়াইকনা লেক্নরবা মতুং অসিদদি মহাক শিনকন-অদুদা। অমুক চঙবা ইঙময়ক ঙমগদবসু মাল্লে।

পদ্মিনীনা নহানমথৈ কুইনা কৌবা ফংজুরবা "ইমা" হায়বা য়াইদুনা খঙহৌদনা শীজিন্নদুনা হায়দোকখি, "মহুদি চক্তননা কৈ, ইমাখোয় এখোয়, লৈত-লাইরা য়েংনদুনা।" সিদা "মম লৈপক্কনি।"

পদ্মিনীগী মচানপগী খোররুপা পুম্নবা রাইহেশিংছু তাবনা মসক অঙোম্বা-বাপাগী ঙম্মোয়দা থুক লাউবা পোক্লকই, ভিখারী অমগুম্বা মুথীং হুন্দনা লাকপনি, অদুম্না মুংশিবগী রাহৈ থম্নদুনা তাপনি হায়বসি ওক্লোকা থাজকদে পাক্লবা ঈথক হবৈনা পক্লবা পুন্সী ঈপাক্লা খোঙলোই অমা লৈরবগুম পুক্নী লুম্না পোক্লকই।

অদুদগী ওহাক্তং তুমিন্না লৈরগা অপোকপী মমাগুম মুংশিবা মাম্মা বীণানা জ্ঞান তানা পদ্মিনীগী মরমদা অমুক হায়রকই,

"অদুগী নংগাকম্থু থবক অমদি তৌশিনবা চুমে।"

"উম, ঐমু কোয়থি থিরিবনি, ইতৈনম্থু মতা চাবা থবক অমা য়েংবীরকনি হায়।"

ওহাক্তা মতুংদা ঘড়িদা পুং নিপাল তাবগী পুংজা য়ৈরকহ। খোঙনাউরোমদা য়েংখোকখিবদা থাবল ইরঙ লংনা থোক্লমে, ওগীমি সন্ধ্যাদা মংবা নৌং খূদিংমক মাঙখিরমে, মপাল্লোমদগী মালিকা অমম্থুং থাবল্লেগী লৈনমহু অঙৈংবা মুংশিংনা খোঙনাউ-রোমদা হুমজিল্লকই। মপাম্দগী কনাগুম্বগী থোঁদেম্বা মখোল অমম্থু তাবকই।

বীণানা হৌগংলহুম্না হায়রকই, "অহুদি ঐমু হন্নগে, নহাকম্থু খোংমা কাদোক ঐখোয়দা চখোরকউ।"

"উম, শোয়দনা চখোরকে" পদ্মিনীনা খুম্মী।

মখোয় মরী অরী মার্কোলদা খোকপিম্নরকই

বীণানা হুবন্নবা মতুংদা মহাক্না লাক্লম্বগী মরমসি পদ্মিনীদা অতকপা অমা ওইনা লৈহৌই। অদুমকপু বীণাগী মকক্ম রাভাও

অত্থুদগী ওইবা য়াবা মরম কয়াদি পদ্মিনীগী তাবনা অত্থুম শাগৎপা ওস্মী।

নহানমথৈ মহাক্না বীণাগা অমুক্তা নকশিন্নরুদে, থোইনত্থুম শাউত্থুনা মাগী মরমদা কনাদস্থু করিমতা হংল্লুদে, অত্থবু মহাক ওসিদা থওই মহাক্কী হান্নগী রাথল অত্থু লান্না লৌরম্বা য়াই, মরমদি বীণাগী মশক অমদি রাডাডত্থুনা মানা হান্না থক্লম্বা রাথল দগী য়াম্না ওন্নবা মিন্ন'শিগুম্বা গুণ অমা উৎপগুম ত্তৌই। পদ্মিনীনা থল্লকই মীশক অত্থু নহানমথৈ মপান্না ঙ্খিংলিংথ্রুদা পুশিন্দুনা যূমদা লৈমিন্নরম্নবদি মাগী অচৌবা করিগুম্বা অরাংপা অমা মেনথংলম্বা যাই, অত্থবু করিগীদমক্তা মপানা মত্থুম তৌরমত্রিবনো হায়বত্থুদি মাগী পুক্নীংনা লাম্থা ফংদ্রে।

২

তুমিং থরনিসি পদ্মিনী থবকীদমক্তা চেনবদা চোকথরে। মহাক্না নোংমা মমান্নবীশিংগা লোয়ননা এমপ্লোইমেণ্ট এক্সচেঞ্জ অফিসতা চত্তুনা মিং চনশিল্লুরে অদুবু মতুগী থোইনা কাল্লবা ফংগনি হায়বদি আশা তৌদে। মফমদুদা থবক্কী মরমদা হংবা লাকপা নুপা নুপী কয়ানা ফিভো ফৌবগুম শৈহৌবদু উরুবদা মহাক থম্মোয়গী লাইমন ওই পুকচেল পীকথরকই, থবক হায়-বদু মপোক অসিমগী ফংলরোইদবগুম থল্লকই, মশামক্তু মীয়াম মরক অদুদা মমল অমুম অমুম হত্থখি।

তুমিং য়ুংবদা পদ্মিনী মমায় মুশুক মুশিন্না নয়ুমদা হল্লকই। মাগী মাম্মনা মনাক্তা চওশিন্দুনা লেপ্লগা হংলকই, "কমদৌরকই ?"

"মিংদি চনশিল্লয়ে," পদ্মিনীনা খুম্মী।

মুংশ'না কাহৎলবা পদ্মিনীগী মকশিল্লবা মায়থোঙ অদুদা মাগী মাম্মনা ছাইফেৎ চময়না তাব তাদনা য়েংলম্লুনা হাল্লরকই, "মিং চল্লুয়বদি কংদি ফংগনিদদা ?"

পদ্মিনীনা, মুন্না খণ্ডলোইদবা মাগী মান্নদা রা শাংখবা তৌদনা খুন্নকই, "হেক কংগদবদি নত্তে খর অশুম ৱাইগদবানি।"

"ফরে ফরে।"

মাগী মান্নতু খোকখ্রে।

পদ্মিনী মকি মরোল হোংদোক্লগা কমুংদা চেপ্না হিপ্তুনা য়াম্না কুইনা রাখল তৌহনা লৈরে।

ঙহাক্কী তুংদা মপালদা কনাগুম্বা অমা লাকপগী সাইকলগী মংখাল তারকই; পদ্মিনী শৌগত্তুনা খুয়াগী ফিয়ানখোক্তা যানবা হঙ্গামপাল মচুগী ফিমতেক অমা ইল্লগা মাঙ্গোলদা খোরকই, শুমাঙদা চহী তরানিংখাইমুক শুরবা নূপামচা অমা সাইকল পায়তনা তুলসীবোং ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্বা উরে।

মহাক্না হংই, 'ইবুংঙো করিনো?"

মহাক্না নূপামচা অহুবু মশক খঙদে, অতুবু নূপামচা অহুনদি মাবু মশক খঙবা মান্না খর পাখৎলগ তৌনা খুন্নকই "ঐ থাংমৈবন্দদগীনি, ইচ রাগখোয়গা লৈমিন্নবনি। মানা নঙবু অমুক্তা লাকউ, অকবা রা ভাঙনগদবা লৈ হায়বকই।"

'ঙসিমক লাকউ হায়রকপ্রা?" পদ্মিনীনা হংই।

"উম" অঙাং অহুনা মখুৎ থেক্ক থেক্কহুনা খুন্নকই।

"ফরে, ফরে ইবুংঙো লাক্কে হায়য়ু"

নূপামচাহু হনখ্রে।

ফুংথিলগী মতম ওইরক্লে। ঙসায়মথৈ য়াক্ক শারম্বা মুংশাতু লৌশিঙ্কি লেমখ্রে, মুন্না শংবারবা অকিম্বাদা খোক্লিবা মুমিৎকী

মেত্তবক্লগুবা মঙাক্লনা অশংবা মনা-মশীংদা, মৈবক্লা থোইদোক্লা মীং ঊঠবক্লি, অঙৌবা মুংশিংনা হুমকপদা পুক্লীং হকচাং রেক-থংহল্লি। পদ্মিনীনা পুখ্রীদা চত্তুনা মথোঙ মথুং হ্লাক্লদোক্লুরে, মমায় মমীং তাথোক্তুনা মচেথোক্লদা চংনবা থৌরাঙ তৌরে। মতুক্লা অঙাংবা ফনেক অমা শেংলে, হীগোক্লা লাংবা শাড়ি মতেক অমা ইত্রে অঙাঙবা খুলিংবাংবী থোঙউপ অমা তোংলে। মমী মায়কোক্লতু থবদং কেবরা মখুংদা থঙহৌদনা মঙালগা লোয়নবা মৈচিনক্লগী থোরকপা পাক্লগুম্বা ফজবা ফিনা খুমথগা লেমহৌরিবা ওকশম, পাম্বোম, থোঙ খুং হকচাংগী শক্লক খুদিং-মক্লগী ফজবা কুহগী অথকপা মঙাল অমা ঙাম্নোরকপগুম তৌই।

মহাক্লা মচেগী মযুম য়ৌবগা, মচেগা ফমিন্নদুনা রাগী শারকই।

রাণানা হায়রকই, " পদ্মিনী, এনা কৌরিবনি নঙগী থবকী রাতুগীনি। নতেনা কদায়দনো স্কুল অমদা ওঝা অমা হাঙলি হায শাল্লিবা মীশিংতু মাগা ফনা থঙনমাক্লে।" ফমাংদা থাবা ফক অ.দা ফমহুনা স্টোভ অমদা চা লোল্লিবা মচেবা শোরক্লিবা ঈশিং অহু চামচ অমনা ওংনা ওংন। অমুক শমথরকই, "পদ্মিনী, হন্দক্তি মতা ফনা চায় ওইহুম ওইহোরো।"

"মফম্ন, কদাযদনো ? কবি স্কুলদনো ?"

'ওসায় মানা চায়রমহবু.' রাণীনা মঙক থাক্লত্তুনা থল্লগা হায়রকই, "এবু কাউবেনহে ইবে লৈতোক্লা লৈবে।"

য়াপীনা ওংলম্বা চামচ অহু পাম্মখন্তুনা ভহাক থম্নুনা লৈ।

মাগী মনাক্তা ফক অহুদা ফম্লিবা পাম্মিনীনা মচেগী থা মঙারোমু শুরবা অঙাং অহু মতম্বাক্তা পম্নগা অঙাংগী মখুত্তা শিরিবা লুপাগী খুজি অহু উক্ক উক্ক লৈহুনা শাম্মিরগা হায়রকই, "ফরেদা মফমগীবুদি ইম্না য়াহৈ, য়াম্না পাম্মক নম্রবদি।"

মচেনা কিংলপ্না হায়রকই, "হহে, থবরহু অাসিদা লৈবনি য়েংউ, এডভরটাইজমেণ্ট অহু য়াওই হায়বনি।"

মহাক্না হেৌগত্তুনা মমাঙ কাদা চঙখ্রে, অহুগা "প্রজাতন্ত্র" কোপি অমা পুথোক্তুনা মনাউনুপাদা পীরে।

পাম্মিনানা ফাক্তোক্তুনা য়েংবদা হরোহ লোহবা পনায়দা মথাগী অসিগুম্বা এডভরটাইজমেণ্ট অমা থে নরে:

"য়ামত্রবদা চহী অনী তম্বাবগী এক্সপরিয়েন্স লৈরবা ইংলিস ফজনা হৈরবা বি এ, ওঝা অমা পামজৈ। দরখাস্ত থাবীনীংবশিংনা মথাগী ঠিকানা অসিদা এটেষ্ট তৌরবা মার্কসিট অমদি অতৈ টেস্তিমোনিয়েলশিংগা লোয়ননা নভেম্বরগী তাং ২০ ফাওবগী মমুংদা দরখাস্ত য়োহনবীরকপা য়াগনি। ভলবতি গ্রাস্ত-ইন-এড ফংবা স্কুলশিংদা ফংনরিবহু অহুম ফংগনি।

'হেডমাষ্টর,
"ডি নিউ পোপুলার গার্লস হাই স্কুল,
কলকত্তা।"

পদ্মিনীনা এডভরটাইজমেণ্ট অদু হল্লিন হল্লিয়া প্পারকই।

মধাক্না লৈরিবসি থাগেমপল্লিদনি, মফমথু য়াম্না লায়বক্তি নত্তে, অদুবু পদ্মিনীনা হাইফেং থজানবা উবদা মচেনা হায়রকই, "হৌজিক্কিদি অদুম তৌশিনখো, হয়েং মতা চাবা লাক্লগা কোক্না হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াই।"

পদ্মিনীনা খল্লিবদি মফমগী ব্রা ডাক্তা নত্তে, থবক অদুগী ওইবা য়াব-য়াদবগী মরমদনি অহানবদা মাগী ওস্তীবগী এক্সপরিয়েন্স অমতা লৈতে, অনীশুবদা মহাক ইংলিসতা মার্ক থক্তিক্কমক ফংই। অদুবু মহাক্না অমুকসু খল্লি মতৈনা অহুক কোয়া হায়রম্লিবা অদুনদি মহাকা তৌবা ডম্বা করিগুম্বা থব লৈরম্বসু য়াহ।

মুংথিলগী পুং মস্তামুক তাবা মতম অদুরাইদা মতৈ হল্লিরক্লে, পদ্মিনাবু উবদা মহাক্না হরাউ-হরাউনা কৌরম্লগা ফম্ফম কাদা ফম্নব হায়রম্লগা মমায় মমাং তাথোকপা থোকখ্রে। মীকুপ থরগী মসুংদা মতৈদু টাউএল অরাংবা অমনা মমায় তৈথোক্লদুনা চডলক্লগা পদ্মিনীগী মমাডদা থাম্বিবা চৌকি অমদা ফম্নরে।

মহাক্না হায়রকই, "রাহু'সিনি। সিংজমে মথা ককরাদা লৈবা 'ডি নিউ পোপুলার গার্লস হায় স্কুল'দা ওম্বা অমা হাপকদৌরি, মহুগীদমক নও'শুম দরখাস্ত অমত্তং পাজিল্লু হায়গে তৌবনি। মখোয়গীদা হেডমাষ্টর ওইরিবা রাজেন হায়বদু ঐগা লুনা তিজবা মরুপনি; হায়দু ঐন্না নওসী মরমদা হাইফেং রারী শাখ্রবনি, মহাক্না হরাউ-হরাউনা মতা য়েংসি হায়খিবনি।"

মশানা থাজবা ইংলিসকী রাইহে পরেং অমা ইথোকপা ওমদে, কক্কম পাম্নরিবা মপূংনা থকাওবা শোরণা য়াম্না ফুইনা রাখল তৌহুনা অমুম লৈরে। পূং তরারোন তারে, মী পুম্নমক চেক-মোক লাউথিরে। মহাক্না ইকম ইথও থওলক্ত্রবদা ইবগী নমুনা মেংদম হায়হুনা থায়না তুমখিবা "হাইয়র ইংলিস্ গ্রমার "হু থিবা হোৎ-গৎলকই, অদুর উপু মন্নংদা তম্নদবা লাইব্রিক ময়াম মরক্তা য়াওখিহুনা থিকম খওদ্রে। মমৈদা মহাক্না য়াম্না রান্না রাইহে খরদং ইবা হৌরকই, মহু অমুক ককই, অমুক ইথৈ, মতুম্ভু অমুক ককই; অমুম তৌহুনা অককপগী অককপা ডাক্তা ডায়খ্রে মপুং ফাহনবা ইওম ওমদ্রে। কাইনথংদা মহাক্না মশানা মশাবু থাজবা অহু অমুম ব্রাংশিল্লক্তুনা চে কলম লোইশিল্লগা ফমুংদগী এলে-ক্ট্রিক লেম্পা অহু থাংথহুনা ফমাংদা কূপ্তুনা থম্লিবা অঙীংবা চাক্তু চানবা থোৌরাও তৌরকই, অদুবু রাখল কুইনা তৌমনখিবনা কোক্তু ইরুম লুম্বগুম তৌদুনা চাবদা পূক্লীং চওদ্রে, য়োংশিনবা ইয়া য়াদ্রে। মহাক্না থুনমক চথোম অমা অনী হুক্লগা মখূৎ হামদোক্তুনা ফমুংদা চওখ্রে।

ফমুংদা চওলবসু মহাক তুমথবদি য়াদ্রে, চীক্লবা মতম অদুদা মাগী কোক্তা মথল কয়াগী রাখলনা ঈরোং ফানা চেনশিল্লকই। মাগী ভাবতা মমা অতোপ্পী বীণাগী উপায় লৈতবা শকফম অদু উরকই, মানা হায়রম্বা রাইহেশিংদু নীংশিংলকই, থবক্কী ওইবা য়াব-য়াদবগী মরমদা অমুক থল্লকই, অমুম্না অথেওবা অহীংগী অচৌকপদা মাগী পূক্লীং-রাখলদা লৈরিবা ভাব অদু ময়েক

শেংবা হেনগৎলকই। অদুবু নহানমথৈ খেওনা ভূমথবা মাদবা মতমদা থনখিবা রাথলগদি ওসিগী অসিগা মাম্নদে। ওসিগী রাথল অসিদদি আশাগী মঙাল থক্সিক্কং ফাওরকপগুম তৌই। মহাক্না করিগুম্বা তলব চারবদি কয়াদা মুংঙাইগবা। মী অনীতা চাবা ইমুংনিনা মাগী তলব অদুনা লেমপানা কোন্নগনি, অদুগা মমা অতোপ্পী বীপাগী ইমুংস্ত মানা থর থর য়েংশিনবা ঙমগনি। অসিতা নত্তনা শেংনীংবা ফিরোল অমদি অকে-অমৌগী পোৎ-নচিংবা থরগু লৈবা ওম্বা য়াই। অহানবদদি অকংবা উনাগুম মঙোন্দা আশাগী মহী ময়াই য়াওরুদ্রে, হৈনীংবা পোক্লুদ্রে অদুবু ওসিদি মঙোন্দা মুংঙাইবগী ঈফুৎ অমা ফাওরকই, অশাবা মরুভূমিগুম উরুরবা সংসার অসিদা থঙহৌদনা উনপুবা মুংশিং শীৎলক্কুনা পুক্নীং-হকচাং তেকথৎহনবগুম তৌরকই।

নোংঙাল্লগা মতৈ মোহন্না মী উন্নরুবগী পাউ পুত্থনা লাক্লে।

মহাক্না হায়রকই, "মখোয়গীসি মমুংদা য়েৎনবা থরদি লৈ মমুংদা অন্দরগ্রেজুয়েট পোষ্টতা পুবা মী অনী লৈ। মখোয়বু হন্দোক্লগা অনৌবা মী অমা হেক হাপকদবদু থর লুনা থোকই অদুবু মখোয়গী হেডমাষ্টরনদি হৌজিকফাওবা অদুম য়েংসি হায়রি।"

ফক্তা ফম্লিবা মাগী মাম্মনা হংলকই, "অদুগা মখোয়গীদুবু সেল-থুমগী রাদি কমদোই নঙনা পল্লুদ্রা?"

"ঐনা মদুগী রাস্ত হাইফেৎ হৌদোকই মদুদা মানা হায়বদি হন্দকীসি সেঞ্জা- থুমজা তৌরোই, অনৌবা স্কুলগা

অডা শিংগী পরীক্ষা তৌরিবা কানি। অডাং থরনা মমায় হন-গত্তনা ইবা লাক্লরি, থরনা ওঝাদা কিরূপ বিরূপ য়েংত্নুনা শিন্নবা লাক্লরি থরনা মচীন্দ মুরুন মুরুম শোন্দুনা ইবত্নু অমুক অমুক লেপ্তুনা ফাবকপা পাবা অত্নু নীংশিংনবা হোৎনরি। কা মনুংদা ইর্নভিজিলেসন ডিযুটি তারিবা ওঝা অনীত্নুগী মনুংদা অংগি চহী কুনমঙামুক শুরবা নহানি, মকি-মরোল নান্না শেংলি, ফুরিৎ অংঙৌবা অমা লীৎলি, মুরৈনবা তেবিউলগী খোঙ্গ্রাঙ্ক অমা শেংলি, কাপ লংনা থারবা খোঙউপ অমা উপ্পী, মশম নান্না হাংলি, ফাবমত্নু রাং চাউই খোঙ তোন মাম্নৈ, নোল্লুকপা মতৌ অমা লৈবা মমায়ত্নু ইকাইথিবা পাঙদবা মতৌ মাল্লি, অত্নবু রারী রাতাই শাবদা তম্বা মী অমদি নত্তে। ওঝা অমত্নুনা থর অহন্নি চহী নীফুমঙারোম শুরবা মীওইনি; মহাক্না শেং চারিবা অমোংপা ফুরিৎ অংঙৌবা মকক, উংরাউবা মচুগী খোঙ্গ্রাউ, মল্লবা অমুবা পম্পম্লুত্র, থদাঙ অমনুং নাতোন শূমাওদা

থজিক্কং লম্না হৌবা কোই, তা'লপ তৌবা লৱাই অহুদা থোইনা অমুক হাংলুবা তৌদনা মখূৎনা হেক্তা ইশম শম্না নানখৎপা ম্নাবা লম্না হৌবা কোক্কী শম, লাইবক অমদি মীৎপান অনী-মক্তা থুইরবা মায়থোঙ পূম্নমক অহুনা মহাক নহা ওইবগী মতম লাঙ্খোকখিহুনা হাইফেৎ তম্থরবা মশাদা কেনীংবা য়াওব্রবা, সেল-থুমগী, য়ুম পানবগী, মচা মগুগী হিবমদা হেন্না থোয়্জড-লবা মী অমনি হায়বা উৎপগুম তৌই। অহুমকপু মহাক করি-গুম্বদা নহা ওইরিবা মীশি'দা নূপীগা লৈনবা মরীগী মতা দা পাউত্তাক পীবা হৈনবা মীনি। মশা নানবা নহা অহুনা মখূৎ তুংবুম্না অহাংবা চে থর পায়রগা কা অহুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, অহুগা অহল থর ওইরপ তৌবা ওঝা অহুনা টেবল মথক্তা মথোঙ অনী য়াম্থহুনা ফম্নি। অহুদগী ওঝা নহা অহুনা ছাত্রী অমা অনীদা চে য়েল্লমগা টেবল ময়াদা চঙহুনা লেপখ্রে, অহুগা মথোয় অনী ৱারা শাবা হৌরকই।

টেবলদা ফম্লিবা ওঝা অহুনা হায়রকই, "ঐথোযগী স্কুলদা মপালদগী ওঝা নূপী অমা হাপকদোরে, তাবীরব্রা?"

"কদায়, ঐদি তাদ্রি, হান্না অন্দরগ্রেজুযেট পোষ্টতা পুহুনা লৈরিবা ওঝা' ইবেচাউবীগা, বেণুকাগদি?"

"মথোযবু হেডমাষ্টরনা পামদে।"

ওঝা নহা অহুনা থঙই হেডমাষ্টর রাজেন অসি শক্তি লৈবা মীনি, মানা নীংবা অহু কমিটিগী অতৈ মেম্বরশিংনা কয়া কম্না য়েংপা ঙমদে।

মহাক্না হাইফেৎ অর্থ লৈনা খজিক্কং নোক্কুনা মখূৎ নোই-রক্লুনা হায়রকই, "মীশক্কু খঙনীংখে্রদা।"

ওঝা অমত্তুম্ম মরো লৈনা হাইফেৎ নোক্লকই, মহাক্না রাজেনবু মশক মুম্না খঙই।

মতম অত্তুদা রার্নিং তাখগী কাংসি য়ৈরক্লে, ওঝা অনীমক চে খোমজিনবনচিংবা থবক্তা পূরীং চঙখে্র।

ওঝা নহা অত্তুগী মমিং আনন্দ কৌই, অত্তুগা অমখুগী মমিংনা বসন্ত কৌই।

পদ্মিনীনা নোংমা চুপ্পা রাখল মুম্না তৌরগা, লাইরিকন-চিংবদা নমুনা য়েংত্তুনা দরখাস্তত্তু ইখি, অত্তুগা য়ুমলোন্নবগী অঙাং অমা থাত্তুনা স্কুলদা শিলহল্লুই। মত্তুগী মতুংদা হৌজিক মহাক তূমিন্না লৈরে। থা মখায় অমরোম হৌজিনখে্র। মতেঙ্গ লাকখিদ্রে, পদ্মিনীগী মপূক্নীংদা য়াম্না খোয়রাঙ খোয়শাউনবা পোক্লকই। অত্তুবু নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা পোষ্টমেন অমা লাক্কুনা মখোয়গী কোম্বোঙদা লেপ্লরে। মতমত্তুদা পদ্মিনী শুমাঙ মতোন্দা ফি শুত্তুনা লৈ; মহাক্না থুনমক মখূৎ তৈথোক্কুনা হাইফেৎ লাঙতক্লনা পোষ্টমেন অত্তুনা পীরম্বা চিঠি অত্তু লৌ-শিলহৌই। মহাক্না মফম অত্তুমক্তদা হাংদোক্কুনা য়েংবদা ইন্টর-ভিয়ুগী চেনি হায়বা খঙলে, মথংগী নিংথৌকাবা মুমিংকী অয়ুক পুং তরামাথোই তাবদা ইন্সপেক্টরগী অফিসতা সেলেকসন বোর্ডকী মমাঙদা মাবু লাক্লবা চে অত্তুদা ইরি। মত্তু উবদা

মহাক মশাত্থ অপুম পাখৎপা পোক্লকই। মহাক্লা ইমুংদা চঙহুনা চেহ্থ মোন মথাদা থনম্নগা মপালদা অমুক পোরক্কুনা ফি অমুক শূন্নক্কে, অহৰু পূক্লীংদি লৈথা ইতা তাক্রে। মুমিক্তু শগোলশেন মুমিৎনি, ইন্টরভিয়ু তৌগদবা মুমিক্তু মরিনিদা ডায়রে। খুন্নিবা ফিশিং অহ্থ কাবক কাবক থাদোক্কুনা মুংশোদা ফৌরম্নগা মহাক ইমুংদা চংলক্লে।

মুংথিল য়ৌরগা মহাক্লা থবক অহুগী মরমদ। অরেপ্পা ৱা অমা থঙনীংলহুনা মচেখোয়দা চৎনবা থৌরাঙ তৌরকই অহন্ তাঞ্জা অহদা মপালদগী নূপাগী খোঞ্জেল অমনা মাবু কৌরক্লে। পদ্মিনী থঙই, খোঞ্জেল অহ্ মচেগীনি।

মহাক্লা মপাল থুনা থোরক্কুনা য়েংবদা মচেহ্থ ইকে কেনা লৈশাবী মচাদোনা মথক্তা লাকপা উরে; পদ্মিনীনা নোক্কুনা হায়রকই, "ইমা, ইচে নঙদি অঙাংগা অমতা য়াওরক্কনা নথক্তা লাকপ্রা?"

"উম, লোইনা থনম্নগা ৱাইশংনা লাক্লবনি।"

"ঐন্থু হৌজিক্কা নখোয়দা লাক্কে তৌরম্নিবনি।"

রাণীনা ইমুংদা চঙলক্কুনা মেন তানা ফমথরগা হায়রকই, "নঙগীদুগী অরেপ্পা অমা থঙলগা লাক্লগে হায়তুনা লৈরবনি।"

পদ্মিনীনা থঙনীংবনা শাওতরুনা মরক থক্তুনা হায়রকই, "করি করি হায়নরে?"

"নঙগীদু ওইবদি য়ানা লৈরে," রাণীনা অচেংপা খোনফম অমদা হায়রকই, "মখোয়গী হেডমাষ্টরনা ঐখোয়গীদমক্তা কম্না

লেপ্লি, মখোয়গী সেল্লেরক্কন বোর্ডকী মী থুরহি ল্লাগ। খুল্লা ল্লেংমাল্লে, মল্লোয়লা হায়রিবনা মখোয়গী মল্লংগী মীল্লা থুদোংচাবা পীসি 'সিনি। অদুবু লৌজিল্লি থোইনা রাজকীং-ডাই লৈত্রে, মখোয় মরৈয়েংপা কাওবু অদু নতেন্না লোইনা উন্নক্করবনি; মানা থর কূপগনা রারী শাবদা মখোয় থুনিংমক তুমিন্না লৈখে। 

লূকথহুনা তুমিন্না তারম্বদগী পদ্মিনীনা অপ্পা হংলক্লই, "মখোয়না তুমিন্না লৈখিবহু সেলগী রা ওইরিনি ?"

"মহুদি মশানা তারবা রানি, হেডমাষ্টরদদি লৌরাই হায় ।"

"অছুগা ঐখোয়দি কদায়দগী সেল থিক্লনি ?"

রাণীনা রাথল হাইকেং থন্থরগা চীংলম্না পুক্লই, 'অদুবুদি তৌদবা য়াদবনিনা থিদুনা হুমদুনা হোৎনবা হায়বদুনি ।"

পদ্মিনীগী শুকফম হল্লিম্না লৈরিবা মতৌ অদু উবদা মহাক্না হায়রিবা রা অদুনা মনাউনুপীবু থাজহল্লে হায়ক্না উরুদুনা রাণীনা মওকশমদা শিরকপা সনাগী লৗকুমরী অদু মথুং ওইন্না চিংথোক্লুনা উৎলগা হায়রকই, "ঐগী লৗকুম্মরী অসি য়োহল্ল অহুমগীনি, মসি বন্ধক থম্লগা লুপা লীশাং অনীদি কংবা য়াই, মদুদগী কথিগুম্বা কোমদবা থোক্লবস্থ ঐনা শীনগনি ।"

হন্নক্তি পদ্মিনী মচেগী রাসি তাবদা পুক্কীং থর লুমে, মায়থোঙ মকালায়ক্লে ।

মচীন মনাউ রারী কয়া হৌদোক্লহুনা শান্নরে — পুম্নমক ইমুং মচুংগী ভাক্তনি। মহুদা পদ্মিনীনা হায়দোকখি, "নহা-নমুক ইমা অতোপ্পী বীণা ঐখোয়দা লাক্লম্মী, মাপ্ন মচা শিশকশিংহুগা য়াম্না রারমাল্লে।"

"করি করিদি হায়রম্মী ?"

"মানা হায়রবা হায়রবু ঐখোয়না খর খর য়েংশিনবি-রকউ 'সিনি — ঐ পূক্নীংদদি নোক্নীংলকই, মাগা ঐখোয়গা করিম্নু থেম্নবা নত্তে।"

রাণীনা করিগুম্বা রা অমা নীংশিংলকপগুম তৌনা হায়রকই, "ইহে, ঐ রা অমা থডলে। নডদি মানা হায়রিবা অহুম্মী ভাব তাবা ওম্নম্লোই, নডনা লাইফ ইন্সুরেন্সকী সেনফম থর ফংগদবা লৈবা অহুগী মরমদা ঐগা নহান উন্নবদা মানা পল্লকই — মচুপীহুম ওইরিনি।"

'কদায়, ঐদি করিমতা থডদে, মানম্নু হায়রমদেনা।'

"শোয়দ্রবনি, ঐডোম্দা রা ওইনা হায়রক্লবা অসিনি।"

পদ্মিনীনা মডক নোম্নগা হায়রকই, "উম, ওইবা তারে, মানা ঐখোয়দা য়াম্না কুইনা রারী শাহুনা ফম্নম্মী, অহুবু করিগুম্বা রা অমদি ইহৌ চৌদোকপা ওমদনা চংথিবগুম তৌই।"

মচে চংখ্রবা মতুংদা মহাক্না মমা অতোম্বাগী উপায় লৈতবা মতৌ অহুগী মরমদা থল্লগা মিঙুংশি পোক্লুনা মপুক্নীংদা লেপ্লে, "ফরে, হৃরেং সেনফমবু ফংলগা মডোম্নু থর থাইবিবা তারে।"

থবক্কী মতাংদা চঙগদবা সেল-থুমগী মরমদা মচেনা পুরা মায়রোঙ য়াখিবা অহুদা পদ্মিনী রাখল য়াম্না রাইশংলে। মানা হৌজিক তৌগদবা হায়ববু মাগী ইন্টরভিয়ুগী হোংনক্ষম থোকপা অহুতা মঙায়রে। মহাক্না মকওইনা ইংলিস হৈনবা অঙাংশিংনা তম্নবা ইংলিসকী টেক্সবুক, গ্রমার, ট্রান্সলেসন কয়া থিহনা পারে, জেনেরেল নোলেজগী শক্তকম্ব খর পাশিল্লে। অহুবু নৌমা কোলেজ থাদোকপদা ডায়রিবা ওইবনা মশানা মশাবু থাজবা ইভম ভমত্রি, মীমাঙ থোকপা ইকি কি।

অহুবু থঙহৌদনা ইন্টরভিয়ুগী মতম য়ৌশিল্লকই, হোংনগদবনা রাংহৌই, পাগদবা কয়া পাহৌদে, থঙগদবা কয়া থঙহৌদে, হৈবা ইহেন হেনগত্তবগুম মপুক্রীংদা ফাওই।

ইন্টবভিয়ুগী নুমিৎ অহু লাক্লে।

পদ্মিনী নুমিৎ অহুদি যাম্না কেনা ফনেক মপান্নাহবা অমা শেংলগা, অতিয়া মচুগী ফি অমনা মথক্তা শাডি ওইনা হাইগত্তুনা শেংলগা মহুগী মথক্ত। কোম্নারোং মচুগী, মপান লোনবা সাল অমা ইল্লহুন, মশমহু বেনী লোন্দুন মপান্দা থাদরগা অনৌবা পুক্রীংহুব। শকফম অমগা লোয়নন ইন্টরভিয়ু যাওবা চংলুই। মহাক য়াম্না হৈনখিদে; পোষ্ট অদুগীদমক্তা লাংখিবা মী কুনমুক অহু নুপা ডাক্তনি, নুপীদি মাস্তনি, মখোয়গী মচুংদা থরদি ফনা অহল ওইবফাওবা য়াওরে। মযামদু উবদা মহাক মশাদা মিপাইবা পোকখি, মশাদু মমল কবিতা য়াওখিদ্রবোই নীংখি, মাগী পুক্রীংদা মঙোন্দগী হেন্না মতীক চাবা ওইনা উরিবা

মীওই থরদ্ ছক্লেক্তুনা মাবু থনবিরকনি হায়বদ্ ওন্থোক্ থাজখিদে। মহাক পুন্সীদা অহানবা ওইনা থেংনবা ইন্টর-ভিয়ুনী মৈশাদ্ থাওবদা বাখি। মিনিট তরামডামুক মতোন্দা রাহং হংখিবহু মহাক করি থুমখিবগে হায়বহু নীংথিনা ভাব তাহৌদ, থোরক্লগদি ভাব থব তারকই; রাহং থরদি থওনা থওনা ওন্না থুমথ্রে।

# ৪

নোংডাল্লগা পদ্মিনী অমুক নৌহৌনা লাঙতক্লবা হৌরকই, ঙরাংগী মঙন্নচিংবদা করি মঙথিবগে হায়বা থল্লকই; অদুবু মহাক করিমতা নীংশিংবা থোক্লে, ইন্টরভিয়ুগী কুইনা ঙাইমনবদা মশা চোকখদুনা হেক তাবগা তূমথি; মঙগ অমতা মঙখিদ্রবগুম তৌই।

পুং তরামুক তাবা অদুরাইদা মরেপ য়াংবা মযাঙ কংবা ফৈজোম শেংপা, মুগা মচুগী ফুরিৎ পূময়াৎ লীৎপা মীয়াই চল্লবা নূপা অমনা শুমাঙ মতোন্দা লেপ্লুনা মাগী মাক্ষদা য়া থর হংলরে। মদু হেক উবমক্তদা পদ্মিনী শাই লাউই, মশা অদু থক থক নীকপগুম তৌরকই, থবাক্কী মিহুল অদু দঙ দঙ চোংলকই, মীকুপ্পু পুন্সীগী মমল য়াম্নবা মীকুপ অমগুম থল্লকই—মীওইবগী ওইবা য়াবা থোদোক্কী মাঙজোননা পুক্নীংদা ফাওবা ইঙ্গিৎ অদুননি মহাকপু লাঙতক্লহল্লিবদ।

পদ্মিনী মপান্দা থোবক্লে।

লাক্লিবা নূপা অদুনা পদ্মিনীদ ঙক্নীন্দুনা হায়রকই, 'ইবেম্মা ওইরব্রা পদ্মিনী হায়বীসে ?''

"অহোই, মাম্মি করি ওইরবনো ?"

"ইবেম্মবু স্কুলদা হেডমাষ্টরনা ওহাক্তা য়ৌবীরকউ হায়, মতুগী হায়জগে লাকপনি।"

মাগী ৱাতু তাবদা পদ্মিনী থবাক্তা চোংলিবা মিতুল অহু কনথংলকই, হৱাউ শুংঙাইবগী মথুম মৱাও হৌবা ৱাথল অমা থম্মোয়দা ফাওরকই।

মহাক্তা মতম চানা শোয়দনা য়ৌরক্কনি হায়না খুমখ্রে অতুদগী চাপরাসী অতুনা শূমাঙ মতোন্দা থিল্লিবা অমনবা সাইকল অহু ঈন্দুনা খোঙকাপ লাওনা লাওনা থাংদুনা চংখ্রবদা, শূমাঙগী চুথেক্তা পয়া শিতুনা লৈরিবা মাগী মাম্মনা ঙাঙনখিবা ৱা অহু ভাব ইতা তাহৌদবগুম তৌনা হংলকই, 'করিগীনো ? নঙগী থবক্কী ৱাতুগী নত্রা ?''

পদ্মিনীনা মায়থোঙ মকালান্না খুমই, "উম, মাম্মি মাম্ম, ঐবু ঙসিমক স্কুলদা লাকউ হায়রিবনি।"

মাগী মাম্মনা পয়া শিবা অহু লেপ্লগা পদ্মিনীদা হৱাউবগী মীৎয়েং অমা য়েংলতুনা হায়রকই, 'থল্লক্রবজাংলা ?"

"ঐ অমুক্কং চংলুথিগে মাম্ম, অতুগা থঙগনি।"

পদ্মিনী ঙসিদি হৱাউবগুম, শুংঙাইবগুম, খোয়রাঙবগুম মথন্তা মফম ইথঙ থঙদবগুম তৌই মঙগুম্না তৌই। অকোয়বদা লৈরিব পোৎ খুদিংমক মমল য়ামথংলকই, মখোয়সু হৱাউ শুংঙাইবগী মরোল অমা লোল্লকপগুম তৌরকই। মহাক হান্না চাকখুমদা চাক থোংলম্বনি, মী লাকপগী মখোল তাবদা

থোরকপনি, মমায়দা শৌবা হুমাং অহু ফি মচীনা তৈথোক্লগা অমুক চাকথুমদা চঙখ্রে।

পুং তরামাথোইমুক ভাবদা পদ্মিনী মযুমদগী থোরক্লে, মহাক ইণ্টরভিয়ু মুমিংকী অহুগুম্না ফি নাম্না শেত্তে, ফনেক হীগোক অমা শেৎলি, সাল কোম্নারোংহু ই গ্র মশাদা লীক-কোল থোইদোকপা য়াওদে নারাউবী অমংংদি নাদা চিল্লি। মহাক্না শেৎলিবহু ছাত্রী ওইরিবৈঙগী ফিজোল অ৭মক্না অঙাংবা, মরীপানবা হেন্দবেগ অমা সাইকলগী ফ্রেমদা যান্দুনা পুই।

নিংথমথাগী মুংশাহু মেঙই, অতিয়াহু মায়কৈ পুম্নমক্না পুমশেং শেংই। সড়ক অচৌবদগী য়েংবদা নম্বুল তুরন্দু ংকং কংনা উই, ঈশিং মতৎ মতৎ ওইনা লৈ, মহু উবদা মহাক মরম খঙদনা কিবগুম্বা বাখল অমা পোকথি। লম্বীগী নাকন্দা হৌবা মনাপুংবা অচৌবা থোংনাং পাম্বীগী মংোন্দা কাকশিংনা কোয়না কোয়না পাইহুনা থোংই। মী খুদিংমক স্কুল, কোলেজ, অফিস, কানখিবা মতমদগী থর থেঙথরহুনা লৌ অহু ফনা য়াম্না হাঙই। মরক মরক্না মোতোর কারগী অহৌবা হোর্নগী মথোল তারি, মথোয়হুনা কন্না থৌখিবগী সড়ক্না উফুল কাহৌই। মহাকনা লম্বীদা লাক্লা লাক্লা স্কুল মচা অমা উই, থোঙ-নাউদা য়েংবদা থোঙ্গ্রাউ হাগোক, ফুরিৎ অঙৌবগী ড্রেস শেৎপা ছাত্র থরনা ফাল মথক্না লেপ্প উই. ওঝ অদুনা কা মমুংদা চৈ অমা পায়রগা চৎপা উহ, কাহু ছাত্র ময়াম্না লাঙবগী রা-রা নিনবা মথোল তাই—মথোম্বশিং অহু উবদা মহাক মপুক্লীং

ইনৌ নৌথোকই মরমদি মহাকম্বু ওসিদগী হৌনা কা ম্রুংল্লা চৎলিঘা ওঝা অহুঙম্বা অঙাং কয়া পাল্লবা হৌরগদবনি।

ৱাখল থম্বা থল্লা শ্বাকপনা পম্মিনী ককল্লা য়েম্রেরে, সুড়ুক অচৌধগী ম্বাম্বা চঙশিন্দনা মমাং নোংপোক ওন্দুল্লা শাল্লিল্ল ভিজন অঙাঙবনা কৃশ্বা স্কুলগী শঙ অহু উরম্লে। স্কুলগী গেটতা "ঙ্কি নিউ পোপুলার গার্লস হায় স্কুল" হায়ডুনা অমুবা তৈবা ভিস্তদা অঙৌবা ময়েকা শেংনা পাহুনা লৈ। খিংথংপা কুইত্রিবা নৌনা গ্রাস্ত-ইনএড ফংবদা ডায়রিবা স্কুল ওইবনা ম্বাম্বা মওঙ তাবা বিলডিং অমা ওইত্রি। স্কুল অহু শঞ্জ নিকুমুক শাখা চাউরবা শঙশাং অমনি, শুম্বু ঙোরোক ঙৌনা তৈবা ফক্লাং অহু অঙাংশিংনা থোৎপগী দাগ ম্বাম্বা লৈ, অৱাংথংবা নাকন্দম্বু কীম্বুবা থর ম্বাওরে; মথাখম্বা নাকন্দা শাগৎপা ফনা কুইরবা অহুবু লোইশিনবদি ঙমত্রিবা, উহু নোংথাঙ চাবগী মুশুক মুশিল্লা থাম্নবা মথক কুপত্রিবা অনৌবা স্কুলগী শঙ অমা লৈ। নাপী শংত্রিক শংনা হৌবা চুথেক নাইবা স্কুলগী কম্পাউণ্ড অহু থোইনা চাউদে, অকোয়বদা য়োৎলি তারা অনদি উপাক অমনবনা সম্বল থায়, ভিম্ব অমনবনা মমায় ওইবা গেট অহু ইহাং হাংদোক্কনা লৈ।

পম্মিনী পাক হেক চঙবা হঙোইহুনা গেট ময়াদা ঙহাক্ক লেপ্পুনা য়েংলকই, স্কুলগী কম্পাঙ্কা ফনাম্বু লৈবা উদে; ভেমেন্দাদম্বু ফনামতা চৎপা উদে; অঙাংশিংগী লাওবা থোঞ্জেল

অহুতমক তায়, ওঝা অমা অনাগা অঙাং পাম্নবগী জুহোৎবা মখোলসু তায় । অসুম্না পদ্মিনীনা নীংজিং ম্নাওজিংনরা লেপ্লু্না লৈরিবৈদা ওসায়গী মঙোম্দা পাউ পীরবা চাপ্রাসী অমসু য়োং শক্তেক অমা পায়রহুনা ভেরেন্দাগী থাঙেন্দা ম্নাল্লিবা কাংশি অচৌবা অহু য়ৈগদবগী থোরকই । মহাক্না পদ্মিনীনা লেপ্লু্না লৈবা অহু উরবদা কাংশি অহু য়ৈরম্নগা গেটলোমদা থোরক্লু্না পদ্মিনীবু কৌশিল্লরে, অহুগা মথূংনা থিন্দুনা তাক্লকই, "য়েংউ ইথেম্মা, আদগী ময়ায় কাসি, মসি হেডমাষ্টরগী কানি, মহাক মশাগু লৈবনি — চঙবীয়ু মহাক্না য়ারী শাবীক্লে ।"

পদ্মিনীনা থোঙফম চেৎনা, মরু লূক্না, অকোয়বদা হাইকেং য়েংহুনা গেট অহুদা চঙলক্লে, মহাক্না উরে শঙশাং অহুগী ময়ায় থংবা কা অহুগী থোঙ মথক্তা "হেডমাষ্টরস রুম" হায়না থাবা অশীকপা অমুবা উপাক মচেৎ অমা নপ্লি, থোঙ অহু অঙাঙবা, হেন্দলুমগী পর্দা অমা খল্লি ।

পুং তাথিবগী ভেরেন্দাদা ওঝা ময়াম মরী মরী মাগী মাগী কাদগী থোক্লরক্লি, অঙাং থরসু মখোয়গী কা মপাদা য়রু-য়রু থোরক্লু্না য়া-য়া লাওই, থরনা লেঙ্গোয়হুনা নোক্লা নোক্লা য়াম্না শারগা ওঝাগী মতুংদা ভেরেন্দাদা চৎপা য়াওই । পদ্মিনীনা সিড়ি মপং মথং কাথৎলকপদা মখোয় অমা অনীনা মুঙোম্দা য়েংহুনা মুরুম মুরুম য়াম্না শাখি ওঝা অমা অনীম্ন লৈনা মঙোম্দা হাইকেং য়েংলুকই । থোঙ মপা য়োরগা, পদ্মিনীনা পর্দা অহু তপ্না হাইদোক্লু্রে মমুংদা হেডমাষ্টর মাকেন কহিওবা

অমা ইহুনা চীংলেয়া কমহুনা লৈরম্মী। মহাকপু উবদা মমায় 'হৌরংলকই'।

মহাক্কী পাম্বিনীবু হরাউ-হরাউনা কৌশিল্লকই। পাম্বিনীনা থম্ব কৌইবা মতৌ উত্তুনা টেবল মম্বাদা লেপ্পুরে। রাজেননা মভোম্বা টেবল মমাঙদ থাবা চৌকি অমদা ফমবা হায়রককই। পাম্বিনী তুমিম্না চঙহুনা চৌকি অহুদা ফমে।

রাজেন্ চুকট অমা থক্কুনা লৈরম্মী, মক্কা লোয়ননি, ব্রাউথাংনবা স্যুট অমা শেংলি, চঙ্গী কুম্ভামঙ্গামুক্কগা বরললি। মহাক্কী নাতোন শুমাঙ্গদা চরাং মঙা মাবনা মুশুক মুরা মকোই অমা থাকই য়েংবদা চীংলেম্মী, হাইফেৎ মতীক লৈবা মী মাল্লি। মমায় অহু য়েংবদা থবক্কা য়াম্না চেকশিনগদবা মী ওইনা উই, অহুগা মীনা কিবা শক্তম অমম্ব ওই। মাগী পীশুম অনী অহু থর শুকই অহুবু নোক্কুনা হরাউ হরাউবা মতৌ উৎপন্দি অহুমক পকচে। মাগী মমায়হু উরী থু খিবগী দাগ য়াম্না লৈ কয়া নান্দে, থাউ লংনা তৈবা মশম অহু মুশুক মুনা লংইং শনজেৎনা তপ অমা হাংলি। মচীনবাম্না নত্তনা মমীৎ অনীহুনা তোঙাম্না মোমোন লোক্কদা বা ঙাঙবগুম তৌই। মীশক অসিবু উবদা পাম্বিনী খাম্বনীবো মমম খঙদনা কি তুকচবা রাথল অমা পোক্লকপগুম তৌরকই।

রাজেনমা ইরবা কলম অহু টেবল মথক্কা লৈরিবা টক্টেবল অহুবো 'মুংহ্নন' থম্বগা, অনীংবা থবক অমা মায়পাক্না পাঙথোক্লবগী থুংতাইবা মতৌ উত্তুনা পাম্বিনীদা হায়রকই, "হন্দকী এপোইন্টমেন্ট

অসি নডোন্দা তারে, ঐখোয়গা সি মতম ফুইনা ওঝা, রাজ্জুনা লৈবনা অঙাংশিংনা হৈরাং থোকপদবগী থোরে, অদুননি এপোইন্টমেন্ট লেটরগা অমত্তা থোক্কিদ্রেদা হায়না কৌরক্লিবা অসি— অদুনা নহাক ঙসিদগী হৌনা থবক পূবা হৌরো ছাত্রীশিংগা শক থঙনরো।"

"য়াম্না ফনি ওঝা," পদ্মিনীনা মরু লূক্রা শোইহাননা খুম্মী।

অদুদগী রাজেননা মাগী মমায়দা য়ংলগা অমুক হায়রকই, "অদুগা নহাক থবকসি থর চেকশিন্না তৌ হন্দক্কী থবক হাপ্পগী মতাং অসি লান শাথ্রবনি. নডোন্দা য়েংশিনবা থর য়াওরকপা য়াই মতুদি ঐনা হায়দ্রবসু নহাকনা হেন্না থঙলম্বা য়াবে। হায়না অন্দর-গ্রেজুয়েট পোষ্টতা পুথিবা ওঝা নূপী অনী অমদি শাউত্তুনা ইন্টর-ভিয়ূ কাওবা য়াংদ্রবনি।"

পদ্মিনী মরু লূক্রা টেবলদা য়েংলগা রাজেননা হায়বা য়া পূরমক অদু তূমিন্না তায়।

অদুদগী ঙহাক লৈরগা রাজেননা টেবল মথক্তা লৈরিবা চুরুট মথী কপ্পোক্রবা পাত্রদা থুদোক্লীনা ফাম্বী কন্থরগা মপাল্লোমদা য়েংদুনা হায়রকই, "য়েংউ অশেংবদা শাগৎলিবা অনৌবা স্কুল শঙ অসি, ঐখোয় ওঝা য়াম্না অঙম্বা কনট্রিবিউসন পীনদুনা হোংলবনি। মন্দিদগী লোইশল্লগাদি ঐখোয়গী স্কুল অসি মওং তাৎপনি, কাপ্পী অয়াংপা লৈরোই।"

পদ্মিনীনা হায়রিবা য়া অদু ভাব তারদুনা মহাকসু স্কুল অদুগী চাওখৎনবগীদমক হোৎনবদা অঙম্বা শরুক য়াগনি হায়না খল্লী।

রাজেন্দ্রনা খাল্লিবা কোই অহু শূপকত্তুনা নোক্লগা হায়রকই, "ম্যা করে ।" অহুদগী মহাক্কা ভন্নীবগী মরমদা অমুক শমথরকই, "অহুগা রা অমনা, লাইরিক লাইগু থর ফজনা পাহুনা, অহানবা হেক চঙবদা মখোয়দা থর ফজনা ইমপ্রেসন পীনবা হোৎনৌ। মহাক্কা লৌগদৌরিবা সবজেক্ট অসি ইংলিসনি, তাকপদা থর লুবা অহবু ক্লাস নাইন টেনগীদি মহানমগৈ ওবা রাংলিডৈদা ঐনা লৌরম্বনি, মথোয়গী ঐনা অহুম লৌরগে মহাক্কা ক্লাস সেভেন আইত্তা ইংলিস তম্বীয়ু, অহানবা চঙবদি মহুনা মুংঙাইগনি। অহুগা নীংশিংগদবা অমনা হান্নগী ওবা শিংবা ইংলিস তাকপনা মওঙ অসিমা পুমশোয় শোয়রবনি। ট্রেডিসনেল মেথোডতা ট্রান্সলেসন তৌহুনা তম্বীহুন, অহুম লৈরবনি, ডাইরেক্ট মেথোড তৌহুনা অনৌবা মওঙগী মতম্মী তৌহুনা অচাংশিংগী ভাঙবগী শক্তি থর হেনগৎনবা ইতৌ তৌরমগে অহুনা অনৌবা মংম্বী তৌহুনা ঐথোয়না মওঙ অমা হোৎদোক্লবা তৌসি, অচাংশিংসি থবদি ফগৎহনবা রাত্রা য়েংসি।"

মহাক্কা হায়রিবা রাশিং অহু পদ্মিনীদি ভাব ইত্তা তাদে অহুবু মহাক্কা থরায় চঙনা তাশিন্নবা শারে।

রাজেন অসি বি এ, বি.টি. নি; স্কুল অহুদা ট্রেন তৌরবা ওবা অসি মহাক মথন্তনি অহুনা মহাকসি মরমদগী, হোইদোক্লা হৈহুথোইশিংথোইবা শাহুনা টিচিং মেথোডকী মরমদা ওয়া অতৈং-শিংদা তাকপগুম্বা হেক হেক তৌই।

মিনিট তরামঙামুক মরী রাতাই শারকা মতুংদা রাজেননা টেবল মঙ্গক্তা লৈমিবা কোলিং বেল অহু শীংজুনা চাপরাসী অমু কৌশিল্লি। নূপা অহু চঙলক্কুনা মনাক্তা লেপ্লরে।

রাজেননা হায়রকই, "তাদা ওঝা নলিনী অহু থর কৌশিনবীরকউ।"

নূপা অহু থোকল্লে।

মীকুপ অমগী মতুংদা ময়াঙ কংবী, কুহু ভৌবী, আনোক উপ্পা, মী রাং চাউবী, মমায় শাংতক ভৌবী য়াম্না তপ্পা মানবী চহী কুম্থ্রানিথোইমুক্কী বয়স ওইগদবা নূপী অমা কা অহুদা চঙলকই।

হেডমাষ্টরনা মঙোন্দা পদ্মিনীগী মশক তাক্লকই।

নলিনীনা পদ্মিনীরোমদা ওন্সীন্দুনা শকথঙনবা হৌবগী মওঙদা হাইক্লেং নোক্লকই।

অদুদগী রাজেননা পদ্মিনীদা অমুক ওঝা নূপী অদুগী মশক তাক্লকই "ত্রৈখোয়গী ওঝাসি এসিসটেন্ট হেডমিসত্রেসনি, মহাক্তা লোয়ননা রুটিন্নচিংবা য়েংমিন্নরুরো।"

পদ্মিনী নলিনীগা লোয়ননা হেডমাষ্টরগী কাদগী থোকমিন্নরক্কুনা ওঝাশিংগী ষ্টাফ রুমদা চঙমিন্নরক্লে। ষ্টাফ রুম অহু মরাক মমুং হাইক্লেং মান্নবা কাজাউ অমনি, নূপা নূপী পুম্নি —ক্লক্লমদনি তোঙানবা। কাহুগী মথাখংবা শঙ্গক্তা ফি অশংবনা কুপ্পা অশাংবা টেবল অমগী অকোয়বদা চৌকি তরামুক ইকোয় কোয়ন্না থাহুনা ওঝা নূপাশিংগী ক্লক্লম লৈ—মহুদা ওঝা নূপা

অনীথক কমচুনা মুক্তম মুকম য়ারী খারম্বী, মহাক চঙলকপা উঙ্খল মগোয়ণী য়ারী শাখা অচুদি পেপুনা মঙোন্দা কপ্লপ কল্লপ য়েংলকই । অরাংথংবা নাকন্দা ওঝা নূপীশিংগী কষ্ষম লৈ, মচুশিং টেবল মচা অমখক্তমক থাই মনাক্তা বেঞ্চ অমগা চৌকি অনীগা লৈ, ওঝা নূপীদি কনাস্তু লৈরমদে । কাগী খা নোংচুপথংবা কাচিন্দা টেবল মচা অমগী মথক্তা থম্বা ঈশিং হাঙ্গা চক্ষু অমা থিল্লি । নোংপোকথংবা নাকন্দা অলমারী অমনম্বা অমা থিল্লি মনাক্তা মেপ মকোল মরাম থম্লিবা উগী ষ্টেন্দ অমা লৈ; মচুগী মনাক্তা লৈবা টেবল মচা অমগী মথক্তা চোকা ডষ্টর থরগা পূমডো ঙোনা চাইথাইদুনা লৈ ।

নলিনীনা পদ্মিনীবু নূপীশিংগী কষ্ষম অদোমদা চৌকি অমদা ফমহনলগা শষ্টিচ অপাকপা অমদা নপ্লিবা কটিন অচু পদ্মিনীগী মনাক্তা পুশিল্লকুনা য়েংশিন্নবে ; মানা তাকপা মতুং ইন্না পদ্মিনীনা চে মচেং অাদা মহক্কী পৌফম থোকপা ক্লাসকী কটিন অচু শিল্লে ।

মুমিৎ অহুমদি নলিনীনা মহাকপু ক্লাস অমখক্তমক চঙ-হল্লি, অদুগা ওঝা ময়ামগা শঙথঙ-মায়থঙমহল্লি।

ভরিদি পদ্মিনী অহানবা ক্লাস চঙবদা ছাত্রীশিংনা “ঝা” হায়রনা কৌরকপদা ফোঙদোকফম থঙদবা থুক লাউবা রাখল অমা প্লোকখি, মিক্কী অদু মহাক মশামক্তা য়াম্না চুশিল্লদবা অমত্তম থোকখি । ভস্মায় দুষ্কমাষ্টরনী কাদা ফম্লিবৈদা মহাক্তা ভাঙবা ভাবগা মহাক মশামক থুরবা পালকোরু অমগী মমুংদা

য়োংহল্লিংনা পুনশিঞ্জরবা মী অমগুম মপূক্লীংদা ফাওথি; লাই রিক তম্লিডৈদদি আশা য়াম্না চাউথি মরম অদুনা অসিগুম্বা শিনফম অসিদা নৌনা চঙলকপদা থঙহৌদনা মহাক্কী পুন্সীগী জগং অদু থংপীক পীকশিল্লকপগুম লৌথি, মতম অদুদদি মহাক্কী আশানা উচেকুম্না পুন্সীগী অহাঙবা মাংদা রাংনা পাইবনা পুন্সীগী হকথেংনবা মশক অদু মুন্ন থঙবা ঙমখিদে. অদুন্নু ঙক্লিদি মহাক মত্ত থঙবা হৌরক্লে।

## ৫

পদ্মিনীনা ষ্টাফ রুমদা চঙলকপদা ফম্নবা ওঝা নূপাশিং অহুম্নী মমুংদা অমদি আনন্দনি, মহাক্না পদ্মিনীবু উবমক্কুদা ফাওখিবা রাখল অদু কনাগুম্বা হায়না মশক উরবা, মমল লৈনা লৌবা মীশক অমা চঙলকপা উবদা "মহাক ওইরে" হায়রবা অঙকপা, খুংঙাইবগুমম্মু তৌবা অদুগা মহুমক রাহৈনা ফোঙদোকফম থঙদবা রাখল অদুনি। মহাকনা পদ্মিনীবু খঙবা হুইরে, পদ্মিনীনা মহৌশা জি, পি কোলেজদা পি, ইউ, সি, তম্মিঙৈদনি; মতমদু মহাক বি, এ, পাস তৌবতা ভায়রি, পদ্মিনীনা মমাম্নবীশিংগা নোংতম্না নোকথেবা, রাম্নী শাবা অফা-অপুন লৈতবা ঈনখৎ-লকপা মতমগী শাওঙ শাদা পুম্নমক্কী অপুনবা ফজবা মতৌদু মাগী থরামগী অসিনমরোইরে হায়বা শুম্নাৎপগী মুর্ত্তি অমা ওইখি। ফজবা নূপীগী মফমদা লৈবা ঈশ্বরগী মঙাল অমা পদ্মিনীদা উথি, মঙাল অদুনা মাগী থম্মোয়বু মথুম মরাঙ হোৎহনখি। ঙসিম্মু অদুগুম্বা মঙাল অহুনি তম্হরবা, চাক্লবা মরেক মহাউ রাওত্রবা অপীকপা স্কুল অসিদা ভাল্লরিবা! হুমিং অদুদগী মাগী পুন্সীগী অনৌবা তাঙক অমা হৌরগনবগুম মপুক্লীংদা কাওরক্ই।

আনন্দ চহী মরিরোম গুম্বে হুল অসিদা ওবা ওইরকপা। মহাক লাইরিক-লাইস্নু ফনা হৌরকই, বি, এ, দা ডিষ্টিংসন কং ছুনা পাস তৌবনি, অদুবু লায়রবদগী মহৈ মথা তমথবা তমথিবে পুন্সীগী অহানবা তাওনা ফংবা থবক অদুদা পেন্থোক্লা অদুম পুন্সী লেম্লগে থল্লবা নহা অমনি। থবক চঙবা মতুং অহানবা চহী অমা অনী অদুদি মহাক লাইরিক লাইস্নু তমথনীংবা ইফিল অমা মশাদা কম্না ফাওরম্মী, অদুবু অমুম ওবা ওইবা হুইহিন্নি-ল্লকপগা লোয়নন। মশাগী লাইরিক তম্নিংবগী হৈনিংবা পুম্নমক মাওথিরম্মী। মহাক্কী পুন্সীদা অমত্তা ওইবা অচৌবা আশা অম লৈতে, অদুগা অরাংবা থাকী থবক চঙবগী চাংয়েংশক্তিকন্নু য়াওগে নীংলুদে, মহাক্না থবক অহন্নী মত্তেংনা অমুম চন্না হিংবা পাম্মী। অদুবু মাগী চন্না লেনবা পুন্সী অসিদা খারি গুম্বা ধর্ম্মগী লাইরিকশিংনা মত্রগা অচৌবা মীওইশিংনা তান্নবা মতুংইন্না অচুম্ববু পান্না চৎপা মীওইনি। তাইবঙ মীওইবনা মানা মানা লেপ্লিবা পুন্সী মম্বেল, থাক্রবা, সমাজগা মরী লৈনবা মওঙ অদু য়ান্না মরনাইগী ওইবা পথাপ "অমনা ওঙচনা হেন্না" অচুম্বনি হায়না থঞ্জবদু মহাক্না য়ানীংদে অচুম্বা হায়বসি মতম চুম্লদা ময়ান্না য়ানরবা ধর্ম্মগী পাউতাকশিংগী মরী লৈনথা-পন্থোয়দা ফাওরকপা ঈশ্বরগী ওইবা মওং অমদি হায়বা মহাক্কী লৌষ্টি। মহাক্না মশান্না মশাবু নমথাক তৌরবা মতুংদা অচুম্বা চৎশিন্নবা পামদে, সমাজনা চৎনরিবা মপাললোংগী "অচুম্বনি" হায়না লৌনবা অতপা থন্থোয়সুন্দগী মথক্না ফাওরকপা অতৈগী

মঙাল অতুগা করিগুম্বনা য়াম্না থেন্নে; মরম অতুনা করিগুম্বদা সমাজগা চংনরী কয়াবু মহাক্না কুপ্না শীননংবা য়াওরকই, অতুগা অমুক্তা মপুক্নীংদা মীওইবা সমাজবু কুপ্না পেন্দবা পোক্লকই। মহাক্না মখুম্না হেক হেক থল্লকই, "করিগীনো মীওইবা অয়াম্বনা য়াম্না চুম্থরবা হায়বদি অচুম্বা চংপা, নেশা চাদবা, মীবু খুং-শিবা-নোক্নকপা, চৎথোক্কবা, মীচৎ-মাখ্লাই নাইদবা হায়বা লমচৎ-চুম্নমক অসি চংপা ওমদ্রিবা? কনাগুম্বা, সমাজদা চম্না লেনবা মীওই অমগী মরাংবা থাক্তা লৈবা মীওই অমফাওবা মপাল্লনথোংদা তৌশিন্নবা নত্তনা করিগুম্বা মশাগী অচেৎপা অকবা নিয়ম অমগী মথাদা হিংবা ওমবদি সমাজ অপুম্বগা হুংজাইবা ওইরোইদ্রা? মী অয়াম্বনা অচুম্বা, ফজবা হায়বদু খঙদনা, মঙাল্লগী মায়কৈদগী অমুম অমুম থাপুতোকখ্রগা, মখোয়গা লম্বী অদু চুমথোক্নহৈনা থল্লিবা করিগীনো? মখোয় মখোয়তা চুংচবা নত্তনা মী অয়াম্বনা মখোয়না মখোয়গী লম্বীদা পুশিন্নবা হোৎনরিবা করিগীনো?" মহাক্না চম্না লেনবা মরম্নাইগী পুন্সাদা অকুপ্পবা, মানা থাজবা নিয়ম খুবদি ঙাক্না চংপনা। কনাগুম্বা সমাজগী মীওই খরনা মখোয়না অকুবনি থনরা? লৌচৎ কয়াবু চংনবা মঙোন্না হৈথিল পীরক্লরদি মহাক থাজরা য়াম্না রায়। মরম অসিনগী মহাক্না সক্ক য়ামদে, অদুবু মহাক মীওইবা খুদিংমকপু হুংশিনবদি পাম্মী, অদুগা মানা থেংনরদা মীওইবা খুদিংমক্না অহঙ্গুম্বা খুংশিবা অদুগা মতীক চাদে, মীওইবা কয়াদা পোক্ক-পদগী চীথোরকনা কত্তবা শুপ কয়া লৈ। মরম অসিনা মহাক্না,

"ঈশ্বরদা ভক্তি লৈনা মীওইববু ঈশ্বরগী খুৎশেম" অমনি খন্দুন মখোয়গী অশোম্বা লমচৎ কয়াশি "অদুগা লৌয়নবা ঙমশিব ওয়বা হোৎলে।

নূপীবু মুংশিনবগী মতাংদদি আনন্দ কন্নাগুম্বা নূপী অদুগা মুংশিনবক্তি, পদ্মিনীবু অহানবা উবদা পোকখিবা অপামগী মুংশিগী রাখল অদু মাগী পূল্লীগী অহানবনি, অদুবু মহাক রাখল অদু কৌতং-দোকখিদে, মডোন্দা ময়াম্না লৌনবা মুংশিবগী অর্থ মরোম অদুগা খেন্নবা অমা লৈ, মহাক্না মুংশিবা নূপীগী মূর্তিবু লাংচবা মওঙদা অদুকী মতীক মমল য়াম্না লৌখিবনা মশামা মশাবু মমল হন্থনা খল্লি অদুগা খোংদোক্না মনাক নক্কবদা আকিবা পোকই মরম অসিনগী মহাক্না মতম অদুদা পদ্মিনীগী মনাক নক্কবা ঙমখিদে। মহাক্না নূপীবু মুংশিবদা আত্মাগী ওইবা অপেনবা, ঈশ্বরগী ওইবা মুংডাইবা, খোংদোক্না ইন্দ্রিয়গী ওইবা মুংডাইবদগী লাপ্না লৈবা অরেপ্পা লৈতবা মওঙ অমদা পূমপেন লৈস্থোক্কব গুম তৌই "মুংশিবদা ঈশ্বরগী ওইবা মুংডাইবা লৈত্রবা অমদি অমনা অনগীদমক্তা মীওইগী। মবীক অমা শিন্নবা লৈত্রবদি মদু অশেংবা মুংশিবা নত্তে," মহাক্কী যাম্না চম্ম শাজবা রাখলনি। অশুম্না মহাক্না পদ্মিনীবু মুংশিবদা মহাকী শাজবা রাখল কয়াশি অসিদা যুক্ষম ওন্দুনা মুংশিখি

নোংমা অডাংশিংগী চহী পরীক্ষা তৌবা হৌমংনি। মতমদু জন্মুয়ারি থানি। নোংডানবদগী মালংদা লৈচিন্না রাখৎ-

রেনথ চৌনা মরা থাকিহন। মতক্তা মী অমগা অমগা মাইক্লেং বক্লা চংনবগুওবা মশক উনদে। নুপাশিংনা কোটকী ফুরিংথাউদা মথুং হুমজিললগা, হোন্দোক্লকপা অমগী নকিলাক উনা, থক থক নীক্লা কুংনা থারবা লৈচিন অরক্তা সিংদ্রি কামক্লবা চংবরি। পরীক্ষা হৌবা মতম য়েংশিন্নবদা নুপীমচাশিংনা মচু কয়াগী শামতু স্কুরিং, কোট লীত্তুনা নত্রগা সাল মচানচিংবা, ইন্দুনা নিংথম্বদগী মচীনবাম্ব ইমু মুশিগ্মা ফুলগী লেটতা অমদি লম্পাক্তা চডলকপা উই।

মরিং অাবগী কাংসি মৈত্রবদা অতাং থুদিংমক মথোয় মথোয়না তাবা কাদা। চডহুনা ইরাও লাওনা দেক্স অমদগী দেক্স অমদা মথোয়গী থোক নম্বরশিংহ থিবা হোংনরি; ওঝাশিংগ হৌনবী চে মাহং চেনচিংবা পুহুন মাগী মাগী কাদা চন্নরে।

আনন্দমু পরীক্ষগী ডিউটি লৈ, অহনু মানা লাকপহু থব পেল্লক্লে, কাইনেল বেল য়ৈখিবা ওহাক ওগরে, মপাপদা কনাসু লৈবা উরে। মহাক থব পাখংপা পোক্লকই, হেডমাষ্টরগী কাদা সই তৌবা চডম্বগহু নিংকোক নিংকোক তৌই, অহবু মাইবক কবনা মাজেন মতমহুকাওবা কারক্লমত্রি, করিগুম্বা মহাক লৈরম্ববদি আনন্দ অথিবা থোল থবা শোয়দনা চারমগদবনি।

মহাক্লা থুনা য়াউনা মাগী ডিয়ুটি তাকম রুম নম্বর ৫ গী মপাদা লাক্লে। ওম্বোকনা মতৌনি! পদ্মিনীসু কাহুদা লৈরে।

চে, রাহং-চে লোইনা য়েম্বোকপা লোইখ্রে, অঙাংশিংসু ভূমিন ভূমিন্না মাগী মাগী পাউখুম ইবা হৌনখ্রে। পদ্মিনীদ্ রাম্না কেনা উই, খবাল মচুগী ফনেক নপাম্নাইবা অমা শেংলি, ভাঙ-লৈনবা ফি অমা ফনেক মথক্তা সাড়ি শেটনা শেংলি; মহুগা অতিয়া মচুগী শামতু ফুরিং অমা লীংলি। ফুংলোমদা খেনী লোন্দুনা থাদল্লিবা শমহুগী অাহেনবা মচা খর কাম্প তৌন চুবাদা তারি। মহাক্না মখুৎ অনীহু মাঙলোমদা লোখিল্লদুনা টেবল ময়াদা লেপ্লি। আনন্দনা মাবু উবদা মফম খঙদ্রন হেন্না পাখৎপা অমা পোল্লক্লে।

মহাক্না মমায় খর ঙাঙলপ্না কাহুদা চঙলক্না হায়রকই, "ওঝা, খব থেঙদোকখ্রমাল্লে!"

পদ্মিনীনা নোক্কুনা পুং তাখিবদা ঙায়রি হায়না খুম্মী।

অহুদগী মখোয় অনী ওহাক রা ঙাওনদনা অপুম লৈ। আনন্দ কাহুদা হঙৎ হন্দা চংলি, গোঙদা অমুক লেপ্পী। পদ্মিনীনা হান্না লেপ্লম্বা মফম অহুদা অহুমক লেপ্পী, মখোয় অনী-মক চৌকিদা অমতা ফমদে।

পুংখায়মুক্কী মতুংদা মখোয়না অঙাংশিংগী চেদা সই তৌথোক্লে, অহুবু মহুগী মতুংদা হায়গুম্না অমুক ভূমিন ভূমিন লৈনৈ। অনীমক্কা পুক্লৌংদা করিগুম্বা হৈনদ্দবা, ইকোই কোইবা, করিগুম্বা অমদি শোয়রে হায়বগুম্বা রাখল অমা কাওবা হৌরকই। আনন্দনা ওহাক হঙৎ-হন্দা চংলম্বদগী মশামককাওবা খঙজ-ক্তৌদনা চঙশিন্দুনা চৌকি অহুদা ফমুরে, পদ্মিনীদি হায়গুম্না

অতুমক টেবল্ল ময়াদা লেপ্লি ।

আনন্দনা করম্না রারী শারগা তম্থবা, মরিং মরাংবা মতৌ অতু কোক্কদগে হায়না খনবা হোংনখিভেদা, পদ্মিনীনা মঙোন্দা মমায় খজিক্কুং ওন্সীন্দুনা খঙহৌদনা হংলকই, "ওঝাদি স্কুল অসিদা থবক তৌবা কয়াম কুইবীরবগে ?"

"চহী মরিরোম ফাঙ্গরে" আনন্দনা ভাব তাদনা মঙদা হায়খিৎদোনা খুমকই।

মহাক্না থোঙনাউরোমদা য়ে থোরকই, মপালদা লৈচিল মরক্তা মশা খর খর হুমদোরক্রে, নাতোন্দা ফাওরকপা ন্নংশিবা পাউডরগুম্বা, থাউমনমন্নুংশিবগুম্বগী মনম্না মহাকপু যাতুগী সংসার অমদা তপ্না তপ্না পুরবগুম তৌরকই ।

"অহুদি কুইবীরেদনা," পদ্মিনীনা হায়বকই ।

"অঙোয়, ত্রি বি এ, ফেক পাস তৌবদগী 'সিদ 'সুম ওঝা ওইজরক্রবনি। "

পদ্মিনীনা মীপূম খূদিংমক্না রারী শাবদা মরূপকুম তৌনা ফোঙদোরকপা মায়থোঙগী ইঙ্গিৎ, থোয়জঙবা মীৎয়েংগী শুস্মাৎপা মতৌ ন্নুংশিবা থোম্থোক পূয়মক তহুনা আনন্দবু হান্নমা মাগা শকথঙনবগুম মপূক্নীংদা ফাওহল্লি। মহাক মশা খজিক্ত কোম্বগুম, স্বর হোম্থবগুম তৌরকই. মমাঙদা লৈবা চে অতু কোনশিল্লহনা থবক্কী মবমদা রারী শাবা তৌরকই। পদ্মিনীনা থবক থিবগী ঙংলকপদা মহাক্না হায়বকই, "ত্রৈভাক্তি অতৈ থিজরে।"

পাউথুম অতু তাবদা পদ্মিনী পেন্দবগুম ঙহাক তূমিন লৈখি,

অদুবু মীকুপ অমগী মনুংদা হান্নগী অহুগুম্না অমুক মায়থোঙ মকা লান্নকই।

আনন্দনা হংলকই, "ঙাদি কদায়দা লৈবিবগে ?"

"খাগেমপল্লিদা।"

"শকমথৈদি খঙজবা কুইরে, লৈফমদি খঙদবা নহান-মথৈ," আনন্দনা হায়রকই।

মহাক খঙহৌদনা মমায় ভাঙশিনখি, করম্না মথং হায়দোকখিবনো খঙহৌদে।

"থবক তৌদ্রিঙৈদগী হান্না খঙবীরক্রবা ?" পদ্মিনীনা হংই।

"ঙাখানা জি, পি. কোলেজদা পি, ইউ সি; তম্লিঙৈদগী হৌনা খঙজরে," আনন্দনা মমায় অতুম ভাঙনা খুম্নকই।

মহাক্না শারিবা ব্রারী অহু মপুক্নীংদা লৈরিবা হায়নীংবা কয়াগা ওন্না তৈননা হায়খিবগুম ইচু চুশিন্নবা ঙমদে।

পদ্মিনী ঙসায়মথৈ লেপ্লম্বদগী থোঙনাঙ মপাদা লৈবা অহাঙবা ফাল অমদা ফমথরকই। হৌজিক্তি পদ্মিনীগী চুবা, চিল্লিবা নারাউবী, নাল্লবা খজাই, ফজরবা নাতোন, চীনবান, খদাঙ, মমীৎ, ঙোরবা ঙকশম পুম্নমক্না আনন্দদা অনৌবা মঙাল অমা থক্লোরক্লে, নহানমথৈ মহাক্না পদ্মিনাবু অম্নুক নক্না অমুক্তা উখিদ্রি। মাগী মায়থোঙগী শরুক খুদিংমক্কগী থোঙ-দোরকপা শুম্মৎপা মতৌ অহু থোংনদুম হেনগৎলকই। থোঙ-নাউ মপাদগী হুমজিল্লকপা ব্রাকচাগী অঙৌংবা, লিরি শাৎপা হুংশিৎনা হুংশিবা মুনমহু মাগী নাতোন্দা অম্নুম ফাওহল্লি।

পদ্মিনীনা মাগী অহাঙবা হেন্দবেগ মরী অদু পায়রহনা শান্নরগা আনন্দদা হংলকই, "ওঝাদি কদায়দা লৈবিবগে ?"

"সিংজমৈদা লৈজে," আনন্দনা খুম্মী ।

অম্মুম্না মুমিৎ অদু ইচম চম্বা য়ারী ওাক্তা শামিন্নহনা শক খওনরা হৌখি । পরীক্ষাগী মতম ফনা কুইবা অদু মখল মখলগী য়ারী ক্ষয়া শাখি, ছাত্র-ছাত্রী ওইরিঙৈগী, তৌরিবা থককী, মী অতৈগী য়ারীকাওবা য়াওখ্রে।

পদ্মিনীহু ওয়্যোক্লা চমথে, মচান মথা য়াম্না মুংশি ; আনন্দনা নহানমথৈ মাবু য়াম্না হঙ্গোইনা লৌরম্মী মহাকপু উবক্তদা পা-খংলি তোরোং-খোদাননা য়ারী শাবা য়াগনি খল্লমদে, মনাক্তা চঙহনা রা অমতং হায়রুপদবা কিনা থোকই, অদুবু মানা নীংলম্বা পুন্নমক ওন্নরমে, পদ্মিনীনা মঙোন্দা ঙসি তৌরকপা মতৌ অদু তশেংনা অঙকপা ওয়াংনীংঙাই ওইবা মরূপ ওইবগী মতৌ অমনি । অদুবু মহাক্লা মকম খঙদনা পাথংপা অমদি — অসিগুম্বা মীশক অসিনা মী অতৈগা য়ারী শাবা থুদিং-দমু ওয়াংপা মতৌ অমা অদুম লৈরমগনি ; মদি মঙোন্দদি করি-গীনো হায়রকম খঙদনা খাঙওয়দবা অমগুম থোকই ।

মুমিৎ অদুদা আনন্দসি পদ্মিনীগী মগুণগী করবা লীপুন অমনা অমুক হেন্না চেংশিন্না পুনখ্রে, অদুবু মানা মুংঙাইতবদি পদ্মিনীগী মীখোনবা মাইথোংগী ইঙ্গিৎ অমদি অচম্বা য়াঙাঙগী মতৌদগী মহাক করিগুম্বা অমতা খঙবা ঙমখিদে । কনাগুম্বী ওয়াং শক্লোন পুবী নুপী অমনা য়ায়া শারিবা মীপুম থুদিংমক্তা

খুংগিনবগুম মাঙ্গাঙ্গাবগী শাফা, তাম্বিবা মীওক অদুবু মরম লৈ-তনা পুক্নীংবা মওং মওং খলহনবা মতৌ ; অদুনি চসি পদ্মিনীনা আনন্দদা উৎপ্রিবা মতৌগা। খুমিত্তুম মহাক হেক্লোইলমদা চওবুবগুম, মঙ্গলী মওকাওনরকপগুম, ময়াই কাবা পোং চারুব-গুম-নাঙ্খল অহু ইতাঙ তাইই। অদুবু খুমিং অদুগী খাক্লীদা পদ্মিনীনা মাকু করম্নাক্লৌশিবগে হায়রবদি মানা থওবা মওমত্রে। চুম্না তোঙন-তিমবা মতৌগা খুংগিবগী মতৌগা কবি গেমবা! ওন্থোক্না চমম্বা মওংনি! থোইদোক্লম্ব পদ্মীগুম্বা মথলগী নুপীশিং অমসুং চমম্বা অহু হেনগৎহল্লি।

অতাংশিংগী চহী পরীক্ষা লোইখ্রে; হৌজিক্তি ওঝাশিংগী থবক করিস্ম লৈতে, লাক্লগা সহৈদং তৌরম্নগা হনখিবা য়াই, অদুবু নোংমকাদোক্তি মথোয়শিংদু স্কুলগী লম্পাক্তা নিংথমখাগী উৎবাউবা মচু ওল্লবা নাপী মপক্তা কমতুনা অমুয়াদি থাগী লৈচিল-নোংকাই মবক্তা থোরকপা লুম্বদমক শাবা মুংশা অহু য়াইহুনা কুইবা বারী শাহুনা লৈবা য়াওই। পদ্মিনীদি বারী শাবদা করাদি য়াওগন্দে, অদুবু কবিগুম্বা মহাক য়াওবা খুমিং অহু আনন্দদা মমল য়াম্বা খুমিংনি, মহাক্না পদ্মিনীগী মতৌ খুদিং-মকপু য়েংহুনা লৈ। মোঙ্গা লোনবদা থৌচিব্রবা ওঝা নুপীশিংনা মথুক্তি লেপ্পুনা বারী শাবদা থওহৌদনা নোক্লুনা মমায় হাই-গৎলকপদা মহাক হুরাল্লুরবা মা অমগুম্না পুক্নীংদা কিথি-কিরুন তৌনা পদ্মিনীবু য়েংলম্বনী লৈংখোকই।

নোংমনা পরীক্ষা হায়দোক্লিংউদা ছাত্রীশিংগা ওঝাশিংগা পুন্না সেন্দ্রাদা পিকনিক চৎলুই। মহুদা আনন্দনা কয়াদা হুংঙাইখিবা! মহাক্না কন্না নাংজবা অনৌবা ফিজোল শেৎলবী পদ্মিনীগী মূর্ত্তি অহুনা মনাক্তা নক্না চৎপদা মহাক্না মপুক্নাংদা কয়াদা পোঙজখিবা! চৎলিবীহু মাগী নওনা অতৈ কনাগী নক্রবগুম মথন্তা খনখি। মুংতি হুমিৎ খূদিংগী থবক্কী থৌদা মরক্তা পুন্দুনা উথিবা পদ্মিনীগা পুক্নীং হূরবা প্রকৃতিগী অচৌকপা দৃশ্য মরক্তা উথিবা পদ্মিনীগা অশেংনমক থেন্নবা অমা লৈখি। তারমদাহ হুমিৎনা য়ৈবদা অরংবা সনামচুগী মঙান্না পক্তোরক্লবা লেঙ লেঙ চৎপা লোক্তাকী ঈথক হৌরবা ঈমায়হু পুন্না য়েংমিন্নখি। মশামক প্রকৃতিগী শক্লক অমগুম উব্রবা পদ্মিনীনা কয়াদা থোয়জঙনা লোক্তাকী ফজববু য়েংখিবা! অনীমক অমতা ওইখ্রবগুম তৌই। চাংলেম্নবা চাং-মান, মপুক তপ্লবা তন্দে-মান্দেনা চেনবা তুরেল, মখোল থোক্না শাৎপা লম্মাঙগী হুংশিং, নিংথমথাগী অমেঙবা হুংশাগী মঙাল-পুন্নমক্না মাগী পুক্নাংদা তম্ফম খঙদব, হুংওনবা রাখল অমা পোকহনখি। মাগী পুক্নাংদা লৈরিবা অচকপা রাখলগী সংসার অহু কনানসু খঙখিদে।

## ৬

পদ্মিনীনা থবক তৌবা মতুং থা অহুম হৌখ্রে, মহাক মশাগীদি অৱাবা থৱ কোক্লে। অঙুবু নোংমদি মানা মমা অতোম্বী বীণাবু নীংশিংলকই; মানা থবক তৌদ্রিঙৈদদি মাগীদা লাক্কনা লৈত-লাইৱগী মৱমদা ৱারী শাহনা মাপী মতেং নত্রবদি হিংবা ঙম্মরোইদবগুম তৌৱম্বা অহু মানা থবক তৌৱবা মতু অসি-দদি মাগীদা অমুক্তা লাকথিদ্রে। মানা থবক তৌবগী পাউস্থ মঙোন্দা খঙহনখ্রবনি।

নোংমা ফাইৱেন থাগী অয়ুক অমদা পদ্মিনী বীণাখোয়দা চংনবা থোৱাঙ তৌৱে। বাণানা করিগুম্বা অৱাবা ফীবমদা লৈৱম্লবদি পীৱমগে হায়দুনা মাগী বেগতা লুপা চনীথক হাপ্লগা পুহনা চংলি।

বীণাগী য়ুমসি কোংবা বাজার মনাক্তনি; বাজারগী মৈৱম-লোমদা সড়ক অচৌবদগী খুটি অমৱোমদং চঙলগা লৈবা হাইফেং চাউবা ইদ্মোল অমদা পীক্কক তৌবা জিজ্বনা বুপ্পা

তরু তরুবা য়ুম মচা অমদা মহাক লৈ । মহ্ পদ্মিনীগী মপানা শারম্বনি ।

পদ্মিনীনা বীণাখোয় য়ৌরকপদা রাপলদগী মুংশা থর হুমদোরকপদা ভায়রি অহুবু মহাক্না উরে য়ুমগী থোঙ অদু লোন্দুনা লৈ, মপালদা কনামতা লৈতে। পদ্মিনীনা শূমাঙ মতোন্দা ঙহাক লেপ্তুনা লৈবদু অরাংগী য়ুমদা লৈবা অহল ওইবী নূপা অমনা উরদুনা মঙোন্দা হংলকই, "ইবেম্মা, করি ওইরবনো ?"

পদ্মিনীনা মমা অতোম্বী বীণাবু হংলবদা নূপী অদুনা হায়রকই, "ইবেম্মা মাদি, মচাশিং অদু পুদুনা ঙসায় অয়ুক চথোকখিবা উই ।"

পদ্মিনীনা হল্লশিনা হায়দুনা হাইকেৎ খঙ্গাননা সাইকল অদু পায়দুনা শূমাঙ মচাদা লেপ্তুনা লৈরিবৈঙ তাঙ্গা অদু-মক্কুদা অরাংগী য়ুনদুগা হেক থংননা লৈরিবা য়ুম অদুগী কোন্থোঙ চঙফমগী সম্বল্লে ময়াম পরেং শানা হৌরিবা মরুম অমদগী থোঞ্জেল অমনা কৌরকুই, 'হায়মা, পদ্মিনী নত্রা ?"

পদ্মিনীনা লৈদুনা য়েংলকপদা উরে মীশক অদু মাগা কোলেজদা লাইরিক তমিন্নখিবা মমান্নবী বিমলানি, মহাক্না মাগী ময়ুমদি খঙখিদে।

'ভাইখোনে রারী শাখিসি," বিমলানা অমুক লাউরকই, অদুদগী মহাক্না লেপ্লম্না সম্বল্লে মরুমদগী থোরক্কুনা শূমাঙ-লোমদা কাওদুনা পদ্মিনীগী মনাক্তা লাক্লে।

মমান্নবী অহুনা পদ্মিনীবু "চা থক্লুখিসি, কল্লুখিসি," হায়দুনা মমূমদা পুশিল্লে। মথোয় অনী বীণাবু ভাইবা ওইনা ফারী কয়া শাক্লকই।

পদ্মিনীনা বীণাগী মমমদা হংলকপদা বিমলানা হায়রকই, "হলক্তি নখোয়গী ইমা অতোপ্পী বীণাসি থর হুংভাইকবনি, ললোনবন্ধু চংলবনি।"

"মহুদি কাপ্পা কয়বা যানি।"

"অহবু পদ্মিনী, ঐনা মতোন্দা পেন্দবা অমা লৈ," মমান্নবী অহুন। শককম থর হজিন্না বীণাবু কুপ্শিবা মান্না হায়রকই।

"করিনো?"

বিমলানা হায়রকই, "নহাক্নু থডলিবা অহুনি মহাক মশক মতৌ ফজে, নহা ওইরি অহুনা ……… ..।" যা অহু হায়রগা বিমলা মমীৎ অহু অর্থ লৈবা মওডা তূকথঙ্ না লকক তৌনা লৈখি।

মমান্নবী অহুগী রাহে অহু পদ্মিনীনা হাইফেৎ ভাব ভানগুম তৌরকই, রাখল অমা থনখিকগুম তৌনা মীকূপ অমতং তূমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অমুক্তা শেংনা হায়য়ু বিমলা, মহাকপু কৈদোরবগে?"

বিমলানা পদ্মিনীগী থোরাংলবা মায়থোং অহুদা অমুক্তং য়েংলগা মাওদা লৈরিবা টেবল মপক্তা মমীৎ থম্মুনা, জ্ঞান জ্ঞান হনলকই, "পদ্মিনী, যা হায়রবু অসিনি ভসিগা থনা যা অমরোম ওয়ে, নুপা অমা মাগীদা হেক হেক লাকপা,

মুমিৎ থরনিসু মাগীদা মরৈথোকই।"

পদ্মিনীনা হাইফেৎ ওক্লা বিমলাদা য়েংলকই।

বিমলানা অমুক মথা শমথরকই, "মীশক অদু চহী নিফু-মুক্কী মথক ওইরমগনি, মশক মতৌ ফজে চীংলেম্মী, ময়াম্না অশুম হায়নববু মংাক্লা ললোনবা চৎপদা খঙনরকপা। তুকান্দারনিসু হায়, অৱেপ্পদি খঙদে।"

খঙহৌদনা পদ্মিনীগী পুক্লীংদা হঙ্গোই-তুক্কচবগী রাথল অমা কন্না ফাওরকই; মহাক্লা বীণাগী মফমদা পোক্লম্বা মুংশিবা খুদিংমক খঙহৌদনা মাঙখ্রবগুম তৌরকই।

"ফরে, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মাগী হিংনববা উপায় অমা লৈরবদি, মসিদা ঐখোয়না করি হায়নীংঙাই লৈবগে?" মী অমনা অদুম্না নীংতম্বদা থিংলুনিংঙাই উপায় করিসু লৈতে হায়বা মওঙদা পদ্মিনীনা শম্নপনা হায়রকই। অদুবু তশেংবদি মহাক্লা মপুন্সীদা নুপীনা ওক্কবা লমচৎ চৎপা অসিমুক তুক্কচবা অনী শুদে।

পদ্মিনীগা বিমলাগা মখোয় অনীনা কম্নিবা কা অদুগী থোঙনাউ মপাদগী য়েংবদা বীণাখোয়গী থোঙ্গালদু ইঙান ঙাম্না উই; মীকুপ খরগী মমুংদা বীণাদু মচা অমা পম্নগা, মচা অনীনা মাঙ থাদুনা পুরগা কোম্থোঙদা চঙলকপা উরে।

পদ্মিনীনা মঙোন্দা য়েংলুরগা খজিক্কুং শুকখদুনা লৈ, মপুক্লীংদা খল্লকই, 'উন্নখিসিরা নত্রগা রা-লান অমতা ঙাঙ-লমদনা তুমিম্না হনথ্রসিরা?'' মপুক্লীংদা পোকখিবা হঙ্গোই-

তুকচবগী খোয়শাউনবা য়াখল অহু ঈংথরকউ হায়বা ইয়া য়াদ্রে। "উন্নরগা করি য়ারীবু শাগনি?" মানা অমুক খল্লকই, "হান্নগুম্না ইচম চম্না য়ারী শাবা হৈনররোই, থম্মোয়দা মরো অমদি শোয়দনা নৈররগনি।" অদুগা মহাক মসিমস্থু খঙলে হৌজিক বীণানা মভোন্দগী মতেং থোইদোকপা পাম্নরোই।

অহুমকপু মহাক অরেপ্পা য়াখল অমা নৈত্তনা মমাম্নবীহুগী ময়ুমদগী থোরক্লে। মহাকপু উবদা বীণানা মাঙ্গোলদগী কৌশিল্লকই। পদ্মিনীনা চঙদুনা খোঙউপতু চুরিদা থম্নগা মাঙ্গোলগী মুংশা য়েবা ফক অমদা ফম্লুরে। বীণাগী চহী তরামুক শুরবা মচানুপা অহল অহুনে, মচানুপী চহী মঙামুক শুরবী অহুনে পদ্মিনীগী মনাক্তা ফম্নরে, অতোম্বা অঙাং নুপামচা অহুদি মভোন্দা কিবোই করিবোই তৌনা য়েংলগা মখোঙ কাফৈ কাফৈ থাংদুনা ইমুংদা মমাগী মতুং ইন্নঙ্গি। মখোয়বু উরগা পদ্মিনী খঙহৌদনা মুংঙাইতবা ফাওরকই, মরাল নৈত্রবা অঙাংশিং অদুগী পুন্সীগীদমক মহাক থম্মোয়নুংদা মুংনাংবা পোক্তবা ঙমদে।

মীকুপ খরগী মনুংদা বীণানা অমুক ইমুংদগী থোরক্লুনা পদ্মিনাগী মনাক্তা ফম্নিবা নুপামচা অদুদা লুপা মঙাচৎপী অমগা কেটলি অমগা পারগা হোটেলদগী চাগা বোরাগা নৈরুনবা হায়রকই। অঙাং অদুনা কেটলি অদু পায়দুনা চৎখ্রবা মতুংদা বীণানা পদ্মিনীগী মনাক্তা ফমথরগা হায়রকই, "করি থবক্তানো? চুম্না লাকপ্রা? ঐদি মক্লপকী য়া ঙাওনবা ওস্তানা চখোক্লুরে।"

"চুম্না লাকপনি." পদ্মিনীনা খুম্মী।

মাগী বেগ মম্নুংদা য়াওরিবা নুপা চনীছু নীংশিংলকই, বিমলানা হায়খিবা রা অহনা অচুম্বা ওইরবদি মাগী পৈশা থর অহুমা বীণাদা করিবু কান্নগদগে ? অহুগা অমুকম্নু বীণাগী মওঙ মতৌ, রাঙাউ পূম্নমক্তগী মহাক অরাবা ফীবমদা তাজ্রে হায়বা থঙলে। অহুবু মহাক্না অঙাংশিং অহুগীদমক্তা য়েংহনা পৈশা অহুদি পীরম্নে বীণানা হরাউ হরাউ মানা পীরম্বা পৈশা অহু লৌহোই।

ঙসিদি পদ্মিনী ময়ুমদা লাক্না লাক্না নুপী ওইবীগী পুন্সীগী মরমদা থম্বা হৌরকই; মহাক বীণাগী নায়তোম তাবা পুন্সীগী অরাবহু হকথেংননা থঙদ্রি, অদুবু করিগীমো হায়রম থঙদনা বীণাগী শাজং অহুবু ভুক্কচবা পোকই। পুন্সীদা মহাক্না থেংনজ্রিবা মতম তাঙ্খানা নমহনা পুরকপা থৌদোক কয়া অমম্লুং মহুগী মম্লুং হুম্জিনবা অর্থ কয়া লৈরম্বা য়াই, অহুবু মানা পূম্নমক অহু থঙত্রবম্নু, মাগী নহা ওইবগী চম্নবা রাথলনা মসিমদি চেংনা থাজে—নুপী ওইবীনা মশাগী অচেংপা নিয়ম থম্ন ঙাক্না চংকদবনি অমম্লুং মশাবু কৈদৌঙৈদম্নু নরকী কোমদা হুম্বজরোইদবনি, সমাজনা নত্রবম্নু করিগুম্বা প্রকৃতিগী শক্তি অমনা নুপা নুপী অনীগী মরক্তা থেম্নবা থম্নি, সমাজগী মীৎয়েংদি থরমথে হোংদোকপা য়াই, অহুবু অহুগুম্বা প্রকৃতিগী শক্তি অহুদি কৈদৌঙৈদম্নু হোংদোকপা ঙম্নরোই।

# ৭

আনন্দনা পদ্মিনীবু কোলেজগী ছাত্রা ওইরিঙৈদা লম্বী-লমথাঙদা উম্নবা থূদিংদা মচু তরেৎকা চূমথাঙ য়েংবগুম্না থরায় তানা য়েংথি, মশক্তি থঙনবা নত্রবস্থ পদ্মিনীনা হাইফেৎ য়েংলম্বদু মপুক্কীদা ছায়কম থঙদনা লাঙতক্লবা পোকহনখি। অদুবু হৌজিক্কি অদুগুম্বা মীশক অদু মশক মুন্না থঙনরে, রারা শারে, মোকমিল্লরে, অদুগা অশেংবা পূক্লীংগী ফীবমদি কদায়নো ? পদ্মিনীনা মাবু লৌরিবা অসি চুম্নগী থবক তৌমিন্নবা মী অমদা কোইনদনা চম্না রারী শারগী মতৌরা ? নত্রগা মতুদগী হেনবা করি লৈবগে ? আনন্দগী মপুক্কী হু মতম লৈবা খিবিক্তা লৈখা তাহন্দে। অদুবু অসিমতংদি মহাক থঙই — পদ্মিনীবু মতম কুইনা থল্লকপা রাথল অদু হৌজিক্কি মপুং-মরৈ ফারক্লে, অমুক থম্মোয়নুংদা য়োক্কুনা থম্বা ঙম্মরোই, মথোঙ নেম্নবা লৈচিনগী মতৌ ওইরক্লে।

স্কুল অসিদা পদ্মিনীগা লুনা তিন্নবী মমান্নবী শান্তি কৌবী ওঝা অমা য়াওরি। অহানবদা আনন্দনা মহাক্কী মতেংনা পদ্মিনীদা মাগী রাথল পুন্নমক ফোঙদোক্লসিন্না হায়না থল্লুই,

অদুবু মহাক রাখল অদু থাদোক্লে, মরমদি মহাক্না মাগী রাখলদু অদু পদ্মিনী নত্তনা অতৈ কনাগুম্বা অমতা খঙহন্নোংদে। অকোন-বদা মহাক মশামক্না চিঠি অমা ইরগা ফোংদোক্লগে হায়না লেপ্লে। নোংমা য়াউশং মসুংগী মুংথিল অমদা লাইরিক তৌবগী কাদা ফমদুনা মহাক্না চিঠি অদু ইবা হৌরকই। মরোলদি মথাগী অসিনি :

"পদ্মিনী, ঐনা নহাক্কী নফমদা করিগুম্বা পূক্নীংগী ৱা খরা ফোংদোকচরি। রাখলগা পরিং কায়রবসু নহাক্না চুমশিন্নবীয়ু, মরমদি ঐহাক রাখলনা ফুম্বংনখিদুনা নঙোন্দা করি হায়সিগে খঙদে। নহাক্কী চমথোকপা, ইতিং তিংবা মতৌ অদুনা ঐনা পাকহেক অসিগুম্বা মরৌ লৈবা রাখল অসি ফোংদোকপা ঙমদে, অদুবু মশক খঙদবা করিগুম্বা অকনবা শক্তি অমনা ঐগী পূক্নীংদা হন্না হন্না থৌজিনবদা ঐহক্কী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈত্রে। মরম অসিনা নহাক্না পূক্নীং চঙনা পাদ পাবীয়ু, ইচম চম্বা রাখলগা ওইরবসু, মদুদসু ঐগী লুংঙাইবা লৈ, ঐগা মরী লৈননা নহাক্না থনবীবা হায়বদু ঐঙোন্দদি মমল য়াম্মী।

"পদ্মিনী, মরূপ ওইবগী কোইনদবা মতৌদা রাখল শক্তি থুপ্তুনা থম্বা হায়বসি অরাবগী মশক্নি, হায়রিবা অসিমক ঐঙোন্দা থোক্লরে; নহাক্না ঐবু মরূপকুম্না লোয়নে, ঐসু ফনা য়াম্না হোৎনদুনা য়েংলুরে মতৌ অদুগুম্না নহাক্পু লোয়নগে হায়না অদুক্কু মদ, ঐগী ইতৌক ওইত্রে, ঙমদনা লৈবা রামৈশম লোক্না

নোংমগী মাখলগী মৈশা হেনগৎলকপনা ঐগী থম্মোয় হকচাং পুম্নমক উৎ ওইনা চাকথিগদৌরি। অদুনা হৌজিক্তি ঐহাক থল্লে, ঐগী গন্তি ইমৈমক লৈত্রে, মা পুম্নমক নঙোন্দা হায়দোক্লগে হায়না। নহাক্কি থওনমদবা মাই ঐনা নহাকপু থম্লকপা কুইরে, নহাক্কা হাপ্পী ওইরিবৈদগীনি। অদুবু পদ্মিনী, ঈশ্বরগী খুজিল অওক-পনি! ইবানী হৌজিক্তি মকম অমতদা থবক তৌমিন্নরে। মসিবু ঐগী মুংঙাইত্রা নত্রগা অরাত্রা ঐ মকম থওদে। নহাক্কা শকথওনরুবা, ত্তোরোং খোদানরুবদা ঐনা কয়াদা মুংঙাইজবা অদুগা অমুকম্ম কয়াগী মত্তীক অরাবা ওইরিবা। পুম্নমক নহাক্কদি থওনম্মরোই। নহাক্কদি ঐঙোন্দা চম্মা ঙাওই, নোকই, মরূপ-কুম লৌথুপ লৌকোই লৈতনা মারী শাই, অদুবু মদু ঐঙোন্দদি কয়াদা থাওমদবা ওইরিবা!

“নহাক নশক ফজে, অদুবু নহাক্কী ফজবা শক্তমগী ঙাক নত্তে ঐনা নঙবু মুংশিজবা, অদুগা হেক উরুবা মীকুপ থমদংগী অপাম্বা ঙাওবা অদুসু নত্তে—পুক্লোংদা ঈংনা তপ্না নহাক্কী হক-চাংগী ফিরেপ, নোকপা, ঙাওবা, মওঙ মতৌ পুম্নমক্কী শকওঙ অদুনি ঐনা নীংজরিবা। ঐ ইশামক মসিবু মশক শেংনা মাহৈ থমনা হেক মশক তাকপা ঙম্বা ওইথোক্তে—পুন্সী অসিমা চঙগনি। ঐনা পুন্সীদা নহাক্কা মারী শাবদা ফংবা মুংঙাইবা, নহাক্কী ঙাঙব-শকপগী মুংশিবা খোঙ্গোক্কু তাবদা পেঞ্জবা ঐগী মাথল অসি ফোঙদোক্লুমবা মতুংদা মুংঙাইবা অদু ফংলরোইদ্রা! মামবুগী মফিবা ‘পোক্তব’ ঙমদে; অদুবু হৌজিক্তি অফিবা অদু

থেংনদ্না য়েংলবনি, মরমদি মসি নত্তনা উপায় অমা ইরৈমক লৈতে। অদ্না পদ্মিনী, ঐনা নহাকপু মুংশিজবগী য়াকম অসি মুন্না খনবীরগা নহাকী অরেপ্পা বা অমা ঐঙোন্দা পাউথুম্বী-রকউ, মদু তাজবগা ঐগী তুংগী পুন্সীগী লাইবক লেপচরগে।

"নহাকী,

"আনন্দ।"

মহাক্না চিঠিচু ইবা লোইরগা অঙাংবনা লৈরোং হৎপা চিঠি-থাউ অমদা হাপচিল্লে, অদুগা মদু মমাঙদা পম্নগা মথুৎনা খদাঙ শোরদুনা মীকুপ খর য়াখল খনবা হোরকই; অদুদগী চৌকিদগী হোগৎলক্লগা তপ্না তপ্না মফি হোংবা হোরক্লে। ঙসি খাগেম-পল্লিদা পদ্মিনীখোয়গী মনাক্তা থাবল চোংগদৌরি হায়বসি মহাক্না ঙসায় অয়ুক চথোক্লুবদগী তারবনি। মহাক্না চিঠি অদু ফুরিৎ-থাউদা হাপ্লদুনা ময়ুমদগী মপাল থোরক্লে।

লমদাগী পূর্ণিমা মতুং নীনী কোনবনি। মায়কৈ থৃদিংমক্তা থা-বল চোংবগী মখোলনা নিল্লি; মৈতৈ লৈবাক অপুম্বা হরাউকুম্মগী ইপোমক্তা তাউথত্রদবোই নীংই। খর থেঙলপ্না খোরকপা মখি শায়বা থাবলগী মঙালদা, খোঙ্গ্রাউ অরাওবা শেৎপা পাথ'মচাশিংনা নহা ওইবগী চোকথবা নাইদবা মতৌগা লোয়ননা হরাউনা ঈশৈ লাউরদুনা, হৌনা য়ারী শারদুনা, খরনা মথুৎ শম্নদুনা, খরনা লেঙ্গোম্নদুনা লৈরক কোম্সাংদা চৎলি। সড়ক মচীদা হৌবা নবাব মপাল, হৈনৌ মপাল, থাবল্লৈগী মনম্না মালংদু হাবমথৈ নম্মী.

হকচা' চোকথহনবগুম তৌরবা অসিগুম্বা বসন্ত' মতমগী মুংশিবা ঊৈনক্লা নহা ওইবগী ঋম্মোয়বু খোইদোক্লা ময়াই কাইদুনা করি-গুম্বা গুচু মমেন্না থল্লবা জগৎ অমদা পুবগুম হৌই কনাগুম্বা অহল' ওইবশিংদা হৌথখা পুন্নীগী "পৌদোকশিংবু নীংশিংহনা নহা ওইবশিংগী খাবল চোংবা, নোকখেবা লাঙবা অসিবু মুংশিনা হায়বা য়াওই কনাগুম্বা থরনা মখোয়দি নহা ওইরক্তবদোনা পুম্নমক অসিবু কাম্নদবা, অরেম্বনি হায়হুনা চৈথাংবা য়াওই, কনা-গুম্বা থরনা মখোয়গীদি মতম হৌখ্রে হায়বদোনা লাঙলিবা পুম্নমক অসি থোইনা তাক্লবা তৌদনা থৌশাদনা তুমিন্না লৈরা য়াওই। নুপীমচাশিংদি ভসায় মুংথিলদগী হৌনা মনম মুংশিবা চেঙহী লুরহুনা পূক্নী' মথুম মরাঙ হৌনা কুম অমদা অমুক্তা-থোকপা, মখোয়না রানা ভাহরকপা কুংমহ য়াওনবা থৌরাঙ তৌখ্রে। অহল-লমন মবুং এীপন্না কয়াদা থাবল চোংবা অহ মাবীনবা মপোয়না কয়ারক হন্ন' হায়জখ্রবনি।

হৌজিক অনন্দগী রাথলগী জগগ্না পদ্মিনী লেঙনা অতৈ অমা লৈতে; হরাউ-কুমৈ, মঙোন্দা ফাওরকপা মুংভাইবগী ঠহুল থুদিং-মক পদ্মিনীগা মরী লৈনৈ।

মহাক্না লাকপদা উরে পদ্মিনীখোয়গী অরংলোমদা সজ্জন-গী থরদং হাইজিল্লগা মৈ ভান্না পান্দুনা মঝায় থোংহুনা, মুং-ভাইনা থাবল চোংলম্মা; থোঙ্গালদা মফি-মরোল লান্না শেৎপা পাথং কয়া চঙখিবা উই থরনা সাইকল ইন্দুনা থোরকপা উই। আকন্দ চঙদুনা শরোক মথং অমদা লেম্নুনে মী-

অহুক হায়া চিংদে, মৈ ভাম্না থাল্লবা, থৌরানা কোয়না থাজি-নবা অচৌবা শুমাঙ অহুদা মচুম তাবমথৈ কেয়বা, শীগুম, কাজল লেল্লবী, ফজরবা মচু কয়াগী ফিনা ফনেক মথক্তা লাড়িং লেংলবা নূপী কয়ানা পাখংশিংগা খুৎশমহুনা থাবল চোল্লম্মী; মখোয়গী মায়থোঙশিংহু মকালাম্মী, হুমিৎ অহুদা মখোয়গী অয়োবী ফজবা শককম, কাবম কুচু, ফিজেৎ পুন্নমক উংথোক্লগে হায়বা মতাগুম শেংচাবা উই। আনন্দনা মমাঙ-দা মথং মথং কোয়হনা লাক্লিবা নূপীশিং অহুদা য়েংই, পদ্মিনী-দি য়াওবা উদে, অহুদগী মহাক্না মাঙোল্লোমদা অমুক য়েংশি-নকই। মৈ ভাম্লা থাল্লিবা থোইনা চাউদবা ময়ায়গী মাঙোল অহুদা মৌ, লৈশাবী, অহল ওইবা নূপী কয়া, খরনা লৈ-মায়দা ফমহনা, খরনা মোরাদা ফমহনা, খরনা তুংদা লেপ্তুনা থাকলচোংবা অহু য়েংলি — সিঁড়িগী নাকন্দা মকি ফজনা শেং-লবা লৈশাবী খরম্থু লেপ্লি। অহুবু মথোয় পুন্নমক অসিগী মরক্তম্থু পদ্মিনীদি য়াওবা উদে। মহাক মপূক্নীং হন্থবা পোক্ল-কই, মহাকী মমাঙদা চোংলিবা, লাঙলিবা মা পুন্নমক অহু মমীত্তা লাইকদিবী ভাক্তা ওইনা উবকই; অহুবু মহাক খোইনা শুক্নীং চঙদনা মখোয়গী মতৌ অহু য়েংহনা লৈরে। চোংলিবা লৈশাবীশিং অহুগী মতুংদা থোইদোক্লা কুচু হেমবী ফজবী নূপী য়াওই, মখোয়শিং অহুবু পাখংশিংনা মূন্নে; পাখং খরনা লুকনহুনা লৈশাবীশিং অহুকা য়ারী শানবা হোংনৈ; নূপী খরনা অহুগুম্না য়ারী শানরকপদুনা নোক্ত নপ খুম্না য়াওই, খরনা মেদমোল্ল তৌনা

লৈবা য়াওই, থরনা হৈনদবগুম শূক্তোক্তুনা লৈবা য়াওই, থরনা ঙাঙলিবমথৈ শূকথুম থুমদনা লৈবা য়াওই; পাথং থরনা নোক্তুনা মপালদা লেপ্তুনা য়েংলিবা নূপীশিংবু কৌশিনবা য়াওই। অদুবু আনন্দদদি মথোয়না তৌরিবা পূন্নমক অদুগী থেম্নবা করিস্নু লৈতে; মহাক্না হৈনিংদনা মাঙোল্লোমদা অমুক হন্না য়েংলকই, পূন্নমক হান্নগী হান্ননি অদুবু হন্দক্তি থোঙনাঙ্গী পর্দা মক্নমদা মহাক্না নূপী থর লৈবা উই, মশক্তি শেংনা উবা ঙমদে। মহাক্না মপূক্নীং লাঙতক্নরকই। জুমিৎ খুদিংগী উদুনা লৈরবা পদ্মিনীবু করিগীনো মীকুপ অদুদা মহাক্না অদুক য়াম্না উনিংলক্লিবা? মশামক্না মরম অদু থঙজবা ঙমদে, অহাংবা মফম অমদা পোংশক অমথক্তবু খৌরাংনা থিবগুম মায়কৈ অদোমদা পূক্নীং চঙনা য়েংদুনা লৈরে। অদুদগী ঙক্নাক্নী মন্নুংদা পর্দা মক্নমদা লৈরম্বা নূপীশিং অদুগী মন্নুংদগী অনীথক মপান্নদা থোরকই। আনন্দ থঙহৌদনা খাই লাউরকই। থোরক্লিবা অনী অদুগী মন্নুংদা অমদি পদ্মিনীনি! মহাক্না মমাল্লবী অদুগা মাঙোলগী অৱাংথংবা নাকন্দা মোরা অমমমদা ফমখ্রে। ফি অঙাঙবা অমা ইন্দুনা ফম্লিবী পদ্মিনীগী ঙোরবা কোয়দানবা চন্দন লংনা থিল্লবা মায়থোঙদুনা অনৌবা নোংগী মরক্তা থেঙনা থোরকপা থাজনা তৌবগুম মাগী মমম্বা পক্নীংগী জগৎপু ঙালহন্দুনা থূদক্তা মথুম মমাঙ হৌহল্লকই। ফম্লিবা ময়াম পূন্নমকী মরক্তা পদ্মিনীগী মায়থোঙনা খ্বাইদগী হেন্না ঙানবগুম মান্নী মমীঙ্গা উরকই। মহাক্না অতৈ পূন্নমকপু অমুক থৌশাক্নবা তৌদনা পদ্মিনীগী মওঙ

মতৌ পুম্নমকপু মুমা য়েংবা হৌরকই। পদ্মিনীনা ফমিল্লরিবা সমাল্লবী অতুগা রাণী শারগা অমুক অমুক চাংমাল্লবা ভোরেস্না য়াশিংচু উত্তুনা নোক্লকই। অমুক করিগুম্বদা মনাক্তা লেপ্লিবা থাবল চোংনবগীদমক ফি শেংলবী নুপীশিংনা মহাক্কপু লুমশিনখি, অতুগা অমুক্কসু থাবল চোংবগী কোয়রিবা পরেং অতুনা লুম-শিনখি। পদ্মিনীবু উরকপা মতমদা মানা মথন্তা মপুক্লৌংদা মগুল মগুল থল্লি, "মানা ঐবু উরমগনো? মহাক্না তশেংনা থাবল চোংবা অতুদতমক পুক্লৌং চঙনা য়েংব্রা নত্রগা। কনাগুম্বা অমদা মমীৎ থদ্বা য়াওব্রা? কনাগুম্বা অমদা মহাক্না সুংশিনা য়েংলম্বা থোক্ল-বদি, মহাক্তু কয়াদা কল্লক্লরব! মীশক্তু কয়াদা মরাইবক ফত্রবা!" মহাক মপুক্লাংদা অমুক নাপুল তৌরকই পদ্মিনীসি মগাক্কী নত্তুনা কনাগীসু নত্তে, অমুক্কসু পূকচেল পীক্কথনা থল্লি, পদ্মিনীগুম্বী নুপী অসি মহাক্কা মতৌক চাদে। থোক্লুনা অহোংবা লৈতবা পদ্মিনীগী মায়থোঙনা মাঙ্গোল মচাদা চাল্লিবা অতু উরগা মাগী পুক্লাংগা মায়থোঙ অদুগগী মরক্তা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদবগুম তৌনা রাখল পুম্নমক নমহাল্লুনা শাগ্রৎপগুম তৌ-রকপা য়াওই। থোদোক অচুনা সুংশি-সুংওনগী ওইবা জগৎ অমা করিমত্তা শেমগত্তবগুম মপুক্লৌংদা ফাওরকই। ধোন থীনবগী অহোংবা মখোল, যন্ত্রশিংনা য়াক্লা খোলকপা স্বর চাকাত্তবা ফিল্মগী ঈশৈশিং, পাথং লৈশাবীশিংনা খুৎশুম্নবা তাল চানা উজ্জ্বল হৌবমথৈ লেপ্পা লৈতনা চোংলিবা থাবল, মরক মরক্তা ভোলনটিয়ারশিংনা মাইক্তা লাউরকপা য়াথং তৌবা অকনবা

খোঞ্জেল, মীং থকপমথৈ চাল্লিবা মৈঙাল অতুদা মীযামগী লাওবা, নোকনেবা শক্তম— পুন্নক মহোন্দা মঙহাদা তৌবগুম মাগী মুংঙাইবনী সসাব অহুগা মরী অমক লৈনদবগুম মপূক্কীংদা ফাওরকই। অস্তুন্না মতমতু থেঙজিনখিবা খঙহৌদে, পুং তরা-মাথোইমুক তাখ্রে, চোংলিবা মীওইশিংগু অমুক্কং অহৌবা খোন অতুগী তালদা অরাইবা ওইনা ঙমজবী থাতুনা কন্না চোংলমগা থাবল চোংবা অতু লোইশিনখ্রে। অঙাং, নূপা, মী কম্না রা-রা কায়নবা হৌরক্রে; অথেংবা অহিং অতদা অচৌকপা থুগাইতুন মাইক্তা ফিল্লাগী ঈশৈ হৌনা খোংবা হৌরক্রে

মী মযাম্না লুমশিনখিতুনা আনন্দনা পদ্মিনীবু চহৌদ্র মহাক তপ্না তপ্না কোক্তোঙলামদা থোরক্রে, অতুগা সডক মচদ লেপ্পুনা মরী মবী থোরক্লিবা মাশিং ভত্থ লেপ্পুনা য়েংলকই। অত্তিয়াদু মায়কৈ খরদি অমুবা লৈচিংমা কূপথ্রবস্থু, অহাঙবা শব্দক্তা থাবল থোক্লি, খনমিচাকশিংস্থু নাংথিনা থোক্লি, খাবলগী মঙাল অতুদা মীগী মশক অতুম লাকশিনবা ঙম্ম ঙহাক্ক মতুংদা পদ্মিনী মমান্নবী মবি মঙাগা লোযননা ৱারী শরু শার-তুনা মাগী মপা অতু লাস্থাকখিবা মহাকা চহৌরব, মখোয কনা-মনা মহোন্দা হন্না য়েংলম্বা তৌদে।

আনন্দ কবি তৌগদৌরিবনা হায়বগী অরেপ্পা মরম খঙদনা মখোযগী মতুং ইন্নরক্রে।

পদ্মিনীখোয়গী চঙকম মপা য়ৌরগা মমান্নবা অমনা মহোন্দা হায়রকপা আনন্দনা তারকই, "পদ্মিনী, অহুদি চঙহৌরোকো।'

"ফরে, চওঙ্গৌরগে।"

"কিগদ্রা ?"

'হুম, করিস্নু কিরোই,' পদ্মিনীনা খুম্নকই।

মাগী অমেঙবা ম্নুংশিবা খোঞ্জেল অহু অথেঙবা অহিং অহুদা তোপতোপ্পা শুদ্ধাৎনীংঙাই ওইবা খোম্থাঙ অমা থাওই।

থাবল চোংবা য়েংবা, য়াওরম্বা মীপুম খুদিংমক্না ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রবদা খঙহৌদনা পুম্নমক ইচীক চীকখ্রে, হৌনা খোংলম্বা মাইক অহু মুথৎখ্রে, থাল্লম্বা মৈঙাল অহুস্নু মুথৎখ্রে. অথেঙবা অহিংগী অচীকপা লাইরেম্বীনা জগৎ অপুম্নবু কোনশিন্দুনা নাউপেম্নগুম তৌখ্রে। থেঙনা হল্লকপা নহারোল য়ুঙাওবশিংগী লাউথোংবা মথোল নত্রগা অথেঙবদা চেনবা হব্রাগাড়ীগী মখোল অহুক মরক মরক্কা তাবা মঙায়রে . ঙসায়মথৈ অতিয়াগী নোংচুপথংবা মায়কৈদা নৈরম্বা অমুবা লৈচিল থরত থাবু পারপ্পা মচেং মচেং ওইনা কুপ্পা হৌরক্লে। পারপ্পা লৈচিলগী মরক্কা নোংচুপ মায়কৈ পাংনা মথোঙ য়াঙনা চেল্লম্বা থাজত্থু হৌজিক্তি অমুবা লৈচিম্না মপুংফানা খুমথিদুনা ইসম মমশিনখ্রে।

আনন্দ হৌজিকফাওবা সড়ক্কী মচীদা লেপ্পুনা লৈ, অথেঙবা অহিংগী ম্নুংশিৎনা য়ৈবদা মশাহু অঈংবা ফাওরকই। ম্নুংগী খোঞ্জেল অমনা মথন্তা হংলকই, "থেঙলবা অহিংগী মতম অসিদবু করি কাম্নথিগদগে ?" অহুবু করিগুম্বা শক্তি অমনা মাবু অপুম ফাদুনা থম্নগুম তৌই; তাঞ্জা অমনা মাবু বার্তন তৌবগুম হল্লিংবা পোকহন্দে। মাগী ভাবনা পদ্মিনীবু উরকই, খৌরাংবা

মীৎয়েংগা লোয়নন ক স্থোংগী মকমদা, শৃমাও ময়াগী লৈকোন্দা নত্রগা মাঙ্গোলগী সিংডিদা মাবু ভাইরম্বা য়াবগী মুত্তি অতু। মহাক্না কোংখ্রাওদগী য়েংলকপদা পদ্মিনীথোযগী দলান মথোল অনী লোঙবা, তিয়া কুপ্পা, শুম্ন ভৌবোক ভৌনা তৈবা যুম অতু তূমিন্না চেক-মোক লাউদন' শেম্পি দলান মথাগী খাথ'ব কাগী থোঙনাউ অতু মিংশেল পাল্লি, তভ্খায় অমদি পর্দানা খুমজিল্লি, কা মমুংদা মৈ থানবগী মভাল উই—মহাক অহাঙবদা অমুম লৈবতু চিংনতুনা কোম্থোও ময়াদা পূংনা হৌবা লফু পাম্বী মরক্তা চঙথ্রে, মকমতুদগী মৈভাল অতু শেংনা অতুমক উই। মাগী মপূক্রীংদা ওইথোক্তবা য়াথল কয়া খল্লকই। পদ্মিনীতু মহাক্না উন্নবা হক থোরকত্রা হাযনা থৌ। মাগী শম্মাযথুংদা লৈরিবা লয়বা শংশিবগী য়াথল অতু পদ্মিনীগীস্তু লৈরমগদবোই নীংই, মওমতু পূক্রীংগী য়া ফোঙদোক্লবগী খুদোংচারবা তাঞ্জা অমত্তুম খল্লকই। অতুবু অতিয়াদা লৈরিবা লৈচিন অতুনা হেন্না মমশিন্নকপা অঙ্গংবা মুংশিং অতু হেন্না কন্না শৌংলকপা মতুনা থোদোক অতুগী অহেংবা অমতা লৈতে।

ভহাক্কী মভুংদা কাগী মৈতু মমথখ্রে থোঙনাউগী পর্দা খ্বায অমা হাইদোক্তুনা লৈরম্বতু খুমজিনখ্রে; অতুদগী থোঙনাউদা মীনা লেঙ্ঙৎপগী মমিনচিংবা উম্নম্বতু উথিদ্রে।

ইথঙ খঙহৌদনা মংলম্বা নোং অতু নেমথরক্তুনা মাযাকে খুদিংমক্তা অহৌবা নোংখোংগা লোয়ননা নোং মরিক অচৌবা থর লাগী মথক্তা পোপ পোপ তাবা হৌরক্রে। অকনবা মুংশিংনা

চুম্বদা· তারকপা নোং অহু অমুক অমুক খংলেপ খংলেপ লেপ্পুনা লফ্ মরক অহু মখোল থোক্না নৈথেকপা হৌরকই। অহুদগী থুনমক মুংশিং অহু লেপখ্রগা নোংলী চাউনা মখোঙ মান্নরা নোং জম জম চুথবা হৌরক্লে। আনন্দ লাগী মরুমদা থুপ্লগা মথকলোমদা হনগৎনা য়েংলকই। মাগী মকোক-মরু, মশা অপুম্বা অচৌবা মোংলীদা য়ৈবা অমস্তুং লাগী মচুম্না হৈথ-রকপদা পুমলুপ লুপ্না চোৎলে। অতিয়াগী মফম খুদিংমক্না অমুবা নৈচিন্না নত্তনা অহাঙবা মফম অমরুাঙবা নৈত্রে, নোংলী মরক অহুদা য়েংবদা পদ্মিনীগী থোঙনাউদা মুশি মুশিবা মঙালহু অদুম উরি, করিস্নু অহোংবা নৈতে।

মহাক থুপ্পুনা নৈবা অহু কান্নরক্লমদুনা নীংবা কান্নরা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক্না মমুম য়োরগা চিঠি অদু হাংদোক্লুনা য়েংবদা লোইনা ইপং পংলে, ময়েকমখৈস্নু লোইনা ইচা চাথোক্লু-না পাবা থোক্লে। হেল্লোয়না পুরুরবা জ্ঞান মাঙলবা মীগুম্বা মানা মদু টেবল মথক্তা হাংদোক্লুনা ঙহাক য়েংলগা মফি-মরোল হোংদোকপা হৌরকই।

৮

য়াউশঙ মতু:গী ছুাট কারগা পদ্মিনীনা আনন্দদা নোক্তুনা হায়রকই. "ওঝাসি ঐখোয়গীদা নো:মা থাবল চো:বা লাক-মাল্লে।"

আনন্দ থঙহৌদনা স্বাই লাউই মমায় ভাঙশিনখি, খুম্নকই, "ওঝা উবীত্রা?" মুমিত্তুদা থোকখিবা থৌদোক্তু নীংশিং লুরগা মথন্তা অকিবা অমদি ইকাইবা পোক্লকই।

"উম, অদুগা য়াওদি য়াওবীত্রিবা করিগীনো?"

"করিস্মু তৌদে, ঐদি 'সুম য়েংবা লাকচবতনি," আনন্দনা থৈছুনা খুম্নকই. অদুবু মহাক মপুক্রী:দদি থল্লকই 'অ:দোমদি য়াওবীত্রিবা করিগীনো? অ:দোম্না য়াওরবদি ঐসু য়াওরম-গদবনি।"

মহাক্না নহান চোত্তুনা পৎলবা চিঠি অদু অমুক হন্না শিন্দোক্তুনা লাইব্রিক অমদা হাপ্লগা স্কুলদা পুরকই। মদু মহাক্না তাঙ্গাত্থদা পদ্মিনীদা পীরসিন্না হায়না হাইফেৎ থৌরাঙ তৌরুই, অদুবু থবাক্কী মিহুল অদু দঙ দঙ চোং:লক্তুনা পীবা ভমদনা তো:কখ্রে, লাইব্রিক অদু পায়তুনা মহাক ক্লাসতা চঙখ্রে।

মহাক ওসিদি অঙাংশিং অহু লাইরিক তাকপদা পুক্সীং য়াম্না চঙজ্রে; মখোয়না ইবা লেখা অহু খোৎলগা নোংমহুগী পারা অহু ওহাক পাহল্লি। অহুদগী মহাক্না রাখল অমদা ইতাউ তাউনা মমাঙদা লৈবা লাইরিক অহু ফাক্লুবদা মন্নুংদা হাপ্পা চিঠি অদু য়াওরমজ্রে, মমাৎ থংশিং শিংলকই; অমুক হন্না চেনা খুদিংমক থুনা হাইদোক্তুনা য়েংবদা তশেংবা য়াওজ্রে। মহাক্না টেবল মথক্তা লৈরিবা অঙাংশিংগী থাক্তা মরক্তা থুনা অমুক য়েংলকই, মদুদম্লু য়াওজ্রবদা মহাক্না চৌকিদগী হৌগত্তুনা মমায় লুকশদুনা লৈমায়দা য়েংলগা তপ্পা তপ্পা থোরকই, থোঙজিন্দা লেপ্তুনা ভেরেন্দাদা অমুক য়েংলকই, উফুল হৌবা ভেরেন্দাগী লৈমায় অদুদা চে মচেৎ অমফাওবা তাবা উদে। মহাক কা মন্নুংদা লৈবা অদু য়াম্না নীংজিং মাঙজিংনরক্লে।

পুং তরাগা মিনিট তরামঙা চৎপা মতম অদুরাইদা হেডমাষ্টর রাজেন সাইকল অমা তোংদুনা স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা চঙলকই। রাজেন লাকপা উবদা স্কুলগী চাপরাসী অদুনা থোরক্তুনা সাইকল অদু লৌরগা কা মন্নুংদা ঈনশিল্লি অদুগা রাজেনদি গাড়ীদা য়াল্লম্বা শাউনগী বেগ অদু পায়রদুনা মথক্তা কা মন্নুংদা চঙলকই।

মহাক্না হেক চঙলকপগা উরে মাগী টেবল মখোঙ ময়াদা অডাওবা লৈরোংহৎপা চিঠিথাউ অমা তাদুনা লৈরে। মদু উবদা মহাক্না হাইফেৎ ওক্না লৌথত্তুনা য়েংলকই, চিঠিথাউ

অদ্গী মথক মথান্দা করিমত্তা থাদে। মহাক্না মদু পায়রগা লাগী চৌকিদা চনীং তাবা ফমথরে, চিঠিদু রেংসিনা রেং-গুনসিনা হায়ন হাইক্লেং থগ্গানবা উরকই, অদুদগী ইশঙ থত্নৌদনা মহাক্না চিঠিগী মথুম অদু সেগাইখ্রে। চিঠিগী মকোকমত্তদা পদ্মিনীগী মমিং থাদুনা লৈরম্না অদু উবদা মথাক মাল্লা ওকপগা লোয়নবা চিঠি অদুদা মীং কৃপ্তবা রেলাগা পাখা ছোয়ক্লে।

চিঠিদু পাখা লোইরগা মাক্লেনবা শক্তি লৈবা মীনা কলকপগা লোয়নবা য়েংবগুম তৃষ্মিন্না ওহাক্নং মতুদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ, অদুদগী মীকুপ অমগী মরুংদা কক্রবা জ্ঞান অমা থাথলদা লাকপগুম মায়থোঙদু ঈংগবগুম তৌরকই ; মাগী হৃজ্জিনবা মায়থোঙ অদুনা নিয়ম ভাকপগী, পাঙ্গল লৈবগী অমসুং মী অতৈগী অশোয়বা লীচত্তা পেন্দবা উত্তুনা রারকপা ওস্বগী শক্তিগী চূপ্পী অদু পায়রি হায়বগী ইঙ্গিং অমা উৎলকই।

মহাক্না চিঠি অদু অমুক থাউদা হাপচিন্দুনা মাগী রেশমগী কি অলবনা কৃপ্পা টেবল অদুগী মথক্তা, লৈরোং হৎপা মতূম তাবা গ্লাস অমমা নন্দুনা থম্লগা জ্ঞান তানা চুরুট অমা চমদুনা থকই ; অদুদগী নাকন্দা লৈরিবা ফাইল অদু হাংদোক্তুনা চে-চাং থর য়েংবা হোৎখ্রে।

হৃমিং অহগী মুংথিলদা পদ্মিনীনা ক্লাস লোইরক্তুনা মমূমদা চৎকে হায়না তৌবা মতম অদু মক্তদা হেডমাষ্টরনা মাবু কৌশিন্দুনা মনাক্তা কনখল্লি, অদুগা টেবল মথক্তগী চিঠিথাউ অদু লৌরগা মঙোন্দা

পীকপা হায়রকই, "সে, নহাক্কী মিংদা লাকপা চিঠিনি, লৌশিল্লু।"

পদ্মিনীনা কনাগুম্বী মমায়র্বীশিংগী মঙ্গুংদা অমনা থারকপা ওইরবা য়াই থন্নুনা চিঠি অদু ইচম চম্বা লৌরগা মপালদা থোরকই। অদুদগী মহাক্কা হেক শোরকপগা উরে চিঠি থাউগী মথুম অদু লেপায়রগয়ে মথক্তম্ মাগী মমিং-মথানচিংবা অমত্তা থাদে; মহাক্ক থওক্লোইদনা চিংনবা পোক্লকই, খুদক্তা হাংদোক্তুনা য়েংনীংলকই, অদুবু ষ্টাফ রুমদা ওঝা নূপী অনীনা মাবু চংমিল্লগদবগী ডাইদুনা লৈখনা মহাক্কা মদু মশোয়গী মমাঙদা হাংদোক্লীংত্রে, থুন্নমক মাগী বেগ মঙ্গুংদা হাপচিনখ্রে।

পদ্মিনীনা ময়ুম য়োরকপদা মুংথিলগী পুং মরি তারে। মহাক্কা সাইকলদু থুনা ঈনশিল্লগা মাগী কাদা চণ্ডদুনা মফি-মরোল হোংদোক্তুনা ফমুংগী মতাইদা ফমদুনা অঙাঙবা বেগ অদুদগী ভসায়গী চিঠিদু লৌথোক্তুনা পাবা হৌরকক্লে। মুংশাদা লাকপগী হুমাং মরীক মরাক পক্লবা মায়থোঙদু থোইশাউনবা, লাপওক্লবা, মথরায় হাইফেৎ রাবা মওঙ ওইনা উই, চিঠিদু পায়রিবা উনগুম্বা ভোরবা মোল্লবা খুৎশাশিং অদু থর থর নীকপগুম ভোই। চিঠিদু পাবা লোইরগা মথাদা থারিবা "মহাক্কী আনন্দ" হায়রবা রাইৎশিং অদুদা য়াম্না থাজদনা ঙহাক য়েংলকই, অদুদগী চিঠিদু অমুক থুপচিল্লগা মথুং ওইনা পায়দুনা তুমিল্লা রাখল ভোদুনা অশাবা মূর্ত্তিগুম ফমুংদা ফমদুনা লৈখ্রে। ভাগুলৈনবা মুমিংকী মঙালমা থোঙনাউদা চঙলকপদা অনৌবা মচু শঙবগুম উরিবা কাদুদা লৈরিবা অলমারী, টেবল, শোবোক্স,

ড্রেশিং টেবল—পাং পুম্নমক মহাক্কুম্না চেক-মোক লাউদে, মখোয় খুদিংমক মাগী পুক্নীংগী চনৈনবা অহু ভূমিন্না য়েংবগুম তৌই। হৌজিক মাগী কোক্তা চনৈনরিবদি চিঠি অহুগী মরোলগী ডাক্তা নত্তে. চিঠি অহুগী মখুম হাংদোক্লপ্রা, রাদ্ধেনন মহু পারম্নগদবা, মহাক্না খল্লমগদবা রাখল—অহুগী মরমদনি। মহাক্না মাগী মমাঙ-দা করম্না মায় উংনুগনি? অসিগুম্বা মুংশাথীবা রাখলনা মাগী পুক্নীংবু খুহুম চল্লকই।

মপাংগী মুমিত্তা পদ্মিনী স্কুল কাদ্রে।

কাদোমদগী শন্দোরকপা পাউনো পড়দে স্কুলদদি ওঝা পুম্নমক ওরাংগী থোদোক অহুগী মরমদা নিংফুং নিংফুং ডাঙনরক্লে। আনন্দম্নু রাকম অহু তারক্লে, মহাক ইকাইবনা থাডওমদ্রে। মহাক খঙলে, ওরাং মহাক্না হেডমাষ্টরগী কাদা সই তৌবা চঙবদা চিঠি অহু লাইরিক্তগী নাম্থহৌবা ওইরমগনি।

মুমিত্তুমা মহাক হৈনিংদনা, শকক্ম হঞ্জিন্ন ভূমিন্না ক্লাসকী থবক তৌবা হৌই। পদ্মিনীগী মমাম্নবী বিনো, শান্তি মহাক-পু উবদা থোয়রুম মোমোন তৌই, মানা য়েংনুবগা নোক্তবা শাহুনা মচান শেমজিনখি। আনন্দম্নু উদবা শাহুনা মমায় নৈ-থোকই। পুম্নমক ইনৌ নৌবা, অচৌবা অহো বা মতৌ অমনি; মহু মহাক থাডবদা রারকই।

মুমিং য়ুংবা মতমদা মহাক ওফ নৈহুনা ষ্টাফ রুমদা মথক্তা ফমহুনা নৈ, চৌকিদা অমুক ডাথৈ, টেবল মথক্তা পাকথহুনা অশংবা অমোংপা টেবল ফিদা অহুগী মপক্তা মকোক অমুক

নোইহ্রে, অহুদগী ওহাক অমুক লৈরগা টেবল মথক্তা তারিবা ইংলিস খবর "অমৃত বাজার পত্রিকা" অহু মখুৎ অনিনা পায়খত্তুনা অমুক য়েংই, খবরগী চেনা অহু পাবোই পাদবোই তৌনা মথং মথং ফাক্তোকই। অহুদগী ওহাক লৈরগা তুমিন্না মখুৎনা খদাঙ শৌরগা রাখল তৌহুনা ফম্মী; অচৌবা অরানবা থবক অমা তৌরকবগুম্না পুক্নীংদা হায়ফম খঙদনা পোত্থাফম খঙলক্তে। থংনবা কাদা অঙাংশিংনা লাওবগী ঙুং ঙুং লাউবা মথোল, মপালগী লম্পাক্তা হৌবা মনাপুংবা হৈনৌ পাম্বীদগী খোংলকপা খোইনিং অমম্লুং শেন্দাংগী মখোল পুন্নমক অহুনা মঙোন্দা থোইদোক্লা পোত্থাফম খঙদবা অহু হেনগৎহনবগুম তৌই। স্কুলগী মথাংগৎবদা লৈবা অশংবা থম্বান মনানা কুপ্লবা পুথ্রী অচৌবা অমদগী মরক মরক্তা শুংশিৎনা থম্না অমম্লুং থম্বালগী মনম পুরংহুনা খোঙনাউদা হুমজিল্লকপহু মাগী পুক্রিংদা লৈরিবা রাখলহুগা মরী লৈনদবা করিগুম্বা পাউ অমা তম্নবগুম তৌই। মহাক নুমিত্তুমা স্কুলদা রানা লেনখি।

মথংগী নুমিত্তম্ম পদ্মিনী স্কুল কারক্তে; আনন্দগী পুক্নীংদা তম্ফম খঙদবা অকিবা রাখল অমা পোক্লক্লে, ফজ্রবা থৌরাঙ অমা শেমগৎলুবগী দায়িত্ব অহু মশানা পুবা ওমদবগুম মকোক অহু লুম্নকই। মহাক্না মথন্তা খল্লকই, "করিগীনো মহাক্না স্কুল অহুম কারক্লিবা? ইকাইহুনা তৌবা ওইবা য়াই, অহুবু অসিগুম্বা ফীবমদা অম্লুম লৈবদি য়াব্রা?" "ফজ্রবা লাই অমনা অম্লুম্না থোক্লবা শীনখ্রবনি!" মহাক্না অমুকম্মু খল্লকই। মহাক্না পদ্মিনীগী

মমাংবী শান্তিদা পদ্মিনীগী মরমদা এংসিন্না হাপ্পমাওবা থকই, অদুবু মহাক মতু হংবা ঙমদ্রে। অমা নুপীশিংদুনা হাইদেং ঙাওনুখিবদগী অকোনবদা মস্কিনদি মহাক্না নাশোল শৈনা অহোরে মহুদি পদ্মিনীদু মশা ঙমদ্রে, অদুনা স্কুল কায়রকখিনি।

ঙসিমিং হুজিকী মতুংদা আনন্দ স্কুল ওন্না কায়রকুনা ষ্টাফ রুমদা ফমলুনা লৈ, অদুগা স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা ছাত্রীশিংনা অশংবা অমসুং অঙৌবা ফিজোলগী ড্রেস শেৎলুনা নাকন্দা থাউ য়ান্দুনা মায়-থোঙ মকালাম্না নোকুনা, য়ারী শাদুনা লাক্লিবা অদু হৈনিংদনা য়েংদুনা লৈ। অদোংশিং অদুনা মশাথীংনা, মায়থোঙদা চিন্তাগী মমি তাদনা মথুং মশা য়াওনা, ঈশ্বরনা শেম্বা তাইবঙ অসিদা চপচানা খুংঙাইনা শরুক য়াবগী মতৌগুম্না য়ারী শাদুনা মথুং শম্নবগা চৎপা অদু মহাক খঙহৌদনা কল্লকপা পোক্লকই, মহাক্তি মখোয়দোনা খুংঙাইবা ঙম্দ্রে। স্কুল কম্পাউণ্ডতা শজিবু পান-থংলক্লপা মতমগী নাপীনা শংত্রিক শংনা হৌই, লম্বীনা শম খায়বগুম ময়ায়দা থায়দুনা চংলিবা চুথেক নাইনা কম্পাক মচা অদু খুংশাম্বী মৈশা কনথংলকপদা থোইদোক্লা মীৎ ঈংই। সড়কনা চেনবা গাড়ীগী উফুলদু খারিবা উপাক্কী মথক্তা অমসুং মরক অহোবদা য়া-য়া পাইশিল্লকই, অঙাং থরদি মনাতোনগা মচানগা য়েল্লদুনা স্কুলগী লম্বীদা লাক্লি। শংত্রিক শংলবা অতিয়াদা লশিং মফোংলগুম ঙৌরোক ঙৌনা নৈচিলশিংনা য়াংনা পাইরি। য়ারকগী থোংলকপা অমথুনুগী থোরুজল, শিন্দুরগুম ঙাঙলবা কুরাউ মপায়লকগী থোংলকপা ভিজোং-কাজোং কৌবা উচেকী

খোঞ্জেল, নহানমথৈ লৌবূক লম্বাওদা চাক্লাক্লবা শেন্দাং খোই-নিংনা য়ুমগী শাইজীন্দা নত্রগা য়ুময়াগী পুংতোন পাম্বীশিংদা খোংহুনা লাওলরিবা পূম্নমক অতু তশেংনা প্রকৃতি লাইরেম্বাগী অনৌবা শায়োন অমা তৌরকপদা হরাউনা ঈশৈ শক্লিবগুম তোই। অহুবু পূম্নমক অহু মঙোন্দদি মঙনি।

আনন্দনা মীকূপ থরগী মতুংদা খঙহৌদনা উরক্লে, পদ্মিনীহু ছাত্রিন অরাংবা অমা তূপ্লহুনা স্কুলগী গেটতা চঙলক্লে। মফম খঙহৌদনা মাগী থবাক্কী মিহুল অহু চোংলকই। পদ্মিনীনা নক-শিল্লক্লগা মহাক্লা উরে, মহাক হান্নগী ফিজোলহু অহুম শেংলি— থম্বাল মচুগী ফনেক মপান্নাইবা ফি ভাওলৈনবা, ফুরিংস্তু ফিগী মচুগা মান্নবা। মায়থোঙগী লৈতেংস্তু হান্নগীহুনি— চীনবান্দা লিপস্টিক থাদে, পীশুম য়েক্কে, কাজল থাদে অহুবু লাইবক্তদি চন্দন তরু তরুনা থিল্লি। লৈতেংদা হোংত্রবস্তু মায়থোঙগী মতৌদা অহোংবা থর লৈ ... তান্নদগী য়াম্না হেন্না ঈংথৈ, রাখলগী মমি তাই হৌরম অমনা রাহনবগুম মকশিল্লি। আনন্দনা পদ্মিনীগী অসিগুম্বা মায়থোঙগী ইঙ্গিং অসি কৈদৌঙৈদস্তু উথিত্রি।

মপালদ অঙাং ময়াম এসেম্বলি তৌবগী পূনবা হোৎত্রে; পদ্মিনীনা ষ্টাফ রুমদা চঙলক্লগা কুইনা লৈরমদনা মাগী বেগ অদু টেবল মথক্তা থনম্লগা শান্তিগা লোয়ননা আনন্দবু উদবগুম তৌনা মপালদা থোকখে। শান্তিনা মঙোন্দা করিগুম্বা রা অমা হায়রগা মথোয় অনী হাইফেং নোকখি। আনন্দস্তু ভাব তাদনা মপালদা থোরক্লে।

সুমিৎ অতুমা পদ্মিনীগা মখোয় অনী রা মচেৎ অমতা ঙাওনখিদে, অদুগা কনানসু থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা হৌদোক্লরক্তে। পদ্মিনীনা মাবু উবদা মমায় লুকখৈ, থাপ্পা উরপা খজিক্তুং ফক্লপ য়েংলকপা য়াওই, অদুগা লৈথোকখি। পুন্নমক অসিগী অর্থ করিনো আনন্দ করিমতা ভাব তাবা ঙমদে।

অম্মা অরেপ্পা অমা থঙদনা নোংমা নীনি অসুম হৌখি। স্কুলগী চাংনাইনা তৌবা থবক্তা থোইনা অহোংবা লৈতে, সুমিৎ খুদিংগী ডষ্টর, চোক, রেজিষ্টার, লাইব্রিক, মেপ পায়রুনা ক্লাসতা চঙই, থরায় য়াওনা অঙাংশিংবু তম্বী; করিগুম্বদা পদ্মিনী থংনবা ক্লাসতা চঙই, মহাক্না মাগী মুংশিরবা খোঞ্জেলবু তায়; ষ্টাফ রুমগী ক্লাস ঙাইবগী নত্রগা হাফ থাবগী তম্বরবা রারী কয়াদা নমহাত্নুনা শরুক য়ানবা হোৎনৈ। পুন্নমক অসিদি হান্নগী হান্ননি থোইদোকপা অনৌবা নত্তে, অতুবু পদ্মিনী মখোয় অনী লৈনবা মরাদি নহান চিঠি পীখিবা সুমিৎ অতুদগী তশেংনা অহোংবা অমা লৈরে। পদ্মিনীনা ইচম চম্না মঙোন্দা রা হেক হেক ঙাওলম্বসু ঙাঙখিদ্রে। মাগী মায়থোঙ অতুদগী মপুক্লীংগী ওইবা ফীবম করিমতা খঙবা ঙমদে। য়াম্না চীংলেম্নবা মায়থোঙ অদু মোংহাদে, নহানগী থৌদোক অদুগী মতুংদগী মাগী লীচৎ-শাজৎ, রাঙাঙ-শঙাঙ খুদিংমক্তা য়াম্না চেকশিনবা উই। আনন্দসু রা অমতা ঙাঙদনা মাগী লীচৎ পুন্নমক কুপ্পা য়েংদুনা লৈ। করিগুম্বা ষ্টাফতা মমাম্নবী শান্তিগা, মাগা আনন্দগতা লৈবা থোক্লবদি মমাম্নবীদুগা মখোয় অনী

হোটেলদা চা থকপা থোকখি, আনন্দদা হাইফেং তুমিন্না ফল্লপ য়েংলম্মনু য়াওই, অতোপ্পা রারী অমা শাবদা নোক্তুনা থোকখিবসু য়াওই। আনন্দ মন্ত্রনা শুন্দ্বংলব। মীগুম্না য়েংদুনা লৈহৌই।

ময়ূম য়োরগা মহাক্না নোংমগী থোকখিবা থৌদোক, পদ্মিনীগী মীৎয়েং-নায়েং, শাডাঙ-শঙাঙ, পুন্নমক ভাবনা শাগত্তুনা করিগুম্বা রাখলগী ফল অমা ফংনবা হোৎনৈ. অদুবু অসিগুম্বা হোৎনবা অসি মুমিৎ থূদিংগী মায় পাক্তে, ৎোইনদুম চমম্নবা হেঞ্জিল্লকই। অদুদগী অসিগুম্বা রাখলগী পল্লেপফম অমা ফংনবা হোংনবদা মহৌশাগী থৌদোক কয়াবু নীংশিংদুনা মহাক্না মথন্তা রাহং কয়া হংলকই, "পদ্মিনীনা য়েংখিবদু মুংশিবগী মীৎয়েংলা ? পুংচম চম্নবা অয়ুক-মুংদাংগী রারীশিং অদুদা মুংশিবগা মরী লৈনব মচাক অমতা য়াওদব্রা? মাগী মুংশিবা মায়থোঙনা য়াত্তোন ইরং লংনা উবমখৈ চৌনবান কাংলপ তৌনা এরভোন্দা য়েংদুনা নোকখিবদু তশেংনা মরূপ ওইবগী মতৌদব্রা ? উন্নবা থূদিংগী খোয়রুম-মোমোন তৌনা কৌরকপদু চুম্নগী হৌনবী ওইবগী লৗচৎলা? নত্রগ মদুদা করি অর্থ য়াওরিবগে ? ইমুং মনুংগী রারী শাবদা মহাক্না পুক্নীং চডনা তাখিবহূ মুংশিবদগীরা নত্রগা চুম্না ইমুংগী অরাবা মতৌদা মীম্নশি পোকপিবদগীরা ?" অদুবু রাহংশিং অদুগী অরেপ্পা পাউখুম অমতা মাগী পুক্নীংদগী শেংনা থোরক্তে।

ঈশিং মনুংদা লৈতূম থাদখিবদৌনা পদ্মিনীদগীসু পাউখুমগী ইঙ্গিৎ অমতা ফংদে।

নোংমদি আনন্দগা হাইফেং তিন্নবা বসন্ত কৌবা ওঝা অদুনা

মহাকপু হোটেলদা চা থক্লুসি হায়দুনা পুথোকই, হায়রিবা ওঝা অসি স্কুলগী গোভর্নিং বোডিদা ওঝাশিংগী মীহুৎ ওইনা য়াওই। হোটেল অদু সড়ক অচৌবা লাম্থোক্লগা অৱাংলোমদা খুটি অমগী অরাপ্পদ চৎলগা লৈবা ইনা কুপ্পা শঙ মচা অমনি, কালেনগী মুংশা হাইগৎলকপদা ইনা কুপ্পা শঙ মচা অদু ঈংই হায়দুনা স্কুলগী ওঝা পুম্মক্কী চা থককম, ফক্কম ওই মদুদা ফম্লিবা বামোন নুপীদ চহী নিফুগুক্ক বয়সনি. মচান-মথ য়াওই। আনন্দগা বসন্তগা ফম্লবদা মহাক্না চা গ্লাস অনীথক খুদক্তা শেম্লগা ফাল্ল মণক্না থম্লবে।

চা থক্না থক্না বসন্তনা য়াম্না থাজদনা রাফম অমা আনন্দদা হৌদোরকই, নহান নোংমাইজিং ঙমিওা গোভর্নিং বোডিগী মিটিং তৌই, মদুদা হেডমাষ্টরনা মাগী চিঠিদুগা মতাংদা মেম্বর অতৈদা ফোংদোক্লক্কুনা মাবু লৌগোক্নীংবগী রা হৌদোরকই হায়না মহাক্না আনন্দদা তম্লকই আনন্দ রাদু তাবদা য়াম্না ঙক্না থোকখ্রে মরমদি নহানগী থৌদোক্তু মদু য়ৌনা শাংথবক্কনি পাজরমদে।

মহাক্না হংবদা বসন্তনা হায় "মেম্বর অমা অনীদি রা অসি তাবদা শাড়ই, মদুনা অঙাংশিংগী লমচৎ মাঙথরক্কনি হায়। অতৈ খরনা থোইনা অকৰা রফম ওইনা লৌদে. অদুবু নহাক্না থঙলিবা অদুনি ঐথোয়গী হেডমাষ্টরদি কল্লিস্সু নত্তবা রাদা লনা লৌগল্লি।"

আনন্দ মযুমদা হল্লক্লগা মপাল থোক্লে, ফমুংদা লোংথাক লোংনা হীপ্পুনা রাথল্ল থন্দুনা লৈখ্রে। মহাক স্কুল অসিদা

অমুক মশক উৎপা তশেংনা হঙ্গোইবা পোক্লক্লে। মহাক মশামক্লা থবক অদু থাদোক্লী'বফাওবা ময়োবে, অদুবু বাখল অদ, মকোক্তা চওলকপদা কোকচাউবী কায়, মরমদি মহাক্লা থবক অদু ইন্টরভিয়ুগী চাংয়েং কয়া য়াওরবা মতুংদা রানা ফংথিবনি অদুগা অমরোমদা পদ্মিনীবু থাদোকপা ওয়রোই. মরমদি মাগী বাখল থনবা হায়বসি মঙোন্দা মতম কুইনা হৈনবী অমা ওইখ্রে।

## ১

য়াওশঙ মতুং ওইরগম্মু মণিপুরদা কুম্মৈ-ফিয়োং, লিলা-ফলা, থাবল চোংবগী মখোললনা নিন্দুনা লৈ; চৌংনা কোয়শিনবা অশংবা, অপীকপা তম্পাক অসিদা হরাউ-কুম্মৈগী লাইরেম্বীনা অহুম য়াৰেক্তুনা লৈরবোই নীংই। চৌংদা থাবা লম্মৈগী মৈথুনা খুমথ্রবা সেমমুক ডাডলবা মুমিংকা ডাডলৈনবা মডালনা মনা-মশিং অমদি মালং অহু মচু শঙহুনতা লৈ। সহরগী মতাই অমদগী হেক্তা উরিবা ভৌরুনবা লৈচিল-নোংফাইনা মতোন্দা কুপ্লিবা মণিপুরবু কোয়শিনবা চাংশা শিং অহু মণিপুরগী মশাগী ওইবা লোন লোয়না তম্পাক্তা ওইবা, শুনাংগা শক্তম অমবু মশাগী সংস্কৃতিগা লোয়ননা য়োক্তুনা থম্মিবগুম উই; ঐখোয় খুদিংমকপু হেন্দো-হেরাং কারবী প্রকৃতিনা শুমহুনা থম্মিবগুম নীংই

নোংমা আনন্দনা ময়ূরদা লৈবদা ব্রাখলগী পোথাফম খুডদ-হুনা মুমিদাংয়াইরমদা বাজারদা চংখোরকই। ঙডহৌদনা থাম্মনা কোলেজদা তমিন্নখিবা তোম্বা কৌবা মরূপ অমনা মাবু কৌহুনা

চঙলক্লগা মাগী মখূদাং পায়ররে, অহুগা য়ামাও ইন্নন লম্না নোক্ত্না হায়রকই, "কদায়দা চৎলিবনো আনন্দ নপক্কা উন্নদবা কুইরেদা!"

"অসুম চত্থোরকপদগী য়ূমদা হল্লসিবা হায়ত্রনা তৌররিব-নি," আনন্দনা খুম্মী।

মরূপ অতুনা আনন্দবু কুস্মি য়েংখিসি হায়হুনা খাঙ্গে; মহাক অতোপ্পা মরেপ রাখবা মরূপ অমসু লোয়নরকই।

মখোয় অহুন খাইরবন্দ খোং নম্বোনবা লাম্থে ক্তুনা শগোল-বন্দলোমদা হাইথরকই। চৎনা চৎনা তোম্বনা মরূপ অহুগী মশক আনন্দদা তাক্লকই। নুপা অহু ডাক্তরনি, মমিংনা মদণ কোইই, মশক ফজে, কুচু ভোই, মশম খোইরপ তোই, নাপলগী লুংশিং অমসু মশাদা পকই, ফুরিৎ ভোরোক ভোবা অমা লীংলি, খোঙ্গ্রাউ মুরেনবা অমা শেংলি, মশাদা লুংশিবা থাউগী মনম-শুম্বা অমা ডা-রা নম্মী। মশক অসিবু উবদা আনন্দ করিগী-নো হায়বা মরম খঙদনা খোয়শাউনবা রাখল অমা পোক্লকই।

রা ডাউবদা লত্রবা তোম্বনা মশাগী অমদি মখোয়না কোলেজ তম্লিরৈগী রারী কয়া শাবা হোরকই, মহাক্তি হৌজিক মেডিকেল কোলেজদা ওঝা ওইরে। মহাক্না মহৌশা তমিন্নখিবা মমান্নবা, হৌজিক্তি ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ার উকিল, কোলেজগী ওঝা ওইরবা মী কয়াগী রারীসু শারকই। অমিং অহু আনন্দ ওম্বোক্লা হৈন-খিদে, মতোন্দা রারীশিং অহুন তাকনবা চৈরাক অমা পীবগুম থোকখি, অহুবু মাগী থম্মোয়দি মীকপ গোকপগুম তৌখি।

অমিং অহুগী অমিদাংদা মহাক হোখিবা পুন্সীগী অশোয়বা কয়া খঙজরক্তুনা মথক্তা অহিং তুমদনা চিন্তা তৌখি, মীগা মীমান্নবা

অহৌদবগী অকনবা য়াথলগী স্নুংডাইতবা চৈথেং অমনা কোক্তা কল্লা পানখি।

মথংগী সুমিত্তা স্কুলদা শান্তিনা ভেরেন্দাদা লেপ্লদুনা আনন্দদা নোক্তুনা হায়রকই, "ওঝা, চাকচানবা অমা য়াওবীয়ুদনা।"

"কদায়দনো? কনাদা চানগদবনো?"

"ঐ খোয়দনি, লাক্লবা নোংমাইজিং সুমিৎ অসিদা লৈশাব পাপ্ল ময়াম চানগদবনি"

আনন্দ মীকুপ অমতং হাইফেৎ ওক্লা থজানবগুম তৌনা লৈ।

শান্তিনা মমাংনা নোক্লদুনা অমুক হায়রকই, "পদ্মিনীস্বু য়াওগনি।"

আনন্দস্বু মন্নংগী ভাব তারদুনা নোক্লকই; মহাক চাকচানবা অদু য়াওগে হায়না য়াখ্রে।

মহাক হবাউবগুম, স্নুংডাইবগুম, পাথৎপগুম তম্ফম থড়দব য়াথল অমা পোক্লকই, সুমিৎ অদুদা মাগী মকোক্তা মতম কুইনা লৈববা লাওতক্লব, চৈনেনব য়াথল অদুগী অবেপ্পা ফল অমা থডলগনি হায়বগী আশা অমা মপুক্লীংদা লাকপগুম তৌরকই।

যুমশৈকশা সুমিৎ অদুদগী নোংমাইজিং সুমিৎ অদু ডাইবদা মহাক য়াম্না য়ানা থোকখি। মরক অদুদা মহাক্লা পদ্মিনীগা শাগদবা য়ারী কয়া মপুক্লীংনা শাগওনা থম্মী!

চাকচামবা সুমিৎ অদু য়ৌরক্লে।

আনন্দ ডস্তানা পূময়াং ফৈজোম ভৌরোক ভৌবা লেপ্লুনা

কৈশাকপাক্তা লৈবা শান্তিংথোয়বী ময়ূমদা লাক্লে। মহাক্না লাকপদা মী ইরাক লাক্লরমদ্রি। শান্তিংথোয়বী তিম্না কৃপা পীকতক তৌবা শুমু তৈবা য়ুম অহুগী মমাঙদা লৈরিবা শঙ্গোয় অহুগী মচীদা অরাংবা রা অমগী মতোন্দা মাইক হোনা পাক্লমী, কৈঙ্গোম শেৎপা মওই থরম্ম হজং হন্দা চৎপা উই, শূমাঙদা অমদি শঙ্গোয়দা থারিবা চৌকিশিংদা অঙাংশিংনা কাথং-কুমথ তৌহুনা, ফমহুনা শাম্নবা উই।

মহাকপু উবদা শান্তিনা হরাউ-হরাউ কৌশিল্লকই, অহুগা মাগী ফম্ফম কাদা পুশিন্দুনা ফমহল্লি। মুমিৎ অহুদি শান্তি হাইফেৎ থৌচিল্লা উরে, মমায় অহু ইঙাও ঙাঙশিল্লি ঙসায় অয়ুক ঙন্থা ঈরুজ্জরগা থিনখিবা চন্দন অহু মতোন থরদি ইমুৎ মুৎলে, থৌবু ওইবগী মীপুম থূদিংমকপু হরাউ তরাম্না ওকপগী মতৌ অমা লৈ, অহুবু আনন্দ লাকপদদি মহাক হাইফেৎ ঈংথনা সোফাদা ফমহুনা রারী শারম্মা, অহুগা মপালদা থোকত্রে।

আনন্দ মথন্তা কা মনুংদা ফমহৌই। মহাক্না কাগী অংকোয়বদা য়েংলকই লাইরিক হাপ্পা অলমারী অমা লৈ, মহুগী মথক্তা বেগু মরিগী অচৌবা রেডিও অমা লৈ, শোংবাক্স অমা চুথেক্তা লৈ মহুগী মনুংদা ফজ্জরবা লৈতেংগী পোংশক কয়া য়াওরি -লৈবাক্না শাবা মচু কয়া তৈরবা থম্ব-থোইবাগী মূর্ত্তি, লাই হরাউবদা নম্বা নূপীমচাশিংগী জগোই শাবগী য়োৎনা ক্রেম চনবা ফোটো, জগোই রাসকী ফোটো মথল কয়াগী লৈবাক্না শাবা মচু তৈবা উইহ সেম লকোয় স্তিলগী কপশি, চাগী গ্লাস

শেটনচিংবা য়াওরি। ফক্লাংদা ইমুং মন্নংগী মীশিংগী ফোটো থেংলি মহুগী মরক্তা শান্তিগা পদ্মিনীগা মথোয় অনী নম্মীন্নবা ফোটো অমস্থু য়াওবম্মী, মহু উবদা আনন্দ মুন্না য়েংলকই. হাইফেৎ কিবগুম্বা অমা ফাওরকই, মাগী মপুক্লীংদা লৈরিবা রা অহুগা মীশক অহুগগী মরক্তা অচৌবা পন অমা লৈবগুম মানা হায়গে নীংহুনা লাক্রিবা রা পূম্নমক পৌদোক অহুগা চানদ্রব-গুম মপুক্লীংদা খল্লকই ; থোইনা পুক্লীং চণ্ডদনা মহাক্না মমাংদা লৈবা ফিল্ম ফিয়াব, স্তাবদষ্ট, সন্দেনচিংবা অহু অমুক ফাক্কুনা মথং মথং য়েংলকই।

ভহাক্কী মপুংদা মানা মমায় হনগংলকপদা মমাগী থোঙনাউ অহুদগী য়েংবদা উরে পদ্মিনী অহু শঙ্গোয়গা মথাধংবা নাকন্দা সাই-কল অমা ঈনশিল্লক্কুনা চংলক্লে, মমান্নবী শান্তিনা মাবু হরাউনা ওক্লি। মহু উবদা আনন্দ খওহৌদনা পাখৎপা পোক্লকই। পদ্মিনী অহু অনৌবা মঙান্নাইবা পদ্মিনা অমনি, মহাক্না স্নুমিৎ খূদংগী উবা স্কুলগী চাং নাইবা থৌদাংন পুল্লবা, কয়া কেদব, মায়পোক লৈতং তৌদবা পদ্মিনা অহু নত্তে, মৈতৈ নূপাগী চাকচা-ইহজানবদা শেৎনবা লময়োনা ফজবা ফিজোল শেৎলকই, থরে অঙাংবা মচুগী ফিগে ফনেক অমা শেৎলি, ভাঙলৈনবা মচুগী অপাবা, রাহোংগী লৈরোং হৎপা মুগা ফি অমা ইল্লকই। মায়থোঙহু নীক-কোলগী লৈতেংনা ইঙান ভাল্লি চন্দন লংনা থিল্লকই, মমীত্তা কাজল পারকই, চানবান ভাঙ৩ক তৌরকই ; হকচাংগী লেঙওৎপা,

চৎপগী মতৌ খুদিংমক্তা চীংনেম্মী। আনন্দনা মাবু উবদা খড়হৌদনা মরমপী হোল্লকই।

শাস্তিনা পদ্মিনীবু মহাক্না ফম্লিবা কা অদোমদা পুশিন্দুনা চঙলক্লবদা মহাক্কী নিংদোল চোংবা হেনগৎলকই। মহাক্না ভাব ইতা তাদনা লৈরিঙৈদা থোঙজিন্দা মনমহেনবা নূপীগী ফিজোলগী মথোন তারকই, অহুদগী শাস্তিগী মখোল অমুক তারকই, "চঙউ, ফম্মু।"

আনন্দনা হনগৎনা য়েংলকই পদ্মিনীম্মু ওক্লা য়েংলকই। আনন্দদি মহাক্না হান্না ফাক্লম্বা ফিল্ম কিয়ার অদুদা য়েংদুনা লূকথখ্রে, অতুগা পদ্মিনীনা শাস্তিদা "করিগীনো অম্মুম্না শীল্লিবা ?" হায়না হংবগুম তৌবা মীৎয়েং অমনা য়েংলকই।

শাস্তিম্মু তৌফম খঙদনা মরিং মরাংবা মতৌদু কোক্লবা পদ্মিনীগী ফম্ফম তাক্লগা অমুকম্মু ফম্নবা হায়রকই।

মাকুপ অমগী মক্তুংদা পদ্মিনীগী হান্নগী মায়থোঙগী ইঙ্গিৎ অহু মাওখিতুনা মকালাম্না মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "ত্রেনা লাক্লিবসি থেঙলত্রা ?"

"অঙহৈবনি থেঙলবনি, খজিক্ত থেঙথরবদি ত্রে শাউরমগ-দবনি, নহান ওন্না লাকউ হায়রগা অমুক থেঙলিবদি করিগীনো ?" শাস্তিনা খজিক্তং মশা কোমথোক্লা খুম্লকই।

"মী কনামতা লাক্লমথিরোই হায়দুনা তৌবনি, হৌজিকপু মী শুরব্রনে ?"

"মীবুদি শুদ্রি ……… ।"

শান্তিনা নোক্তুনা পদ্মিনীদা অর্থ লৈনা য়েংলকই, অদুদগী আনন্দদা অমুক য়েংলকই। মতম অদুদা মপালদগী মাবু কমাগুম্বা অমনা কৌরকই। মহাক্না পদ্মিনীবু চমীং তানা সোফা মথক্তা ফমহল্লমগা মপালদা থোকখ্রে।

শান্তিনা থোকখ্রগা মথোয় অনীমক ঙহাক তুমিন্না লৈরকই। আনন্দনা খ্রাফম অদু কয়ম্না হৌদোক্তদগে খল্লকই; তাঞ্জা অদুদা ইথঙ থঙহৌদনা লাকপা শক্তি অমনা মাগা থৌনা হাপ্লগুম তৌনা মহাক্না হায়রকই, "পদ্মিনী, নহানগী থৌদোক অদু নহাক শোয়দনা শাউনীংলমগনি।"

"মদুদা কবি শাউনীংঙাই লৈবগে? থর ইকাইবগী খ্রাতনি." পদ্মিনীনা মচেক য়ৈনা খুল্লকই।

"অদুবু অসুম থোকউ হায়দুনা থোকখ্রবনি" আনন্দনা মমায় থর ঙাঙলপ্না হায়রকই, "হেডমাষ্টরনা মদুগী মরমদা করি হায়বগে?"

"করিসু হায়দে।"

পদ্মিনীনা খ্রা মথা ইতা তারক্তে. আনন্দনা হায়রকদবা খ্রা পুম্নমক অদু খঙলে হায়বগী মতৌগুম্না লৈ।

আনন্দনা ঙহাক তুমিন্না লৈরগা থর লকক তৌনা হায়রকই, "অদুগা মদুগী মরোল অমতংদি··· ।"

পদ্মিনীদু পাকহেক খুল্লক্তে, মমীত্তু ইতুরু তুকথনা, শকফম হঞ্জিন্না খ্রাথল অমা খনবগুম তৌনা লৈ।

আনন্দনা অমুক তকশিন্দুনা হায়রকই "তশেংবনি পদ্মিনী, পাউখুম অদুতং ঐ থৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরবনি।"

"ঐহু মহুগী মরমদা মুখ্যা থঙ্গরে," পদ্মিনীনা শৌশাদবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই, "ওয়াশিং অমদি ছাত্রীশিংগী মমাওদা অসিগুম্বা থবক অসি কয়া ফজদে, মখোয়গী মীনোক চঙলকনি, মহু ঐ কয়া পামজদে।"

পদ্মিনীনা অতোপ্পা মরম অমা পীহুনা থৈদোক্নবা হোৎনবা অদু আনন্দনা ভাব তাদবগুম তৌনা হায়রকই, "মহুদা করি অকায়বা লৈবগে? মখোয়মু লনাইগী অনীংবা লৈরমগনি, মহু মখোয়না ফোঙদোকই, ঐখোয়মু মহু ফোঙদোকচবতনি। মসিদা করি নোক্নীংঙাই লৈবগে?"

পদ্মিনীগী মায়থোংদা অহোংবা অমতা লৈতে, আনন্দনা হায়রিবা রা খুদিংমক থোইনা অর্থ লৈতবগুম তৌরকই। মাগী মায়থোঙগী ইঙ্গিৎ অহুনা অসুম্না উৎপগুম তৌই, "অদোম্বু ঐনা করিমু থন্দে, রা মথা অমুক তারক্ত্রবমু যারে।"

অসিগুম্বা মায়থোঙগী ইঙ্গিৎ অহু উবদা আনন্দ থাওবদা য়াম্না রারকই; নাপলগী মমি অমা তারিবা মায়থোঙ অহুনা মহাক্না মাগগী মরক্তা মরী করিমু লৈনদে হায়না উৎপগুম তৌই। অহুক চম্বা, রাঙাও নুংশিবী পদ্মিনীনা অসুম্না উৎলকপা মায়থোঙগী ম-ফোঙদোক অসি আনন্দনা অমুক্তা উখিদ্রি। মহাক রা মথা তা-ফম থওদ্রে, তুমিন্না লৈখ্রে। অহুবু অকোনবদা মাগী লিংজেল পুম্নমক ফুদোক্তুনা অমুক হংলকই, "অহুবু পুক্নীংগী ওইবা রা অম-তংদি হায়বীয়ু।"

"ঐনা হান্না হায়জখ্রবহুনি, মহু ঐ কয়া পামজদে।"

মতাং অসিদা আনন্দগী পূক্লীংদা শাথিবা চৈনা অমা পান্ন-রে, ব্রা অমুক মথা তারুবগী কান্নবা লৈত্রে হায়বা খঙলকই; করিগুম্বা লম্বীদা ওইরম্নবদি মহাক খূদক্কা মমায় ওন্দুনা লাক্লম-লগদবনি, অদুবু তাঞ্জানা য়াদহুনা কাহুদা অদুম লৈবদু মৈশা লাং-বগুম তৌরকই, থাঙভমদবা পোক্লকই। পদ্মিনীগী মোমোনতা নোকপা তঙাংবা চীনবান অদুদগী অদুগুম্বা মীমুংশি থঙদবা ব্রাহৈ থোরক্কনি হায়বসি মহাক্না মঙফাওবা মঙলুদে; থঙহৌদনা চাউরব রাখলগী ফ্রা অমা কীন্থরকপগুম তৌরকই, মমাঙদা উরিবা পদ্মিনীগী মূর্ত্তি অদুগা মহাক্না নহানমথৈ মঙলান্দা শাগৎথিবা পদ্মিনীগী মুংশিবা মূর্ত্তি অদুগা তোঙান্নরবগুম মপূক্লীংদা ফাওরকই।

তাঞ্জা অদুদা ইমুংদগী মী কৌথোক্লরক্লে, মথোয় অনীমক মমায় ইমক মক্না মপালদা থোরকই।

চাকচাব। লোইরবা মতুংদা আনন্দ অমুক পম্থরমদনা চংখ্রে।

শান্তিনা পদ্মিনীদা নোক্লকই, পদ্মিনীসু মঙোন্দা হাইফেৎ নোক্লকই, অদুবু চরাঙনবা অদুদা ব্রাদি অমুক হৌদোক্লদ্রে। পদ্মিনীসু মমান্নবী ময়াম মরক্তা ঙহাক ফম্নমগা হনখ্রে।

আনন্দ মুমিৎ অদুমুক নীংথা কায়বা, থরায় মুংঙাইতবা মপুন্সাদা য়াওখিদ্রি। মহাক্না চয়া থাজরুই, "ঐখোয়না মুংশিজবা মীশক অদুনা ঐখোয়গী পূক্লীংবু থঙবাহুনা থরদা ওইরবসু মি-মুংশি পোকপিবা য়াই।" অদুবু রাখল অদু পূমচুম চুম্বা ওইরমদ্রে হায়বা হৌজিক থঙলে; মদু মাগী পুন্সাদা অচৌবা পারা অমনি। মুমিৎ অদুদা মহাক করি থনখিবগে হায়বদু মহাক মশামক থঙদে,

মডোন্দগী ৱাখল থনবা ভম্বগী শক্তি পূম্বা মাঙখিবগুম তৌই; মাগী থম্মোয়দা মতম কুইনা য়োক্লকপা মুংশিবগী চার অতু কনাগুম্বা অমনা ফুক্কুনা লংশেকখিবগুম, মাগী হকচাংদা অনৌবা ঈ অমা চেল্লবগুম, মতম শাংনা মঙলানগী জগত্তা লৈরম্বা মণি অতু মঙ-ফাওনরকপদা খুত্তা লৈরমদবগুম, থৌদোক কয়াগা মরী লৈননা শাগৎলুবা আশা কয়া খূদক্তা মরূ ফংনা মাঙখিবগুম মাগী মপূক্লীংদা ফাওবা হৌরকই।

নুমিৎ অতুগী মুংদাংদা আনন্দ চাক চাদনা ফমুংদা চঙখ্রে।

নোংঙাল্লগা পদ্মিনীগা শান্তিগা স্কুলগী লম্পাক্তা হৌবা মনা-পূংবা হৈনৌ পাম্বী অতুগী মখোঙদা শংত্রিক শংনা চাংমান্নবা কূংনা হৌরবা নাপী মথক্তা ফম্লহুনা ৱারী শারকই। করিগুম্বা মতমদা ষ্টাফ কম মনুংদা ফেন লৈতবা মরম্না অসিগুম্বা উরুম লাংবা নুংশিৎ অঈংবা শীৎপা মফম অসিদা পোথানৈ। মপালনা য়োম্না শাৎ-লবা, অতপ্পা নুংশিৎনা মনা মরক্তা মখোল থোক্না শীৎলিবা হৈনৌ পাম্বীহুগী মথাদা ফম্বহু থোইদোক্লা তেকখৎলি, করিগুম্বদা হৈনৌ মপালগী মুংশিবা মনম হেক হেক নম্লকই।

শান্তিনা ঙরাংগী ৱাফম অতু হৌদোক্লহুনা হংলকই, "ঙরাং করি করি হায়্নখ্রে?"

পদ্মিনাহ্ কংনা থজিক্তং নোক্লহুনা হায়রকই, "করিস্ত হায়্নদেদা।"

"ঐ খঙলে. নহাক নপূক্লীংগী ৱা অমতা ঐংঙোন্দা হায়-দোক্লীংদ্রে।"

পদ্মিনীনা থজিক্ত শকক্ষম হঞ্জিল্লা অমুক হায়রকই, "অশেং-ৰনি করিস্নু হায়নদে। মহাক্না হেডমাষ্টরনা ঐঙোন্দা করি হায়রকপগে হংলকই অহুগা চিঠি অহুগী মরমদস্নু হংলকই— অহুথক্তনি।"

"অহুবুনি রা হায়রবু, নহাক্না করি খুমখ্রে?"

"হেডমাষ্টরনা করিস্নু হায়দে হায়না ঐনা খুম্মী।"

"অদুগা চিঠি অদুগী মরমদদি?"

"শান্তি, চিঠি অদুগী মরমদা ঐনা হায়নীংবা রা কয়া লৈ অদুবু পুম্নমক অদু মঙোন্দা হায়কবগী কান্নদে। ঐদি ইচম চম্না খুমদোকখ্রে অদুগুম্বা থবক্তু ঐ কয়া পামদে হায়না।"

"হায়মা, অহুদি মহাক মুংঙাইরম্নরোই!"

"অহুবু করিদি তৌগনি!" পদ্মিনীনা থোইনা থৌশাদনা অহাঙবদা য়েংলগা হায়রকই।

"অহুবু নহাক মঙোন্দা মিন্নুংশি অমতা পোক্ত্রা?" শান্তিনা পদ্মিনীগী পুকচেল কনবা মতৌ অহুদা পেন্দবগুম তৌনা হায়রকই, "মহাক্না নহাকপু নীংলকপা মতম কুইবে হায়বা নহাকস্নু খঙলবনি।"

পদ্মিনীনা শান্তিদা জ্ঞান তানা হায়রকই, "শান্তি, নহাকস্নু নুপীনি, নহাকপু মতম কুইনা নীংলকপা মীশক অমবু হেক্তা মুংশিবা ভগ্না?"

মহাক্না হায়রিবা রাক্ষম অহুদা শান্তিনা খুক্ষম খঙদবগুম তৌনা পদ্মিনীদা মুংশিনা য়েংলদুনা হায়রকই, "চুম্মী অহুবুদি,

অহুবু নহাক্না আনন্দবু য়ানীংত্রিবা মরমদি করিগীনো?"

"কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমবু উবদদা মুংশি, কনা-গুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমবু পুন্সী অসিমগী য়ানীংদে—মহুগী মরমবু করম্না হায়গনি?"

"অহুবু পুন্নমক অহুগী অচৌবা মরম অমমমদি লৈফম থোকই।"

হন্দক্তি পদ্মিনী ইল্লিবা ফিগী মনা অহু উরু উরু লৈরগা কয়া থোয়জগুদনা মপূক্লীংগী ৱা অহু হায়দোরকই, "শান্তি, ওঝা আনন্দ অসি নূপা মান্দে মঙোন্দা তুংগী আশা লৈতে। শেংনা হায়রবদা পুন্সাচুপ্পা হায় স্কুলগী ওঝা ওইহুনা লেল্লগদবা মী অমদা ঐগী আশা থম্নীংদে।"

শান্তিনা পদ্মিনীগী মপূক মন্নুংদা লৈরিবা ৱা পুন্নমক অহু ভাব থংতা তারকপগুম তৌরকই, অহুগা অমুকস্তু মনাক্তা ফম্লিবা পদ্মিনীগী ফজবা মশক মতৌ, মগুণ পুন্নমক অহুস্তু খঙলকপ-গুম তৌরকই। মহাক্না মপূক্লীংদা খল্লকই "চুম্মী, নূপী ওইবী-শিংনা মতীক চাবা মপুরোইবা পাম্মী, মাগী ফরকপগী আশাদা ডাগুজনীংই, মাগী মরুম থুগচহুনা নাপল তৌজনীংই, মাগী মিনুংশি মথাদা হিংজনীংই। মথোয়বু লুনা থঞ্জবা মীওই ডাক-পুস্তু মথোয়না থোয়দাদে, অহুগা যোইদোক্নস্তু পদ্মিনীগুম্বী মশক মতৌ ফজবা নূপী অমগীদি হীরম অসিদা য়াম্না মুন্না থন্থফম থোকই, আশাস্তু য়াম্না তৌনা ডাই লৈ, আনন্দগুম্বা মশক অসি মহাক্কী মতীক চাদে।"

মহাক্না ফোংনা হায়রকই, "ফরেদা তূমিন্না হেক লৈরবস্‌ু।"

"উম, ঐস্থু মতুম্না খল্লিবনি। মহাকপু মী ওইনা মুংশি, মপুক ফৈ ঈং-তপ্পী, অদুবু মহাকপু পুন্সীগী ওইনদি ঐ খন্দে, চুন্না মরূপ অমা অতুম ওইবতু পান্মী।"

"মতুদি মানা থাওবা ভমগদবা মান্দে।"

"অদুবু করি উপায়দি লৈ?"

"হোয়দা, করিস্থু উপায় লৈতে। করিনো মসিদা তৌগ-দবা? মহাকস্থু কনাগুম্বী অমা লুহোংলগা নহাকপু মরাইনা কাউজখিনি, অদু মডায়।"

পুং তারক্কুনা রান্বী অদু মতাং অদুরাইদা অতুম লোইশিনখ্রে।

১৫

পদ্মিনীগা ব্রারী শারুবা মতুং অহু আনন্দ কোকপুবা ঙমদবা ব্রাখল অমনা ওৎপা হৌরক্লে। স্কুলগী হেডমাষ্টরনা মাবু য়েং শিনবা, পদ্মিনীগী মফমদগী মুংশিবগী ঈরিক অমতা কংলক্কবা মরম অসিনা মহাক স্কুলদা খোঙফম অমফাওবা তানিংদ্রে, স্কুল অহু মঙোন্দা মরুভূমিগী মশক ওইরক্লে। মহাক্না স্কুল অসিদা পদ্মিনীবু অস্থুম য়েংহনা লৈবা ঙম্মরোই, মহাক্কী মুংশিরবী নীংথিরবী মায়থোঙ অহুবু অস্থুম উবদা মাগী মুংশিবগী মৈচাক অস্থুম হেনগৎলক্কনি— মসি মঙোন্দদি খাঙঙমদবা দণ্ডি অমনি। অহুগা অমুকস্থু মহাক্না তুংগী পুন্সীদা থোক্কদবা থৌদোক কয়া ভাবনা শাগত্তুনা য়েংলকই। মহাক্না উরকই মতীক চাবা নূপা অমদা লুহোংথ্রবা পদ্মিনীনা, লুহোংলবা মতুংগী কুচু-কুমেন অমদি শকফমগী ফজবা হেনগৎনা, মচুম তাবমখৈ কেনা লাকপা, নোংমফাদোকস্থু মপুরোইবনা কারদা নত্রগা স্কুতরদা থিল্লকপা, লৌবা লাকপা, মহাক্কা মশা অমতা ওইনা নোক্তুনা ব্রারী শাবা গাড়ীদা তোংমিন্নথিবা অসিনচিংবা। অহুগুম্বা মরাইবক ফবা

ওইগদৌরিবা মীশক অদু মহাক্না হায়নীংঙাই লৈতনা কল্লকপা পোক্লকই। মহাক্না খঙহৌদনা স্বরমপী হোন্দুনা খল্লকই, "মীগা মীমান্নবা ঙম্নবা অনৌবা পুন্সী অমা চাং য়েংলগনি।" "অনৌবা পুন্সী অদুদি করিনো? লাইরিক তমথব্রা? অনৌবা থবক থিব্রা? নত্রগা লনাইগী করবার তৌব্রা?" মথন্তা অমুক হংজরকই। অদুবু মদু মহাক খঙবা ঙমদে। "পুন্নমক অদুগী মন্নুংদা অমা হেক্তা ওইবা য়াই," হ্ন্‌গী খোঙ্গেল অমনা থুমকই, "লেপ্লবা ঈচেলগুম্নবা পুন্সী অসিদগীদি নাম্থোরকপা তাই।"

নোংমগী মুংথিল অমদা ষ্টাফ কমদা কনামতা লৈত্রিঙৈদা আনন্দগা বসন্তগা ন্নারা শারকই। আনন্দ পুন্সীদা তৌকম খঙলক্রুবা মীকুপ্তা অহল ওইবা বসন্তগা ন্না হেক হেক তান্নি, মহাক্না বসন্তগী মফমদা পদ্মিনী মখোয় অনীগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোক পুন্নমক তম্লে। অদুদগী আনন্দনা ন্নাখল তৌবগা হায়রকই, "ঐহাক থবক অসি থাদোক্লগে হায়না চপ য়ুংনা খল্লে।"

বসন্তনা হাইফেং ঙক্না হংলকই, "কবিগী?"

"ঐ থবক অসিগী লীপুন্না পুন্দুনা মীমান্নবা ঙমদ্রে।"

"থবক থাদোক্লগা করি তৌগনি?"

"য়ারগা এম, এ, তম্বা চংখ্রগে নত্রগা অনৌবা থবক অমা থিরগে।"

বসন্তনা মঙক নোম্লহুনা চুকট অহু অমুক্তুং চিংলহুনা হায়বরকই, "উম, লাইরিক তমগে হায়ববুদি মকৈ। অহুবু থবক থিবগী ন্নাঙদি অমা ফংদ্রিঙৈদা অমা করম্না থাদোকনি?"

আনন্দ তূমিন্না লৈ।

বসন্তনা অমুক হায়রকই, "লাইরিক তম্বগী য়াহূ নখোয়গী ইমুংগদি তান্নরব্রা ?"

মতাং অসিদা আনন্দ অহূ শকক্ম থরু হৃজিনথি, মহাক্কী মপা লৈত্রে, মনাউ পিশক অনীগা মমাগা মখোয় মরিতনি। মহাক্না ইমুং অহূ মপূংওইনা পুই, মমানা সিংজমৈদা হূকান মচা অমা ফম্মি।

বসন্তনা উরে আনন্দনা লাইরিক তম্নীংবদগী য়ারেপ অহূ হাথু হাথুনা ইমুং মনুং তান্নদনা লৌবনি। মহাক্না ক্লান তানা অমুক শন্নথরকই "মখোয়না য়ারবদি লাইরিক তম্বা চৎপগীদি য়াম্না ফৈ, অহূবু তাঞ্জা অমা য়েংথো থবক্তি হেক থাদোক্লুথিনু।"

অহূবু নোংমদি ইথউ থউহৌদনা আনন্দ থবক তোকপগী চে খারক্লে, ওঝা পূন্নমক ইউক উক্লখে। বসন্তনা চত্তুনা হৎলুই, মহূদা মহাক্না হায়রকই মহাক এম, এ, তম্বা চৎলগনি।

আনন্দনা নোংমা চূপ্পা য়াথল তৌরগা পদ্মিনীগী য়াথল থাদোক্লগে হায়না মপূক্নীংদা চপ য়ুংনা লেপথি. অহূগা ইমুং মনুংগা এম,এ তম্বা চৎপগী মতাংদা তান্নথি — মখোয়গী অনংবা মতৌ অহূদা আনন্দগী মমাদি অরেপ্পা য়া অমা হায়বা ঙমথিদে, অহূবু মহাক্কী মন্দোমচা অমা লৈ, মহাক মচা-মণু পোক্তে, মরল লৈবী ফিয়োনবী অমনি, মহাক্না আনন্দবু অঙাং ওইরিডৈদগী লুনা তৌই মহাক্না মায়রোউ য়াহূনা আনন্দবু এম, এ, তম্বা চৎহন্নবা কন্না লেপথি। অমুম্না আনন্দ

ইমু'গী অহলশিংগা তান্নরগা থবক তোকপগী চে থাখি।

অদ'দগী ইকুই কুইদনা মহাক কলিকতাদা এম, এ, তম্বা চৎখ্রে।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে, থৌদোক খুদিংমক্ক থর থর অসুম নীংশিংবগী লাংদগী লীংথখি। স্কুলদদি নোংম-ফাদোক কুইম তৌখ্রগা অমদি পিকনিকনচিংবা চৎপা মতমদা মাবু নীংশিংনৈ মরমদি মহাক অসিগুম্বা থবকশিংদা থরায় য়াওই, মহাক্না অয়াম্বা শীন্নাওই।

আনন্দনা থবক তাকখ্রবা মতুংদা পদ্মিনীগী পুন্সীদা হৌইনা অহাংবা লৈতে; ঙুমিং খুদিংগী স্কুল চৎলি, ছুটি লৈবা ঙুমিত্তা য়ুমদগী মপাল থোক্লে, কবিগুম্ব ঙুমিত্তা মচেন চাককৌহুনা মখোয়দ চাকচাবা চংলি, ইমু' মহুংগী ব্রাবা-ব্রা তাই শানৈ, মচেনা মহাকী মযুম-মকৈ পানবগী ব্রা হৌদোকপা য়াওই। মমা মপা লৈত্রবনা চহী নৌরিবী ভাক্তা ওইববসু ইমুং মঙ্গ'গী ব্র খুদিংমক মখোয় অনীতা মক ওইনা তানৈ। কবিগুম্বদা থরায় পুংতাইতবা থৌদোক অমা নীংশিলকপদা নত্রগা অভাং ওইরিবগী পুন্সীবু নীংশিংলকপদা মখোয় অনী থউহৌদনা কপমিন্নবা য়াওই। তশেংনমক পদ্মিনীদদি মচে অসি মমানি, মপানি, মকপনি মাগী ব্রাবী পুম্নমক মচেদ শাদোকপা ভাক্তনি।

মহাকী মপাগী লাইফ ইন্সুরেন্সকী ফংফম থোকপা সেল লুপা লীশীং তরা অহু ফংখ্রে, মচেনা তাকপা মতু ইন্না সেল

অত্থু মথোয়গী মাম্মগী মখুত্তা থম্মী। মহাক্কা বীণাগী ময়ুমদা চত্তুনা লুপা লীশীং অনীথক থিল্লুই। বীণাত্থু হয়াউবনা মমীত্তা পিগী ঈবা চেল্লি, পদ্মিনিবু মাগীদা তোয়না লাকউ চাক চারো অসিনচিংবা হায়দুনা পাউ কয়া চেল্লকই, অত্থুবু পদ্মিনী মাগী লমচৎ অত্থুদা হঙ্গোইদুনা নোংমতা চৎলুদে

আনন্দগী য়াদি মহাক থোইনা নীংশিংলুদে। নুংশিবা হায়বসি অওকপনি মুংশিরুবা মীশক অদু পৃথিবী অপূম্বমুক মমল য়াম্না লুম্না থম্লি, থোইনা মুংশিরুদবা মীশক অদু সংসার অসিদা হিংলি হায়বকাওবা য়োনা ওাউই, নোংমফাদোক নীং-শিংলকপদু পূক্নীংগী ফীজওদা মরক মরক্তা কূপ্লকপা য়াথলগী নোংথাংনি। নহা ওইবগী ঈনথৎলকপা মতমগী আশানা থল্লবা মাগী পূক্নীংদা অচাউরমগা মরী লৈনদবা অংশংবা থম্মোয়গী ওইবা পোৎশক থর লৈ হায়বদু পল্লুদবগুম তৌই।

মুংদাংদদি করিগুম্বা কান্দা পদ্মিনী য়াম্না থেংনা তূমদনা ফমুংদা ওনখোইনা লৈবা য়াওই, অয়াবা য়াথলনা মরম খঙদনা মাগী কোক্তা ঈরম চংমা থোক্না চেন্সিল্লকই, হৌথ্রবা অমদি তুংদা লাক্কদবা পুন্সী অনীগী মরক্তা লাঙতক্নবা অমা কন্না ফাওরকই মক্ষম খঙদ্রবা মরাল অমা লংখ্রবগুম মপূক্নীংদা নিংকোক নিংকোক তৌই, কনাগুম্বা অমগী থয়ায়না লাক্কুনা মাগী থম্মোয় অদু হেক হেক চৌদোক্লবগুম পোথাফম ইথঙ খঙলক্কে। করিগুম্বা অসিগুম্না থাঙফম খঙলক্কবা অহিংগী মতমদা মৃণাল থোরক্কুনা দারীদা ফম্নং থাবলনা লুপাগী মচুগুম লীক্লা

য়ৈরবা মনাপুংবা উনারক্রুগী ইরং লংনা ঈংনা মঙাল থক্তোরক্লম্মী। অসুম্না অহিংগী মতম কয়া লেনবা য়াওখি।

শরৎ ঋতু চডলক্লে; অয়ুক্তা লৈচিল নোং চাই থাবা হৌরক্লে, করিগুম্বদা লম্বী-সডক্তা লৈচিন্না পুম্মম মন্না থাক্তনা অমগা অমগা শক উনদে। অশংবা উনা-ম্নানাশিং ম্নাউথাংনবা মচু ওল্লক্লে, পৃথিবীগী লৈমায়স্তু কংলে মমুন ফাৱবা উহৈ-ম্নাহৈশিংনা মক লুক্নবা উপালশিংদা হৈথবমথৈ পাল্লি, ইন্খোলগী সম্বলদা সগাইদা মবী চত্নুনা পানবা খোংদ্রুম, সেবোং, তরবুজ, তোরবোং পুম্নক মপুং ফারক্লে। নুমিদাংগী মতমদা লূনা শংবান্নবা অতিয়াদা থোকপা থাবল অহু হান্নদগী শন্নক তর হেন্না লংনা উই। প্রকৃতি লাইরেম্বীন অমুক্তং অরোইব ফজবা শক্তং উওুনা কিথি কিকম তৌনা নিংথমথাগী উল্লেনবু মাযোক্লগদবগী ভাই চুনা লৈবগুম তৌই; তশেংনমক শবৎ ঋতুদা প্রকৃতি লাই-রেম্বী অসি মেংহাদবী, চী লেয়্নবী চিন্তাগী শক্লোন পুববী অম-গুম্না উই। লাংবনগী তরাতকুক্নীপানবা নুমিত্তগা হৌনা ময়ূম পানথ্রবী নূপীশিংনা তর্পণগীদমক ভমজ ভমজবা পোৎচৈ পুহুনা মপামদা লাক্লবা হৌরে। মৌনহাদগীনা অহল ওইরবী নূপী শিংফাওব ফজরব ফনেক মপান্নাইবা শেত্তুনা, মুগাগী হন্নফি ইন্দুনা রিক্সো তোংহুনা নত্রগা মখোঙনা নুমিৎ খুদিংগা পোৎ থিনবা চৎপা উই; রিক্সো শোবশিংনা মমাঙদা কোম্পাক্ত চু, হৈজাং মঙ্গ্রা, যুবী, লফোয় অসিনচিংবা মথল মথা কয়াগী মতমগী উহৈ-ম্নাহৈ হাপ্তুনা পুই। মখোঙনা চৎপা কাওবুগীনা

অহল ওইবীশিংনা পোৎ অতু পুই। মৈতৈ লৈবাক্কী মচী মচী, সড়ক খূদিংমক্তা নূপীগী ফজবা ফিজোল অমদি শক্তমশিংনা ইভান ভাল্লি। অসিগুম্বা মতমদা বাজারদা ফংবা উহৈ-ম্রাহৈশিং অতু অতুক্কী মতীক খঙহৌদনা মমল তাঙখৎখি।

পদ্মিনীগী মচে রাণীস্থু হুম্নি চনবা মুমিত্তা ময়ুমদা তর্পণগী পোৎচৈ থিনবা লাকই।

পদ্মিনীনা ভস্তা পুখ্রীদা ঈরুজ্জথোক্লুরগা ফনেক অভাংবা অমা ফিদোন চিংখৎত্তুনা শেৎলগা, ভৌরোক ভৌবা হকচাং অতুদা তৈথোকপা শেংদবা ঈশিং মরীক থর পক্লা, মশম অতু ফাবুন পুনশিল্লগা, ফদি অচোৎপা অমা মরেংবান্দা য়ান্দুনা, ঈশিং বালটিন অমা য়াল্লগা ঈরুজবা ফারকই। মহাক্লা মাগী কাদা চঙলগা ফিমতেক অরাংবা অমনা মশম অতু শুমদোক্লগা মিংশেল মমাঙদা লেপ্তুনা শনজেৎ হাৎলিঙৈদা থংনবা কাদগী মচেগা মাম্মগা ম্রারী অমা শাবা তারকই। ম্রারী অতু তাবদা মহাক শমজেৎ হাৎপা লেপথেৎ, মিংশেল মমাঙদা তূমিন্না মমীৎ তূকথহুনা লেপ্লগা ভাঙনরিবঙু তাহুনা লৈখ্রে।

"মীশক অতুদি কনানো?" মাগী মাম্মনা হীদাকফু অমা প্রোক প্রোক চিংলদুনা হায়রকই।

"মৌবুদি য়াম্না ফবা জাৎনি," মচেনা খুম্মী, "ডাক্তরনি, মমিংনা মদন কৌই, ঐথোয়গী অরাংদগীনি থোরকপা কুইত্রি; থবক পায়বদা ভায়রি। মশানস্থু ঐথোয়গী পদ্মিনীবু য়াম্না পাম্মী। অদুগা ঐস্থু ফনা লৈত্রবা অসিদদি ইচিন ইনাউ নক্লা

লৈমিন্নবদ্‌ নুংঙাইগনি খল্লিবনি।"

"য়াম্না ফবা ৱানি. অদুবু পদ্মিনীনদি মাবু খঙব্রা ?"

"খঙলমগদ্রা খঙদে, মহাক্না ঐখোয়দা হেক হেক লাকপা অদুদা ডাক্তর অদুনদি মাবু মশক খঙই "

"অদুগা ইমুং মনুংদি করম তৌই ?"

"ইমুং মনুংসু য়াম্না নুংঙাইবা ইমুংনি. মাম্মবু খঙদ্রনে ঐখোয়গী অৱাংদা য়ুম্মোন অনীদং লাল্লগা লৈবা মথোল অনী লোঙবা চেক্না শাবা য়ুমছু ? মছু মখোয়গী য়ুম্মী, মপানা ঠিকাদার অচৌবনি সেল-থুমগী অৱাৎপা লৈতে; ঐখোয়গী পদ্মিনীনা লৈবদা নুংঙাইবনা ঙক্কনি।"

"অহল-লমন্নদি করি হায়রিবা ?"

"মখোয়না থোইনহুম পামখ্রে মমা অহুনা ঙহাক লৈতে ঐঙোন্দা ঙংলরিবা। নহানমথৈ ইনাকখুনবা ইমুংনি হায়না নাপল খরহুম কারম্মী, হন্দক মরক্তি নকুরবা মরী মতাদোনা ঐখোয়দা ওন্থাক্লা নকশিল্লক্লে।"

ঙহাক্কী তুংদা মাগী মাম্মছু থোকখ্রে।

পদ্মিনীগী মকোক শমজেৎ হাৎপা লোইরহুনা চাকখুমলোমদা চঙখ্রে। মচেসু ফুনাক মম্নাদা ফমহুনা ঙা শেম্লরে। ঙরাং মচে লাক্কনি হায়বা পাউ তাবদা মখোয়গী মাম্মনা পুথ্রীদগী অয়োকপা রো অনীথক ফায়। ঙাহু শেম্না শেম্না রাণীনা ঙসায়গী ৱাফম অহুগী মরমদা পদ্মিনীদা অমুক হোদোরকই, ৱাহু তাবদা পদ্মিনীনা মচেদা য়েংলগা চাং মাল্লরবা য়াশিংহু উত্তুনা নোক্লকই।

মাগী থোইনা থৌশাদবা মতো অহুদা মচেমা হাইফেৎ ঙুংশাথীমা হায়রকই, 'অওইবনি ফাগী নত্তে, মানদি নঙবুতা শোন্দুনা লৈ।"

অহুদগী মচেনা মথং মথং জ্ঞান তানা মীশক অদুগী মরমদা, ইমুং মনুংগী মরমদা পদ্মিনীদা ৱারী শারে। পদ্মিনীস্তু মীশক অহু মশক খঙলক্লে, মহাক্না মচেখোয়দা চৎপদা হায়রিবা মী অদু উখে। ঙমিং অদুদি রাণীনা ৱাফম অদু চুমতা হৌদোরকপতনি, মদু হায়রম্নগা মনাউনুপীগী পুক্নীংগী ফিরেপ অদু মথন্তা শাগৎচনবা।

মহাক্না অতৈ অতৈ ইমুং মনুংগী ৱারী শারকপদা বীণাগী মরমদা হংলকই, "ইমাতোন বীণাদি করম তোথে, পাউকা তাব্রা?"

মাগী ৱা পল্লকপদা পদ্মিনীনা মরৈ তিংথোক্লকই, অহুগা হায়রকই, "হ্! তাস্ত্রিবোইরে, মহাক্তি নগান্না নুপা অমদা মযুম পাল্লবসিবু।"

"কনানো নুপা অহুদি?"

"করবার তৌমিন্নবা নুপা— পৈশাকা য়াম্না পাম্নবজাৎ," অসি হায়রগা পদ্মিনীহু নোক্লকই, "মহাক্তি ঙুংঙাইখ্রমালে, 'সিদকা লা-কথিস্রে।"

"লৈবদি ময়ুমদা অহুম লৈব্রা?"

"উম, নুপা অহুনা লৈরবগী ৱাতনি।"

রাণী হায়ফেৎ তুকচবা মঙংদা শূক্তোক্লকই, অহুগা হায়রকই, "ফরেনে, অহুদি।"

মুংথিলদা রাণীহু হনগদবগী পদ্মিনীগা লোয়ননা কোম্থোঙদা থোক্লকই। তারমদাই মুমিংকী ভাঙ্রানবা মশেক্তা মচিন মনাউ অনীগী মায়থোঙহু মকালাম্না উই। রাণীনা কোম্থোঙদা মচা অনা অহুগা লোয়ননা রিক্সো তোংখৎলগা মথোঙ ময়াদা থম্লিবা থাউ অহু শেম্না শেম্না হায়রকই, "মথংগী নোংমাইজিং মুমিত্তা লাকউদনা ঐথোয়দা।"

রিক্সো অহু তপ্না তপ্না থৌবা হোরকই।

পদ্মিনী নোক্তুনা সড়ক ময়াদা লেপ্লগা হায়খ্রৈ, "হুম, নখোয়দা লাকপা তল্লে।"

মচে থিন্দোক্লুরবা মতুংদা পদ্মিনীনা মমায় লূক্না তপ্না ময়ুম্মোমদা চঙলকই, অনৌবা রাথলগী চার অমা মাগী পুক্রীংদা থারবা অহুগী মমি মায়থোঙদা তারবগুম তৌই।

ইমুংদা চঙলগা পদ্মিনী ড্রেসিং টেবল মথক্তা লৈরিবা লোনবা হৌগৎলকপদা ভায়রিবা মোনখুম অমা চপ্তুনা লৈরিবা উগী ফ্রেম অহু লৌগদবগী চঙলকপদা পাক্লবা হকচাং তম্থায় চনবা মিংশেল অহুদা ফজরবা শককম অহুগী মমি তারকই, খোইখোয়বা পৌশুমগী মথাদা লৈরিবা তপ্লবা, ঈংলবা, তরু তরুবা, মীগী থম্মোয়বু মরোল লোন্দুনা হৌদোকপা ঙম্বা মমিংশিং অহুনা মশাগী শুক্নাংপা শককম অহু মীকূপ অমতং য়েংহুনা লৈ, অহুগা অমুক লূকখথি। অহুদগী রুমালগী ফ্রেম অহু লৌরগা নাকন্দা থারিবা সোফা মথক্তা ফমহুনা রুমাল লোনবা হৌরকই। ঙসায় মচেনা মঙোন্দা হায়ন-শীংনবগী রা হৌদোরকপদা রাফম

অহ্ মহাক্না ফাগী তাহ্না তোকখি, অহুবু মথন্তা চীক্না ফম্নবা মতমদা রাখল অহ্ মাগী কোক্তা খর খর অম্নুম মথন্তা তপ্না চ্ঙলকপা হৌরকই। মচেখোয়দা চৎলুবদা থেংনখিবা থোদোক খব অম্নুম নীংশিংলকই হায়রিবা ইমুং অসিদা লৈরিবা ডাক্তর অতু করিগুম্বা কান্দা মহাক্না মচেখোয়গী লৈরক্তা চঙলকপদা ক্রোস মার্ক থাবা অশংবা প্রেমিয়ার কার অমা থোক্নুনা থোরকপা য়াওই মযুমদা লৈরম্বা তাঞ্জা থোক্লবদি মচেখোয়গী শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা ফাওহ্নুনা চৎলবা য়াওই। মহাকস্নু নোংমতা অসিগুম্বা থোদোক অসিদা খোয়জঙথিবা লৈত্রে, অহুবু ঙসিদি থোদোক পুম্নমক অতুগী ময়েক লারবা মমি অমা মাগী পুক্নীংদা তারে, অতুগা লোয়ন-লোয়ননা তুংগী মঙলান কয়াগী শক্তম অমা মাগী পুক্নীংদা শাগৎপা হৌরক্লে। মহাক্না অমুকস্নু উরকই আনন্দগী অরাবা শকফম, নুপা মান্দবা মতৌ, ঙঝা ওইরম্বা ফীবম, ইমুং মন্নুংগী অনংবা মতৌ, য়েংলুবা খূদিংদা তুংগী আশা লৈতবা —অসিগুম্বা রাখলনা মাগী কোক্তা চঙলকপদা মাগী শকফমদু মুংশূক মুংজানরকই। অতুগা মচেনা পল্লমিবা মীশক অসিবু নীংশিংলুবদদি মাগী মপুক্নীংদা মথুম মরাঙ হৌরকই, মপাল-থোংদা য়েংবদা নুপী ওইবীশিংনা মপুন্নোইবা ওইনা খঞ্জবদা মতীক চারে হায়না খঞ্জবা নুপা অতুগী শক্তমদু ভাবনা লাক-শিন্নবা হৌরকই।

আনন্দ এম, এ, গী মিং চনশিল্লমগা হকুই কুইদনা পুজাগী ছুটি থাহনা অমুক ময়ূমদা থোরক্লে।

নোংমা মহাক্না লাইরিক তৌফম কাদা লাইরিক পানা পানা থোকখ্রবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংলকই— থৌদোক খুদিংমক চরাংতা থোকখিবগুম্না মাগী পুক্নীংদা তরং তরং উরকই। মহাক্না মমাঙদা ফাক্তুনা লৈরিবা লাইরিক অহু করিমতা থক্লায় চঙদনা য়েংলগা নুংগী মুত্তিগুম্না ফমহনা লৈ। মহাক্না মমীত্তা মথং মথং উরকই উপাক অমনবনা খাবা, অঙাঙবা তিন্না কুপ্পা স্কুল, নাপী শংত্রিক শংনা হৌরবা, লম্বীনা ময়ায় খায়হনা লৈরিবা চুংথেক নাইবা লম্পাক, মহুদা হৌরিবা মনাপুংবা হৈনৌ পাম্বী, মহুগী মথাদা পদ্মিনীনা নোংম-ফাদোক ওঝা নূপীশিংগা নোক্তুনা ব্লারা শাবা। পাদ্মিনীগা অহানবা খঙনরকপা মতমদা মহাকা মরূপকী মতৌগুম কোইনদনা ব্লারী শাখিবা, মতম অহুদা মহাক মথক্তা থম্মোয়দা নাপল কাখিবা পুম্নমক মহাক নীংশিংলকই, অহগা অমুকস্মু মহাক্না চাকচানবা মুমিংকী অকিবা থৌদোক অহুবুস্মু নীংশিংলকই। অমুম্না মহাক্না কাউগে নীংখ্রবা পদ্মিনাবু কি-তূকচবা, ব্লারৌবা,

মুংডাইতবা রাখল অমগা লোয়ননা হেক হেক নীংশিংলকপা লেপ্পা লৈতে। হন্দকী ছুটি লোরকপা অসিদা মহাক্না পদ্মিনীবু করি-গীনো মরম খঙদনা কন্না উন্নবী'বা রাখল অমা পোক্লক্লে। মহাক্না মথন্তা মপুক্কীংদা থাজদনা হংলকই, 'পদ্মিনীবু অমুক মিন্নুংশি খঙদবী ওইগদ্রা ? মঙোন্দা অমুক হন্না হায়বদা করি অকায়বা লৈ ?" অহুদগী রারক চেৎলবা মুংগী রাখল অমনা হায়-রকপগুম তৌই, 'রাখল অহু চুমদে, মহাক্না অমুক্কা মিন্নুংশি উংলক্কবদি নঙগী হিংঙম লৈতে।" অমুম্না য়ান্না খঙ্গানকরবা মতুংদা আনন্দ কদায়দা চৎলিবনো, কনাদা করি হায়রুগদো-রিবনো হায়বা করিমতা খঙদনা মঙদা চৎপগুম, লাইনা পুরবা মীগুম য়ূমদগী মপাল থোরকই।

মতম অহু অয়ুক্কী পুং তরা তাগদোরে। মেরা থাগী মুংশানা মেঙন' শাগৎপা হৌরকই, শংত্রিক শংবা অতিয়াহু পুমশেং শেংই পৌক্লিবা অঙাং ময়ান্না নাকন্দা লাইরিক থাউ য়ান্দুনা সড়ক্কা মরী মরী চৎলি; মখোয়হু উবদা আনন্দ খঙহৌদনা মপুক্কীং মু'-শিবা পোক্লকই, হৌজিক মহাক মখোয়বু তম্বীবগী শিনফম অহু থাদোক্লে থল্লুবদা মুংডাইতবা ফাওরকই। মহাক্না সাইকলগী খোঙনেৎ অহু তপ্না তপ্না লৈরহুনা মরু লুক্না রাখল খনবগুম তৌনা চৎলি, মমাঙদা উরিবা মী খূদিংমক অনৌবা তাইবঙ অমদা উবগুম তৌই। মহাক্না থাগেমপল্লিরোমদা হাইথরক্কুনা লম্বীগী নাকন্দা হৌবা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোঙদা লেপ্লুনা লৈরে। ঙহাক্কী মমুংদা পুং তরা তারক্লে, সড়ক্কা চৎলম্বা ছাত্র,

ছাত্রী ময়ামত্থু ফনা য়াম্না লৎলে, অথেঙবা, অমা অনী হাথু হাথু চেন্না চেন্না চৎপা নত্তনা অতৈ উরক্নে। আনন্দ মথন্তা নীংহন্নবা পোক্লকই, হন্নগে হায়না তৌবা মতম অহুমক্তদা মহাক্না অথাপ্পদা ফি অশ'বা ইনবী নুপী অমা লাকপা উরকই, মহু উবদা মহাক হাইফেং লাওতক্লনা অমুক য়েংহন্না লৈরে। নুকশিল্লক্লবা কান্দা মহাক্না খঙলে মীশক্র অহু শান্তিনি। শান্তিনা মাবু উবমক্তদা অথাপ্পদগী নোক্লকই। মহাক্না মহাক্কী মপা য়োরক্লগা হংলকই, "ওব্রা কৈদোউৈ থোকপীরকপগে ?"

আনন্দনা ওরাং মথং নহান থোরকপনি হায়না খুম্মী।

মহাক্না শান্তিগী মনাক্তা তপ্না সাইকল অহু থোম্বরে; শান্তি অহু হাথু হাথু লাক্লরম্ব মহাকপু উব্বদা কুইনা উন্নক্রবা মরূপকুম ইংথনা রারী শারা হৌরকই।

মহাক্না নোক্তুনা হায়রক্লই, "পদ্মিনীদি ওসায়না চৎলমগনি, চন্না কাগনরনি।"

"মাবু ঙাইরা নত্তেদা," আনন্দনা শেম শাহনবা খুম্বংই।

কনাগুম্বী নুপীম্বা রারী শান্নিংঙাই লৈত্রবগুম মমান্নবীনা থো-শাবীগ্রবা নুপাগী মফমদা মমান্নবী অহুগী মন্থমদা হেক হেক পানবা তৌগল্লি, অসিগুম্বা রারী অসিনা থোইদোক্লা নুপা অহুবু শ্লাউবদা রাহল্লি। মসিমক আনন্দদা থোকখ্রে। পাদ্মনীগী রা হৌদোরকপদা মহাক খঙহৌদনা য়াম্না খোয়রাওবা পোক্লকই।

"মহাক্তি করম তৌরিবগে ?" আনন্দনা হৌদোরকপহুগী খুদোংচাবা লোমহুনা হংলক্লই।

শান্তিনা মপুরীংদা থল্লকই, "পদ্মিনীগী বাবু হায়রুবুনা করি কান্নগদগে ? মহাক হৌজিক ভুংগী পুন্নীগী মুংঙাইরবা মওদান অমদা তাউহুনা লৈরি।"

অদুবু মহাক্না কোংনা হায়রকই, "পদ্মিনীসু নুংঙাইরি।"

আনন্দ তুমিন্না অমুক লৈ, মমীং অদু লৈখাদা য়েংদুনা করি হায়গদগে খওদনা চৎপগুম তৌই।

ওহাক্‌কী মতুংদা শান্তিনা খওহৌদনা হায়দোকখ্রে, "ওথা তাবীরব্রা? পদ্মিনীদি থাজখ্রে।"

আনন্দগী শকফমদু থংহোং হোংখি, কুচু তাইফেং তাইশিনখি, খওনীংনা হংলকই, "কনাদা?"

শান্তিনা মঙোন্দা মীশক অদু তাক্লে, আনন্দনা মীশক অদুগী মমিংদু তাখিবগুম তৌখ্রে, অদুবু মদু মফম কদায়দনো হায়বদি নীংশিংবা থোক্তে।

শান্তিনা রাফম অসি আনন্দদা হেক হায়দোক্লোই হায়না খল্লম্বনি অদুবু হায়দোকবগীসু থোইনা কান্নবা লৈতে, রাফম অদু তাম্নগা আনন্দগী অনৌবা পুক্নীংগী ফিরেপ অমা শাগৎপনা হেন্না ফৈ হায়না খল্লদুনা মহাক্না রা অসি হায়দোকখিবনি।

আনন্দনা মখোল নীক্না হংলকই, "পদ্মিনী মশানবু য়ারব্রা? অহল-লমন্না শীন্দুনা তৌব্রা?"

"অহল-লমন্না শীনবনি," শান্তিনা ইকোম কোম্না আনন্দ অসি হিংদ্রবদোনা হায়রকই; "অদুগা পদ্মিনী মশানসু য়ারে।"

আনন্দ খওহৌদনা মমাংদা উরিবা লম্বেল অদু মমখিবগুম

তৌরকই, সংসার অপুম্বগা মান্নবা লন অমা খঙহৌদনা মাঙ-খিবগুম মপুক্লীংদা ফাওরকই।

মহাক ঙহাক চমম্না শান্তিগী মনাক্তা চংলম্মগা হনখ্রে।

মসিগী মতুং মুমিৎ থরনি লৈরগা নোংমা মুংথিল অমা পদ্মিনীদু শান্তিখোয়দা লাক্লগা পঙকপ্তা কপ্লরে; ন্‌ুমিৎ অদু মাগী লুহোংবগী ন্‌ুমিৎ লেপ্লবা নোংঙাল্লগনি। শান্তিম্ম অঙকপা অমা পোকখ্রে, পদ্মিনী মহৌশ। অম্মম্না থক তৌখিদে। মহাক নীংঙমদবা ব্রাখল অমা পোকপগুমম্ম তৌই, পুন্সীগী লুরবা খোঙথাং অমা থাংজিল্লমদাইদা মমা মপা কনা লৈত্রে হায়বগী অৱাবা পোকপগুমম্ম তৌই, লাক্কদবা পুন্সী অমগী লাঙতক্লবা অকিবা অমা পোকপ-গুমম্ম' তৌই, অদুবু শান্তি অরেপ্পা অমদি মথঙদ্রে। মহাক্না পদ্মিনীবু কয়ারক হন্না থেমজিল্লকই।

পদ্মিনীদু মমীৎ লৈখাদা য়েংদুনা তূমিল্লা লৈ, চনৈনরবা ব্রাখল অমনা মাগী পুক্লীংবু চনীং তাহন্দবগুম তৌই।

শান্তিনা মতম অমদদি আনন্দগা পদ্মিনীগা উন্নবফাওবা শীনথি অদুবু ঙসিদি মহাক্না কান্নররোই খল্লদুনা আনন্দগী ৱা পদ্মিনীদা অমুক হৌদোরক্লে, অদুবু মহাক্না মসিমদি হায়দোকখি নহান নোংমা আনন্দগা মহাক্না উন্নবদা মাগী থাজবগী ৱাফমতু মঙোন্দা হায়দোকখ্রে।

পদ্মিনীগী লুহোংবা অদু লাক্লিবা হিয়াঙ্গৈ থাগী তৱানি পানবা মুমিত্তনি।

মহাক লুহোংবা অদ্‌ুগীদমক মশামকফাওবা হাইফেৎ থৌ

চিল্লে, মমাম্নবী কয়া লাক্কুনা পোৎপাং কয়া পীরে — কি মতেক, মোনখুম, মোম্পাক ফিদক, ইন্নফি, চাগী কপপ্লেট সেট, অতে লৈতেংগী ওইবা পোৎ কয়া অসিনুচিংবা। অমুম্না হৱাউ মুংঙাইবগী ৱারী কয়া শামিন্নহুনা চা থকমিন্নরগা ময়াম পুম্নমক হনথি।

অমুম্না নোংমা নোংমা হৌথিহুনা লুহোংবগী মুমিৎ য়ৌশিনখিবা খঙহোদে, পুন্সীগী অনৌবা খোঙথাং অমা পাংথিল্লমদাইদা কয়া অমা কপথি, অমুরোমদা ৱাথলগী নুংঙাইবা ৱাগ কয়াসু শাগৎথি। মমা অতোম্বী থাগাসু লাক্কুনা মাবু থেমজিল্লৈ— অপোকপী মমা শাহুনা মীগী ময়ুমদা চৎখ্রগা কন্নি তৌবা হৌনবগে হায়বা লীচং শাজৎকী নিয়ম মহাক্না জ্ঞান তানা ফমিন্নহুনা তাকই।

লুহোংবা নুমিৎ অহুদা নুপী অঙাং কয়ানা লৈরক কোন্সাং, সড়ক অচৌবদা চেপ্পোক্কুনা য়েংনখি; মখোয়না হায়নৈ কন্না অসি মশক ফজখ্রে। লম্বীদা মী কয়ানা হৱাগাড়ী য়ামখ্রে হায়হুনা ঙক্না য়েংনৈ — অঙাং থরনা খূদোম্বী উত্তুনা মশীং থীনৈ। লৈকাইগী মো নহাশিংনা মথূৎ থেক্কুনা অউনপোৎ মশীং থি। লুহোংলিবা নুপা নুপীশিংগী মফমদদি লুহোংবা হায়বসি অচৌবা পুন্সীগী অহোংবা খোঙথাং অমনি, অহুবু য়েংলিবা মীয়াম অতৈগী মফমদি চুম্নগী মুংঙাইবা কুম্মৈ অমনি, মখোয়না নুপা নুপী অনীগী লনাইগী ওইবা ৱাফম কয়া খস্থরুবা তৌদনা মপালথোংগী শরাক্তা য়েংহুনা ফাগী-জুগায় কয়া তৌহুনা নোকই।

লুহোংবা মোংঙাল্লগা পদ্মিনী ওস্তা ঈক-মায়থক্কতুনা ইমুং মফুংগী পথক-ইথাং থোম্বা-হোরে। ওহাক্কী তুংদা য়ুয়োন-কৈ-রোম্লবদগী লৈশাবী কয়া লাক্কুনা মাগা শক থঙনরে, মনাক্তা ফমহুনা য়ারী শারে। মখোয়না ইমুং মনুংতুগী মীশিংবু মশাক তাক্লকই, "মখোয় মচীন মনাউ মরিনি, ডাক্তরগা হেক থংনবা মচননুপী অমদি মমুম পানখ্রে। মহাক্কী মথা নুপা অতুমা মপান্দা লাইরিক তম্লি, মচননুপী অঙাং অমত্তনি হৌজিক লৈরিবা।"

মুংথিল চুক্লা অতুমদি মপামগী নুপী নহা মমাল্লবী কয়া লাক্কুনা য়ারী শারে, পদ্মিনীস্তু মখোয়বু অথুম-অহাউ কয়া পীজ-পীথক তৌই পুন্নমক চৎনবীগী ওইনা তৌখি—য়ারী কয়া নাপ্ল-চীক্লা শাক্লহুম নোকমিন্নখি। অমুবা লৈচিলগুম মমদুনা লৈরিবা তুংগী পুন্সীগী ফিজওদু মুংঙাইবা য়াথলগী খুৎশানা তোয়না হাংদোক্কুনা য়েংবদা অরংব নোংথাঙগী মশেক ঙাক্তা ওইনা উখি।

অমুক্লা নোংমা নোংমা হৌখ্রে চাক্কৌবা লোইক্লে। লুহোংবা নৌরিতৈগী পুন্সী অদু পদ্মিনীগী মুংঙাইবা পুন্সী অমনি, মাগী পুক্নীংদা য়ুমগী নক্তুনা অতৈ থোইদোকপা য়াথল অমা চঙলুবা তৌন্দ। মপুরোইবনস্তু মাবু লুনা চান্না তৌবী।

হুমিং কুন্নি ছুটি লৌরুরবা মতুংদা পদ্মিনী স্কুল অমুক কারে, মাগী কিজেৎ, কুচু-কুমেন অমদি শকফমদা ইনৌ নৌবা মতৌ অমা লৈ, অনৌবা পুন্সী অমগীদমক লাইমিং লৌরবী, পুক্নীং-হুকচাংস্তু অকনবা য়ারক লীপুন্না চেৎনা পুনখ্রবী তাপসী অমগুম

উই। হৌজিক মাগী মরূপ শান্তিগা শান্নবা রারী খুদিংমক অনৌবা ইমুং মন্নুংগী, মপুরোইবগী অমদি য়ুম পান্নবা মতুংগী হোংলকপা পুন্সীগী রারী ঙাক্তনি। য়ুম পান্নবা মতুংদা নুপী ওইবীগী পুন্সীদা অহোংবা কয়া লৈ— অনৌবা মীশিং তোংন-তিন্নবগী, অনৌবা ইমুংগী থবক-ইথাং নোম্বগী, মপুরোইবা অমদি অহল-লমনগী সেবা তৌবগী— শন্না হায়রবদা মশামক ইমুং-তুগী অনৌবা চৎনরোল অমদা নোল্লুক্না চাশিন্নবা ঙম্নবা হোৎনবা তারকই। পুক্নীং-হকচাংসু ইমুং মন্নুংগী পোৎদা কাজিনথিহ্না মশাগী নীংতম্বগী শরুক য়াম্না রাৎথরকই, ইমুং মন্নুং, য়ুম পানবগী জগৎ অসিগা মরী লৈনদবা হীরম অতৈশিংদা কয়া পুক্নীং চঙ-লক্কে। অসুম্না পদ্মিনী হৌখ্রবা থোঃদোক কয়াবু কাউবা হৌরকই, থোইদোক্না মহাক্না আনন্দবু অমুক থোইনা নীংশিংলুবা লৈতে।

পদ্মিনীনা হৌজিক্তি মপুরোইবগী পুক্নী'-রাখল অমসুং লী-চৎপু হাইফেৎ মুন্না খঙলে। ডাক্তর মদন লাইরিক য়াম্না ফনা হৌরকপা ছাত্রনি, থবক চেকশিন্না তৌই, অনাবশিংবু মুংশিনা তৌই, মপুক তপ্পী, অদুবু মহাক্কী মরমদা পদ্মিনীনা খঙভ্রিবা শরুকসু লৈ। মহাক ছাত্র ওইরিঙৈদা নুপী কয়াগা নুংশিনখ্রে, মথোয়গী মনুংদা অনীথক্তি য়াম্না নুংঙাইতনা মহাক্না কায়নখি— অমনা ইঞ্জিনিয়ার অমগী মচানূপীনি, মহাক্না ডাক্তর তম্বা হৌগৎ-লকপদা হায়নহুনা লুহোংখি, অদুগা অনাগুবা অদুনা অহানবা অদুদগী মশক ফজবা য়াম্না হেল্লি, মহাক্না থরায়না য়াম্না ফজবা নুপীনি, মমিং চৎলবা উকিল অমগী মচানূপীনি, মহাক্না ডাক্তর

তম্বা লোইরমদাইদা অতোপ্পা পোলিস অফিসার অমদা চেনথি। থোদোক অনী অসিদগী নুপী ওইবীশিংবু মহাক্কা থাজবা য়াম্না ৱাংথি, উন্নখিদ্রবঃ মতুংদা নুংশিনৈ হায়বসি মহাক য়ানীংখিদে। অম্মুম্না মহাক্কা অহল-লমন্না হায়বা মতুং ইন্না ইচম চম্না লুহোংবা পামখিবনি; নুংশিনরগা লোবা নত্তবনা পদ্মিনীবু মহাক্কা শক্কী নত্তনা থোইদোক্লা মমল লৈনা লোদবগুম তৌবা য়াওরকই, অদুগা অমুক ডাক্তর ওইরবা মতুংদদি মীগী মচা নীংডোল কয়ানা মত্তোন্দা থাজগে হায়জরকপদগী মহাক থোইদোক্লা নাপল অমস্থু কাখি— মসিমক্রুস্থু পদ্মিনীবু থর য়াংলপ লোবগী মরম অমনি।

## ১২

চহী অনীরোম খুর হেন্না হৌখ্রে। ডাক্তর মদন অহান্বা মতমদা য়ুম পানবদা পূক্নীং চঙববুদি লাইরিক মখা তমথনীংবগী ব্রাথল-দা হেন্না পূক্নীং চঙবগুম তৌই; পদ্মিনীনা মপুরোইবগী পূক্নীংহ্র মাগী মফমদা লুপশিন্দুনা থম্বা পান্মী, অহ্রমকপু মপুরোইবনা হেন্না চাউখৎপা থবক অমা তৌনবগীদমক মঙোন্দগী খজিক্লুং লাপথোকখিবদা মানা থোইনা ব্রাদনা থাঙবা ঙমগনি খল্লি। মহাক মশামকম্ন থোইনহ্রম মদনগী ব্রাথল অহ্র অচুম্বনি হায়না খল্লি, মরমদি হৌজিক্কী মতমদদি মমান্নবা ডাক্তর কয়াদি এম, ডি, নত্রগা এম, এস, পাস তৌহ্রনা থোক্লরকই, মাগী মপুরোই-বদি এম, বি বি, এস, তনি। করিগুম্বা কান্দা মহাক্না মপু-রোইবগী লাইরিক তমথনীংবগী ব্রাথল অহ্রবু থৌজিন্নবা য়াও-ই। অম্মুম্না পদ্মিনী মপুরোইবগী ফননবতা খল্লি। অহ্রবু নোংমদি মহাক্না য়াম্না থাজদবা নুংঙাইতবা পাউ অমা তারে, লৈকাইগী মীশিংনা নিংফুং নিংফুং ঙাঙনরকই মহ্রদি মহাক্কী মপুরোইবহ্র নোনা থবক চঙলকপী থবক তৌমিন্নবী ডাক্তর নুপী অমগা মরী লৈনরে। মহ্র মহাক্না য়াম্না থাজদে মরমদি

ডাক্তর মদননা হায়গুম মহাকপু লুনা চান্না তৌই। অত্থমকপু য়াকম অসি তাবদা মহাক নোংমদি মপুরোইবদা মত্থগী মরম-দা হংলগে হায়না মপূক্লীংদা লেপ্লে।

পদ্মিনীগী চিংনবা খরদি লৈ হন্দক মরক মপুরোইবগী লীচত্তা চেকশিনবা, মাবু লুনা তৌবা মওডদা করিগুম্বা অমা ইথুম খুম্বগুম তৌবা উই, মাগী ফিরোল থূদিংমক হেক শোক্লুবদা ফুরিৎথাউ হাম্না মাত্থনা য়েংই, উপু মচা অমা চেকশিন্না শো লোন্দুনা থম্মী, শোক্লুবা য়াদে। উপু অসিগী শো অত্থ মতম চুপ্পা মশাগা কোন্ননা পুত্থনা চৎলি, মত্থগী মনুংদা করি য়াওরিবগে হায়বত্থ পদ্মিনীবু নোংমতা উহন্দে। নোংমদি অস্থুম থোকউ হায়ত্থনা উপু মচাগী শো অত্থ ডাক্তর মদনগী মোন ময়াদা কাউরম্লে। পদ্মিনীনা করিগুম্বা খঙ-নীংবা অমগা লোয়ননা উপু অত্থ হাংদোক্লুরে। অঙকপা মতৌ অমনি, উপু অত্থগী মনুংদা চিঠি অমগা, শাড়ি শেংপী নূপী অমগী ফোটোগা ফজনা য়োমত্থনা য়াওরম্বা থেংনরুরে। পদ্মিনীনা ফোটো অত্থ মুন্না য়েংলগা মনীংদা অমুক য়েংলকই. মত্থদা থারম্মী ডাক্তর কমলা। মহাক্না থুনমক চিঠি অত্থ লৌথত্তুনা পারকই। মরোলদি মথাগী অসিনি :

"কমলা, নহাক্না ঐবু মরম লৈতনা য়ারোরে, নহাক্না ঐগী পুক্লীংবু মুন্না খঙলম্মবদি মুংঙাইরমগদবনি। হৌজিক ঐগী তুংগী আশাদা নহাক নত্তনা কনাস্নলৈতে। নহাকস্থ খঙলিবনি ঐনা নূপা

নুপী অমিগী প্রোফেসন মান্নবা অসি কয়াদা পামজবা ! অদুবু লাইবক থীবদি ঐগী পুন্সীদা মতু ভমখিদে, অদুবু কমলা ঐন। হৌজিক চাউথোকচরি ঐগীদমক্তা নহাক লৈরি হায়না ঐ নহাক্কী-দমক্তা পুম্নমক থাদোকপা ভমগনি। মহাক্না ঐগী হৌজিক ওইরিবা ফীবমগী মরমদা চিংনরম্ব্রা য়াই, মতুগী মতাংদদি ঐনা নোংমা নঙোন্দা হায়খিবতুনি ...... ...... । অদুগা ঙ্গা অমনা ইবানী এম, ডি, তম্ব চৎমিন্নবগী ঙ্গাফম অদুনি ইবানামক সেলেক্সন ফংলবদি, পুন্না মফম অমতদা চৎমিন্নবা ঙ্গারে। মসিং অদু ঐগী খ্বাইদগী মুংঙাইবা মমিং ওইগনি .ঐ চেৎনা থাজে হৌজিক পুন্সীগী অনৌবা লম্বেল অমা চংনবা আশা লৈরি।

" নহাক্কী,

'মদন।"

পদ্মিনী চিঠি অদু পানা পানা মশাদু খোঙদগী তোনফাওবা থক থক নীক্লকই, কোকচাউবী কারকই, মমীত্তা ভন্দন পাইরকই। মহাক্না চিঠি অদু পাবা লোইরগা স্বরমপী হোন্দুনা হোগৎলকই, অদুদগী থোঙনাউ ময়াদা কুইনা ঙ্গাখল তৌদুনা লেপখ্রে।

মমিং অদুগী নুংথিলদা অহানবা ওইনা পদ্মিনী মপুরোইবনা হল্লকপদা ঙ্গা ঙাঙত্রে। ডাক্তর মদননা য়াম্না চৌংলেম্না, অনাবা মীদা য়েংবা থৌজালগী মীৎয়েং অদু মঙোন্দা য়েংলাদুনা হায়রকই, "করি তৌরে, ঙ্গা ইঙাও ঙাঙত্রবদি ?"

পদ্মিনী মপুরোইবগী শক্তোম পুথোরক্লগা, ঙ্গাহং অদুগী

পাউখুম পীদনা, শঙ্গোম গ্লাস অদু টেবল মথক্তা থম্নগা তুমিন্না খোঙফম অমা অনী থাংদোরকই।

মদন হাইফেৎ ওকপা অমা পোকখ্রে, পদ্মিনীনা ওসিক্কাওবা অদুমা অমুক্তা তৌখিবা লৈতে।

মদননা চঙশিল্লকুনা পদ্মিনীগী মাঙদা লেপ্লুরে, অদুগা মখুৎ অনীনা মাগী পাম্বোম অনীদু পায়দুনা মায় ওন্সীন্নদুনা মমাংনা মোমোন নোক্তুনা কৌরকই, "পদ্মিনী।"

পদ্মিনী খোঙফম লেঙদনা লেপ্তুনা লৈ, অদুবু মমায়দি লুকথরগা নাকন্দা লৈথোক্তুনা লৈ। মহাক্কী মতৌদু উবদা মদননা শকফম থর হঞ্জিন্না পদ্মিনীগী মশা নোম্নদুনা তকশিন্দুনা হংলকই, "পদ্মিনী, হায়য়ু করি ত্তোরে?"

পদ্মিনী মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না, তপ্না অচেৎপা খোনফমদা নাপল হাইফেৎ য়াওনা হায়রকই, "ওসিদি ব্রা থর ভাওনগদবা লৈ।"

"করি ব্রা? হায়য়ু অদু করিনো?" মদননা থঙনীংনা অমুক হংলকই।

পদ্মিনী লৈরিবা ফীবম অদুমক্তদা মমায় লৈথোরক্তনা শাউনা মতিন য়োংথরগা হংলকই, "ডাক্তর কমলা হায়বী কনাগুম্বী অমা থঙবীব্রা?"

পদ্মিনীগী ব্রাদু তাবদা মদন থঙহৌদনা মমায় ভাঙশিনখি, পদ্মিনীগী মপাম্বোম পায়রম্বা মখুৎ অনীদু থাদোক্লগা লৎ লৎ তৌনা থুম্নকই, "অঃ থঙই, ঐখোয়গা থবক তৌমিন্নবনি, অদুবু কৈদোরবগে?"

পদ্মিনীনা পায়রম্বা চিঠি অদু মদনদা উৎলদুনা হায়রকই, "মসি অদোমগী মভোন্দা পীনবা নত্রা ?"

মদন অদু জ্ঞান মাঙলবা মীগুম্বা রা ভাঙকম খঙদনা লৎ লৎ তৌদুনা অদুম লৈরে। মহাক্না চীনবান থক থক নীক্না শাউনা ভাঙলিবা পদ্মিনীদা ওক্না য়েংদুনা হায়রকই, "পদ্মিনী! কদায়নো পীরকউ মদু ? কদায়দগী থেংনরুই ?"

পদ্মিনীনা রা মথা তারমদনা চিঠি অদু মপুরোইবদা শাউনা লংশিল্লমগা মপালদা থোকখ্রে।

মদননা মাবু কৌহৌই, অদুবু পদ্মিনী চঙলক্রে।

মদননা ইমুংগী লময়ায়দা তাদুনা লৈরিবা চিঠি অদু খুনগৎলে, ফমুংলোমদা য়েংলকপদা উরে মামা লুনা শো লোন্দুনা চেৎনা থমজবা লৈতেং তৌরবা ফজরবা উপু মচাদু মোন ময়াদা হাং-দোক্লুনা লৈরে। মদু উবদা মহাক পাখৎখ্রে মরাল লৈরবা মীগুম্বা ইমুংগী লময়ায়দা চিঠিদু পায়রগা তুমিন্না নোম্থদুনা লেপ্তুনা লৈখ্রে।

সুমিৎ অদুদগী হৌনা পদ্মিনীগা মপুরোইবগা লৈনবা মরী অসি ফত্তবা হৌরক্লে, অয়াম্বা মতমদা রা ভাঙনদ্রে, পদ্মিনী মপুরোইবগী হৌনবী সেবাদি অদুম তৌই, অদুগা মদনস্থ পদ্মিনীদা রা ইভাঙ ভাঙদনা মাগী লম্বী অদুদা অদুম চৎখে। করিগুম্বা মতমদা মদন মতম চাদনা থবক চৎথিবা য়াওই অদুগা থেঙনা হল্লকই, হল্লক্লগা তুমিন্না ফমুংদা চঙদুনা তুমথি, পদ্মিনীসু মপুরোই-ববু পীজ-পীথক তৌদুনা সেবা তৌরমগা মাগী ফমুংদা তুমথি।

করিগুম্বদনা মদনমা পদ্মিনীদা নমন্থনা কৌরগা রা ডাওলকপা য়াওই, পদ্মিনীনা মায়থোঙগী অহাংবা লৈত্তনা ডাঙলিবা রা অছুঙগী পাউখুম পীরগা তোকই ।

লৈকাইগী মীশিংনা পদ্মিনীগী মাকোংদা তোয়না তোয়না মদনগা কমলাগা চৎমিন্নবগী, সিনেমা য়েংমিন্নবগী পাউ কয়া তম্মকই, পদ্মিনী মমায় মরু রাণীশিং অছু তায়; মথা তাবদ রাদি ডাওলক্কে। অছুগীদমক থৎনা-চৈনবা কয়া তৌখ্রে, কান্নবা লৈতে। মরম অসিনা পদ্মিনীনা তূমিন্না লৈবনা অফবনি হায়না থল্লবনি । মহাক্না থল্লি, 'নুপী লৈবা নুপানা নুপী কোয়রবদি, মহাক্না তৌরিবা থবক অদু খুম্মবা ওইদবা কয়া ডাওই,রা ডাওন ডাওনরগা থোইনা হেন্না মমথাক্কী অমম্বা জগৎ অমদা নুপীবু পুশিল্লি, অছুনা রা ডাওবগী কান্নবা লৈতে ।"

করিগুম্বা নুমিত্তা পদ্মিনী থোঙনাউ ময়াদা কমগা হৌখ্রবা পুন্সীগী রা নীংশিংছনা মীত্তগী পি শিংই । তশেংনমক মাগী পুন্সীদা হৌথিবা লৈশারিভৈদা মওথিবা মও অদুগা য়ূম পাল্ল-বা মতুংদা ওইরক্লিবা ফীবমগা য়াম্না খেন্নরে । নোংমা মহাক্না থাক্ররম্মী মপুরোইবনা মহাকপু মতম চুপ্পা লুনা চান্না তৌ-রীপ্পনি, অদুগা মহাকমু মপুরোইববু ঈশ্বরগুম্না খঙগনি, পূর্কীং তিঙনা নুংশিনবা নুপা নুপী অনীনা কংবা ঈশ্বরগী ওইবা চুংওইবা অদু মহাকমু ফংপনি, অদুবু পুম্নমক মওোন্দা থোক্লে । মহাক হৌজিক্তি তাইকওপাল অসিমক মায়ানি হায়বদু খাজ-রক্লে ফজবা মচু মম্নেনগী, লন-থুমগী, মিংচৎকী, অচৌবা

ফমগী, মুংঙাই য়াইফনা পানবগী—আশা কয়াগী লমজিংনা মঙোন্দা পীরম্বা মুংঙাইবগী পান্দম অদু মহাক্না পুন্সীদা হকথেংননা ফংবা ঙমদ্রে, করিগুম্বা অমদি ইয়াৎ য়াৎলি - মদু আঙ্গাগী ওইবা পোৎনি। মহাক্না হৌজিক্কি থঙবগুম তৌরক্লে, অশেংবা মুংঙাইবা হায়বসি থম্মোয়গী ওইবা ৱাফয়ী, লন-থুম অমদি অচাউরমগা মরী লৈনবা ঙাক্তদস্ত মুংঙাইবা লৈতে। অমুম্না মহাক্না নোংমা য়াখল তৌদুনা ফম্মিঙৈদা কোম্হোংলোমদা মমাম্নবী শান্তিদু পূমঙো ফনেক অমা শেগ্দুনা অঙাং অমা মথুৎ শম্নদুনা চঙলকপা উরকই। মতমদু মুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং অনীরোম তারে, কালেম্বা চঙলকপগী মুংশা হাইফেৎ কল্লি; মী অয়াম্বা মুংথিল তূম্নরি, অঙাং অয়াম্বা ইরাঙ লাঙদে, ইটীক চাকই।

শান্তিদু চহী অমরোমগী মমাঙদা লুহোংখ্রে, লুহোংলবা মতুংদা মনাক নকপা উরিপোক্কী স্কুল অমদা ওঝা ওইখিদুনা পদ্মিনীগা মাগা উন্নখিদবা কুইরে; উথোক্তনা উন্নবগী মুংঙাইবনা মহাক ফম্মম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা মপাল্লোমদা থোরকই।

শান্তিদু মহাকপু উবদা নোক্লই।

পদ্মিনীনা কৌশিল্লকই, "শান্তি, চৎলকউ, কদোমদগীনো উন্নদবা কুইরেদা, নহাক্না অমুম্না লাকনি হায়বসি থাবু থাজক্লম্রে।"

শান্তিনা নোক্না নোক্না চঙলক্লগা হায়রকই, "ঐ নথোয়গী লৈকাইদা লৈবা ইমাম্নবী বিজয়াগী মচা মনাচুংপগী লাকপনি, উন্নদবা কুইরে হায়দুনা নথোয়দা চঙনীংমল্লদুনা চঙলকপনি।"

মথোয় অনী ফম্ফম কাদা চঙলগা ফম্মিন্নরে।

শান্তিনা হংলকই, "কমদোরি, খর নুংঙাইরিব্রা?"

"উম, নুংঙাইরি," পদ্মিনীনা শেম শাদুনা খুম্মী।

মহাক্না থংনবা কাদা চঙখ্রগা বিসকুট, অঙ্গুর, সেম হাপ্লা প্লেট অমা পুথোরক্লুনা সোফানা কোয়না থাম্বিবা টেবল মচা অদুগী মথক্তা থম্মগা শান্তিগী মনাক্তা ফমথরকই, মমাঙদা ফম্লিবা নুপীমচা অদুদা য়েংলদুনা হায়রকই, "মেমা, লৌরগা হেক্তো চাউ।" অদুদগী মানা শান্তিদা হংলকই, "কনাগী অঙাংনো?"

"ইচৈগী মচানি," শান্তিনা খুম্মী।

পদ্মিনীনা অমুক হায়রকই, "নহাক্তি খর নুংঙাইরিব্রা শান্তি? নহাক্না স্কুল হেক হোংখিবদগী ঐখোয় অসুম্না য়ারী শাবা অমুক্তা ফংখিদ্রে—নহাক্নসু চংখোরক্লে, ঐনসু লাক্লে, ঐখোয়সি কয়াদা লাপ্পরবনো!"

"নুংঙাইরি," শান্তিনা খুম্মী, "অদুবু পদ্মিনী, অশেংবনি ঐখোয়সি মহৌশাগা কয়া য়াম্না খেন্নরবনো! য়ুম য়ুমদগী হেন্দোকপা ঙম্দ্রে—মসিদা অদুম নুংঙাইবা তম্বা মতাম্রে। মহৌশাদি কয়াদা নুংঙাইরমখ্রবা! নীংতম্না নোকপা, য়ারী শাবা, চামিন থকমিন্নবা, নোংমা চুপ্পা অমগী য়ুমদা য়ারা শাদুনা লৈথোকপগীসু বেরা লৈতবা—অদুবু কদায় হৌজিক্তি পুম্নমক অদু হোখ্রে, ইশাবু ইমুং মনুংগী লাংদা নোংমা নোংমগী অসুম পুনশিঞ্জরগা ঐখোয়না অরেম্বদা নুংঙাইবা তম্লি।"

পদ্মিনী লুকথদুনা ভুমিন্না তাদুনা লৈ।

শান্তিনা লুহোংখিবা নুপা অদু এস, ও,নি; মহাক্না ইমুং

মম্নুংগী, মপুরোইবগী, মশাগী মরমদা ৱারী কয়া শারকই। পদ্মিনীনা উবদা মহাক হাইফেৎ চনীং তানা মুংঙাইনা লৈবা মাল্লি।

শান্তিনা পদ্মিনীগী মমায়দা মুংশিনা য়েংলগা অমুক হায়রকই, "পদ্মিনী, নহাকসি মহৌশাগা মান্নদ্রে।"

"কৈদৌরবগে?" পদ্মিনীনা হাইফেৎ ঘোর হস্বনা নোক্ল-হুনা হায়রকই।

"নয়াঙম্ব য়াম্না কংলে, অহুগা য়ুম পাল্লবা মতুং অসিদা নহাক্কী হৈনিংবা পূম্নমক মাঙখিবগুম উই।"

পদ্মিনী শান্তিনা হায়রিবহু য়াম্নিংই— মহাক ঙশেংনা শাথিনা হোংলে, অহুবু পূক্নীংগী ওইবা ৱামিন্না মমান্নবী অহুনা খঙলোইদ্রা নীংলুবহু মাগী মায়খোঙগী মতৌহু উবদা মমান্নবী অহুনা খঙখ্রে।

পদ্মিনী ঙাসাইমখৈ তূমিন্না লৈরম্বদগী, মাবু মুংশিন্নবা মাগী-দমক্তা ৱাবীবা মমান্নবী শান্তিগী মফমদা পূম্নমক হায়দোক্লগে খল্লহুনা মম্নুংগী ৱাহু কাঙথোকপা হৌরকই, "অচুম্বনি শান্তি, নহাক্না হায়বা য়াম্না চুম্মী, ঐহাক পূক্নীংগী পোথাক্‌ম খঙদ্রবা মী অমা ওইরবনি, অহুবু মরম অহুদি ঐনা কনাদম্ব হায়দোক্তে, ইথক্তা 'সুম পূক্নুংদা মুংঙাইতবা ৱাথল ওমহুনা থম্বদা হকচাংসি নোংমদি খঙহৌদনা কেমখ্রগনি খল্লি।"

ৱাহু তাবদা শান্তিহু পদ্মিনীদা হাইফেৎ ঙক্না য়েংলকই। মহাক্না হায়রকই, 'কৈদৌরবগে? ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়য়ু, অরাবগী

ম্নারীদি মীতোঙ্গা হায়দোক্লগা কোকপনি, নহাক মথন্তা অম্লম থন্দুনা লৈরবদি অল্লাবত্ অম্লম হেল্লকনি ।"

"করিস্ত্ন নত্তে, শান্তি ম্না হায়ববু অসিনি, নহাক থাজগদ্রা ঐখোয়গী ডাক্তরনা কনাগুম্বী অমগী মরমদা থন্দুনা লৈখ্রে হায়-বসি ?"

শান্তিনা হাইফেৎ থাজদনা হংলকই, "কনানো নূপী অহুদি ?"

"মখোয়গা থবক তৌমিন্নবা ডাক্তর নূপী অমনি," পদ্মিনীনা শোম্বাংননা থুম্নকই ।

"মহাক্তি খঙদবা জাংলা ডাক্তর অসি নূপী লৈরবা মীনি হায়বা ?"

"করিগী খঙলোইদৌরিবনো ? খঙলিবনি ।"

শান্তিনা থজিক্তং শুগত্তুমা হায়রকই, "ওস্থোক্না তুক্কচখবেদা, করি লৈশাবীনো, নূপী লৈবা নূপাদা ময়ুম পান্দ্রবদি নূপা লৈত্রবা জাংলা ?"

"নূপী ডাক্তগী দোষনি করম্না হায়গনি ? নূপানা তুমিন্না লৈরবদা নূপীনা করিবু তৌগদগে ? ঐ মুন্না খঙই ঐখোয়গী ডাক্তরনা নূপী অসিবু ইকাইবা খঙদনা ইন্নবনি ।"

"অহুদি নহাক্কী করিস্ত্ন য়েংদ্রবা ম্নানিদনা,'' শান্তিনা হায়রকই ।

''অহুনা শান্তি, ঐ হৌজিক্তি ম্না ভাঙদ্রে ।"

অহুদগী মীকূপ অমতং তুমিন্না লৈরুরগা পদ্মিনীনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না অমুক হায়রকই, "শান্তি, ঐদি করিগুম্বদা হেক খল্লক্রবনি য়ুমদা চৎলগা ঈংনা হিংলুরসিরা হায়না ।

মফম অসিদা নোংমতম্মু পূক্লীংগী পোথাফম লৈতে, নূপা নুপী অনীগী পূক্লীং তিম্নবগী মুংঙাইবত্থু ফংদবা মফম অসিদা লৈরুহ্না করি কান্নগদগে ?"

শান্তিনা জ্ঞান তানা হায়রকই, ' পদ্মিনী, রাখল অহুন্দি তহা তহামল্লি, নুপী ওইবী ঐখোয়না থাইনবদা করি তোংজবা লৈবগে ? ঐ খঙই নহাক্কী থম্মোয়দা কাওরিবত্থু, ঐখোয়দদি অসিগুম্বা থৌদোক অসিদগী হেন্না মুংঙাইতবা অমা লৈত্রবনি, অদুবু য়েংখো, করিগুম্বা মাগী লৌচত্তা অহোংবা অমা লাকপম্মু য়াই। নহাক্না তাঙ্গা অসিদা য়ুমদা চৎলবদি মাগী অনীংবা লম্বীদা চঙশিনবগী হেন্না খুদোংচাবা অমা পাবগুম থোকখিগনি।"·

"মাঙবা নত্রগা মাঙদবা মতুগী থল্লুহ্নবু করি কান্নগদগে ?" পদ্মিনীনা হায়রকই, "মতুনা সমাজনা য়েংবা মীৎয়েংগী রানি. ঐনা হৌজিক পাম্নিবদি পূক্লীং অসি থজিক্কুং ঈংবা অসিনি—ময়াম্না মাঙলবনি হায়না থল্লিবা ঐহাক মতমতুদা চপচানা মুংঙাইনা লেনবা ঙম্বা য়াই। য়ুমদা ইথম্বা লেল্লকই, হৌজিকস্মু মতুগুম্না অহুমলেনবা ঙমখিগনি।"

"নত্তে পদ্মিনী, অহুম্না থনগম্মু, মতুনত্থুম হেন্না নহাক্কী পুন্সীত্থু চনীং তানা হিংবা ঙম্লক্কবা য়াই," শান্তিনা পদ্মিনীগী ফজরবা শকফম অত্থুদা য়েংলত্থুনা হায়রকই।

শান্তিনা হায়রিবা অসিগী অর্থ পদ্মিনীনা মুম্না খঙত্রে, অদুবু মমাম্নবী অহুনা হায়বা অদুদা মহাক অমুক হংলক্রে, অদুগা য়েংস্মু য়েংলক্রে, মায়থোঙ মক্না তুমিন্না লৈখ্রে। শান্তিনা

অমরোমদা মহাক্না পদ্মিনীবু মহাক্কী য়াদা থাজহনবা ওয়ে হায়মা মুংঙাইবা পোক্লকই।

মথোয়না ওহাক্কী মনুংদা মমাঙদা লৈরিবা অচা-অথকশিংছু চামিল্লরকই।

হৈ চানা চান। শান্তিনা অতোপ্পা মা অমা হোৌদোরকই, "পদ্মিনা, নহাক তাবরা, ওঝা আনন্দ অছু এম, এ, পাস তৌহুনা থোরক্লে, ইকুই কুইদনা এম, সি, এস. অফিসার ওইরেদো?"

পদ্মিনীনা হাইফেৎ থাজদবা অমদি অওকপা মীৎয়েং অমা শান্তিদা য়েংলগা, মকশিল্লবা মায়থোঙ অছুদা মকা ফোংদবা মুংঙাই-বগী মতৌ অমা উত্তুনা হায়রকই, "অওইব্রা? মছুদি তশেংনা য়ায়া মুংঙাইবা য়ানি।"

"অওইবনি, ঐদি মহাক্কা উম্নরে," শান্তিনা হায়রকই। অছুদগী মানা লকক তৌনা অমুক শমথরকই, "ওহোকপনি! মতম অমদা মহাক্না নহাকপু কয়াদা মুংশিজথিবা! নহাক্না......।"

"হোৌরবা য়াফম অছুবু হোৌদোক্লবগী কবি কাম্নগদগে?" পদ্মিনীনা তেল্লগা শোম্থাংননা খুম্নকই।

শান্তিছু ভূমিয়া লৈখ্রে।

ওহাক্কী মনুংদা ফক্লাংদা থেৎলিবা ঘড়িদা মুংথিলগী পুং অছুম তাবগী পুংজা য়ৈরক্লে। মথোয় অনী হোৌগত্তুনা ইমুংদগী মপাল থোরক্লে।

নোংমগী মুমিদাং অমনি, পদ্মিনী, চাক-ঈশিং থোংবা লোইরগা মাগী কাদা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ; মথম্তা কপ্পবগী মমীৎ

মমায় ইপোম পোমখৎলি। মহাক থরায় মুংঙাইভবগী চাক চাদবমা ময়াঙ কংশিল্লে, মরক মরক্তা হৌরবা থজাইদগী পিগী ঈরা শিন্থরকই। মুমিদাংগী পুং তয়ারোম তারমগনি অদুবু মপুরোইবদি হল্লক্তি।

ওহাক্কী মনুংদা অহিংগী অচৌকপদু থুগায়দুনা খোংলকপা মপুরোইবগী কারগী হোর্ন মখোল তারক্লে। ডাক্তর মদনদু পার্টি অমা চৎলুবদগী খেঙনা হল্লকপনি।

কারদু গেরেজদা খৌজিল্লগা খোঙ থিংজিল্লমগা চঙলকপা মপুরোইবগী গব গব লাউবা খোঙথাংগী মখোল অদু পদ্মিনী তারক্লে। অদুবু মহাক হৌগদ্রে। মহাক্না কাঙখল মনুংদগী উরকই মপুরোইবদু খোঙ হাংদোক্লুনা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংলদুনা ইমুংদা চঙলক্লে, অদুগা টেবল মথক্তা লৈরিবা এলেক্ট্রিক লেম্প অদু থানগত্লুনা মফি-মরোল তপ্না তপ্না হোংদোকপা হৌরকই, পদ্মিনী তুম্না নত্রগা তুমত্রিব্রা হায়না য়েংলকপা তৌদে, মহাক্না তৌরিবা পুম্নমক মোং হাদনা মী তাখিনি হায়বা মতাগুম তৌই।

মপুরোইবনা মফি হোংদোকপা লোইরমদাইদা পদ্মিনী হৌগৎলক্লে।

মদননা চৌকিদা ফমগা খোঙউপ লৌথোক লৌথোক্লা পদ্মীনিদা হায়রকই, "তুমু্রব্রা?"

"তুমদে," পদ্মিনীনা খুম্মী, অদুবু মথাদি তারক্তে।

অদুদগী পদ্মিনী চৌকিদা য়াম্লিবা মপুরোইবগী পোজ্রাউ ফুরিৎ অদু লৌদুনা থূগ্লগা অমমমত্তা ওইনা তপ্না অলমারী মনুংদা হাপচিনবা হৌরকই।

মদননা মতুংলোমদা শোম্থাংনরা, কৌনদবা মীদা কৌবা হঙোইবগুম, তৌনা হায়রকই, "পদ্মিনী, ঐহাক এম, ডি, তম্বা চৎপা তারে, সেলেক্সন ফংলে।"

রাহু তাবদা পদ্মিনী মমায় লৈথোরকই, মায়কমহু থোইনা অহোংবা লৈতে।

"য়াম্না ফরে," মহাক্না খুম্লকই। অহুদগী মহাক্না খড়হৌদনা নোংমা মপুরোইবনা কমলাদা পীনবা ইথিবা চিঠিহু নীংশিংলকই।

মহাক্না মপুক্লীংদা মরৌ লৈনা হংলকই, "কমলাদি চৎপা য়াওরোইদ্রা?"

মদন মমায় ভাওশিনথি, লৎ লৎ তৌনা খুম্লকই, "করিনো নহাক্না হায়রিবা রাহু ?"

"করিস্থু নত্তে," পদ্মিনীনা মমায় ওস্থোরক্লগা ফমুংদা ফমহুনা হায়রকই, "নোংমা হায়বিথিবদাই কমলাগা এম, ডি, তম্বা চৎমিন্নগনি হায়না!"

"নহাক ওস্থোকপা রা ডাডলে," মদননা তুকথনা হায়রকই, "ঐনা নঙোন্দা অহুগুম্বা রাবু করম্বা কান্দা হায়থিবগে?"

"ঐঙোন্দা হায়বা নত্তে কমলাদা হায়বা, মঙোন্দা পীনবা চিঠিগী মরোলদা।"

মদন ভাব তারক্লে, মহাক্না নীংশিংলক্লে নোংমা পদ্মিনীনা মাগী চিঠি অমা থেংনখিবহু।

মহাক্না রাকম অহু লৈথোক্লহুনা হায়রকই, "সে কান্নদে, অহু-গুম্বা রাহু হৌদোরকম্ন, ঐ নুমিং তরানিমুক্কী মনুংদা চৎলগদবনি,

মহুগী-না থম্নসি ।"

পদ্মিনী হান্নগী ন্নাক্লেম অহুদা তকশিন্নহুনা হায়রকই; " ঐগী ন্নাহং অসিগী পাউথুম অমুক্তা পীবিখো, মহাক্কা লোয়ননা চৎমিন্নগদবা লৈরবদি ঐবু ইপামদা হান্না থিনবীরম্মু, ঐ অসিগুম্বা ফীবমদা কুইনা থাডহুনা লৈবা ঙম্মোই !"

পদ্মিনীগী অশাউবা, "নাপল" য়াওকা "ন্নাভাঙ অহু তাবদা মদননা থর শাউরপ্না মমাঙ্ক ঙাঙনা হায়রকই, " পদ্মিনী, নহাক্কা থডলব্রা ? অহুগুম্বা ন্নাহু ঙাঙলিবা করিগীনো ?" মানা মথা তাবকই, "ঐ থডই, নহাক্কী ঐগী অক-মুংঙাই তাবথৎলকপা থবক্তা হরাউবা লৈতে ।"

"মহু কনাগী লীচৎননো ?" পদ্মিনীনা মরক থত্তুনা হায়রকই, "মীপুম থূদিংমক্লা নখোয় অনীগী মরমদা লীরকপা ন্নান্নীনা ঐগী নাকোংসি শীংজা য়েরে । মখোয়গী মমাঙদা ঐ শিথিবনা ফে । করিগীনো ঐবু নমথাক্কী জগৎ অম্মুম পুশিনবীন্নিবা ? অশেংবা ন্না অহুতা হেক্তা হায়বীয়ু ।"

মদন নাপল হাইকেৎ য়াওনা পদ্মিনীদা য়েংলগা লুম্নবা খোনকমদা হায়রকই, " অহুদি হায়রোরা ?"

"হায়য়ু "

"ঐ কমলাবু মু'শিক্লরে, মহাক্কা লোয়ননা চৎমিন্নবা তারে ।"

মহু তাবদা পদ্মিনীনা থজিক্তং কংনা নোক্লহুনা হায়রকই. "হুম ! মহুনা ঐডোন্দা কৈদোগনি, ঐম্মু ইপামদা চৎখ্রগা লোইরে ।"

"কৈ, নহাকম্মু অনীংবহু তৌ । ঐ করিম্মু হায়দে ।"

মদনগী স্বরদা য়ুগী মনম খজিক্কং নম্নকই, অদুবু মহাক্না ভাঙবা, চৎপা থুদিংমক্তা করিস্নু ফীবম কায়দে, জ্ঞান অদুম য়াম্না তানা উই।

পদ্মিনীনা করিমত্তা অকিবা পোক্তনা হায়রকই, "নহাক্কী অসিগুম্বা লীচৎ অসি হান্না খঙজরম্নবদি মুংঙাইগদবনি।"

"খঙলগা কৈদোদোরিবা ?"

"নঙবু হন্নফাওবা য়েংলম্লোই।"

মদন অদু মমীৎ ঈমুক ডাওনা শাউনা মচীনবান চীক্তুনা অকিবা ফংবা মীংয়েং অমা য়েংলদুনা পদ্মিনী তম্না খঙহৌদনা চঙশিল্লক্তুনা মাগী মশম পায়খ্রে অদুগা মকোক মরু, মমায় মমীৎ খঙদনা খুপাক্না খুত্তুম্না ফুবা হৌরক্লে।

মখোয়গী ফুন-চৈনবগী মখোল অদু তারদুনা হাইক্কেৎ উররোম ত্তুমথরুরবা মদনগী মমানা কাদুদা চঙলক্তুনা খায়রে। মহাক্না মচানুপাবু অঙাং মচা চৈবগুম্না মখুৎ মশা য়াওনা চৈবা হৌরক্লে।

মমানা ভাঙলবা অদুদা মদন অদু কিয়ানখোক্তা য়ানবা ওভরকোট অমা লৌরগা তপ্না মমাও কাদা চঙখ্রে, অদুগা সোফা মথক্তা হীপখ্রে।

# ১৩

আনন্দ হৌজিক ইম্ফাল ইষ্টকী সব-ডিভিজনেল অফিসার ওইরে। মহাক্না পুন্সীগী থৌদোক অয়াম্বা নোংম-ফাদোক নীংশিংলকপা মত্তনা থোইনা অমুক খল্লুবা লৈত্রে। কনাগুম্বা মীনা ঈনখৎ-লকপা মতমদা মুংশিনবা নূপী অমা কাম্নখ্রবদা, নূপী অতুবু মমল লৈনা থনখ্রবসু, লাকদবা পুন্সীদা মাবু অমুক খল্লুবগী কাম্নে হায়বগী মতৌগুম্না আনন্দনা পদ্মিনীগী মরমদা খল্লে, হনগৎনা চেল্লক্নরোইদবা মতমগী ইরৈদা তাউখ্রবী মহাকপু পুন্সী অসিগী ওইনা পুক্নীংনা বিদায় পীখ্রে; অতোপ্পগী থরায় ওইখ্রবী, অতোপ্পগীদমক্তা ফনবা থনখ্রবী মহাকপু নীংশিংলুবগী করি কাম্নগদগে হায়না খল্লে।

নোংমা চৈরাউবা মুমিংনি। মুংথিলগী পুং মরিরোম তাবা মতমদা মহাক ফমুংদা ফমত্নুনা খবর পারম্বদগী, থোইনা অরেপ্পা রাখল লৈতনা মফি শেংচিন্দুনা কুম্মৈ হাইফেৎ য়েংবা ওইনা ময়ুমদগী মপাল থোরকই। মহাক্না খাঙ্গাল বাজার য়ৌরকপদা সড়ক্তা, লাইবক্তা সিন্দুর পাক্না নম্বা নূপামচা নূপীমচাশিংনা মথূক্তা উচান মশা পায়রত্নুনা চৌং কাকুবদগী মরী মরী হন্নবা

উরক্লে, মখোভদা অঙাওবা চীংলৈবাক্কী উফুলনা ইরাউ রাউনা তৈরবা, ঙাওশিল্লবা মমায়দা হুমাং মরীক মরীক পক্লবা অঙাং-শিংনা থোক্টনা অরাবা মতৌ মান্দনা লাউনা নোক্কুনা, মথোয় মশেল রারী শাহুনা পুল্লপ পুল্লপ চৎলি। থুয়াথোং মপা য়ৌ-রকপদা মী চিনবা হেনগৎলকই, পুমডো ফনেক শেৎপী নূপী-মচা, ফনেক মপান্নাইবা, শাড়ি শেৎপী নূপী, নূপামচা, পাখং, অহল কয়া কয়ানা মায়থোঙ মকালান্না সড়ক অহু পীকথনব-মথৈ চৎলি। লৈশাবী মচাশিংগী মতুংদা পাখংমচা কাওবুনা নোক্কুনা, করেম্নহুনা, লরুহুনা চৎলি—নুপীমচাশিং অহুগী মতুংদা থরনা রা ঙাওদনা মোমোনতমক নোকই, থরনা মচীন থীনা চৈরম্মী। সড়ক্কী নাক য়েত্তা লৈবা লম্পাক, দুকান, হোটেল, য়ুমগী কোম্মোঙ, দলানগী মথক অমদি পোৎয়োনফম ফম্বীশিংগী মনাক্তা লম্বী চৎপা য়েংবা মীনা ফিতো ফোই। মাঙলোমদা থাপ্পা য়েংখদা চৈরাউচীং কারিবা মীশিংহু পীশক পীক্লা মরুম মরুম ওইনা পরেং শানা। থজিক থজিক লেঙবা উই। লম্বীগী নাকন্দা লৈরিবা দুকান অমসুং পোৎফমশিংদা অথুম-অহাউ, মচু মচুগী হৈ মহী অমসুং অঙাঙবা, অশংবা, অরাংবা বোল কয়া য়োনবা উই। লম্বীদা হরাউ-নুংঙাইনা চৎলিবা মীশিং অহুনা মথোয় মশেগনা য়েংনহুনা অচৌবা কুম্মৈ অমা ওই। কেনা চৎলিবা নুপীশিং অহুনা মোংহাদনা মশাগী ফজবা মাঙখিগনি হায়বগী মতাঙুম তপ্পা তপ্পা মরক মরক্তা মফি-মরোল শেমজিন্দুনা চৎলি। চৎলিবা নুপাশিং অহুনা মথোয়গী মতৌবু য়েংবদা নুংঙাইবনা য়াক্লা শাররক্লিবা নুংশাগী মৈশাহু থোইনা থঙদবগুম তৌই।

আনন্দনা অস্তুম লাকপদা মাগা মতম অমদা ওঝা ওইমিন্নরম্বা বসন্তনা থেংনরে, মহাক মচা অমা মখুৎ শম্লগা চীং কাবা লাকই। মহাক্না আনন্দগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা চৎমিন্নরগা রারী কম্না শাবা হৌরকই। আনন্দনা হৌজিক ওইরিবা ফীরম অসিগীদমক মানা থাগৎপা হৌরকই, অতুদগী স্কুলগী মরমদস্থু রারী কম্না শারকই। স্কুলগী রা হৌদোরকপদা বসন্তনা পদ্মিনীগী রাস্থু হৌদোরকই, মহাক্না মপুরোইবগা লৈনবা ফত্তবা মরী অদুগী মরমদা আনন্দদা তম্বা হৌরকই।

আনন্দ নোক্না নোক্না রারী শারম্বদগী থঙহৌদনা মাম্নথোঙ লা শিনখি। মহাক্কী মরনগুম্না খনখিবা পদ্মিনীবু থীনা তৌবীরে হায়বসি তশেংনমক মঙোন্দা থাঙভমদবা অমনি। মহাক্না চৎলিবা মীয়ামগী সমুদ্র অদু থঙহৌদনা অহাঙবা লৈকংলা ওইনা উরকই।

মহাক্না হৌখিবা পুন্সীগী রা থূদিংমকপু কাউথোক্লবা হোৎ-নরগে হায়না থল্লুবদু অরেম্বা ওইরে; হুংশিবা মীশক অমনা হুংশিবা মীশক অমগীদমক রাবা হায়বসি পুন্সী অসিমগী ওইরম্মে।

হুমিৎ অদু ময়ুমদা হল্লক্লগা মহাক্না পদ্মিনীগীদমক্তা নোৎহৌনা অমুক খনবা হৌরক্লে।

পদ্মিনী নহারমুক থৎনবা হুমিত্তগী মপুরোইবগা কৌনদ্রে; মহাক্না মপুরোইবদা নোঙবা উত্তুনা তাইশিন্নবা পামদ্রে, অদুগা

মপুরোইবস্থ মডোম্দা কৌদনা মাগী অমীংবা লম্বীদা অস্থম চঙ-শিনথিবদগী পুক্লীং হন্দোরকপা লৈত্রে। অস্থমা থংনখিবা মুমিং তমেংনিমুক্কী মতুংদা নোংমদি অয়ুক অমদা মদনগী মমায়বা অমনা পাউ পীররে মদনগা কমলাগা চেল্লে হায়না। পদ্মিনী অচেৎপা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা ব্রা মচেৎ অমত্তা ভাঙথিল্লে।

পাউ অদু তাবদা পদ্মিনীগী মচে অমদি মতৈস্থ হায়নীংঙায় লৈতনা শাউরক্লে।

মুমিং অদুগী মুংথিলদা পদ্মিনী ব্রা লান অমত্তা ভাঙলমদনা মপামদা লাক্লে।

মহাক্কী মাম্মদু মাঙ্গোলদা ফক অমদা ফম্লদুনা হীদাক থক্তুনা লৈরম্মী শূমাঙদা য়ুম্মোল্লবা ইমুংগী অভাং থর মার্বল কাপ্তুনা শান্নরম্মী। পদ্মিনীনা ফি ময়োম অমা পায়দুনা রিক্সো-দগী কুমথরক্লগা চঙলকপদু উবদা মাগী মাম্মনা মচীন্দা চুপ্লম্বা তোংজৈ অদু পায়দুনা ভক্লা হংলকই,"করিনো পদ্মিনী ? পোৎ-য়োমনে করিনে ?"

পদ্মিনীনা তপ্না খুম্নকই, 'মাম্ম ঐ য়ুমদা লাক্লবনি।"

মাগী মাম্মনা ময়ম হংলকপদা পদ্মিনীনা থোক্লিবা থৌদোক থুদিংমক্তু মঙোন্দা লীরে; মদু তাবদা মাগী মাম্মদু হায়নীংঙায় লৈতনা শাউরে, পদ্মিনীবু অমুক থিল্লুবগী ব্রা হায়রক্তে।

পদ্মিনীনা ফি ময়োম অদু পায়রদুনা মহাক্না হান্না লৈরম্বা কা অদুদা থোঙথাং তপ্না, মমায় লুক্লা, মমীৎ ভুকথনা চঙলকই। কাদু হান্নগুন্না নান্দে, ফমুংদু মোম্প্যাক থাদে, অলমারী,

টেবল, চৌকি, ফিয়ানথোক পূন্নমক মিরাং থাংই, লৈমায় অহু ভোরোক তৌনা শুজা কায়, তীল মরূম ভাক্তা কোকশিল্লে, কাগী ময়ায়দা য়াম্বরিবা এলেক্ট্রিক ওয়্যার অহুদা বলব পান্দে, মতুম্ম মিরাং ভাক্তা থাংই। পদ্মিনীনা কা অহুগী নোংপোক থংবা ফক্লাংদা মমা মপা অনীগী মিংশেল চন্দনা থেৎলিবা ফোটো অনী অহুদা য়েংলগা মমীত্তগী পি তরং তরং শিম্বরকই। ফোটো অনীহুদা মথুৎমক্লা লেংলগা শিরম্বা থাগীলৈহাউগী পরেং অনীহু ইকং কংলে, ফোটোশিংহুগী নাকল য়েৎলোম ওইরোম অনীমক মিরাং থাংলে, উফুল ভাক্তা পক্লে। পদ্মিনীনা ইল্লিবা ফি অভোবা অহু মখূং অনানা পায়হুনা মমায় খুমজিল্লগা হীক্লা হীক্লা মথোল থোক্লা কপ্পা হোৱক্লে।

মাঙ্গোলদা ফম্লিবা মাগী মাম্মনা শূমাঙদা মমাম্নবশিংগা য়ারী শান্নরিবা লাইরিক থাউ য়ানবী নূপীমচা অমা কৌহুনা হায়রকই,“যমুনা, চঙলকউ, রা হায়গে।”

নূপীমচা অহু মহাক্কী মচননূপীগী মচানি, পদ্মিনীনা লুহোং-খ্রবা মতুংদা মহাক্লা য়োকপনি।

চহী তরাহুমদোইমুক শুরবী, কুচু ভৌবী, ময়াঙ কংবী, মরেপ য়াংবী নূপীমচা অহুনা লাইরিক থাউ অহু মখূৎ য়েংনা পায়রগা হাইর হাইরহুনা দারী কাথৎলগা হংলকই, “করিনো মাম্ম ?”

“য়েংউ, নচে পদ্মিনী লাকপনি, ইমুংদা লৈবনি। মহাক্কা য়ারী শাক্ক।”

নুপীমচা অহুনা হৌরাউনা লাইরিক্কী থম্মদনা কা মহুংদা থুনা চঙলকই, অদুবু পদ্মিনীগী মতৌদু উবদা মহাক শকফম হল্লিনখ্রে, লাইরিক থাম্ব অদু টেবলদা থমগা পদ্মিনীগী মনাক্তা চঙশিল্লক্কনা লেপ্লরে।

মহাক্না হংলকই, "ইচে, কৈদৌরে ?"

পদ্মিনী মহাকপু উবদা শমাহ্ন হনগৎলকই অদুগা হায়রকই, 'করিস্ম তৌদে যমুনা চঙলকউ ফম্মোলাউ।"

নুপীমচা অদু পদ্মিনীগী মনাক্তা চঙলক্কনা ফম্লরে। মহাক ভাবনা শাবা ওয়ে, করিগুম্বা নুংঙাইতবা থৌদোক অমদি থোক্লে। মহাক্না তকশিন্দুনা পদ্মিনীদা অমুক হংলকই, "কৈদৌরবগে ইচে হায়ু।"

"যমুনা, ঐস্ম ওসিদগী 'সিদা লৈবা তারে।"

যমুনানা থওয়ে পদ্মিনীদু নুংঙাইনরক্কবা অমদগী মযুমদা হল্লক্কবনি, অদুবু মহাক্না খূদক অদুদা মথাতাবা য়াদি অমুক হংলক্লে।

কুমিৎ হুল্লিগী মতুংদা পদ্মিনীনা পাউ অমা তাখে মদুদি ডাক্তর মদন কমলাগা লোয়ননা দিল্লীদা এম, ডি, তম্বা চৎমিন্নখ্রে—পাউ অদু তাবদা মহাক থোইনা অমুক ওক্লে।

মহাকী মাম্মনা মী থাহুনা মাগী মপোৎ-মচৈ খূদিংমক লৌহল্লরে, থাইনবগী পবক অদু মপূংফানা চথরক্লে। পদ্মিনী অসিগুম্বা পুন্সীগী মীকুপ্তা মানা মতম অমদা য়ানা ফংখিবা থবক অদু মমল য়াম্না লৌরকই। মহাক্না খল্লকই, "নুপী ওইবী অমনা মীগী মপাল তাংজ্রবস্ম হিংবা য়াই।" অদুবু করিগুম্বা

মীকুপ্তা মহাক মীতুমী পি খঙহৌদনা শিন্নরকই, হিংবা হান্নবা অসিত্তনা মীওইবগী হুংঙাইবা ওইরমদে। অমুম্মা নোংমা নোংমা হৌথি, মাপী পুন্সীগী হৈনিংবা কয়া মাঙথরকই, তাইবংমগী মীওইবা হান্নবা মশাতগী য়েংবা কাঙলুপ অসিবু থাজবা পোক্লক্তে, অদুবু মহাক্না ঈশ্বরগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থমহুনা পুম্নমক অসিবু কাউথোক্লবা হোৎনৈ। মহাক্না থেংনরা য়াওরকই নুপা ওইবশিংনা মপামদা হল্লক্লবা নুপী অমগী মফমদা য়েংবা তুকচনাংঙাই ওইররা মীৎয়েং— মসি মঙোন্দা তশেংনা থাঙতমদবগী মশক্নি। সমাজগী মীৎয়েং হায়বসি কল্লি কনাগুম্বা মীওই অমনা শান্তি ওইনা হিংজগে হায়বসি হেক য়াদে, অমগী খুদোংচাবা অমনা লোই, অমগী পুন্সীদা অকায়বা থবক অমনা তৌই, রা ভাঙত্রবসু কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমদা হন্থবা মাংয়েংনা য়েংই। পদ্মীনিগুম্বী মরাইবক থীরবী, অদুবু শকফমদদি থোইদোক্না মীপুম খুদিংমক্কী শুম্মৎনীংঙাই ওইরবী অমনা অসিগুম্বা ফীবমদা সমাজদা হিংবা হায়বসি কিনীংঙাই ওইবা মশক্নি। মহাক্না স্কুল কাথোককাশিন তৌবদা কেদে, সনা লুপা লৈতেংনচিংবা থোইনা শিদে, অচম্বা ফিজোল শেংলি, অদুবু মহাক্কী ফজবা শকফম অদু উবদা কনাগুম্বনা স্কুল কুমককপদা ইন্নবা য়াওরক্কই, করিগুম্বদা মানা চৈথিরা য়াওই, করিগুম্বদা রা ফজনা হায়রগা থাদোকখিবা য়াওই, করিগুম্বদা রা অমতা ঙাক্লদে। পাপকী লম্বীদা চিংশিমবা হোৎনরিবা সমাজগী মীয়ামগী লীচৎ অদু শাংনরহুনা মহাক্না খল্লি, "এ কৈদোঙুংদা নুপীগী ইজ্জতপুদি মাঙহল্লরোই।"

ময়ুমদদি মহাক অয়াম্বা মতমদা মরুওইবা ধর্ম্মগী লাইরিক গীতা, বাইবলনচিংবা পাতুনা মতম লেপ্লি। ছুটি মুমিংশিংদা মহাক ইমুংদগী মপাল থোক্কে, কনাগুম্বী লৈকাইগী মমান্নবী মৌনহ। নত্রগা মনে, মন্দোল থোকপশিংনা মুংথিলদা মাগী মনাক্তা লাক্নুনা ফমৈ, করিগুম্বদা ইমুং মন্নুংগী বা হৌদোক্লুহনা বারী শাই, মথোয়না ডাক্তর মদন অমমুং কমলাগী ফজদবা লৌচৎপু নিন্দা তৌহনা চৈ-থাংই, পদ্মিনীগী পুক্নীংবু থেমজিল্লি, মাগী অরাবদা শরুক য়ামিন্নৈ। বারী শানা শানা পদ্মিনীগী ফজবা শকফম অদু য়েংলগা পাম্মুবগুম তৌনা মথোয়না থল্লি, "মমল য়াম্লবা মীশক অমা মিন্নুংশি থঙদবা মী অমনা মাঙহল্লে।" "অদুবু করিগীমু বানাংঙাই লৈ ?" মথোয়না অমুকমু থল্লি, "পদ্মিনী মচা-মশু চেংন্দ্রবা মীশক অমনি, কনাগুম্বা মাগী মুংশিবা শক্তমগী অমদি ফজবা পুকচেলগী গুণবু থঙবিবা মীনদি মহাকপু অহুম ......... ।" অহুবু মথোয়ন পদ্মীনীদা অসিগুম্বা বাথল অসি ফোঙদোক্কে, মরমদি পদ্মীনীনা অসিগুম্বা বাখল অসিবু ভূকচনা থল্লি।

মথোয় ময়াম চৎখ্রগা পদ্মিনী মথন্তা অমুক চীক্লা লৈহৌই। নোংমদি ইথঙ থঙহৌদনা মহাক মক্নোক কম্না ভাওবা হৌরকই, মশাহু য়াম্না চোকথরকই। মুমিং অহুদগী হৌনা তোয়না মহাকী মশাদা চোকথবা, মশা ভমদবা ফাওবা হৌরক্লে। মহাক মতোমতা থঙজরকই—মহাকী মশা অসি মহৌশাগুম্না ফন্ত্রে। অমুম্না নোংমা স্কুল কারমদাইদা মশা অহু ভু থ্যাউ থ্যাউ চুংলহুনা লাইহৌ কম্না

হৌরক্লে। পদ্মিনী ফমুংদা চণ্ডনা হীপথে, মুমিত্তু ছুটি লৌহনা স্কুল কাব্রে। মথংগী মুমিত্তস্মু নাবা ফক্রে; অসুম্না মহাক অনাবগী ফীবমদা লৈখে, ছুটি শাংনা লৌখে। মমা অত্তোম্বী বীণা, মচে রাণী মখোয় মম্বাম অনাবা হংবা লাক্লে, মখোয়না তান্নহনা ডাক্তরনচিংবা য়েংবা হৌরক্লে।

বোংমা স্কুলগী হেডমাষ্টর রাজেনস্মু অনাবা হংবা লাক্লম্মী, পদ্মিনীবু থোইদোক্লা মিমুংশি উৎসম্মী। মীওইবগী থম্মোয়দা অরোনবা অনীংবা কয়া লৈ, অহগুম্বা অনীংবশিং অহু পুন্সীগী অওইবা থৌদোকশিংগা হেক চাশিন্নবা ওইথোক্কে, মগু ওই-না অহুম থম্মোয়মুংদা লৈ, অহুগুম্বা মগু অহু ইথা থাজদনা পদ্মিনীগী মফমদা মহাক্লা ফোঙদোক্লম্মী, কনা লৈত্রবা পদ্মিনী-গীদমক্তা মহাক্লা থোইদোক্লা রাবীবা অমস্মুং মুংশিবা ফোঙদো-ক্লম্মী, অহুবু পদ্মিনীদি রাকম অহু হঙ্গোইনা থনখি।

মুমিৎ তরাতক্লক্লিমুকী মতুংদা নাবা ফরহনা পদ্মিনী স্কুল অমুক কারে। নহান বোংমা হেডমাষ্টর রাজেননা মাগী অনাবা হংবা লাকপগী থৌদোক অহু ষ্টাফকী ওঝা কনানস্মু থঙদে, অহুগা পদ্মিনীনা কনাগুম্বা মমাম্নবী ওঝা অমতগী মফমদা রাকম অহু হায়দোক্কে।

পদ্মিনীমা অসিগুম্বা ফীবমদা লৈরে হায়বসি আনন্দদি থঙদে। মহাক্লা বোংমা বসন্তগী মফমদগী পদ্মিনীবু মপুরোইবনা থীনা তৌবিরে হায়না তাবদা মুংঙাইখিদে, মহাক মথন্তগী ওইবা

মীশক অয়গী মথক্তা কনাগুম্বা অমনা লাক্লা অধিকার শীজিন্নবগুম মহাক্লা থনখি, অদুবু মীকুপ থরগী মতুংদা মাপী য়াথল অদু লাল্লে হায়না অমুক থগুলকখি। নোংম-কাদোক পুন্সীগী থৌদোক থরগা মরী লৈননা পদ্মিনীবু নীংশিংলকপা নত্তনা মহাক হুম্লিং খুদিংগী ওইন। পদ্মিনীগীদমক অমুক থল্লুবদি তৌগ্রে। মীওইবগী পুন্সী অসিমক্তা য়াথগ, পুন্সীংবু পঙথহনবা ঙম্বা মতমগী যাহু য়াওরি. মতমগী মোল্লবা থুংশানা ইথোয়বু অস্থুম অস্তুম লেপ্তনা নানবিবদা ঐথোয় খুদিংমক হৌখ্রবা থৌদোকী অয়া-অনাবু কাউনরি, কায়-নবদা শিগন্দবগুম তৌরম্বা মীওই কয়াবু অস্নুম্না মতম্না হেক হেক অয়াবদগী কনবি। আনন্দসু অহু মঙাই মাগী হৌখ্রবা অয়াবা থৌদোকশু থোইনা নীংশিংলুবা তৌগ্রে, নোংম-ফাদোক স্কুলগী থৌদোক য়াথোক, কুমৈ-ফিওং অমস্থুং পদ্মিনীবু নীংশিংলকপা অহু মথংগী মীকুপ্তা অহুমক কাউখি, থাপ্পা থনম্নবা হৌখ্রবা পুন্সীগী লৈচিল্লক্তা মমি-শামি কুপ্পকপা নোংথাঙগুম্বা থৌদোক পুম্নমক্কু অহাংবা য়াথলগী মালংদা অহুম তিনখি - মথোয়হুগা হৌজিক ওইরিবা পুন্সী অমদি ফুংদা লাক্কদবা পুন্সীগা মরী কয়িমতা লৈনদবগুম তৌই।

অহুবু নোংমদি অস্তুম থোকস্ত হায়হুনা মথোয় অনী নকশি-নবগী তাঙ্গা অমা থোকখে। আনন্দনা থাগেমপল্লিদা পদ্মিনী-থোয়গী মনাক্তা লৈবা মমাল্লবা অমগী য়ুমদা লাকপদ্দা পদ্মিনীহু ময়ুমদা সাইকল তোংহুনা স্কুল কুমখিবা উখি। মহাক্লা নোংমা বসন্তনা হায়খিবা য়াহু থংনাং নীংশিংলক্কুনা পদ্মিনীহু মপামদা

লৈরক্রা হায়না মপুক্লীংদা চিংনবা অমা কাওখি। হুমিৎ অসিদগী নোংথৌনা পদ্মিনীগীদমক্তা খন্দুনা পুক্লীং লৈথা তাদবা অমুক হৌরে। অহুবু পদ্মিনীদা সুংশিবগী রাক্ষমহু নৌনা হৌদোকপগী রাজি মাগী পুক্লীংদা থনখিদে।

নোংমনা মে থাগী থায়ায় চনবা অহুরাইদনি, আনন্দ সন্ধ্যারাইরম পুং মঙারোম তাবদা মথুত্তা থবর পায়হুনা বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোডতা সাইকল ঈন্দুনা মখোঙনা তপ্না তপ্না চংলি। মতমহু টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা মেলা তৌই, কোয়না চংপা মীওই কাওবুনা ভারতকী মফম মফমদা চত্তুনা তৌবা মেলা মথলহুনি। মহাক য়ুমদা চঙবসু ঙল্লি থন্দুনা মেলা তৌফমোমদা হাইজিল্লকই। মেলাগী মগুং অহু হাইফেৎ নুংঙাইবা কুইম্ম অমা ওইরম্মী, নাকল অমদা রাস্তোনমুক রাংবা য়োংকী চক্র অমদা মী অমী অনী কোয়না ফমহুনা তোংহল্লগা মখোল থোক্লা কোক ঙাওবমথৈ লৈরি, নাকল অমদনা অকোয়বা ফম্পাক অমদা উনা শাবা শগোলশিং কোয়না কোয়না লৈহন্দুনা নূপামচা, নূপীমচা, লৈশাবীফাওবা য়াওনা তোংদুনা লাঙলি, অতোপ্পা নাকল অমদা অরিবা ফিল্মগী ঈশৈশিংবু অপীকপা মাইক অমদা হঞ্জিন হঞ্জিন্না খোংলি। পংচাউ চাউনা তৌবা মেলা নত্রবসু নূপী, অঙাং, পাখং; অহল নহা কয়ানা মেলাগী দুকান খুদিংমক্তা ওমশিন্দুনা য়েংনরি। আনন্দনা উৎকম অমা অনী য়েংলকই; য়োল্লিবা পোং অম্মাম্বা অঙাংগী শাম্নপোৎ, অরংবা সনা মচুগী গিলটি তৌরবা খুজি, লীক, লৈ, খুদোপ, চরীক, লৈতেংগী

ওইবা পোৎ-চৈ ফিরোল অমসুং চাকখুমদা শীজিন্ননবা তিল, সিলভরগী পোৎ-চৈ ভাক্তনি। দুকান খরদদি সাবন পরেং পরেং শানা থম্মগা লীগী কাঙ্গোই মচা মচাশিংনা লংদুনা উপ্পা তাল্লরি, খরদনা ভাওলৈনবা ফ্লমিংকী মভালদা হঙ্গামপাল, ভাও-লৈনবা, মুরৈনবা চানবা হয়াইগী মখলনা চীংছুম শানা পৈছনা লৈ। নাকল অমদা রেডিও, ঘড়ি, ফেন, রেকোর্ড প্লেয়ার য়াওরবা চিঠিখেলা তৌই; খ্বাইদগী মী য়ায়া তিনবা মফমদি মেলা তৌকমগী মন্নায়মক্তদা তৌরিবা হাউসি তৌকম অছনি, মখোল হৌবা নূপা অমনা টেবল ময়ায়দা লেপ্লছনা ছমাং তাবমথৈ শংদোক্তুনা লাউরি, অশংবা নাপী মথক্তা ফম্বা লেপ্পা য়াওনা ফিভৌ ফৌনা তিল্লিবা মীয়ামদুনা মানা লাউ-রকপা মশীংগা মান্নরা টিকেট মচেৎশিংদা ইরিবা মশীংশিংদু ককপা হোৎনরি।

আনন্দনা উৎফম মডা তক্কক লাম্হোক্তুনা য়েংলক্লবা মতুংদা মাগী মমাঙদা থরা চৎখৎলগা খঙহৌদনা তিল্লিবা মীয়াম অতুগী মরক্তা পদ্মিনীদু নাকচেপ ওইনা হাইফেৎ উখিবগুম তৌরে! মহাক খ্বাই লাউখিবা খঙহৌদে। মহাক্না পুক্নীং চঙনা মাম্নকৈ অদোমদা য়েংলকই, শোয়দ্রে পদ্মিনীনি। তিল্লিবা মীয়াম অতুগী মরক্তা মাগী মওঙ তারবা মকোক অদু অমুক অমুক লুমশিনখি, অমুকম্ব শেংমা উরকই। মহাক্না মনুংদা মফমদুদা তিল্লিবা মীশিংদু তপ্পা তপ্পা মরী মরী চৎথিছনা মফমদু থর হাওলে, পদ্মিনীদি করিগুম্বা অমা হংবগুম তৌছনা মহাক পম্বৈনেই;

হৌভিক্তি মাগী মায়লোঙ, লুখম, চুবা, লেংবান, ওকশম, পাম্বোম, মাগী মওঙ ভারবা কীবম পুম্লনক মপুংফানা শেংনা উরে। আনন্দগী থম্মোয়দা অমুক নোংহোনা মাগী মহৌশাগী পদ্মিনীবু উবমক্তদা ফাওখিবা মফম থঙদবা পৃক্লীংগী ঈহৌ অহু খঙহৌদনা হৌরকই, স্বরমগী হোল্লহুনা, থবাকী মিহুল অহু চোংনা, চপয়ুংনা নুংগী মূর্ত্তিগুম পদ্মিনীবু য়েংহুনা লৈরে। ওহাকী ভুংদা মহাক জ্ঞান ভারক্লই— মপুরোইবগী য়া থংনীং নীংশিংলকই। অহুদগী মহাক্না পদ্মিনীগা কনাগা লোয়নরকপগে হায়না মুল্লা য়েংবা হৌরকই। মহাক্না উরে পদ্মিনী নুপা অমতা লোয়নরক্কে, অহুবু মাগী মবাক্তা লৈশাবীমচা স্কর্ট অঙাঙবা শেংপী অমথক্তি চেনা য়োম্বা পোংয়োম মচা অমা মাকন্দা য়েপ্লহুনা লেপ্লি— পদ্মিনীনা পোং অমা য়েংলগা ওম্মোরক্কুনা নুপীমচা অদুদা ওন্সীন্দুনা করিগুম্বা য়া থর হায়রগা য়ারী শাহুনা নোকই। আনন্দনা খঙলে নুপীমচা অদুতনি পদ্মিনীগা লোয়নরকপা, মী অৈত্তে অমতা মাগা নরুবা উদে। অস্নুমা মহাক্না মীনা কুক কুক ইন্নরিবা মফম অদুগী মরুমদগী পদ্মিনীবু মীং কুপ্তুনা য়েংহুনা লৈ। থম্মোয়না খোয়দাবা গুম্বাং-নীংভায় ওইবা শক্তম, ফীবম-মূর্ত্তি, কুচু-কুমেন— মীকুপ থরগীদা নক্তে পুন্সীসিগীনি— ভৌরবা কুচুদা অতিয়া মচুগী ইন্নফি, মপান্না মচু কয়াগী ময়েক্লা লোনবা হঙ্গামপাল মচুগী যনেক মপা-ন্নাইবা, ময়েং থক্তিক্তং ভারবা মায়থোঙ, চুবা, ওকশম লেংবান, পাম্বোম পুম্লমক্কুগী ঙপুনবা ফজবহু উবদা আনন্দ উয়ুংগুম্বা চপ য়ুংবা লেপ্তুনা লৈখ্রে— খুদক্তা পুমকাই ওইনা কাউখ্রে মাগী

মতম অহু হৌখ্রবনি হায়বা, পদ্মিনীবু অমুক উবদা হৌখিবা মুংশিবা রাখল খুদিংমক্তু অমুক নোহোমনা মাগী থম্মোয়দা হৈথরকপগুম তৌরকই। থডহোদনা মাগী পুক্লীংদা হান্নবী নাপল অদু অমুক লাকই—পদ্মিনী অতৈ কনাগীসু ওইফম থোক্তে।

অহুদগী ওহাক্নী মনুংদা পদ্মিনীহু মহাক্না লৈরম্বা মফম অহুদগী তপ্পা তপ্পা মাঙলোমদা চৎপ্লে, আনন্দনা মাগী তুংগী মওঙ তারবা সাবান অহু মপুংফানা উম্লে। মনাক্তা ঙসায়গী নুপীমচা অহুমু চৎলি। আনন্দনা তাঙ্গা অহুদা মশামক করি তৌরি, করি থল্লি হায়রবা করিমতা থডদনা তপ্পা তপ্পা পদ্মিনীনা চৎলিবা মায়কৈ অদোমদা থোঙ থাংদোরক্লে।

মহাক্না মথন্তা হংজরকই, "করিগীনো ঐনা অমুমা চৎলিবা ?"

মহাক মথন্তা পাউখুম পীফম থডদে, অহুবু মুংগী থোজাননবা শক্তি অমনা মহাকপু পদ্মিনীগী তুং ইন্না চৎনবা ঊনশিনবগুম তৌই, অমুমা আনন্দনা মশামক্না করি তৌরিবগে হায়রবা থোইনা থডজদবগুম তৌনা মেলাগী তুকান খুদিংমক্তা থর লাপ্পা পদ্মিনীবু ইন্নহুনা চৎলে করিগুম্বদা পদ্মিনীহু তুংলোমদা নত্রগা নাকচেপ ওইনা হেক লৈথোরকপা য়াওই, মতম অহুদা মহাক্না মীশিংগী মক্কমদা লৈশিল্লি।

থওহোদনা মুমিৎ তাখিগদোরে, নোংচুপ থংবা অতিয়াদা শাংনা শাংনা ফৈনা লৈরিবা অঙাওবা লৈচিলগী মক্কমদা মুমিৎনা লোৎখ্রে। মুমিদাংরাইরমগী মুংশিংনা হুম্বদা অশংবা

নাপীগী মনম নয়ল্লে। অহুদগী পদ্মিনীগা নূপীমচা অহুম্না থোঙথাং থর থুরম্না মেলা তৌকমদগী থোকখ্রে।

আজন্মগী পূক্রীংদা থওহৌদনা নীংশিংলকই, নোংমা মহাক্না পদ্মিনীবু মপামগী কোংম্বাঙদা চঙখিবা উবখি; মহাক তশেংনা থাইজন্নুনা লৈরক্লা হায়বগী থওনীংবা ম্বাথল অমা কম্না মপুক্রীং-দা কাওরকই। মহাক্না পদ্মিনীবু থাপ্লম্না ময়ুমফাওবা ইম্বরে, মম্মি অম্মি তৌবদা মপামগী লফুংহৌবা কোংম্বাঙদা পদ্মিনীনা চঙখিবা অহু মহাক্না উরে। মহাক্না হৌজিক তশেংনা থওলে পদ্মিনী মপামদা লৈরে, মহু থওবদা মাগী থম্মোয়দা মরিং মরাংবা, হায়কম থওদবা নুংঙাইবগুম্বা ম্বাথল অমা ফাওরকই, অহুবু মহৌশা পদ্মিনীবু উবদা নুংঙাইখিবা অহুম্না থেম্মে— অসিগুম্বা মরিং মরাংবা নুংঙাইবা ম্বাথল অসিদা অরাবা শক্লকম্নু যাম্না যাওই।

মুমিং অহুম্না নুমিদাংদা আনন্দ ময়ুমদা লাক্লগা মাগী কাদা মথুং নাম্ম ফুরিংথাউদা হুমজিল্লগা, পায়খিবা থবক অহু থমদনা তপ্না তপ্না মকোক লূকথত্তনা হঙং-হন্দা চংলি, ম্বাথলগী মূক্তবা অমনা মাগী কোক্তা অরাবা পীবগুম অমুক অমুক থবকমপী হোল্লকই, থবক পায়রিবা মথুং অহুনা অমুক অমুকস্থ চুবাদা থম্মী; অতুলগা মমাঙ ওম্না পালিকা থোঙনাও মপাদা থাম্বিকা চৌকিগী পাম্বোমদা তুমিল্লা কমখ্রে। থোঙনাউদা থাবলগী ভৌকনবা মঙাল চঙলকই, সন্ধ্যাগী অঙৌবা মুংশিংলা মমায়দা তপ্না তপ্না যৈরকই। মহাকী পুক্লীংলোককলিনবা ম্বাথলমা মথঙাম্বাংশোল "পীরা" থম্মোয়মুংদা

শোনবগুম তৌরকই, "পদ্মিনীদ্ হান্নগী অতুগুম্বী পদ্মিনী নত্তে, মাবু হন্না য়েংলুবগী কান্নবা লৈতে, চাউরবা পল অমা মাঙদা লৈরে, মহাক মৌনি।" অতুদগী শক্তি লৈরবা নমথবা ডমগ্রবা অপাম-মুংশিগী রাথলন' পূম্নমক থুম্নাংনা থম্মোয়মুংদগী অমুক পাউখুম পীরকই,' নত্তে, মাগুম্ন মুংশিবা মশক অমা জগৎ আসদা অমুক উররোই— সংসার আসদা মহাক মংস্তুনি। মহাক্কী পূম্নমক মাঙ্গবম্ন মহাক হিংলি— হিংলিবা অসিমক মমল য়াম্মী মঙোন্দগী থাগ্নোকপা ডম্নরোই।"

মথংগী মুমিত্তা আনন্দ মাগী পূক্লীংদা লৈবা মুংশিবগী মথুম মরাঙ হৌবা রাথলনা নোংজু পান্থাগী অঙাওবা ঈশিংনা লৌনম্বাল থুম্নাংনা চেনবগুম মাগী অফ-ফত্তা থনবা ডম্বগী রাথল মাওনা মাবু পূমথুম থুম্নাংখ্রে। হেলোইনা পুরবা মীগুম্না মহাক মমুমদগী মপাল থোরকই।

মহাক্না মতম কয়াগী মমাঙদা তোয়না চৎলম্বা থাগেমপল্লিগী লম্বী অতুদা হাইথরকই। ডসিদি মহাক মফমতুদা চৎপদ্ ইকোই কোইবগুম তৌই। "মতমতু কৌখ্রে," হায়না মুংগী খোঞ্জেল অমনা মঙোন্দা তত্তনা ডংবগুম তৌই। পূং মাপল মথায়-রোম তাবা মতম অতুরাইদা মঙ হাদা তৌবগুম মহাক্না উরে পদ্মিনীদ্ ফি অশংবা অমা ইল্লগা সাইকল তোংঙনা লাক্লে।

পদ্মিনী মাগী মপা য়ৌরকপদা মঙোন্দা ঙক্লা য়েংলকই, কৌদি কৌরক্তে। মহাকস্থ থৌনা অমা ফুংদাক্ুনা মনাক্তা

চঙলুরে। করিগুম্বা মমা ইচা চাশিন্নদবগুম তৌই। অদুবু নমহাদুনা মহাক্না ব্রারী থর শানবা থৌরাঙ তৌরকই।

"পদ্মিনী, ঐ ঙসিদি নঙোন্দা করিগুম্বা রা থর হায়গে লাকপনি," মহাক্না হৌরকই।

"করি রানো ?"

আনন্দতু পাকহেক হায়রকপা তৌদনা মমার ঙাঙনা হুমিন্না চৎলি, অতুদগী হায়রকই, "ঐহাক ওঝা বসন্তগী মফমদগী নহাক্কী মরমদা পুন্নমক তারে।"

পদ্মিনীনা "রা অদু হায়রকপগী করি কান্নবগে ?" হায়বগুম্বা শকফম অমা উত্তুনা হুমিন্না লৈ।

আনন্দনা মতু উকনা তৌদনা ১থা তারকই, "পদ্মিনী রারীতু তাবদা ঐ হায়ফম থঙদনা রায়। নহাক থঙলমদবা য়াই—ঐ হৌজিকফাওবা নহাকপু থল্লি .. .... নহাক্কী অরাবা থৌদোক্তা ঐ থাঙবা ঙমদে।"

পদ্মিনীতু শকফম হঙ্গিনখি। শকফম অদু নোংমা আনন্দনা চাকচানবা হুমিত্তা উথিব নাপল য়াওবা শকফমদু নত্তে, য়াম্না চৌংলেম্মী, ঈং-তপ্পী, আনন্দগী রা খুদিংমকপু পুক্লীংচঙনা তাবগুম তৌই।

আনন্দনা অমুক মথা তারকই, "নহাক্না নোংমা ঐবু থাদোকখি মতুদা ঐনা কয়াদা রাখিবা! মতু রাইহনা ফোঙদোকপা ঙম্মরোই। অতুবু পদ্মিনী, পুন্নমক তৌখ্রে মতুগীদমক্তা ঐ অমুক থল্লরোই অতুবু হৌজিক্তি নহাক অমুক্তদি হায়য়ু, ঐনা হৌজিকস্থ

নহাকীকমক্তা লেপ্লি হায়বসিদা নহাক্না করি থনবগে?"

"মন্থু ওইথোক্কবা য়াকয়ি," পদ্মিনীনা হায়রগুম অচুম পূকচেল কনবগুম তৌনা হায়রকই।

"করম্না পদ্মিনী? নহাক্না য়ারবদি পূম্নমক ......।"

পদ্মিনী য়া মথা তারক্রে; পাথং ওইরিবা আনন্দনা মঙোন্দা হৌজিক্কফাওবা য়াফম অহু হৌদোক্রকপদু য়ায়া মরিং মরাংনা খোকই।

মাগী অচেৎপা শকফমদু উবদা আনন্দ য়া মথা তাবা ঙমদনা থুমিম্না হনখ্রে।

# ১৪

পদ্মিনী আনন্দদা য়ানীংদবা মওঙ উৎখ্রবস্থু ময়ুম য়োরগদি আনন্দগী থম্মোয়গী ওইবা লুংশিবগী খোন্‌ফমহু মাগী নাকোঙনা তোয়না তোয়না তাদুনা লৈবা হৌরক্লে। আনন্দনা হায়খিবা লুংশিবগী ৱাহৈশি অদুগুম্বা মহাক্‌ অতোপ্পা কনাগী মফম-দগীসু তাখিদ্রি।

সুমিৎ অদুদগী হৌনা পাদ্মনা মশাগী থম্মোয়বু মথন্তা ৱারকপা ঙমজদবা মতম অমা লাক্লে, মতম অমদা মানা খঙথিবা আনন্দ অদু নত্তবা অতোপ্পা পরায়গী মপু ওইবা অনৌব আনন্দগী শক্তম অমা মাগী থম্মোয়গী লাইয়্‌মৎক্তা মমি ভাবা হৌরক্লে। মমীৎ উইশিন্দুনা, মথুংনা মমায় থুমদুনা অসিগুম্বা অনৌবা ৱাথল অসি লাকশিন্নবা হোৎনৈ অতুবু অরেম্বা তারে; অহিংস্থু ৱাথল অসি লাক্তনবা থুনা তুমথগে হোৎনৈ, অতুবু মীৎশেঙ খাঙদুনা আনন্দগী মরমদা থোক্টনহুম খন্দুনা লৈ। মতম অমদা মহাক্কী মমা অতোম্বা বীণানা মপা শিরবা তুংদগী অতোপ্পা

নূপা অমগা মরী লৈনরকপদা মহাক কয়া য়াম্না তূকচখিবা! অহুবু ওসিদি মহাকসু থিংঙমদ্রবা রাখল অমনা লমজিংহন্না কীবমহু তাম্না পুশিন্নবা হোৎনরি। তুংদা ওইরকপা য়াবা খুদোং-থীবা কয়াগী মরমদা নীংশিংলুবদা মহাক লল্লাইগী শম চপ চপ য়ুংই, কোক ঙাওবনা লৈফম খঙলক্কবা মীকুপ যাওরকই, মরী অহু কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্লাইদবগুম মপূক্লাংদা ফাওরকই: অহুবু নূপী ওইবীশিংন মমল যাম্না লৌহ্নবা কনাগুম্বা অমগা মফমদা পাকহেক লায়ন শিন্নবা ওন্নরোইদনা থম্মোয়গী ওইবা হুংশিবা অমগী লৈপুন্না মাগী পূক্নীং-হকচা পূম্নমক পুনখবগুম তৌবা হৌবরে

পদ্মিনীগী মাস্মহু হৌজিক খঙহৌদনা মপাঙ্গল য়াম্না শোঙ্ক-রক্লে, ইমুংদগী মাঙ্গোল থোক্কপা ইঙম ঙমদ্রে, অয়াম্বা মতমদা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরে। ইমুংদা অমতা ঙায়বা নূপা অমনা অম্নম্না শোনখ্রবদা পদ্মিনী হায়ফম খঙদনা অল্লাবা পোকখ্রে।

নোংমা সুংদা অমদি পদ্মিনীনা চাক থোংলিবৈদা যমুনানা চেনশিল্লক্লুনা হায়রে, "ইচে, ঐথোয়গী মাস্মসি করিনে মা তৌখ্রে! অমুক্কা চঙলকউ।"

পদ্মিনীনা থোরক্লগা যেংবদা মাগী মাস্মহু স্বর হোনবা রানা লোংথাক লোংনা হীপ্তুনা লৈরম্মী। স্বর অমতং শাংনা চিংথৎনবা হোৎনবহু মঙোন্দা অচৌবা লান্থোং অমগুম তৌরম্মী। কুৎশিনখ্রবা মমীত্তু য়াম্না রানা পাওহুনা মথোয়দা য়েংলকই।

মাগী চুবা অনীছু য়াম্না চপশিল্লি. মচীনবান্দু মুশূক মুশিল্লি, মমায়দু ছুমং মরীক মরাক শোই ।

মগী মতৌহু উরগা পদ্মিনীগা যমুনাগা থরায় রানা, তৌকম খঙদনা অমগা অমগা য়েংনরকই ; ফমুং মচীদা ফমহুনা মমায়দা শোবা ছুমাং অহু নপথোকপিরকই, উনমুক ঈংহুনা লৈরম্বা মথোঙ মথুং অহু মখোয় অনীনা পায়হুনা মোইরকই । অম্পুমা ঙহাক লাক্লরবা মতুংদা মখোয়গী মাম্মহু স্বর হোনবা খজিক্কুং হুংঙাই-রকপগুম তৌনা উরকই । অহুবু মহাক্কী হকচাং অহু অহুক্কী মতীক চোকথনা উই, ঙহাক্কী ওইবা অকনবা অনাবা হৌবা অহুনা মাবু অশিবগী থয়াত্তা পুরুম্ববগুম তৌই ।

পদ্মিনীনা তপ্না হংলকই, "থর ফবত্রা মাম্ম ?"

"উম," অনাবদুনা য়াম্না রানা খুম্লকই ।

অহুবু পদ্মিনী মাগী মাম্মগী ফীবমদু উবদা অকিবা পোকখ্রে, কুইনা হিংগদবা মান্দে, থবাক্কী শরূ পোল্লাং অদু শেংনা উরে, মথুং অহু পায়বদা শরূ পায়বগুম তৌই । মাগী হকচাংহু পায়বদা শরূক বরদি অঙ্গংবা লৈবাক পায়বগুম তৌই, কোক্কগী থোঙ-ফাওবা য়েংবদা রাচেং তাবগুম উই ।

লুমিং অদুগা অহিংদু অনাবগী ফীবম য়াম্না ফত্তবা মরম্না পদ্মিনাগা যমুনাগা অহিং থেঙনা মীৎশেঙ খাঙদুনা লায়কনি ।

অহিং অদুগী নোংয়ায় মতুংদা মাগী মাম্মনা থর পোত্থাহুনা ছুমথুবা মতুংদা পদ্মিনী মাগী কাদা চঙলক্কুনা তুমথগে হোৎনৈ, অদুবু মহাক করিমতা ছুম্নাংবা ফাওদে ; তুংগী পুন্সীগী অকিবা

ভুজুংদা রাখল অদু মাগী কোক্তুগী চংখিবা লৈত্তে। মহাক্না থল্লকই মাগী অরাবা পূম্নমক অদু আজম্‌দদা লোইনা ফোঙদোকই লসিন্নাহান্নলা অদুবু থংনবা মীকুপ্তা থাওওমদবা ইকাইব। রাখল অমনা মাগী কোক্তা অমুক চওলকই। "ইশাগী কান্নবা য়েংবা মওওদ্না মী অমত্তু অরাবদা চেন্নখ্রা!" মহাক্না শোন্নকই, "নত্তে, নত্তে, অসিগুম্বা ৱাফম অসিগী মরমদা মওোন্দা হায়জবা শূকওম ওমজরোই!" অদুদগী কল্লিগুম্বা অকনবা শক্তি অমনা মহাকপু থল্লায় অমগী মনাক্তা কন্না পুশিনখওম তৌই, শক্তি অদুনা নাশোল পীন্না মত্তোন্দা অসুম্না হায়খওম তৌই, "মহাক থোঙাগ হৈবা মীওই অমনি; মাপী মফমদা নহাক্না পূম্নমক ফোঙদোকপা য়াই। নহাক্তি মাগী থল্লায়নি।"

অছুদগী পদ্মিনী অদু থওহৌদনা মমায় থুমজিন্দুনা কপখ্রে। অরাম্বা রাখলগী অমম্বা লৈচিল মরক্তা নোংথাঙগী মঙালগুম্বা থম্মোয় অনী তিন্নবগী ঈশ্বরগী ওইবা মুংঙাইবা রাখল অমম্না মাগী পুক্নীংদা ফাওরক্লে। মহাক্না থোঙ্গেল নীন্না পি থামদুনা মথন্তা শোন্নকই, "মসিনি, মসিনি, অশেংবা মুংশিবা! ঐ মুংশিবনু থওরল! মসিদা ঈশ্বর লৈ, মুংঙাইবা লৈ, পুক্নীং অনী তিন্নবগী স্বর্গ লৈ। ঐ হায়দোক্লগনি, মওোন্দা পূম্নমক হায়দোক্লগনি, মদুদা কন্না ইকাইনীংঙাই লৈবগে? মহাক ঐগী ওইব মীশক্তি, মওোন্দা অমুক অথাকপা থম্মোই।" অসুম্না শোন্না শোন্না মাগী থজাইনা অথকপা লৈতনা অশাম্বা মীংকী পি শিন্দুনকই, মহাক পুক্নীংদা

অসুম্না পুক্নীং মুংশিনা কপ্পা অমুক্তা য়াওখিদ্রি আনন্দগী মরমদা থম্না থম্না মহাক ভূমথখ্রে।

নোংঙানবদা মহাক্না মীকপ থোক্লকপা অহু ফম্না য়াম্না থেঙলম্লে, থোঙগী মথক্তা পানবা ভেন্টিলেসন্দা মুংশা মঙাল ইরং লংনা ফাওজিল্লম্লে। মহাক্না হাইকেং পাখংবা ফুক থৌগত্তুনা ফমুংদা ফমহুনা মশম পুনশিল্লগা কাংথোক্লদনী কুমথরক্লে। মহাক্না অহানবদা মাগী মাম্মগী মনাক্তা চঙহুনা য়েংলকই, অনাবা অহু ফজনা ভূম্নি, অহুদগী মমাও কাদা য়েংলকই, যমুনাসু ইশি শিনা ভূম্নি— মহাক নুপীমচা অহুবু অমুক হৌরোকপিরমস্রে, অহিং থেঙনা মীংশেঙ থাঙবা অহুদা ভূমশীং ফানা ভূমজরসম্মু হায়না থন্দুনা থোরক্লে।

থোঙ হাংদোক্লগা পদ্মিনীনা থূবক্তৈ থুনা ইমুংগী থবক ভূম্থাং নোম্বা হৌরকই।

ঙরাং অহিংগী রাখল পুম্নমক অহু মাগী পুক্নীংদা অমুক নোংহোনা হিঙ্গৎলকই। মহাক্না পুত্রী মপান্না কোল ফেঙনা ফেঙনা নোংমা মঙোন্দা শাক্তিনা হায়খিবত্থ মীংশিংলকই, "পদ্মিনী, নহাক তারব্রা, ওঝা আনন্দ অদু ... এম, সি, এস, অফিসার ওইরেদো ?" মহাক খঙহৌদনা ইকাইরা পোক্লকই, মৌ ওইরবী মহাক্না আনন্দদা অমুক য়েংলুবা পাম্লক্লে। অসুম্না নোংঙাক্লগা মহাক্না ঙরাং অহিং আনন্দদা কোঙদোক্লে নীংখিবা রাখল পুম্নমক অহু তায়ম্লোব্রব ওইরকই। মরম অহুনা মহাক্না আনন্দদা কম্নি-মত্তা ফোঙদোক্লমোই হায়না অমুক লেপ্লে।

মতমদি নোংমা নোংমগী হৌখি, মাগী মাম্মদি অমুক ফগৎলকপা লৈরে, ফমশেন্নহুনা অহুম লৈরে। মচে, মতৈ, মমা অতোপ্পী বীণা মথোয় পুম্নমক অনাবা হংবা লাক্লম্মী, ইমুং মনুংগী অনা অয়েক্পী য়ারী শান্নরগা হনখি। পদ্মিনীগা যমুনাগত্তনা অত্তাই ওইনা য়ায়। অনাবা অহুনা চৈরকপা মুমিংশিংদা পদ্মিনী স্কুলদগী ছুটি লৌই, অত্তগা যমুনন্নু স্কুল কাদে। নহান নোংমা মতৈনা ডাক্তর অমা পুহনা লাক্লগা য়েংহন্নম্মী, হ দাক ময়াম চারবন্নু অনাবগী ফীবমদি ফগৎলক্কে। অমরোমদা স্কুলদগী ছুটি তোয়না লৌমন্দুনা মথন্তা মুংঙাইতব পোক্লে, হেডমাষ্টর রাজেননা মাগী ছুটি লৌবদা কন্নিস্নু হায়দে, অহুবু মহাক্না পদ্মিনীবু থোক্নদোক্না মিন্নুংশি উৎপগা লোয়নন্না য়াবিবা অহু পদ্মিনী মপুক্নীংদা ওংষ্কাক্না হৈনদে।

নোংমদি ইথও থওহৌদনা আনন্দ মাগী থোওক্তিন্দা লেপ্লরে, মৃত্তি অহুবু পদ্মিনীনা লাইনা থারকপা দূতকুম্না উথে, হরাউ-মুজুংবা অমগা লোয়নন্না জগৎ অসিবু থন্না উরবা হৌজালগী শক্তম অহুদা ওক্না য়েংহুনা পদ্মিনীদা হায়রকই, "অদোম, মফম অসিদা ?"

"উম," আনন্দনা পদ্মিনীদা মুংশিনা য়েংলহুনা হায়রকই, "পদ্মিনী ঐহাক নহাক্পী অরাবা পাউ তাবদা লাক্লিবনি। ঐহাক্না নহাকপু স্কুল কারকপদা উম্নগে হায়নহুন ভাইবিভৈদা ওঝা রেণুকা থেংনহুনা ঐখোন্দা নহাক্পী অরাবগী রা ওন্নম্মী। মহু তাবদগীদি ঐ নহাক্পী ননাক্তা চেক্তা লাক্লবনি; পদ্মিনী, মী অতৈনা ফত্তবা

রাখল থনবা য়াই, অহুবু নহাক ঐগা মতম অমদা ওঝা ওই-মিন্নরম্বনি, অসিগুম্বা অরাবা তাঁরবা মতমদা হংনবদা মখোয়না করি হায়নী'ঙাই লৈবগে ?"

পদ্মিনীনা হাইফেং ওক্লা আনন্দদা য়ে লমগা মমাগ লুকথখ্রে, মমীত্তা পিগী ঈরা চেনখ্রে।

আনন্দনা পদ্মিনীগী নাক্তা থর নক্লা চঙলক্লগা হংলকই, কদায়দনো অনাবনা কৈরিবা কাদি ?"

পদ্মিনীনা তাক্কুনা মখোয় অনী অনাবগী কাদ' চঙমিন্নরকই। মতমচুদা অনাবহু চুম্নি। পদ্মিনীনা মমাঙদ আনন্দগী ফম্নবা মোরা অমা থারে মহাক্লা অনাবগী থুম্না মপাগী কাংথোল মচীদা ফমখ্রে। অহুদগী পদ্মিনীনা পুন্সীগী অহানবা ওইনা আনন্দদা মাগী মশাগী অরাবগী রারী লীবা হৌরক্লে। রারী লীনা লীনা মাগী থজ ইদা মীংকী পি শিন্দ্ররকই, ইল্লিবা ফিগী মচীনা পিহু তৈথোকই, অহুদগী স্বর চনীং তানা হোল্লহুনা মাগী অরাব রারী অমুক লীরকই। চীক্লবা কাহু মাগী চুংশিরবা খোনফম্না ইনিল নিল্লি। আনন্দনা পদ্মিনীবু য়েংহুনা মাগী রারী অহু থরায় চঙনা তায় মীংয়েং মপা চানক্লরগা পদ্মিনী লূকথখি; অয়াম্বা মতমদা মমায়হু হনগংলক্তে।

চুমিং অহুদগী হৌনা আনন্দগা পদ্মিনীগা নক্লবা মরী লৈনরক্লে, পদ্মিনীনা সংসার অসিদা আনন্দবু মশামক্কী থরায়নি হায়না থনখ্রে, পুন্সীগী নোংলৈ চুংশিং মরক্তা নাইতোম তানা চংপগী অকিবহু থম কোকখ্রে। পদ্মিনীনা স্কুল কারকপা থুদিদা আনন্দগ

নোক্না নোক্না য়ারী শাতুনা চৎমিন্নৈ — লমজানবা মীশিংনা উরগা মাবু ওক্তবীগুম থন্দুনা লেংই। অমরোমদা আনন্দবু লেং-লগা মো ওইববী নূপীগী মতুং ইনবা মাঙলবা পাখং অমগুম্না থয়ে। মখোয় অনীগী পম্মোয়মুংদা লৈরিবা শেংলবা লুংশিবগী অ:চৎপা মরী অতু কনানমু থঙদে। স্কুলগী ষ্টাফকী ওঝাশিংনা পদ্মিনীবু ওক্তবীগুম থল্লি। হেডমাষ্টর রাজেনদি পদ্মিনীগা য়াবী অসি তারগা শাউনা মমীৎ অদ্ ঙাঙনা খাক্লিবা কোই অদ্ নাকল নাম্ম লৈখত্তুনা মরম লৈতনা কেরাণী চাপরাসী-নচিংবা চৈবা হৌই।

অমুম্না মখোয় অনীগী মরী অসি মী থর থর নোংমা নোংমগী খঙনরক্কুনা আনন্দগী লৈকাই য়োনা খঙনরক্লে। নোংমা লৈকাইগী মো অমনা আনন্দগী মমাদা তম্নক্লে, 'নখোয়গী আনন্দ অসি মো অমা লোৗগদৌরে।" আনন্দগী মমাদ্ য়াসি তাবদা পাখংপনা থম থেংথে। মুমিৎ অদ্ মক্তদা মচানা অফিস কুম্নগা হলু'র. "ইবু ভো নঙ ময়াম্না হায়নরিবসি চুম্মা ?"

"করিনো ইমা, ময়াম্না হায়নবা হায়রবদি ?"

মমাদ্ থর লকক তৌনা হায়রকই, 'নহাক মো লোৗগদৌরে হায়।"

আনন্দদ্ মমায় খজিক্কং ডাঙনা লৈথোক্কুনা খুম্নকই "কদায়দগীনোদা ইমা, ময়াম্না পঙহায় হায়জিনবনি।"

মমানা খোঞ্জেল থর য়াংলপ্না মচাবু য়ারকপা মওঙদা হায়রকই, "তৌম্নকো, অদ্ম্না তৌরবদি নহাক য়ুমদা চঙহল্লোইদবনি।"

রাত্থ হায়রগা আনন্দগী মমাত্থ মথা তারক্লে, অদুবু মাগী মপুক্লীংদদি মচানা কত্তবা থবক তৌরক্লিদ্রৈদা থুনা লুহোং-থাংদোংনবা থবক অমা তৌরগে হায়না মপুক্লীংদা লেপখ্রে।

করিগুম্বা মতমদা আনন্দ অহিং থেঙনা হল্লকপা য়াওই, মহুনা মাগী মমাগী চিংনবসু অসুম হেনগৎহল্লি। অশেংবমকম্ব আনন্দ পদ্মিনীগী মনাক্তা লৈথোক্লুই — অনাবগী ফীবম্বা যৎলক্লবদা পদ্মিনীগা যমুনাগনা কম্না মহাকপু মখোম্বগী মনাক্তা অহিং থেঙনা লৈবীনবা হায়রৈজে। অসুম্না তৌবা অসিদা পদ্মিনীবু লৈকাইগী মীশিংনা কত্তবা মিংচৎ শন্দোকপা। অদুগা থোইদোক্লা আনন্দবুসু লমচৎ মাঙলবা মী অমা ওইনা মখোয়না লৌই।

অদুবু নোংমদি পদ্মিনীগী মাম্ম অদু সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে।

অশিবগী পাউ তাবদা মতে রাণী, মমা অতোপ্পা বীণা, মমান্নবা শান্তি অমসুং অতৈ অতৈ মরী মতা কয়া হংবা লাক্লম্মী। অসুম্না নোংমা নোংমা হোৎক্লে, শ্রাদ্ধনচিংবা লোইখ্রে। মমা অতোপ্পা বীণাদি শ্রাদ্ধ মতুং কনা কুইবকাওবা মচা অঙম অদুগা পদ্মিনীগী মনাক্তা লৈরম্মী।

নোংমা মুংথিল অমা পদ্মিনীগা বীণাগা য়ুমগী অরাংদা হৌবা বোরোই পাম্বীগী মখোঙদা ফক থাহুনা কন্নগা রারা শারকই।

বীণানা হায়রকই, "পদ্মিনী, নভোন্দা রা অমা হংগে।"

"করি রানো?"

"নহাক্কী কনাগুম্বা অমা লৈরে হায়বসি চুম্বা ?"

বীণানা মুমিং খরনি মফমদুদা লৈরকপা অতুদা য়ুম্লোম্নবা মীশিংগী মচান্দগী আনন্দগা পদ্মিনীগা লৈনবা মরীগী মরমদা খঙলে ।

পদ্মিনীনা মমা অতোম্বীগী মমায়দা য়েংলগা নোক্কুনা হায়রকই, "কদায়দগী রানো, কনানা হায়রিবনো ?"

"অংশংবনি, ফাগী নত্তে," বীণানা ইনোক নোক্কনা হায়রকই, "মীশক অদু খন্নসি হায়বনি।"

মমা অতোম্বী বীণা খাইনরবী, লাইবক থীরবী নুপীশিংগী অরাবা মুন্না খঙবা মীশক অমনি, মহাক থোইদোক্না মপুরোইবা খাইনরবী নুপীনু অমুক নোনা য়ুম পান্নবা থৌজানগনবা মীতানি ।

পদ্মিনীনা খুজি অদু উরু উরু লৈদুনা থোইনা থৌশাদনা খুমকই, "ঐদি য়ুম অমুক পানগে খল্লে।"

"তৌশিন্নরম্ব, ঐভোন্দা হায়মুনে মীশক অদু," বীণানা থোদুনা হংলকই ।

পদ্মিনী মপুক্লীংদা থোইনা অমুক লোংকে হায়না খল্লে, থৌজিক আনন্দগা মাগা লৈনরিবা মরী অসিগী মরমদা মহাক্না কনাগম্বু রারী শাদে, কনাগম্বু রা তাল্লখিবা লৈতে—অদুনা মহাক খঙহৌদনা মপুক্লীংদা খল্লকই মমা অতোম্বী বীণাদা রাফম অদুবু খঙহনবদি কৈ হায়না । অমুম্বা খল্লদুনা পদ্মিনীনা রাফম অদু বীণাগী মফমদা থোক্লেল তপ্না কাওথোকপা হৌরক্লে, "মীশক অদু ঐগা মতম অমদা ওঝা ওইমিন্নরম্বনি,

চুম্নত্তা মহাক্না ঐগী অন্নাবদা মত্তেং পাংলবতনি—অহুবু লৈকাইগী মীনদি ঐগী ফত্তবা মিংচৎ শন্দোকপি।"

"ফরেনে, অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু মীশক অদু কনানো? হৌজিক্তি করি থবক তৌরিবগে?"

পদ্মিনীনা আনন্দবু মশক তাক্লে।

বীণানা মমীৎ লাওথোক্লদুনা হরাউনা পদ্মিনীগী মখূৎ পায়রদুনা হায়রকই, "হায়মা, অহুদি য়াম্না ফবা মীনি।"

বীণানা আনন্দবু মশক খঙবদি নত্তে, অচৌবা থবক তৌবত্রুদা কৈ হায়বত্তনি।

পদ্মিনীনা শকফম ইকায় কায়দনা হায়রকই, "অহুবু ঐ মঙোন্দা য়ূম পানগেদি খন্দে।"

বীণানা হাইফেৎ ওক্না হায়রকই, "হায়ম', করি য়ানো অহুদি অস্নুক ফবা মীনা হায়রবস্থু য়ূম পান্নরোইদবা? নহাক পূন্সী চুপ্পা অস্নুন্না 'সুম লৈরগত্রা?"

"উম অস্নুন্না 'সুম লৈরগনি," পদ্মিনীনা থোইনা খোয়্জঙদনা হায়রকই।

বীণানা হায়রকই, "পদ্মিনী, নহাক মুম্না খল্লু, পূন্সী চুপ্পা অস্নুন্না করম্না লৈগনি? চুম্মী, নহাক্না সমাজগী ঝা অমদি খল্লম্বা য়াই; অহুবু নাইত্তোম তারবী নূপী অমনা পূন্সীগী চৈনা কোক্লবা উপায় অমত্তং থিজববু করি কায়বা লৈবগে? মসিদা সমাজনা করি হায়নীংঙাই লৈবগে?"

পদ্মিনীনা মরক থংলদুনা হায়রকই, 'সমাজগী রা ভাক্তসু নত্তেদ্রা, ঐনা মদু পামজদবগী রাতনি।"

"কায়রোই পদ্মিনী, মদুনা নহাক্কী অরাবতা হেনগনি।"

"থোইনা রানীংভাই লৈতে, মহাক্না ঐবু পুন্সী চুপ্পা য়েং-শিনবিগনি হায়।"

বীণানা মচীন খজিক্তুং তুমথোক্লদুনা শুংক্লোক্লগা হায়রকই, "মদুবু ওইথোকপা য়াবা রার ? মহাক্ নুপী অমা লুহোংখ্রগা নহাকপু অসুম য়েংশিনবিরকপা! অম, মতম অদুদদি নহাকপু মহাক্না পুমকাউ ওইনা কাউথিবসু য়াই!"

"কাউথ্রবসু ফরে," পদ্মিনীনা হায়রকই, "ঐসু ভুরমথৈ পুন্সী অসিদা অসুম থাডলমবিগনি, ভমক্তুবা মতমদা থরায় অসি থাদোকখিগনি।"

বীণানা হাইকেং কিনা পদ্মিনীদা চয়মনবা মতৌ অমগা লোয়ননা য়েংদুনা হায়রকই, "করিনো পদ্মিনী, অদুম্না হায়রিদে! ভসি নহাক্না ভাভলিবা রা অসি ঐ করিমতা ভাব তাবা ভমজ্রে।"

পদ্মিনীদু তুমিন্না লৈ মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা রা খুদিংমক চবৈনহনা, চীনবান্দা ইশেং শেংনা করিগুম্বা অমতা হায়দোকপা ভমদরগুম উই, বীণনা হাইকেং উরে মহাক্না হায়খ্রিবা রা খুদিং-মক পল্লেপক্কম খঙবা থম্মোয়গী দগী মথন্তা থোরকপা রা ভাক্তনি। অদুদগী মহাক্ মতিন য়োথরহনা পদ্মিনীদা ভাব তানা হায়বা হৌরক্লে, "পদ্মিনী, নহাক্তি অডাংনি; পুন্সী অসিদা থেংনগদবা থৌদোক কয়া রাংলি, ভন্নিবা পুন্সীগী মীকুপ্তা অসিগুম্বা রারেগ অমা

য়েক্তা হাথু হাথু লৌবনা নোংমা নশা নথক্তগী পুন্সীদা রামবক্তা শীঙ্গবা ওইরকনি। ঐ থংই করিগুম্বা মীবুগ্না নহাক্না পাপ পুণ্যগী রাথলম্মু থল্লমগনি, অদুবু ঐগী মতমতদি পাপ-পুণ্যগী রাসি অরেম্বা রানি. মসি ঐখোয়দা ধর্ম্ম অমদি সমাজনা নমক্নুনা থাজহনবনি, ঐদি অতোপ্পা মপোক অমগী রাদম্মু থাজবা ঙমদে, হিংলিবা পুন্সী অসিদা মুংঙাইনা লেনখিবা অসিনি ঐনা পাম্বা, অদুগা তৌবদি মদুমক্না ইশাদা অমদি সমাজদা অকায়বা ওইরক্কদবদি নক্তবা। অদুনা অহানবদা নহাক্না মুন্না থলহৌগদবদি মীশক অদুনা নহাকপু লুনা তৌবিগদ্রা অদুতনি. অদুগা সমাজগী মতাংদদি থোইনা থল্লুম্মু, মসি চুম্না মীৎয়েং অমা চুমথোকপগী রানি. শীংনবা অমনি—নূপী নূপানা থোইনা খেন্নবা লৈতনা মুংঙাইনা হিংমিন্ননবা হোৎনবনি। সমাজনা নূপীদা হুম্বনা য়েংলিবা মীৎয়েং অসি ঐ কন্না য়ানীংদে, সমাজদা লৈরিবা মী অয়াম্বা মশাগী মুংঙাইনবা য়েংবা মীগী কাঙলূপ্পী, অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা নূপীবু শান্নপোৎকুম্না থল্লি. ঐখোয়গী অরাবদা তৌশিন্নদুনা রাবি অদুগা অশোয়বা উরগা করেম্নদুনা নোক্লে। অদুনা পাপ তৌরিবদি মখোয়নি, ঐখোয় নত্তে। ঐখোয়দি অতৈদা অকায়বা তৌদনা চুম্না মুংঙাইনা হিংজনীংবতনি। মরম অদুনা পদ্মিনী, ঐখোয়স্মু ঐখোয়না কৈ হায়না থনবদু তৌগদবনি, সমাজগী ঙাক য়েংবা য়াদে, মরমদি অপূনবা সমাজনা থল্লিবা, অচুম্বনি হায়না লৌরিবা রাথল থুদিংমক লোইনমক অচুম্বা নত্তে।"

বীণানা চৎপ্পবা মতুংদা পদ্মিনীগী মপুক্লীংদা অকন্নবা ব্লাখলগী নোংলৈ মুংশিং অমা শীংপা হৌরকই। মহাক্কী মাম্মনা নাদুনা লৈরিবৈদা আনন্দগা মাগা লৈনরিবা মরীগী মরমদা থোইনা ব্লাখল চোইথোকপা ঙমখিদে—আনন্দনা মাগী মনাক্তা তোয়না লাকখি, অহিং থেঙনা লৈদুনা অনাবগী সেবাদা মহাকপু তেংবাংখি, ইমুং মন্নুংগী ওইবা ব্লারী কয়া হৌদোক্লখি, করিগুম্বদা অনাবনা থর পোখাবা মতমদা যমুনা-না চাক থোংলিবৈদা আনন্দনা মনাক্তা ফমদুনা মশাগী ছৌখিবা পুন্সীদা থেংনখিবা— লাইরিক তম্বগী, থবক তৌবগী, মাবু মুংশিবগী ব্লারী কয়া শাখি; ব্লারি পুন্নমক অদু তারগা মীশক অদু পুন্সী অসিদা তংন থানবা ঙম্ররোইদবা মীশক অমনি হায়না মপুক্লীংদা কন্না ফাওখি. অদুবু মথোয় অনীগী তুংদা ওইরক্কদবা লৌন-লৈনবগী ব্লাখলদি কয়া কন্না কোক্তা চঙখিদে। অদুবু ঙসিদি বীণানা ব্লাকম অদুগী মরীদা হায়-ব্লম্বা মতুং অসিদদি মহাক তশেংনা পুক্লীং থিংজিন্না মরী অদুগী মরমদা থনবা হৌরক্লে।

বীণানা হায়রম্বা ব্লাশিং অদু মাবু কন্না পোজীনবা ব্লাফম্নী, অহুগা মহুদা অচুম্বা থরম্ব য়াওরম্বা য়াই অহুবু মাগী পুক্লীং অমদি ব্লাখল অদু করিগুম্বা অকনবা শক্তি অমনা অদুক্কী মতীক কন্না শুহুম চনখে মদুদি মহাক্কা আনন্দদা লৈবা হায়বসি অচৌবা পাপ অমগুম থনবা ব্লাখল অহুদগী কোকপা ঙমদ্রে। মতম অমদা মমা অতোম্বী বীণানা মপা লৈখিদ্রবা তুংদা নুপা

অমদা ময়ুম পানবদা মহাক অচৌবা পাপগী থবক অমা তৌরবনি হায়না মপূক্লীংদা থনখি। ঙসিদি অদুগুম্বা মীশক অদুনা মঙোন্দা পুন্সীগী পোরম তাক্লরি, অমরোমদা কয়াদা তূক্কচনিংঙাই মশক্নো! অদুগা অমরোমদসু কয়াদা কল্লবা মুংশিগী লীপুম্না মহাকপু পুল্লবনো! পদ্মিনীনা মথন্তা খঙহৌদনা শোল্লকই. "অরেম্বদা রাফম অসি মঙোন্দা হৌদোক্লুরবনি। কনাগুম্বগী থৌইনশিন য়াওদনা ইশাগী রারেপ অদুতং থম্মোয়মুংদা চেংনা থমজরম্মবদি অম্মুক য়াম্না পূক্নীং লাওলম্লোই। ইথন্তা তূমিন্না থাওলমগদবনি, ঙক্লক্ত্রবা মতমদা কনাসু খঙদনা থরায় অসি থাদোকচরমগদবনি।" পদ্মিনী পুক্লীংদা মওল মওল খন্দুনা করিগুম্বা রারেপ অমতা মথন্তা অমুক তাবা ঙমদ্রে। অম্বম্না নোংমা নোংমা হৌথি, হৌজিক আনন্দসু মহাক্কী মনাক্তা লাকখিদবা থা অমরোম ফারে, মাগী পুক্লীংদা অনৌবা লাওতক্লবা অমা ফাওরে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু হৌজিক মঙোন্দা করি থোকখ্রবগে হায়বা রা অমা খঙনীংলকই, আনন্দ পাথংনি, মাগী রাথলত্থ কুইনা অম্মুম থনবীরমদবা য়াই, অদুগা কনাগুম্বী অমবু অমুক থোয়দাখ্রগা মাবু অমুক কাউথোকপিরম্বসু য়াই নত্রগা লুহোং-কৈহোংবগী রা লোইনহনা মশানা য়ানা তূমিন্না লৈথিরম্বসু য়াই। অদুবু পদ্মিনীনা আনন্দগীদমক্তা রাবদি হৌরকই। মীশক অদুবু মশা মথন্তগী ওইবা তংন থানবা য়ারম্নোইদবা মীশক অ-গুম নোংমা নোংমগী নক্লা থনবা হৌরকই। অকোনবদা মশা মথন্তা শোল্লকই, "কৈ, তূমিন্না অম্মুম থাওখিগনি, অরাবা

তারক্কবা মতমদা মঙোন্দা হায়জগনি, মদুদা করিস্ সু ইকাইদে। মাগী পুন্সীদা অকায়বা পীবা মওঙদদি য়েৎলয়োই।"

অদুগা অময়োমদা হৌজিক পদ্মিনী পুন্সীদা মুংঙাইতবা থৌদোক কয়া থেংনবস্সু হৌরকই, মরুওইনা স্কুলদস্সু মহাকপু ময়ায়া লায়া লৌবগুম্বা য়াথল অমা লৈ। মহাক্না কেনা চন্দন লংনা খিন্দুনা, মাগী শাড়ি অশংবদু ফনেক মথক্তা হাইগত্তুনা শেৎলগা, চেঙহী মনম মুংশিনা লুরগা স্কুল কারকপদা ওঝা নুপীশিংনা মঙোন্দা য়েংলগা অর্থ লৈনা তুমিন্না মোমোন নোকই। মখোয় হৌজিক্তি মুন্না থঙলে হেডমাষ্টর রাজেননা পদ্মিনীবু থোইদোক্না লুনা চান্না তৌই হায়রবসি, পদ্মিনীনা অমুক অমুক কেখৎলকপগী ময়মদি হেডমাষ্টরগা মরী লৈনরকপদগীনি হায়না মখোয়না লৌই– অদুগা অমুকস্সু মখোয়না আনন্দগা পদ্মিনীগা লৈনরিবা মরীদুস্সু থঙবা ময়া পদ্মিনী অসি অংনৌবা শুদ্ধাং শক্তম পুরবী তৌঙম্বী অমগুমস্সু লৌই। পদ্মিনীনা মহাক্কী থম্মোয়মুংগী ওইবা য়া অমত্তা মখোয়দা হায়দোক্তে। করিগুম্বা মতমদা মখোয়না শন্দোকপা মাবু পাউথোকপা য়া তংক্করগা মহাক য়ায়া থোয়শাউবা পোক্লকই, স্কুল অদুদা থোঙফম অমফাওবা তানিংলক্তে, মাগী জীবিকা ওইরিবা মফম অদু মঙোন্দা মৈশা লাংবা মফম ওইরকই। নুপী লৈরবা রাজেননা ইফোং ফোংনা মাবু থোইদোক্না মিমুংশি উৎলকপা, নহান নোংমা মানা মাগী অনাবা হংবা লাকখিবা অদুদা মঙোন্দা লায়রম্বা য়া পুম্মক অদু মঙোন্দা থাঙ্জমদবগী

মশক্নি। অমুম্না পদ্মিনী হি বগী চোকথন্নবা থোঙচৎ অসিদা নোংমা নোংমগী ন্নাখল মৈশা লাংবা হেল্লকই। অসিগুম্না পুক্নীগী মৈশা অসিদগী কোক্লবা মহাক ছুটি মুমিংশিংদা মরক মন্নক্তা পুন্নঙৌ ফনেক শেত্তুনা যমুনাগা লোয়ননা গোবিন্দ থুরুম্বা চৎলি, লৈপাকপোকপা মুমিত্তা কন্নিগুম্বা ছুটি মুমিং খোক্লবদি মহাক মহাবলীদা লাই থুরুম্বা চৎলি। অমুম্না ঈশ্বর থুরুম্বা চৎপসি তশেংনমক পুক্নীং হকচাং ইশেং শেংই, মীকুপ অমত্তা ওইন্নবস্তু ংগ্নোয়দা ওমচাক্লন্নিবা অন্নাবা ন্নাখল অহু কাউই। অমুম্না চৎপদা কন্নিগুম্বা মুমিত্তা কোলেজদা লাইরিক তম্মিন্নথিবা মমান্নবীশিং থেংনবা য়াওই। নোংমদি মহাক্লা ইবেমহল ফৌবী মন্নেপ ন্নাংবী, মপা চোম্বী, কুচ্ মুনঙ তৌবী মমান্নবী অমা থেংনৈ। মহাক্লা ওক্লা পদ্মিনীদা য়েংলগা হায়রকই, "হায়মা, পদ্মিনী নঙদি নোংমা নোংমগী অঙাং অমুম ওম্মোরক্লে। কমদৌরি নহাক্পু মুংঙাইরিব্রা? য়েংঙু ইংবেম্মা ঐথোয়দি অঙাংনা চাগদৌরে—হমুবী ওল্লে।"

শককম শোক্লবী, ন্নাসি দৈবী নূপী অহুগা মনাক্তা চাউবা ইথেন থেন্নদবা নূপামচা অহুমথক লেপ্লি।

মহাক্তি চনীং তানঃ য়ুম পাল্লবা মীশক্লী। মহাক্লা খঙবা হায়বব্ পদ্মিনী অসি কনাগুম্বা ডাক্তর অমদা লুহোংখ্রে অসিতনি, মতুংদদি করি থোকখ্রবগে খঙদে।

মাগী ন্নাহং অসিদা পদ্মিনীনা করম্না পাউথুমুগনি?

মহাক্লা মমান্নবী অহুদা শেমশাহুনা, নোক্লগা থুমকই, "উম,

মুংঙাইরি। মহাকসু মুংঙাইবিদনা ?"

"উম," মমাম্নবী অহনা খুম্নকই।

মমাম্নবী অহু চৎখ্রগা পদ্মিনী য়াথল অমা থনবগুম তৌনা নোক্লম্বা শককম অহু হঙ্গিনথি। মমাম্নবীশিংগী পুন্সীগা মাগী পুন্সীগা কয়া খেম্নবা। মহাক্কি মথোয়গুম্না মুংঙাইবা ফংদ্রে।

অহুবু অসুম্না লাই খুরুম্বা চৎলুবা মুমিত্তা মহাক অহিং নৌংখিবা ভূম্মী — ফত্তবা য়াথলনা কোক্তা চঙলকপা ওমদে। অসিগুম্বা নত্তবা অহি' কথাদি মহাক ভূমদনা লেনবা য়াওই, মম্নবা নোংজু পাম্থাগী নোং জ্বি-জ্বি তাবা অহিংদা চাউরবা যুম অহুদা যমুনা মথোয় অনীতা ভূম্বা অহুদা অকি-তুজুংবা য়াথল কয়া পোকখি। নোং তাবা লেপখ্রগা ঈশিংনা ঈমায় চোক্লবা পুখ্রী, খোংবাল, লম্পাক্কগী খোংলকপা হক্তোইগী তেং-থা নাওইবা ঈশৈ তাবদা মপুক্রীংদা মরম থঙদনা অকিবা পোকহল্লি। য়ুমথক্কগী ঈশিংবা মম্নক মরক্তা ঈশিং তুংবা নালাদা তোপ তোপ তাবদা মীনা চৎপা খোঙথাংগী মথোল ওইরবোই নীংহুনা নাকোঙ থাঙ্গত্তুনা তাহুনা লৈ। অহিং কয়া অসুম্না লেনখি।

## ১৬

পদ্মিনী হৌজিক হায়গুম্মা মশা ফজ্রে, সনা অহিংবা মানবা কুচু
অহু তাইফেৎ তাইখ্রে, তোয়না মশা ওমদবা হৌরক্লে। মহাক্লা
তোয়না মশা ওমদবা অহুদা যমুনানা অয়াম্বা মতমদা চাক
থোংই। থাবল ফবা সুমিদাং কয়াদি যমুনাবা চাক থোংলি-
ডৈদা মহাক্লা মাঙ্গোলদা ফমহুনা লৈবা য়াওই। মাগী পুক্লীংদা
করিগুম্বা আশা অমদি লৈ অসিগুম্বা থাবল ফরবা সুমিদাংদা
আনন্দহু মহাক্কী মনাক্তা হেক লাকপা য়াই; মাগী অমতা ভাম্নবা
চডঙ্গফম ওইরিবা মভোন্দা থম্মোয়গী ওইবা হাকৎনীংডাই কয়া
লৈ, অহুবু মীশক অহুদি নোংমফাওবা মাগী মনাক্তা লাকখিজ্রে,
মরা মপাউস্নু তাবা ফংখিজ্রে। লূনা শেংলবা অতিয়াদা থো-
ক্লিবা লুপা মচু মাল্লবা থাবলগী মশেক্লা ভুম্বক তুম্বক লেপ্লিবা
মনাপুংবা উপালশিংগী লীক্লানা চোৎলবা মনা-মশীংদা য়ৈবদা
থোইদোক্লা অরংবা অঙ্গৈংবা মশেক অমা থোরকই। মহুনা
পদ্মিনীগী পুক্লীংবু ঈংহনবা ওমদে, করিগুম্বা অমা ইরাৎ রাৎলি;

প্রকৃতিগী ফজবা শক্তম, চাঁ'লেম্বা মতৌ অহুনা মাগী থম্মোয়দা থোইদোক্লা অন্নাবা কাইহৌবগুম তৌই। অসুম্না ন্নাথল তৌহুনা ফম্বদা মতম ছৌথিবা খঙহৌদে, যমুনানা "চাক চারসি" হায়না কৌশিল্লকপদা মহাক্লা লফু হৌবিবা কোম্বোও অদোমদা য়েংলহুনা হৌগৎলকই. লম্বীদা কনাসু চৎপা উদে, নীংবা কাযনা ইমুংদা চঙলকই। অসুম্না মুংদাং কয়া হৌখি।

নোংমদি ইভেন থাগী তন্নামরিনিপানবা মুমিৎ অমদনি, পদ্মিনী ছান্নগুম্না ন্নাচঙবা মতুংদা মাঙ্গোলদা ফমহুনা লৈ, অমুকসু শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা মশাদা অঙ্গীংবা মুংশিৎ য়েহল্লি। মুমিৎ অহু থাবল কযা ফত্তে, অতিয়াদা চোইজাইননা লৈচিল-নোংফাই থাংই; থাবলগী মঙালনা মরক মরক্তদা মুশি মুশিনা অমুবা লৈচিলগী মরক্তগী থোরকই। ইখও খঙহৌদনা নোংচুপলোম দগী পাইরকপা অকিবগী শকওম লৌবা নোংপুবা অমুব লৈচিল অমনা থাবু মপুংফানা খুমজিনখ্রে; মু'শিংনা উতোল ন্নাতোলশিংবু জ্বাই জ্বাই লাউনা মথোল থোক্লা নৈথেক্তুনা শীৎপা হৌরক্লে। অরংবা নোংথাঙনা অমুবা লৈচিলগী মপান্দা তগুপ তরেংনা কপ্পা হৌরক্লে, মরক মরক্তা হৌনা নোং থাকপা য়াওরকই।

পদ্মিনী খজিক্তুং কিবগুম তৌনা ইমুংদা চঙলক্লে।

মহাক্লা চঙলকপা ইকুই কুইদনা অথাক অন্নাউগ' লোয়নমা নোং কল্লা চুথবা হৌরক্লে। মহাক্লা মমাঙম্বী মিংশেল পানবা থোঙনাউ অহু থিংজিনগে হায়বা থোঙ পায়হুনা লেপ্পুবদা মথোয়গী কোম্বোও তম্বা কনাগুম্বা ফুরিৎ অঙৌবা লীৎপা নুপা অমা চঙলকপা

মমি শামি ওইনা উথিবগুম তৌই। মহাক্না থজিক্কুং কিবগুম তৌনা কাথোক্লিবা থোঙনাউগী মরুমদগী মায়কৈ অদোমদা য়েং-লকই, মহাক্না উরে মীশক অদু তপ্পা তপ্পা নকশিল্লকুনা মখোয়গী শূমাঙগী অন্নাংদা লৈরিবা, খাগীলহাউ, জবাকুসুম, মুমিংলৈ, কবোকলৈ, গোলাব অমস্যুং থাবল্লেনা থন্না হৌরিবা লৈকোল অদুগী ময়া ওইরপ্পা লৈবা চেক থাবা লম্বী অদুদা চঙলক্লে। পদ্মিনী থবাক্কী মিহুল চোংবা হেনগৎলকই, মহাক্না করিমতা লেঙদনা মীৎ কুপ্তুনা, পুক্নীং চঙনা য়েংদুনা লৈরে। মহাক্না উরে চঙলক্লিবা মীশক অদু চেক থারিবা লম্বী অদুগী ময়ায় ওইরপ্পা লেপ্তুগী থব হেন্নপা ন্নাংনা লম্বীরোমদা হৈথদুনা শাৎলিবা জবা-কুসুম পাম্বীগী মরুমদা ভুমিন্না লেপ্পুনা লৈখ্রে। পদ্মিনী মঙন্নাক্নমদাইদা অঁকিবা মূর্তি উবগুম্না পাথৎপা হেনগৎ-লকই। অদুবু থঙহৌদনা তাঞ্জা অদুমক্তদা নোংথাঙ ভান্না কুপ্লক্লে, থূদক্তা নোংথাঙগী মঙালদা হৈপাল লৈপাল থূদিংমক্কী নোং চোৎলবা মনাশিংদু ইরং লংনা উথি, লৈখোঙদা লেপ্লিবা মূর্তি অদুসু মঙাল অদুদা শেংনা উথি। লৈরিবা মীশক অদু আনন্দনি। পদ্মিনী থঙহৌদনা হরাউবা, মুংঙাইবা অমস্যুং পাখৎপা পোক্লকই, থোঙনাউ মপাদগী থোঙলৈ থুনা চখোক খিদুনা মমাঙগী থোঙজাউ অদু তপ্পা হাংদোক্লুরে।

মহাক্না মাঙ্গোলদা থোরক্লবদা আনন্দসু তপ্পা লাক্লুনা সিড়ি কাখৎলক্লে। হাংদোক্লিবা থোঙজাউদু ফাওনা ইমুংদগী ভাল্লকপা এলেক্ট্রিক্কী মঙালদা, মকোক্তা রুমাল অঙৌবা অমা থুমদুনা,

মশাপূম্বা নোংনা পূম্মুপ লূপ্না আনন্দদু মমাঙদা লেপ্লরে।

পদ্মিনীনা ঙক্না আনন্দদা য়েংলগা শোন্থাংননা হায়রকই, "করি মতৌনো হৌজিকপু নোংনা পূম্মুপ লূপ্লে।"

আনন্দনা মকোক্তা কূপ্লিবা রুমাল অমু লৌথোক্লদুনা হায়রকই "লমথাঙদা নোং নঙলিবনি।"

পদ্মিনীনা মাঙ থাদুনা ইমুংদা চঙলক্লে।

মহাক্না ফিয়ানথোক্তা য়ানবা অশংবা অথুপ্না ফি মতেক অমা পুথোক্লদুনা আনন্দদা মায় মীৎ তৈথোক্লবা পীরে আনন্দনা ফি অদু লৌদুনা মমায়, অপাবা ফুরিৎ অদুগী মথক, খুদাং পূম্নমক অদু নপথোক নপথোক্না হায়রকই, "পদ্মিনী, ঐ উথরুললদা ট্রান্স-ফর তৌরে, অদুনা নহাক্কী ননাক্তা লাক্তবা কুইরবনি; ঐ ঙরা তা লাকই, নঙোন্দা হাকম অসি তাক্লম্বা নংখিদে। নহাক ঐবু রারোরম্বা য়াই।"

"রারোবদি নত্তে করি থোকপ্পবগে হায়না লাঙতক্লবা অমদি কম্না পোকই," পদ্মিনীনা আনন্দদা মুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংলদুনা হায়রকই।

আনন্দ ঙসায়মথৈদি পদ্মিনীদা মুন্না য়েংলুদে, মাঙদা লেপ্লিবা মাগী শোক্লবা শককমদু য়েংলদুনা হায়রকই, "নাক্লরব্রা কৈদৌরে? নয়াঙ য়াম্না কংলে।"

"উম, নাক্লরে," পদ্মিনীনা হায়রকই, "ঐথোয়গী মাম্মসু লৈখিদ্রে।"

"কমায় কুইরে লৈখিদবা?"

"শ্রাদ্ধ লোইখ্রে।"

আনন্দনা উরে পদ্মিনীদু অয়া অনা থর থোংনবদা মশাদু অদু য়োনা শোকথুবনি।

পদ্মিনী ফমুংদা চঙলক্কুনা ফম্লে। আনন্দম্ভু টেবল ময়াদা থাবা চৌকি অমদা ফমখ্রে। পদ্মিনীনা মহাক্না থোংনখিবা অৱাবা থোদোক্কী মৱমদা ৱারী লীরকই। অদুগী মতুংদা স্কুল অদুগী হেডমাষ্টরনা মঙোন্দা চৎপা তুকচনীংঙাই ওইবা লীচৎ পুম্নমক অদুগী মরমদস্তু আনন্দগী মফমদা তম্বা লৈরকই।

মীকুপ অদুদা আনন্দনা তুংগী পুন্সীগী লাঙতক্লবা অমস্তুং চমম্লবা ৱাখল অমা পোক্লকই, ইখঙ খঙহৌদনা হায়রকই, "অদুদি পদ্মিনী, মহাক থবক থাদোক্লয়ো, ঐগী ইনাক্তা উথক্লদা চৎখ্রসি।"

পদ্মিনীদু খঙহৌদনা শকফম হোংথি, পাউথুম পীরক্তে, মতম কুইনা মাগী থম্মোয়দা চয়েৎনদুনা লৈরিবা ৱাফম অমা আনন্দনা খঙহৌদনা হৌদোরক্লবদা মহাক অরুবা ফীবমদা তারে। মাগী থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈবা ফোঙদোক্লীংবা ৱা কয়া লৈ, অদুম ওইনমক মহাক পুন্সী অসিদস্তু ৱাশিং অদু ময়েকশেংনা আনন্দগী মফমদা ফোঙদোকপা ঙম্লরেই।

আনন্দনা খোঞ্জেল লূম্না হায়রকই, "কৈদৌরে পদ্মিনী, তুমিন্না লৈরবদি ?"

মহাক্না উরে পদ্মিনীদু মহাক্কী-ৱাংগী পাউথুম থুমগদবদু অৱাবা ওইরে। আনন্দনা থল্লকই, "করিগীদমক্তা ৱাফম অসিবু মঙোন্দা হাথু হাথুনা হৌদোক্লুরিবনো?" অদুবু থংনবা মীকুপ্তা

মহাক্না অমুক থল্লকই, 'নোংমদি ঐহাক্না মঙোন্দা ৱাফম অসি হায়গদবা মরৈরে।"

আনন্দনা অমুক হায়রকই, "পদ্মিনী, করিগীদমক্তা চিংনরিবনো ? ঐনা হায়রিবা ৱাফম অসিদা নহাক্না য়াৱবদি ঐখোয়না কয়াদা মুংঙাইবা নীংতম্বা পুন্সী অমা মফম অদু লেল্লুগনবনো ! মফম অদুদদি ঐখোয় সমাজগী মীনোক মীশা পুন্নমক্তগী নাম্থোক্লগনি।"

পদ্মিনীন' মমায় ৫নগত্তনা খোপ্পল তপ্না হায়রকই, "মহুবু হেক্ক ওইথোকপা য়াবা ৱারা ?"

"করম্না ? নহাক্নবু য়াৱবদি মসিদা করি লৈবগে ?"

"ঐহাকপু অদোমগী পুন্সী মাঙহল্লবী অমশুম মখায়া ঙাওনহৌগনি — ঐ পুন্নমক থাওলক্লে, মতম অদু য়েনা থাওবদি ঙম্মোই।"

"অদুদি পদ্মিনী, অস্তুম্না 'স্তুম লৈবগী অথ করিনো ? হৌজিক ঐখোয়বু কনানসু ফজ্জনা ঙাওনরম্মোই। ঐখোয়না চৎথিবা মীকুপ অদুদা ঐখোয়বু মপূংফানা থীনা ঙাওনহৌরসনু, কয়া কুইনা মীনা অতোপ্পা মীগী ৱারী শাহুনা, হৌখিবা থোদোকপু নীংশিংহনা লৈগদগে ? মতম থর লৈরগা ঙাওনবা পুন্নমক তোকখিগনি, মহুগী মুংদা নঙ ঐতগী ওইবা চনীং তারবা পুন্সী অমা লেৎমিন্নগনি। অসি মঙায়।"

আনন্দনা কোম্না ঙাঙথোকখি. অদুবু পদ্মিনীনদি ৱাফম অসি থক লায়না লৌবা ঙমদে; সমাজগী ৱা ঙাক্তা পাইথোংনরবসু তংশেংবদি মহাক মথন্তগী ওইবা পুক্নীংদা লৈল্লিবা থোদোক অমিগা

মরী লৈনবা পাপকী রাখল অমদগীদি কৈদৌঙেদসু কোকপা ঙমদে। আনন্দদি রাখল অসি করিমত্তা খন্দবগুম তৌই, অদুগা পদ্মিনীনদি মতু কোংনা মঙোন্দা হৌদোকপা ঙমরোই।

পদ্মিনীদু খঙহৌদনা মীত্তগী পি তরং তরং শিন্থরক্লে, রানা হৌরক্লবা মাগী পুন্সীদা অসুম্ব থৌজালগী রাহৈ উৎপীরকপা অমসুং মামা মরুম থুপচনবা কনাসু লৈখিদে, হিংবা হায়বসিমক অতোপ্পগী মতেংনা হিংবা য়াদবগুম মাপী মপুক্লীংদা থনখি!

পদ্মিনীনা পিরোইনবা স্বরমগী অমা হোল্লগা হায়রকই, "করিগীদমক রাফম অসি হৌদোকপিরক্লিবনো?"

আনন্দসু খুৎফম খঙদনা মায়থোঙ মক্লা লৈখ্রে।

মপালদা শীৎলম্বা অকনবা মুংশিৎ অদু লেপখ্রে, নোংমু থর হাংখ্রে অদুবু জিজ্ঞ মথক্তা নোংলিক থরদি তোপ তোপ তাবগী মখোল্ল তারি। মিংশেল চনবা খোঙনাউদু কাওনা মপালদগী অমুক অমুক নোংথাঙ কুপ্লকই, মরক মরক্তা নোং থোংবসু লেপত্রি। খোঙনাউদু ফাওনা য়েংবদা অমম্বা নত্তনা করিসু উদ্রে। খঙহৌদনা ঘড়িদা পুং মাপল্ল তাবগী পুংজা য়েরকই, কালেন্থাগী মতম্লিনা মতম থেঙখিবা খঙহৌদে।

আনন্দনা তকশিন্দুনা হায়রকই, 'পদ্মিনী, ঐ ঙসি নঙোন্দগী অরেপ্পা রা অমা খঙদ্রিবমখৈ হল্লরোই, নহাক্কপু কীরম অসিদা অসুম থম্বা ঙমোই।"

পদ্মিনী অশাবা মূর্তিগুম করিমত্তা লেঙদনা মমায় লুক্লা অদুম কুমথুনা লৈরম্রে।

অতুদগী ওহাক্তং লৈরগা মহাক্না মডলান্দা হায়খিবগুম গুন্দা য়েংতুনা হায়রকই, "ব্রাকম অসিগী মরমদা ঐডোন্দা খম্লনবা মতম খজিক্তুংদি পীবিথো।"

আনন্দগী মায়খোডত্থ খডহৌদনা মকালায়কই, হায়রকই, "অতুদি ফরে, ঐনা হয়েংমুক লাকপদা নহাক্না অরেপ্পা ব্রা হায়রো। ঐনা হন্দক চৎলুরগা থা মথায় অমগী মন্থুংদা অমুক ইম্ফালদা লাক্কনি, অতুগা নহাক্না উন্নরগনি।"

"কৈ মতমতুদা, ঐ শোয়দনা হায়গনি," পল্লিনীনা খুম্লকই।

মতম অতুদা মপালদগী অহিংগী অচীকপা থুগায়দুনা মকুনা অমুক অনীরক লাক্লা লাক্লা খোংলকই। পল্লিনীদু খডহৌদনা শ্রিবগুম্বা ৱাখল অমা পোকখি।

মুমিং অতু আনন্দনা পল্লিনীগী মনাক্তগী হনখিবদু য়াম্না থেডলে, মহাক্না মাগী অচোৎপা ফুরিৎ খোঙ্গ্রাউদু অডোবা, লৈরোং লোনবা খাউ অমগী মন্থুংদা হাপচিল্লগা পল্লিনীনা পীবা কৈজোমগা সাল অডোবা অমগা শেৎ ইন্দুনা চৎখি। মহাক্না তপ্না তপ্না চৎখিদুনা অমম্ব মরক্তা মশক উখিদবকাওবা পল্লিনীনা মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌই। মতমদু নোং হাংলে, অদুবু অতিয়াদি নোংনা পূম্মম মম্না কুপশিল্লি, মীচীক মীরাওখোলদি তাবা ফংদ্রে, মপালদা হৌরিবা উংব্রা খুদিংমক মুশুক মুনা তুমিন্না তুম্বক তুম্বক লেপ্লি মম্বক মরক্তা মখোয়গী মনা মরক্তগী নোংলিক অমমম পোপ পোপ তাব্বকপা মখোল তারি। পল্লিনী ওহাক লেপ্লমগা ইমুংদা চডপ্ত্রে, থোঙ লোনপ্ত্রে।

# ১৬

পদ্মিনীগী মাম্মনা লৈথিব্রবা মতুংদা মহাক্না য়োক্লম্বা নূপী-মচা যমুনাবু মপা মমানা মথোয়গী মনাক্তা থম্লিংবা হৌরক্লে। লৈকাইগী মীশিংনা পদ্মিনীবু ওক্তবীগুম পাউখোকই, মসিগুম্বগী পাউ অসি মাগী মথুরা হায়বদি যমুনাগী মপানা তারগা য়াম্না শাউখে, মৌরিবা অভাং অদু মহাক্কী মনাক্তা থম্মবদি মাঙ-লক্নি হায়না খল্লদুনা মচানুপীবু পুখোক্লবা হোৎনরক্লে। অম্নুম্না বোংমা যমুনাবু মপানা ময়ুমদা কৌরে, মথোয়না মচানুপীবু মথোয়গী মনাক্তা লাক্লবা কয়া থেমক্তুনা য়েংলে; যমুনানা ময়াম্রবদা মপানা ফুগে-চৈগে হায়বফাওবা তৌদুনা কিহনবা হৌরক্লে। মইমথঙদা যমুনাদু মপি ঈরা চেন্দুনা রা ভাঙখিব্রে।

মপানা যমুনা য়েংদুনা অরোইবা রা অমা হায়রকই, "মথংগী নিংথৌকাবা হুমিত্তা, ঐ নঙবু লৌবা লাক্লগনি।"

যমুন থরায় হুংঙাইতনা হল্লক্লে। মপানা হায়রিবা হুমিং অদু চয়োল অমতা ভায়রে, রাকম অসিবু পদ্মিনীদা মহাক্না করম্না হৌদোক্কনি?

পদ্মিনীনা স্কুল কুমকপদগী মহাক্না রা অহু হায়নবা ভাপ্পা য়েংহুনা লৈরে, অহুবু মচেগী মতৌহুনা হায়বা ভমদহুনা লৈয়কপনা হুংদাং য়ৌরে। হুমিদাংদা পদ্মিনীনা মাঙোলগী ফক্তা ফমহুনা

রুমাল লোল্লিরৈঙেদা যমুনানা মহাক্কী মনাক্তা চঙহ্না ফম্লরে। অভাং অতুগী মকোক্তা রাফম অহনা তংশংনমক অরাবা পীরে। মহাক্না মপানা হায়রকপা রাফম অদু পদ্মিনীদা তপ্না কিনা হৌদোকপা হৌরক্লে।

পদ্মিনীহ্ যাম্না ঙকখ্রে, রুমাল লোনবা অদু লেপ্লদুনা হায়রকই, "করি য়ানো? অসুক থুনা লাকউ হায়রিবা করিগীনো?"

পদ্মিনী মঙ্গংদা চেল্লিব' রাখল অদু থডদে অদুগা যমুনাস্থ থডদে। মপানা চৈদুনা অমত্তুং ফুগেক্তাওবা তৌদুনা কিহল্লকপা-অদুদি যমুনানা পদ্মিনীদা তমত্রে।

সুংদাং অদুমা পদ্মিনী রাফম অসিগী মরমদা কম্না রাখল থনবা হৌরক্লে, যমুনাদি ঙম্না তুমখ্রে, অহবু মহাক্তি রাখল অদুনা খাঁং কল্লা অমতাওবা উইশিলহনখিদ্রে। অকোনবদা মহাক্না মমা অতোম্বী বীণাবু নীংশিংলকই, মাগী মাম্ম লৈখিদবা মতুংঙা বীণানা মতম খর মাগী মনাক্তা লৈবিরৈঙেদা মহাক্না বীণাবু মাগী মনাক্তা অদুম লৈখিনব হায়জখি মতম অদুদা মমা অতোম্বী অদুনা রাফম অদু থল্লকখিগে হায়খি। করিগুম্বা বীণানা মাগী মনাক্তা লৈবীয়ু য়াবক্লবদি মহাক থোইনা অমুক রাজনীং-ভাই লৈত্রে। অসুম্না মথংগী অয়ুক্তা মহাক্না বীণাগী থোইদা চত্তুনা রাফম অদু তাম্লকগে হায়দুনা লেপ্লে।

মহাক্না মোং হেক ঙানবগা বীণাগী মনাক্তা চংলে।

বীণাদু মাঙোলদা কি শাদুব' লৈরম্মী, পদ্মিনীবু উবদা মহাক্না কোকনগী খুমথকতুনা হমাউমা কৌশিল্লকই।

পদ্মিনীনা মঙোন্দা থোক্লিবা খুদোংথীবা ফীবম অহুগী মরমদা ভয়ম, অহুগা মহাকপু মাগী মনাক্তা লৈবীনবা হায়জরে।

বীণানা রাথল মুম্না থল্লগা হায়রকই, "ঐন্দু নহাক্না নোংমা হায়বা সুমিত্তুদগী রাফম অহুগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খল্লবনি— অহুবু য়ুম অসি থাদোক্তুনা হেক লাক্কদবহু থঙানহুনা লৈরবনি।" অহুদগী ঙহাক তুমিন্না লৈক্লরগা মাগী কোক্তা রাথল অমা লাকপ-শুম তৌনা মহাক্না অমুক হায়রকই, "ভাইখো রা অমদি লৈ, ঐনা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চংনীংবগী রা ফোঙদোকপদা ভায়না লৈগে হায়বা মী থর লৈ, মখোয় অগর কারবায় তৌবা মীওইশিংনি, সড়ক ময়াগী হুকান্দা লৈ, ঐ মখোয়গা রাথী অমুক্তং শারকথিগে।"

পদ্মিনীনা মখোয়গা খুদক্তা উন্নবিয়ু হায়রে।

বীণাহু ফি মত্তেক হঙ্গামপাল অমা ইন্দুনা কোম্থোঙলোমদা থোকক্লে। পদ্মিনীনা মাঙ্গোলগী মোরা অমদা ফমহুনা লৈহৌই।

ঙহাক্কী তুংদা বীণা অমুক হল্লক্লে, মখোয়গা মানমক্লে হায়না মহাক্না পদ্মিনীদা পাউ তম্লে। মহাক্না লাক্কদবা সুমিং অহু অঙাং থারক্তুনা থঙহল্লগে হায়রে। হৌজিক, মাগী মনাক্তা লাক্লম্বা কারবার তৌবা মাগী নুপা অহু মহাক্কীদা লাকথিদবা থা তক্ককলোম শুরে, নোংমা মাগা থীনা থংনখিবদগী অমুক হল্লকখিদ্রে; মহাকস্থ অমরোমদা নায়তোম তারে, পদ্মিনীগী মনাক্তা লাকপদা অকায়বা লৈদ্রে। অহুগা থোইদোক্লস্থ মহাক্না পদ্মিনীগী মনাক্তা লৈহুনা হায়গী মপুরোইবগী য়ুম ইথোলহু

য়েংশিনবা অমসুং মহুগী মপু ওইবগা লোয়ননা মচাশিংগীদমক থন-বস্থু পায়ে। অকোনবগী নূপা অহুগীদি মঙোম্দা মচা অমতা পোক্কে।

পদ্মিনীস্থ মুমিং অহু হরাউনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

মহাক্না মফম থঙদনা মুংঙাইবা অমা লৈ মহুদি মহাক্না করিঙ্ঘ্রা আনন্দগী মনাক্তা চংখিবা থোক্লবদি য়ুম অহু মপু পালহৌরগনি। অহুবু অমরোমদা মঙাক আনন্দনা নহান হায়রম্বা ঙা অহুগীদমক পীগদবা অরেপ্পা পাউথুম অমদি পুক্লীংদা লেপত্রি।

মথংগী মুমিংনি, পদ্মিনী স্কুলগী ষ্টাফ রুমদা ওফ লৈহুনা মথম্বা ভূমিম্না ফমহুনা লৈ মুংশা কনথংলকপা মতম্মি, ষ্টাফ রুমদগী থোঙনাউরোমদা য়েংথোকখিবদা মুংশাগী মঙালহু মীং থকপমখৈ লংই, অহুবু থোঙনাউদা হুমজিল্লকপা মুংশিং অহুদি ঙীংই। ওঝা খুদিংমক ক্লাস চংনখি, কা থবদগী অঙাংশিংনা লাইরিক পাবগী মখোল তারি।

পদ্মিনী হৌথ্রবা ঙা কয়াবু মপুক্লীংদা নীংশিংলকই। কয়াদা হোংথ্রবা মীওইবগী পুন্সীনো! মহাক্না লুনা তিম্নরম্ব মরুপ শান্তি স্কুলহুদা ওঝা ওইবা তোকখ্রে, হৌজিক মহাক্না থৱায়মক্লি থল্লিবা মীশক আনন্দ অহু মতম অমদা কয়াদা নক্না লৈরম্বা অমসুং মহাক্না মাবু কয়াদা থোওইখিদবা! হৌজিক্তি মহাক্নী পুক্লীংস্থ ফনা য়াম্না হম্বয়ে। মতম অমদা মহাক্না ফংথোক্লনা নোনা থবক অহু কংবদা কয়া হরাউনা পুক্লীং মকালাম্না স্কুল অহুদা ওঝা ওইবা চঙলকখিবা। নোনা শাংকায়রকপা লৈরাংগী লৈমুংদা লৈহীনা

থন্না য়াওবগুম মাগী পুক্লীং-ঋাখল অহ্ তুংগী পুন্সীগী আশাগী মুংভাইরবা মঙলান্না পীক থন্না য়াওরম্মী, য়েংলু য়েংলুবা খুদিংদা মুংভাইবগী মুংভাইবা, ফজবগী ফজবা ভাক্তা ওইনা উথি, করিম্ম নত্তবা থৌদোক্ত থন্নাম্ম তানা নোকখি। ভসিদি ফজবা কয়াস্মু খোইনা য়েংনীংবা পোক্তে, মাগী মুংভাইবা শক্কক ইথুং থুংলমদবগুম তৌই। অস্মন্না মহাক্না মথন্তা ঋাখল খল্লিভৈদা থোঙনাউরোমদা য়েংথোকখিবদা স্কুলগী গেট ময়াদা মপান্নাইবা শেংপী মীয়াম্ম চনবা নূপী অমগা মৌ নহা অমগা ছাতিন অমমম কুপ্তুনা লেপ্তুনা লৈবা উই, অহুগা স্কুলগী ছাত্রী অমদা করিগুম্ব ঋাখর হায়বগুম তৌই। ভহাক্কী মতুংদা পদ্মিনীনা ফমলিবা কা অহুদা নূপীমচা অহ চঙলক্তুনা হায়য়রে, "ওঝা, নূপী অনীথক্না ওঝাবু অমুক্তা গেটতা থোকপিরকউ হায়।"

পদ্মিনী হাইফেং ভকই. মহাক্ন নূপী অনী অহুবু মশক খঙদে। মহাক্না মফি-মরোল শেমজিল্লগা তপ্ন' চৌকিদগী হৌগতুনা গেটলোমদা থোরকই।

নূপী অনী অহুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা করিগুম্ব. অমা ভাঙনবগুম তৌখি।

পদ্মিনী নূপী অনী অহুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লরে। থর অহল ওইবী অহ মরেপ ঋাংই, কুলৈ কুচুনি, মনাতোন কুমতক তৌই, মমায়হু মওঙ তাই, শেৎ-চারিবন্দ্ উবদা হাইফেং তৌভম্বী মাল্লি। থর নহা ওইবী অহুদি কুচু ভৌই, মী খজিক্তং পীকই, মমায় পাকই, মচীন্দু মোমোন নোকপগুম তৌই।

অহল ওইরপ তৌবী নূপী অহনা পদ্মিনীদা হংলকই, “ইবেম্ময়া পদ্মিনী হায়বীহ্ ?”

“অহোয়, করি হায়বীগদবনো ?” পদ্মিনীনা খুম্মী।

নূপী অহনা খজিক্কুং লকক তৌনা হায়রকই, “ঐ আনন্দগী মন্দোমচানি, ইবেম্মগা য়ারী অমতং শাজনীংহনা লাকপনি।”

পদ্মিনী খঙহৌদনা শককম হোংখি, লাল্লুরবা মীগুম্না কিখী কিক্কম তৌনা নূপী অহদা য়েংলগা মমায় লূকথখ্রে।

নূপী অহনা অমুক হায়রকই, “ইবেম্মবু শংত্রা ? ঙহাক্কুং পোৎকম ফম্লবা উক্কম অসিদা য়ারী শাক্সিদনা।”

পদ্মিনী মানা হায়গদৌরিবা য়া খুদিংমক অহ্ মপুক্কীংদা খঙবগুম তৌরকই, ঙহাক খুক্ষম খঙদবগুম তৌনা লৈ। অহবু লাইবক ফবদগী মতম অহদা পুং তাবগী কাংসি য়ৈরকই, মথংদা মাগী ক্লাস লৈ।

“মকম অসিদা অমুম হায়বীরম্বা য়ারোইত্রা ? হৌজিক ঐগী ক্লাস লৈজরে,” পদ্মিনীনা হায়রকই।

নূপী অহনা ঙহাক খল্লুরগা হায়রকই, “করে, অহদি ইবেম্মা নেংমা অমুক লাকে, য়ারী খজিক্কুং জ্ঞান তানা শাজনীংহনা তৌবনি।”

কৈথেলদা ফিয়োনফম কম্বী আনন্দগী মন্দোমচাহ্ মী হাইফেৎ কিদবী নূপীনি, মহাক্না ইক-কজবা থোলদা পদ্মিনীদ্ খর থীনা হায়গে নীংদ্না লাকপনি, অদুবু তাঙ্গা ফংত্রে। অদুম ওইন-মক পদ্মিনীগী কজবা শক্কম, কুচু-কুমেন, ফীবম মূর্ত্তি অদু উব-দদি মাগী পুক্কীং ফনা য়ারা শুক্নাৎখে।

মহাক্না য়ুম য়োৗরক্লগা আনন্দগী মমাদা মথুৎ-মশা য়াওনা মঙক নোমদ্‌না হায়ররে, "ইচে, কান্নররোই মঙগী নচানূপাদু মৌ অদ্‌ শোয়দনা লৌরক্লগনি।"

মাঙ্গোলদা ফি ফোত্তুনা লৈরম্বা আনন্দগী মমানা মনাক্তা ফমথরক্তুনা ভাওলরিবা মনাউনূপী অদ্‌দা ভক্না য়েংলদ্‌না হায়-রকই, "করি য়ানো নঙনা ভাওলরিবা অসি ?"

মনাউনূপী অদ্‌না ইল্লিবা ফিদ্‌গী মচীনা হুমাই হুম্নদ্‌না মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "শোয়দনা লৌরগদবপোৎনি ঐ খঙলে।"

আনন্দগী মমানা তকশিন্দুনা হংলকই, "অহুবু হায়য়ু, নঙনা করম্না খঙলিবনো ?"

'ঐ ওসি নূপীদ্‌গা উন্নরক্লে, মশক ওষ্ঠোক্লা ফজখ্রে, মথোলনা মুংশিরিবা, খঙলে নচানূপা অদ্‌না ভাওরিবদ্‌ অদ্‌ননি।"

অহুদগী মহাক্না করম্না পদ্মিনীবু কোৗথোক্লগা উন্নরকপগে হায়বহু মচেদা তম্নকই।

আনন্দগী মমানা কয়া থোৗশাদনা হায়রকই, "নহাকস্থু ওক্কবী নূপী অহু উবদা ভাওক্লরব্রা ?"

"নত্তে, ইচে ওষ্ঠোক্লা ফজখ্রপোৎনি, কান্নররোই নচানগা পান্বনে নমৌহুম ওইথোক্লো," মমাউনূপী অহুনা ফাগী তৌহুনা হায়রকই।

"হুম !" আনন্দগী মমানা মচিন পেথোক্লহুনা নাপল য়াওনা হায়রকই, "ওক্কবী অহুবু ঐগী ইমৌ ওইজরুগদবা !"

"অহুবু কমদৌনি ? নচানূপানদি মহাক নত্রবদি অত্তৈ লৌররোই হায়রি, লুহোংসিস্থ য়াদ্রে।"

আনন্দগী মমাহু মায়থোঙদা অশাউবগী মমি তারকই, হায়রকই "মহাক্না য়াদদনা চৎনগন্না ? হন্দক মহাক্না লাকপদা শোয়দনা লুহোংনবা থৌরাঙ তৌরগনি ।"

"য়াদ ময়াত্রবদি কমদৌবা ?"

আনন্দগী মমাহু থরায় প্রোক প্রোক চাক্না হায়রকই, "ওক্কবী অহুদা শিজঞ্জো হায়রম্বা য়াম্না ? মহাক্না ইচাবু পুনশিনবীহুনা পুম্মাঙ মাঙহনগদৌরি ।"

"মীগী মচাদা তাইনরুদুনা করি কান্নগনি ? ঐখোয়গীদি রারকপা ঙমদনা ।"

আনন্দগী মনাহু মরাইবক্তা খুতুম্না শুরহুনা হায়রকই, "ওম্বোকপনি ঐগী ইরাইবক অসি !"

মনাউনুপীনা মংচেগী ভাব তাদবা মত্তৌহু উবদা অমুক হায়রকই, "ফরে, অদুবু ঐখোয় ময়াম চঙদুনা আনন্দবু থেম-নৌদুনা অমুক্তং হোংনসি ।"

আনন্দগী মমানা খজিক্তং স্বর হোন্থদুনা হায়রকই, "হোই, অদুম তৌসি ।"

আনন্দগী মন্দোমচানা শীন্দুনা ফিয়োনফম ফমিন্নবী নুপী অমগী মচানুপী অমগা আনন্দগা লুহোংনবা হায়ন শীংনরি । মাগা ঙসায় পদ্মিনীগী মনাক্তা চৎমিন্নরুবা নুপী অদু হায়নরিবা ইমুং অদুগী মরী মতানি ।

আনন্দগী মমানা রাশক্তুনা অমুক হায়রকই, "মানা য়াদবা থোক্লবদি মাগা ঐগা পুন্সী অসিগী রা চাঙনররোই !"

মুমিৎ নীমীগী মতুংদা আনন্দগী মন্দোমচানা পদ্মিনীবু অমুক স্কুলদগী কৌথোক্তুনা য়াম্মা ফজবা ম্নাহৈদা ইকাইবা পীদুনা আনন্দগা মথোয় অনীনা শৈনরিবা মরী অদু তোক্লবা হায়রম্মী। পদ্মিনীদু মমায় লূক্না লৈখি, মতোন্দা করিমতা খুমখিদে।

আনন্দগী মন্দোমচানা হায়রম্বা রাশিং অদু তাবদা পদ্মিনী খাঙউমদনা ইকাইবা পোকখ্রে ।

মহাক্লা স্কুলদগী হক্লক্লগা ফমুংদা তুমিন্না মমাম্ন মক্লা ফমদুনা লৈখ্রে। ঙহাক ফমগা হৌগত্তুনা থোঙনাউ মযাদা চঙলক্কুনা বার অদু মখূৎ অনীনা পায়দুনা লেপ্লগা, মকোক্তু মদুদা ঙাথহনা তুমিন্না অমুক নোম্থদুনা লৈখ্রে। মহাক্লা শোম্থাংনবা মথন্তা শোল্লকই, "হৌজিক ঐ ইকাইবা অসি খাঙবা ঙমখিগদ্রা ?" "নত্তে, ঙম্মরোই," মুংগী খোঞ্জেল অমনা অমুক খুম্লকই, "মসি য়োনা খাঙবদি ঙম্মরোই।" অদুগী মহাক্লা আনন্দগী মন্দোমচানা হায়রম্বা বা থম্ন মনাকোনা হন্না হন্না তারকই, "ইবেম্মা, ঐখোয়গী ইচাদি পাখংনিদো .. ।" মহাক্লা থঙ-হৌদনা মখূৎ অনীনা মনাকোং মেনখ্রে। মাগী পুক্লীংদা হেক হেক লাকপা পাপগী রাথলদু অমুক লাক্লে, তমথিরবা মশক উদবা হেলোই অমনা ওৎপগুম রাখল অদুনা মহাক মশাবু থীনা ওৎপা হৌরক্লে। মখূৎ অনীনা মমায়দু অমুক খুমহনা শেং-ফাত্তবা খোঞ্জেলনা থম্মোয শোক্লা শোল্লকই, "নত্তে, নত্তে, ঐ কৈদৌউদম্ব মাগী ছুং ইন্দুনা চৎলরোই !" অস্থমা মখূৎনা

মমায়দ খুমদনা অদুম লৈখ্রে। অদদগী ডগাক লৈরগা টেবল ময়াদা থাম্নিবা চৌকি অদুদা ফম্মদুনা চে কলম পাম্মখৎখ্রে, অদুগা চিঠি অমা ইবা হৌরকই। মরোলদু অসিনি :

"ওঝা আনন্দ, ঐবু ৱারোংগী অদোম্না লাক্লিউবা মনাডদা ঐনা ঐগা ৱারেপ অহু চিঠিগী খোঙদা থঙহল্লি। নোংমা ওঝানা হায়রম্বা উথৰুলদা চৎমিম্নবগী ৱা অহু ঐ ম্মাম্না মুম্না খঞ্জরে, অহুবু ঐ অদোম্না হায়বা ৱা অহু ডাকপা ডম্নোইদোরি। পুন্সী অসিদা ওঝাগী শিংডমদবা লমন কয়া তোল্লবী ঐনা পুন্সী অসি ফাওবা ওঝাগীদমক্তা পুন্নমক কথোকপা ডমগনি অহুবু ৱাকম অসিমদি ডাকপীয়ু! পঙলবী ঐনা অদোমগী মফমদা থয়া ম্মাল্লা লঙজখ্রবনো! ইখুৎমক্তা তৌজবা মৈন মৈরি চাপা থোক্তা ইশাবু উৎ ওইনা চাকহঞ্জরি, অদোমতনা ঐবু থৌজানবীবা, অহুগা ঐনা অদোমগী ৱানবতা শানবা, ঐসি কয়াদা তমখিখ্রবনে! অহুবু করিদি তৌগনি? পুন্সীদা অম্নুম্না থোকউ হায়না ঈশ্বরনা তম্লম্লে, মতম অমদা ঐনা কয়াদা পঙনা ইতোমত নাপল তৌজরম্বা অহুগা হৌজিক্তা ঐ কয়া তোল্লবী ওইরবা! পুন্সাগী থোঙকম খুদিংমক্তা তিংখং-তুম্বো ডাক্তনা থনবনি হায়বহু অাহুবগী লৈচিন্না কূপ্পবা মীৎ অসিনা উবা ডমখিদে, অপঙবা অডাংনা মৈবু উবদা শুক্লৎপঙ্কম জগৎ অসিগী ফজবা পোৎ খুদিংমক্তা ঐবু শুম্নাৎখি, অকিন্না করিস্ম লৈখিদে। অহুবু ডসিদি ঐ খডলে জগৎ অসিমক মৈশা লাংফম্নি থোইদোকম্মু নুপী ওইবা শিংগীনা হেন্না। ফরে,

পূম্নমক অসি হায়রুহ্না কাম্নদে ঐগী লাইবক্তা অমুম্না থোকউ হায়না তমখ্রবননি। হৌজিক্তি ঐ অমুম হিংবা অসি নত্তনা ঐগী থোইদোকপা আশা অমুক লৈতে, ঐ সমাজগী অকনবা মীৎয়েংগী মাংমদা চৎপা ঙমগনি হায়বা থাজদে, ঐবু ঙাকপীয়ু। অদোম্না ঐগীদমক্তা খনবীখিবা, থৌজানবীখিবা ঐ পুন্সী চুপ্পা কাউজরোই— ঐ মতম চুপ্পা অদোমগীদমক য়াইফনবা খঞ্জগনি। নোংমা অদোম্না চৎপগী মাফম হৌদোরক্লিদ্রৈঙদা ঐনা পুন্সী অসিমা অহুম্না লেল্লগদবগুম কয়াদা মংঙাইরুবা! কয়াদা পঙখ্রবা মা-খলনো? মমল য়াম্নবা পুন্সী অমবু নারোন্দা কনশিঞ্জগে খনবা লনাইগী য়েংবা মাখলনি। হৌজিক্তি অদোমগী অহল-লমনস্থ খঙলে, ঐ মাফম অসি তরাই তরাই খনবা ঙম্নক্তে। মরা অসি অদোমগী অহল-লমনবু শীংনবা মওঙদা কৈদৌঙৈদস্থ ইশামক্তা ফোঙদোকপা ঙম্নরোই। অদোমস্থ লাইবক শীরবী ঐগীদমক্তা মাখল মৈশা অমুক লাংবীরগনু ঐহাক্তি পুন্সী অসিমা অমুম্না 'মুম লেঞ্জরগে— অরোইবা ওইনা ঐবু ঙাকপীয়ু।

"পদ্মিনী।"

মহাক্না চিঠি অহু পীক্ত থুপাচন্দুনা ইনভেলপ অমগী মনুংদা হাপচিল্লে, অতুগা উখরুলগী এস, ডি, ও অফিসতা এড্রেস তৌরগা, মথংগী সুমিত্রা ডাককী উপুদা থাদখ্রে।

মথংগী ইরাই সুমিত্রা বীণাস্থ মচাশিং পুহ্না মপোৎ-মচৈগা লোয়নননা পদ্মিনীগী মনাক্তা লাক্লে। নিংথৌকাবা সুমিত্রা যমুনাস্থ

মপানা লৌবা লাক্তুনা মপোৎ-মচৈ য়ামদুনা চৎপ্রে। চৎলম দাইদা মখোয় অনী কয়া কপাম্লখি। অম্বুম্না অহোংবা কয় লাকখি। মতমস্তু অস্থম হৌখি।

পদ্মিনীদি চিঠি পাখিবা মুমিং অহৃদগী হকচাং শোকচিনবা হৌরকই, চাবা থকপা চডদে, মায়থোঙ ময়েং তাখ্রে। অউবা মী খুদিংমক্না হংই, 'নহাকপু নাররা?'' বাণাম্ব মহাক্না মতৌদু উবদা চমম্লবা পোকখে, পদ্মিনীনা মাগী চিঠিগী য়ারোল অদু মতোন্দা হায়দোক্লে।

বিদায়গী মরোল পুনা চিঠি ইথুবম্ব পদ্মিনী করিগুম্বা মুমিত্তা আনন্দনা ফুংহেক লাক্কদ্রা থন্দুনা সন্ধ্যারাইরমগী মতমদা থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা সড়কলোমদা য়েংদুনা লৈ, অদুবু আনন্দদি লাকখিদ্রে, মহাক্না তমখিরবা চিঠিগী মরোল অদুনা মবানীগী মরাঁদা তশেংনমক অহোংবা অমদি থোকহনখ্রে, হায়না মপুক্রা ফাওরকই। অম্বুম্না নোংমদি মহাক্না ওঝা নূপী অমগী মফমদগী তারে আনন্দ অদু শগোলবন্দদা লৈবা নির্মলা কৌবা উকিল নূপী অমগা লুহোংগদৌরে। পাউ অদু তাবদা পদ্মিনী থঙহৌদনা মায়থোঙ লাংশিনখি, মফম থঙদনা য়ারোবগুম্বা মুংঙাইতবা অমনা মাবু খুদুম চনখি। আনন্দদা মহাক্না বিদায়গী চিঠি ইথুবনি অদুবু ঙসিগী পাউ অসিনা মাবু করিগীদমক অম্বুক য়াহল্লিবনো হায়বদুদি মহাক মশাকাওবা থঙজবা ঙমদ্রে। মুমিৎ অদুস্তু মহাক সন্ধ্যাদগী মুংদা ফনা থেঙবফাওবা মাঙ্গোলদা ফমদুনা য়াখল তৌদুনা লৈখি, সড়কলোমদা য়েংবদা মুশি মুশিবা

থাবল মঙালদা চুরুট থকপা নহারোল খর লাওছ্না চংপা, পোন্দোন পায়বী কৈথেল কূম্বী নূপী খর মরক মরক্তা চংপা নক্তনা কনাস্থ উদে। মহাক পূক্কী হম্থনা ইমুংদা চঙলকই।

নোংমগী মুমিদাং অমদি পদ্মিনীহ্ন অকনবা রারেপ অমা লৌবগুম উই। বীণানা চাক লোইরগা মাবু খজিক্তং চানবা হায়রবদা মহাক চুন্নতা চাকলুক মপান্দা ফম্মে, অহুগা চাক চথোম অমা অনী হুক্লগা তোকখি।

পদ্মিনী চাক চাবা লোইরগা মাগী কাদা চঙখ্রে। বীণাস্থ মুংদাং কোল-লীক ফেঙদাক্তুনা থবক-ইথাং লোইশিল্লগা মাগী কাদা চঙখ্রে, মচাশিংদি ভসায়না ভূমখ্রে।

ফমুংদা হীপ্লবস্থু পদ্মিনী ভূমদে, বীণানা থবক ইথাং নোম্বা, মাগী কাদা ভূম্বা চঙখিবা মহাক পূম্নমক তায়। মীকূপ খরগী মনুংদা বীণাস্থ ইশি শিনা ভূম্বগী মথোল তারকই। মতমতু মুংদাংগী পূং তরামুক তারম্নগনি। পদ্মিনীদি ফমুং মথক্তা অরাবা থাঙবা মতৌ ওইনা মকোক অহু নাক য়েন্তা তোয়মা চেপ্তুমা য়াওল্লি। মরক মরক্তা মমায়দা কাংবা হুমাং অহু মখুং অনীনা তৈত্থোকই, মচীনবান্দা করিগুম্বা খর মুরুম মুরুম শোনবগুম তৌই, অত্তবু করি হায়রিবনো হায়বত্তদি ময়েক শংদে, মরক মরক্তা অমুকস্থ স্বর চাটনা হোল্লকই। অস্থুন্না লৈকন্না অহিং ফনা থেঙজিল্লকই, মুংদাং থেংনা থবক শূনবগী মথোল তাখিদ্রে, মীচীক মীরাউখোল তাখিদ্রে, মরক মরক্তা জিল্লা মথক্তা নোং মরীক অমমম তোপ তোপ তাবগী মথোল

অমদি ঈশিংন পল্লবা থোংবাল লূক্লাদগী পোংলকপা হৌডোইগী মথোল নত্তনা অতৈ থোঞ্জেল অমতা তাখিদ্রে। ভহাক্কী মক্তুংদা ঘড়িদা পূং অরানীগোই তাবগী পুংজা য়িরকই।

ইথঙ পঙাতৌদনা পদ্মিনী মঙদা হৌগৎলকপগুম হৌগৎলগা কমাঙদা লেপ্লে ফি অমতা ইন্দে, ফুরিৎ অমুবা পাম্বোম কোৎ থোকপা অমতা লৈৎলি মশমক্তু তুংলোয়দা চেৎনা পুনথংলি; মায়পোক্তু অচেৎপা শকফমনি। মুশি মুশিবা মৈঙাল অত্তুদা মাগী ফীবম অত্তু থরায় য়াওব্রবা অশাবা মূর্ত্তিগুম্মী, মমীৎ অত্তু ইকুপ কুপ্তনা পাঙত্থনা লৈ। অদুদগী অহিংগী চপ্চানা অচীকপা মভৌত্তু মহাক্ক খঙলকপগুম তৌরকই অহিংগী অচীকপগা মাগী আত্মাগী অমতা ওইশিন্নখিবগুম তৌরকই। মগাক্কা থোঙউপ্প য়াওদনা তপ্পা থোঙথাংগী মথোল পোকহন্দনা বীণাগী কাগী থোঙ ময়াদা লেপ্লগা চেপথত্নুনা য়েংলকই, মুশি মুশি থাল্লিবা মৈঙাল অত্তুদা য়েংবদা কনাম্বু মীকুপ থোকপগী খুদম উদে, ভূম্বগী স্বর চাউনা হোনবা মথোলতমক তায়। অত্তুদগী মহাক্কা তপ্পা অমুক মাগী ফমুং ময়াদা চঙলক্তুনা খূয়াগী ফিয়ানথোক্কা য়াল্লিবা ফি মতেক অশংবা অমা ইনশিল্লে, অত্তুদগী কাদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক লময়ায়দা লেপ্লগা অমুক্তং অরোইবা ওইনা য়েংলমগা পৌরোল থাদনা পল্লিবা থোঙ অত্তু তপ্পা হাংদোক্তুনা মপালদা থোরক্লে।

নোংজুগী অহিং অত্তু শুক শুবমথৈ মম্মী, অতিয়াদা থরানমিচাক অমঙ্গাওবা মশক উদে, অমুবা লৈচিল্লা শীনথুংবা কূপশিল্লি।

নুংশিং শীন্থে, অদুংবা উপান্নশিংনা অমম্বা মথক অদা মুশুক মুনা তুমিন তুমিন লেপ্পী, নুমশিংগী থোঙনাঙ খুমাদ ঙেন্টিলে-সন্দ মুশি মুশিবা মঙাল থর উবা নত্তনা অইত মঙাল অমতা উদে। পদ্মিনী সিড়িগী থাক অদু তপ্প তপ্পা কুমথরক্লে, মকোক অদু খুমজিল্লে, মমায়গী শরুক খজিক্তমক কাংখলি। কোম্হোঙ য়োরকপদগী মাগী থোঙথাং অদু থর কনখৎখ্রে, মেরা থাগী নোংজু অহিংথু য়াম্না ঈংই, অদুম ওইনমক মাগী মশাদা অইংবা অমতা ফাওদে, থোইনদুম নোং মরাক্না য়ৈরিবা মমায়দ্ মৈমুক শাগৎলি। মী কনাসু চত্রবা অশূকপা লৈরক অদুদা মহাক অসুম তপ্পা তপ্পা থোকখ্রে, অদুগা ঙহাক্কী মতুংদা ঈশিংনা ঈমায় পাথোক্কদবমথৈ অকিবা শক্লোন পুদুনা চেল্লিবা নম্বুল ভুরেলগী থোঙবান্দা লেপখ্রে। অদুবু তাঞ্জা অদুগক্তদা মহাকপু কনাগুম্বা অমনা মতুংলোমদগী ফিংনা কোনখ্রে। (মীশক অদু বীণানি। মানা পদ্মিনী থোকথিবা মথোল তারদুনা তাম্লকপনি।) ঙহাক লাক্লরগা মহাক্না পদ্মিনীবু নমদুনা ময়ুমদা পুশিনখ্রে।

ইকুই কুইদনা পদ্মিনী থরায় সুংঙাইতবদগী নায়ে, ফমুংদগী হৌপত্রে মশা অতু য়াম্না শোন্থখ্রে, কুচুস্থ তাইফেৎ তাইখ্রে, ময়াও কংশিনখ্রে, শকফম য়াম্না শোকচিনখ্রে। বীণাসু মাবু উবদা থরায় য়াম্না রায়ক্লে। নোংমা মহাক্না পদ্মিনীগী ফমুং মচীদা ফম্লহুনা থোকখিবা থোদোক অতুবু নিন্দা তৌরহুনা হায়রকই, পদ্মিনী, ঐ নহাকপু শাউনীংই, করিগীদমক্তা আত্মঘাত তৌগে হোৎনরিবনো? মসি অচৌবা পাপ অমনি। পাণ্ডবা মীনা তৌগদবনি। ঐখোয় অসুম হিংগদবনি, রায়বসু, সুংঙাইরবসু। সংসার অসিদা ঐখোয়দগী হেন্ন রাবা কন্না লৈরি, মখোয় খুদিংমক হিংলি। ঈশ্বরনা ঐখোয়বু হিংলুচো হায়রহুনা তাইবঙ অসিদা থারকপানি, ইশান শিজবা হায়বসি তংশংনমক মাগা শাংনবনি।" "ঐখোয় অসুম হিংগদবনি!" মহাক্না হাইহে থর অসিবু কনশিন্না অমুক্তম হঞ্জিন্না হায়রকই।

পদ্মিনীচু করিমতা খুমদনা তুমিন্না লৈ বীণানা উরে রাক্নম অতুগী মরমদা শাংথনা ভাংলবদি পদ্মিনী হেন্ন থরায়

সুংঙাইতব য়াই, মতুনা অনাবগী ফীবমসু ফংহন্দবা য়াই। মরম অদুনা মহাক্না রাফম অদু মথা তারক্লে। ওহাক্না মতুংদা মহাক অতোপ্পা রা অমা হৌদোক্লগে নীংদুনা কৌরকই, " পদ্মিনী।"

"হুম," পদ্মিনীনা চেপ্পা হীপ্পগা মমীত্তু পাওদুনা, বীণাদা য়েংলক্লনা খুমকই।

" ঐ নঙোন্দা হংনিংবা করিগুম্বা রা অমা লৈ।"

"করি রানো ?"

"নোংমা নহাক্না ঐঙোন্দা কনাগুম্ব আনন্দ কৌবা মীশক অমগী মরমদা রারী শাখি, অদুবু ঐনা 'সিদা লাকপা, মতুং অসিদদি নহাক্না নোংমতা মহাক্কী মরমদা পনখিদ্রে।"

পদ্মিনী শুন্দা য়েংলদুনা থোইনা রাখল চঙদনা খুমকই, 'মহাক কনাগুম্বা নুপা অমগা লুহোংখিগদৌরে।"

"করিগীনো ? নহাক নশানা মাব থাদোক্লগে তৌবদগীরা নত্রগা মহাক্না নঙবু

"মহাক্নদি ঐবু মাগী থবক তৌফম উথক্লদা চংখ্রসি হায়রম্মী, অদুবু মহুদা ঐনা য়াখিদ্রে। মদুগী তুংদা মানা রারেপ অসি লৌরম্বা য়াহ খল্লি।"

বীণানা উরে পদ্মিনীনা নীংবা কায়বগা মরম য়াম্মী।

পদ্মিনীগী মায়খোঙগী ইঙ্গিং অদ, য়েংদুনা ওহাক্ তুমিন্না ফম্নগা মহাক্না অমুক হায়রকই, 'পদ্মিনী', ঐনা 'সিদা লৈরম্বা থোক্লবদি নহাক পু মাগী নাক্তা শোয়দনা চংহল্লমগনি। অদম

তৌরম্লবদি নগাক ফীনম অসিদা তারম্লোই, করিগীদমক্তা অশানা নশাগী রানবা শাঙ্জবিবনো ?"

"নত্তে, নত্তে, মহাকপু ঐনা পুন্সা অসিমগী থাদোক্লগে থনখ্রবনি, হৌজিক রাকম অহুবু নীংশিংলুবগী কান্নদে," পদ্মিনীনা মতং মতং ওইনা অৱাব থাওবা থোনকমদা হায়রকই।

"ঐ থওই পদ্মিনী, ঐ থওই নহাক্না নশাদা অচৌবা নমথাক অমা তৌজরে, ঐথোয়গী পুক্নীংশ্বাথলবু অম্মুম নমথহুনা থম্বা হায়বসি কৈদৌঙৈদম্মু ওইথোক্তে, মহুম তৌবহু নশাগী পুন্সা গাঙ্গহঙ্জনবা অচৌবা থৌরাং অমনি," বংশার হায়রকই।

ঙহাক তুমিন্না লৈনখ্রে।

ফমুংগী মপা ওইনা মখারোমদা হাংদোক্লিবা থোঙনাউদা থাবলগী মঙাল চঙলকই, পুর্ণিমাগী থাজগী অমেঙবা মঙালনা থোঙনাউ মপাদা হৌরিবা নবাব পাম্বীগী মনাদা ইরং লংনা লৈরি। সন্ধ্যারাইরমগী অঙীংবা নুংশিংনা মাগী মায়থোংদা তপ্না তপ্না লৈরকই। ঙসিগী থাবল অসিনা মাগী পুক্নীংবু ওন্থোক্না পেল্লহল্লি। মশাগী ৱরায়মক্না থাবলগী ইপোম মরক্তা তিনথ্রবগুম তৌই, শোল্লবা হকচাংদা ফাওরিবা অনাবগী চৈনাহু নীংশিংদবগুম তৌই।

অম্মুরা ঙহাক তুমিন্না লৈরিঙৈ তাঙ্জা অহুদা মপালদা কনাগুম্বা মী অমনা সিড়ি কাথৎলকপা থোঙথাংগী মখোল তারকই।

বীণা হৌগত্লুনা মপালদা থোকখ্রে।

মীকুপ অমগী মমুংদা বীণাগা আনন্দগা কাহ্নদা চঙমিন্নরক্লে। পদ্মিনীনা মশেগ মরাল ওইনা আনন্দবু উবহ্নু মঙগী মতৌগুম্না ওম্থোক্না থাজদবা পোক্লকই। মহাক ফুৰিৎ থোঙ্গাউ অঙৌবা শেৎলকই, মঙোন্দগী পুথিবা নৈরোং লোনবা অঙৌবা থাউ অহ্ন ফি খর হাপ্লগা মথুৎ নাম্মনা য়াল্লকই, মাগী মায়থোঙহ্ন য়াম্না মকই। চিঠি পীথিবা মুমিৎ অহ্নদগী পদ্মিনীনা মাবু উথিদবা থা অহুম্মোম ফারে।

বীণানা ফমাঙদা মোরা অমা থারে। আনন্দনা মহ্নদা তপ্না চঙলক্লনা ফম্মরে। পদ্মিনীনা বীণাদা মীশক অহ্ন আনন্দনি হায়বা তাক্লে। অহ্নবু বীণাদি মপালদা ম্নারী শারকপদা হাম্না খঙলবনি। মহাক্না থোইনা কোইবা তৌদনা পদ্মিনীগী থোকথিবা পৌদোক অমম্নুং অনাবগী মরমদা আনন্দদা ম্নারী শাবা হৌরকই। আনন্দমু মরু লূক্লা মায়থোঙ লাংশিন্না ম্নারী খুদিংমক অদ্ ত্তাদ্না নৈ, ম্নারী অহ্ননা মহাকপু খঙহৌদনা অকি তুজুংবা পোকহল্লকই। বীণাহ্ন ঙহাক ম্নারী শারবা মতুংদা আনন্দবু ফম্নবা হায়রম্নগা চাক থোংবা চঙথ্রে।

পদ্মিনীনা আনন্দবু থাদোক্লগে খনখ্রবমু মীকুপ অহ্নদি মহাকপু খম্নায়গী মপু ওইনা অমুক উরকই।

আনন্দনা খঙহৌদনা চিঠিগী ম্নারোল অহ্ন হৌদোক্লহ্ননা হায়রকই, "পদ্মিনী, করিগী নহাক চিঠি অহ্ন ইরক্লিবনো? মহ্ন ফংথিবা নুমিত্তগী হৌজিকফাওবা ঐ য়ুমদা হল্লক্লবনি, নহাক করিগীদমক অহ্নক তমথিবা ম্নারেপ অহ্ন লৌরিবনো?

চিঠিহ্ ফংখিবা হুমিত্তা ঐ কয়াদা রাখিবা। ঐ য়ুমদা অহুম হল্লক্লরোই খনথ্রবনি।"

(ওসি মহাক্না লাক্লিব। অসি উথক্লদা নোনা ট্রান্সফর তোরকপা পদ্মিনীখোয়গী লৈকাইদা লৈবা মাগা থবক তৌমিন্নবা মী অমগী মচান্দগী মশাক নাবগী পাউ তারহুনা লাকপনি।)

"অদোমগী লুহোংবগী রাদি?" পদ্মিনীনা খঙহৌদনা হংলকই।

আনন্দনা পদ্মিনীদা ওক্না য়েংলকই। পদ্মিনীনা মীগী মচান্দগী মাগী লুহোংবগী রাহু তাবগী মরমদা তম্লকই।

"কদায় পদ্মিনী, পুন্নমক্ত অহল-লমন্না শীনবনি," আনন্দনা শকফম করিমতা হোংবা তৌদনা হায়রকই,"ঐদি পুন্সী অসিদা লুহোংলরোই।"

"করিগীদমক লৈথোকপিরিবনো? অদোম শোয়দনমক লুহোংগদবনি!" পদ্মিনীনা স্বরমপী হোন্দুনা হায়রকই। অনাবগী চৈনা নত্তবা থম্মোয়গী চৈনা অমগী মমি মায়থোঙদা তারকই।

আনন্দনা ভাব তাদনা পদ্মিনীগী কংলবা তাইফেৎ তাইরবা উনপুন্না ঈংলবা, হুমাংনা চনপ চনপ লাউরবা মখুৎ অহু খঙহৌদনা পায়রহুনা হায়রকই, "পদ্মিনী, নহাক করিগীদমক্তা অতুপুম্বা রারেপ অদু লৌরিবনো? হায়য়ু, করিগী লৌরিবনো? নহাক্না ঐবু পুন্সী অসিমগী অস্রুম থাপ্না থল্লগত্রা?"

পদ্মিনীগী মমীত্তগী হৌবকপা পিগী ঈরা অদু থজাই অমদি নাক্লমদা মতুম মতুম চেম্থরকই। মহাক্না খঙহৌদনা আনন্দগী মখুত্তু পায়দুনা মমায়দা থম্নগা শূক শূক নৈদুনা খোজেল

থোক্না হীক হীক কপ্পা তৌবক্লে, ফনা কুইনা অপুম্বা লৈখ্রে, মা অমতা মথা তারকখিদ্রে। চৌক্লবা কাদ্‌ মাগী কপ্পগী খোঙ্গেলনা লোম্লাও লৈনা নিনখ্রে।

আনন্দসু মা মথা তারকখিদ্রে, মমায় মক্লা লূকথদুনা লৈখ্রে, মপুক্লাংদা লোল্লকই, "হে ঈশ্বর, কব্রিগীদমক্তা নহাকা অপুম্বা পীব্লিবনো।" মাগী থম্মোয়দা হায়ফম থগুদনা অরাবা পোক্লকই। বেডসাইড টেবল মথক্তা পীকথল্লা লৈরিবা হাদাক-শিংগী অকনবা মমম, পদ্মিনীগী কুৎশিনখ্রবা মীৎ, চপশিল্লবা চুম্বা, মুশূক মুশিল্লবা, তাইববা চীনবান, উনমুক ঈ'লবা খুজেং, মজুং মতুং ওইনা তাওবা লোম্লাংনবা খোঙ্গেল পুন্নমক অদুনা মাগী পুক্নীংবু অকিবা পোকহল্লকই।

ওহাক্কী মতুংদা বীণাসু চাক-ঈশিং থোংবা লোইরগা মচাশিংদ্‌ ত্থমহল্লগা পদ্মিনীগী মনাক্তা চঙলক্লে, ফমুংগী খুম্নাদা অমুক ফম্লে। মহাক থোবক্লবদা পদ্মিনী কপ্পা তোকখ্রে। বীণাসু হৌফম থগুদনা পদ্মিনীগী মখোঙ পায়দুনা ফমদুনা অকুম লৈরে।

অপুম্বা ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা পদ্মিনী তুমথখ্রে, মশাগী থবক পোথানা উরে। মতমদু অহিংগী পুং তরামাথোইমুক তারম্লগনি। অহিং য়াম্না থেঙবফাওবা আনন্দনা মাবু শগুদুন লৈরম্মী।

অহবু মহাক্লা চৎখ্রবা মতুংদা নোংয়াই মতুং পুং অনীরো তাবা মতম অল্লরাইদদি অনাবগী ফীবমদা তশেংনমক অহোং

অমা লাক্লে। পদ্মিনীদ্ ছুম্না ছুম্না অকনবা অনাবগী মৈচাক অমা থাঙবগুম মকোক অমদি মশাদ্ নাকল অনীদা হাইনা ছুম্না থাঙবা হৌরক্লে, মমীত্তু অস্নুম পাঙখিজ্রে, জ্ঞান তাখিজ্রে. মখোঙতু থুকউ য়োৌনা ঈংখ্রে, পাম্বোম অতু খূনীং মথক য়্নৌনা ঈংখ্রে, মচীনবান অতু লৈবাক মচু মাল্লক্লে। ভহাক্কী মত্তুংদা মশাতু ইরেঙ লেঙখিজ্রে, মকোক্কুমক থর থর হাইহুনা স্বর হোনবগী অকনবা লান্থেং অমা তৌবা হৌরক্লে. অতুদগী থঙহৌ-দনা পদ্মিনী শান্তি ওইনা অরোইবা য়াহীপ তানখ্রে। বীণানা মাগী হক্চাং অতু কোন্দুনা নোং খোংবগুম কপ্পা হৌরক্লে। অতুবু পদ্মিনীদি করিমতা তাদনা লৈখ্রে।



